# অথোইবা আহিং

১৯৯৭ - ২০০০

কাংজম শ্রীপদ্মকুমার

কাংজম পব্লিকেসন্স
ইম্ফাল
২০০২

# ATHOIBA AHING

a collection of twenty-one Manipuri short stories by
Kangjam Padmakumar and published by Kangjam Publications
Imphal - 795 001 (Manipur)

অহানবা ফোংবা ঃ সেপতেম্বর, ২০০২

মখুম ঃ সাপম নন্দ
উরিপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফাল

কোপী মশীং ঃ ৫০০

মমল ঃ লুপা ৫০/-

নম্ফম ঃ পদ্মা প্রিন্টর্স (কমপ্যুটরাজ), পাউনা বাজার, ইম্ফাল - ৭৯৫ ০০১

লাইরিক ফংফম ঃ মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
*পাউনা বাজার, ইম্ফাল*
কাংজম শ্রীপদ্মকুমার
*উরিপোক তখেল্লবম লৈকাই, ইম্ফাল।*

মীগী মপোক্কুগী হেন্না তাঙবা
মীগী পুন্সিদগী অহেনবা অমা
লৈত্রে তাকপিরম্বা ইপা ইবুংঙো
শ্রীতোম্বা অমদি ইমা ইবেম্মা
লুকমণি অনীগী খুয়া খাদা
নচাগী লাইরিকসি কৎচরি।

# তৌবিমল শীংথাবা

নোংমা ইথা-থাজদনা টেলিফোন্দা শ্রীবীরেন্না ঐঙোন্দা হংঙকখি — ৱারীমচাগী লাইবিক অমা ফোংনবা হোৎনরি হায়বা চুস্রা? মহাক্না খূৎইদা লৈরিবা লাইরিকশি পানিংবগী ৱা ফোংদোরকই। নুমিৎ খরা লৈরবা মতুংদা ঐনা ছাপা নমদ্রিবা ৱারীমচাশিং কভর ফাইলদা হাপ্তুনা মঙোন্দা থিল্লুই। মহাক্না ঐগা তিন্নরকপসি ঙসি-ঙরাংতগী নত্তে. চহি নিফু লেপ্লেবনি। ঐনা নিংশিংবদা ইবান্নাগী মবীসি সাহিত্যগী লম্বীদা খোঙবু ওইরুনা হানবদুনি।

মথংগী নুমিৎ অমদা মহাক্না ঐগা ফমিন্নবদা, ঐগী পুক্নিংদা মহাক্নসি ঙসেংনা সাহিত্য অমসুং কলাদা কৎথোক্রবা মীশক অমনি হায়বা উরকই। 'নংগী হকচাংগী ফিবমসিদা, ঐদি নংঙোন্দা কবিগুম্না থবক অমতা শিন্ননিংদে' হায়বা ঐগী ৱাঙাং তারগা, মহাক্না খুদক্তা খুম্মকই — 'ঐদি সাহিত্যগী থবক্তা অৱাবা থিদে।' ঐগী ৱারী পুম্নমক মহাক্না লোইনা, মমুৎতানা. কাচিন-কোয়া যৌনা পাবা ঐ থেংনৈ। মতম অমসুং ৱাখল চংবা থবক্তি। অরুবা ৱাকমদা মাগী মরম চাবা মোত্ত ঐ য়াই। কলম পায়দুনা নৌনা ইথোকপা মতাং য়াওই। হন্দক মহাক্না ঐগী লাইরিক্কী মতাংদা তৌরিবসি ঐগী কৃয়েটিভ ৱার্কতা মতেং অমনি। মহাক্না ঐবু খরসু খঙই ; কবিগুম নত্তবা মতেক-মরাদা শোয়খিগদ্রা খঙনা পারগা মখুৎনরা শেমদোরকপা য়াওই। মাগী তৌবিমল শীংথবসি ঐনা তঙাইফদবা থবক অমগুম খল্লি।

ইম্ফাল
তাং ১৩।৭।২০০৩ ইং

শ্রীপদ্মকুমার

# ঐনা বারী ইবগী হৌফম

ঐবু পোকপা ইপান্দি মথক্তাথোংবা অহলশিংনা 'লাইরিক থীবা' হায়না কৌবা ঐনা এঙাং ওইরিঙেদা তোয়না তাখি। মতমদুদা ঐ মদুগী অর্থ খঙ্গাখদে। খরা চাউরক্লবা মতমদা মহাক্না লৈকায়দা লক্ষ্মী চরিংকী লাইরিক থীবা কয়ারক তাখি। উপুদা রামায়ণগী লাইরিক অমনবা অময় কুইনা লৈনম্মী। কাইনথংদা ঐনা খঙখি, মদ বংলা লোলদা অর্থ কৌবানি; হনুমান্না চিং পুদনা পাইবগী লাই-কাসু য়াওই। নুংশিদুনা পংতাই হাযবনা অমনি, চাওখৎপগী খোঙথাংদা ঐখোয়গী মণিপুরী সাহিত্য বঙ্গলা সাহিত্যগী মতংদা লেপ্পুবা ফাওবা য়াবা নত্তে; মহাক বারী লীবা হে। মহাক্না চাকংঙাই বারী ঐখোয়দা (ইচে অনী) য়াম্না লীবি তারিবা মীগী চহি মতাং খঙনা 'সমাধান' কয়া হাপচিন্দুনা তাবদা নুংঙাইহল্লি, বারীদা য়াওবা অশিবা মী পুম্নমক মহাক্না মথবায় হাপ্পুনা ঐখোয়গী প্নাক্কংদা অহিংবা থেংনবগী মহাও চপ চানা পী। ঐনা বারী ইনিংবগী হৌফম থিবদা ঐগী ইপানা ঐঙোন্দা অহানবা মরু হুন্দোখি হায়না লৌই।

মীগী সমদ্রনি। মীগী মরমদা বারী ইবা সমুদ্র পল থিংলগা ঈশিংকে তোংনবনি। বারীদা বারীমক্তনি। খরা বান্দোক্লগা ইবা ... ঐগী এঙাং ওইরিঙে পুন্দিগা ফাক্তোক-শোক্লোক্না যাদবা। ... কাম্নবা ... চাঙবা কাল্লখিবা পোৎনা ... ।

...

ঙাইহাক ঙাওরুবা— অদুগুম্বা থৌদোক খরতনি। ঐ অঙাং ওইরিঙৈদা হকচিন্না নাখি। পাঞ্জিনা অচৌবা লাংফম লৈ হায়খিবা চহি মতাংনি। নিংঙোল অনীগী মতুংদা পিবা ইতোমতা থেঙনা ফংবদা লাই তারকপগুম অহল অনীনা ঐবু লুনা য়োকখি; লাইদা কৎলু, পুজা তৌ, হায়বা পুন্নমক অমতা চিৎথদনা মখোয়না পাঙথোক্তুনা লাক্লিবনি। অদুবু শল খোঙ্গুলদা লাইনা লৌই হায়বদুমক ঐগী পুন্সিদা চপ চানা থোকখি। নোংমা লেপ্লগা নোংমা অরূম হৌ, পুমদুনা লৈরবা ঐগী হকচাংনি। ইপুবোক (ইমা পোকপা) ঐখোয়দা লাকই, মহাক্লা অতোপ্পা খুল (অৱাংখুন্নৌ) অমদা লাল চেল্লি। মহাক্লা হৌদুনা ইবান্নী শঙ্গোম তোৎপা পীক থন্না চারগা ফৈজুপ চিংখত্তুনা নুংথিল হিপমিন্নে। ঐ ইশি-শিনা তূমখি।

ঐ ফজখ্রবা জগৎ অমা থেংনখি। মিত্তা উখি হায়নিংঙাই লৈতনা লেঙ-লেঙ চৎনা পুক্লিং হুরবা লবুক-লমহাং, তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা তঙাং-তঙাংহল্লবা অতিয়া, উতোল ৱাতোল, মফম খরদা লৈচিল ফাওদোক্তুনা কাপথরক্লিবা চুমথাংগী মচুবু ঙমজরবা মঙালগী পেড়েশিং। ঐ পূমশুম শুন্দাৎখি। য়েৎ-ওই অমসুং মাংলোমদা মিৎয়েং থমদুনা ঐ চৎলি। ঐগী পুক্লিং নুংঙাইবনা ফৃং-ফৃং ফাওই, অৱাবা মরীক অমতা থম্মোয়দা পক্তে। চহি কয়া হৌখ্রবগী মতুংদা ঐনা থৌদোক্তুগী অর্থ চপ চানা খঙখি। ঐগী হকচাং ফমুংদা উতৃপ তাবগুম লেঙদনা লৈবদু কল্পনাগী মিৎয়েংদা ঐনা উবা ঙমখি। ইপানা মীঙোন্দা তম্বদগী ঐনা তাখি— মিৎ অনী হংগৎনা মথকলোমদা চপ য়ুংনা য়েংখত্তুনা ঐ লৈ, মিৎ কুপ্তে। ঐ য়ুমদগী যাত্রা তৌখিদে। খুলগী অচৌবা লম্বীনা শঙ্গাবুং তারমদাইদগী হৌখি। শনগানরকপা, লৌরাং শূরুবা মীনা হন্নরকপা নুমিদাংৱাইরমগী মতমনি। অদুবু মী অমতা, জীব অমতা উদে, থেংনদে। তুং হন্না অমুক্তসু ঐ য়েংথোক্লুবা লৈতে। ঐ শিরুরবনি। মীনা হায়নবা কৃদগী শৎহৌবা হায়বদু ঐঙোন্দা চপ চানা থোকখি। ঐ থাজে মথৱায় ৱাজরবা ইপুবোক্লা মিৎলু ঈরা হৌনা থৱায়-মি কৌবদগী ঐ তাইবংসিদা হল্লকখিবনি। মিৎ চেংকুপ শীদুনা তরংদা য়েংদুনা লৈবা ঐগী ফিবমগা ইপুবোক্লা থৱায়-মি কৌবগী শৈরোলগা পূনখিদুনা ইপা ইমা অনীসু কপখিবগী ৱা ঐনা কোন্না তাখি। ৱারী ওইরবসু শৈরেং ওইরবসু থৌদোকসিবু নিংশিংদুনা ঐনা কয়ারক ইখি।

ঐসি ইপোক্কী ওইনা থম্মোয় শোনবা, মিনুংশি চাউবা মীওই হায়বদু ওইরমাল্লে। মীগী অৱাবা, কায়নবা পুন্সিগী মায়গৈ অসোমদা চঙশিন্দুনা ৱারী খরা ইদুনা য়েংই। ফজবা ফজদবদি খঙদে, ঐ ইবদি ঙমই। য়াম্নমক নহা ওইরিঙৈদা ইখি ৱারীমচা অমা 'লালু' হায়না মমিং থোন্দুনা। মীনা মদু থাগৎপিখি। ঐনা হৈনবা লম্বী ওইরমাল্লে খল্লি।

নহা ওইরিঙৈদা ইমান্নবশিংনা তম্বা তাবদা থরো-থরো ওন্দুনা নোকখিবা থৌদোক কয়া লৈ। ঐ ইশামক্লা থেংনখিবসু। মীগী পুন্সিগী অশোনবা মিৎকুপ্তা থোকপা অওই-

অওইবা অথীবা মশক্তি। ঈ খেগৎলক্লিবা নহারোলশিংগী য়ুখল মরুমদা শান্নবা, তম্বদদি নোকনিংবা, থোকখিবা মিৎকুপ্তুদদি কোকচাউবী কাবা, লৈক্রক্তা চঙদুনা শিনিংবা ফাওবা পুন্সিগী অশেংবা কুম্মেনি । থোক্তনিংঙাই লৈত্রবা পুন্সিগী অমোৎপা মায়গৈ অসোমদগীসু ৱারী খরা ইদুনা ঐনা চাং য়েংনিংই, অদুবু মীনা করি হায়গদগে কিদুনা ইবা ঙমদে। অমখক্তং -দি ৱারীগী মচল ওইনা হাপলি। মসি অপাবা মীগী মোত য়েংবা তারি।

ঐনা হঞ্জিল হঞ্জিল খনবা ৱাফম অমা লৈ। নুপীনা মাগী মপুরোইবগী মফমদগী ফংগে নিংজরিবদি শুপ্নগী মিৎয়েং অমতনি নুংশিবগী, অরূ-অপালদি মাশানি। অদুগুম্বা মবা-মপুরোইবনা মহাকপু থৌশাবিরক্ত্রবা, অতোপ্পা লমগী নুপীদা খোয়জংত্রবা মহাক খাঙবা ঙমদে। মপুরোইবনা অতোপ্পা নুপী অমা লৌদুনা লৈবদগী শিখিবনা হেন্না মঙোন্দা শাফনা উরকই। অসিগুম্বা নুপীশিংগী মনুংদা খরনা চিন্তা পোৎলুম পুদুনা, লাইথুং পক্তুনা পুন্সি পিখম্নরি। খরা অমনা সমাজগী য়োৎহিলং থদক্তুনা, নুপী ওইবগী তুশোল-মানশোনবা পুকচেল থাদোক্তুনা, হিংনবগী লম্বী থিরকই। মখোয়না ইচঙ থৌনা খন্দোক্লকই— ঐখোয়সু অচঙবা অহিংবা মীনি, ঐখোয়গীসু অপাম্বা লৈ। মীসু জীব মখল অমনি, জীবগী মচৎ থাদোকলবদি হিংবগী অর্থ করি লৈরি? নুপা কয়া অমসু ঐখোয়গী খুন্নাই অসিদা লৈরি। মখোয়না থাশিং -কুমশীং খঙদনা শাফম-লানফমদা লৈদুনা লৈবাক্কী সেবা তৌরি। মখোয়সি নত্তবা মরায়বক থীদুনা চহি নৌনা পাত্রা-লুত্রা ওইহৌরবা ওইহৌরবী মীসু লৈরি। ঐখোয়গুম্বা মীনি মখোয়সু, নুঙগী মুর্ত্তি নত্তে অঈং-অশা ফাওত্রবা। তুরোলনবদগী চারোলনবনা হেন্না লুই হায়বা অখুবা মিৎয়েংসিনা খুরৌ থাংদুনা মখোয়বু ফাজিন-পুনশিন্দুনা থম্বা তাত্রা? ঐখোয়না হিংবগুম মখোয়সু হিংহনবনা ফত্ত্রা? ঙাইহাক চৎথোকমিন্নবদা মখোয়গা ৱারী ফাওবা মকা লান্না শাবা য়াদ্রবদি, হিংঙুবগী অর্থ করি লৈরিবগে? ৱাখলসিনা নমদুনা ঐবু ৱারী খরসু ইহন্সি। ইগে হায়বা অমা য়াওনা ইবনি, লৈবাক্লা করি হায়গদগে হায়বা অমসু লৈরি।

জন্ম কুঠিগী বা নত্তে। অঙাং লৈ, মহাক পোকপা মিৎকুপ্তা মমাগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবা, মৈনিং কুন্নিবী মমানা 'ইমাগী ইবুংঙো, ইচাগী মশক উবা ফংদ্রে নমাদি' হায়না হায়না মমিৎ উইশিনখিবা। পু-পাং শুনা নাওকোল্লক্তৃবা নিংথম-শন্নাওগুম তুশোল-মানশোল্লবা অঙাং কয়াসু লৈরি সমাজসিদা। বুদ্ধি শোইরোম্বা মীওই-লাল্লুপ চাদবা নুপীবু মমা ওইনা ফংজদুনা মৈ-ঈশিং খঙদনা লেল্লকপা অঙাংসু লৈরি। অশোনবা মিৎকুপ্তা মীগী অয়াওবা মিৎয়েংগী লাংদা থুদুনা আফ্রিকাগী কোঙ্গো বেসিন্দা লৈবা নুপীমুক্তা চাউবী অমবু মমা ওইনা ফংজদুনা তাইবংদা খোঙদারকখিবা অঙাং কয়ানি রেলবে ষ্টেসন্দা ময়ুম ওইদুনা লৈরিবা। মপাসু মমাসু অমতা মশক খঙহৌদবা লমজা-শারা কয়া অমসু লৈরি খুন্নাইসিদা। মসিনি ঐনা মীগী মরায়বক হায়রিবসি। অসিগুম্বা অঙাংশিংগী মপোক খল্লুবদা নুংশিদ্রা?

ঐ মখোয়গী মরমদা বারী খরা ই, সমাজগী মিথয়েং তোন্না-তারবা মীওইশিংসিদা চিংশিনবা গুন্না চাং য়েংই।

অশেংবা নুংশিনবা মীশিংদি থাজ-থাজদবা থৌদোক কয়া থেংনৈ। কনাগুম্বা মীনা মহাক্না নুংশিবা মীগী মশক উবা, মবা-মপাউ তাবা ফংদ্রবা মতমদা, মফমগী পললোল লান্দুনা মহাকপু কৌবা তারকই; মহাক্কী মনাক্তা লাকলম্মী হায়বগী থাজবসু ফাওরকই। লাই অমা লাক্তুনা 'নংনা তারিবদু ওইদবনি' হায়রবসু মহাক্না মদু খক য়ারোই। 'নমিৎমকনা উহৌবসু নত্তনা ননাক্তা লাকলম্মী থাজবদি নং ঙাওরে' হায়রুবদা, মহাক্না খুম্মক্তনি, 'হোয়, ঐ ঙাওরে। অদুবু মিৎনা উদবা পোত্তি লৈতবরা? ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা থাজবসিবু লৈতবরা? লৈতবা পোত্তা থাজবা য়াব্রা?' নুংশিনবা মীশিংদি মফম মতমগী বাংমদা থবায়গা থবায়গা উনৈ, ঙাংনৈ। শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ভক্ত অমনা শ্রীমতি রাধাগী মফমদা 'ইবেম্মা, নংবু ইবুংঙো কৃষ্ণনা লৌরুনবা ঐবু থাররক্লিবনি' হায়রুবদা, বৃষভানু মমোমলোইগী মফমদা ইঙুক ঙক্না থোকখি। মহাক্না হায়খি, 'ঐগী থবায়গী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদি মতম পুম্নমক্তা ঐগী নাক্তা লৈরিব্রি।' ভক্তদু মখা কুমখি অমসুং ঙকপদা থেংখি। মায়গৈ অসোমদা চঙশিন্দুনা বারী ইগে হোৎনৈ। অদুবু অমা ইবদা ঐ খঙই, ঐগী ইত্তিক নত্তে হায়বা।

অরোইবদা, অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা বারী ইবদু নিংশিংঙুবদা নুংশিবা ইহুল অমা ফাওরকই। থিথুপ নাইবা জগৎ অমা ইচাউ-চাউনা লৈরি খল্লুবা নত্তে, মিৎ-চেজেৎ উইশিল্লগা ইবনি। ঐনা নিংলিবদু য়ৌগে তানবনি। লম্বীদা য়ুম লৈরম্লে, কাদুনা চৎপনি। ঐনা ইবা বারী স্কুলগী চেফোঙদা হাপ্পকপা থেংনবদা ঐনা হরাওবদি করি হায়রুরগনি। মতমদু নিংশিংঙুবদা নুংশিমনপ্রদুনা ঐনা শিন্দ্রিঙৈদা বারী খরা ইদুনা ফোঙলমগে পুক্লিংদা লেপ্পি। হন্দক ফোঙলিবা 'অথোইবা অহিং' বারীমচা কুনমাথোইনা পূনশিনবনি, সাহিত্যগী মখলসিদা ঐগী অনীশুবা লাইরিক্লি। অহানবগীদু 'শম্বল' কৌই, ঐগা তিন্নবা নহা অমনা থোলহন্নিংবা বারীমচা লাইরিক্কী মমিংনি। ঐনা পামজবা অমনা মীগী নুংগী মশক থিজিন-হৃমজিনবা, মীগী চরিত্র উৎপা বারী ইনিংবনি। মুন্না থিগৎলবদি পুক্নিংগী চির-চিরবা তানফমদা মীগী অশেংবা মশক ফোঙদোক্লকই। নুপাদা-নুপা থোকপা শিবা কিদবা মী থেংনবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা ফাওই, নুপীদসু লৈতবা নত্তে মথৌনা লৈবী। চপ য়ুংনা খনবা বাখল অমগী মপু ওইরবদা সমাজগী অফা-অপুন্নবা পুন্নমক ফোয়দত্তুনা হন্দোকপা ঙম্বা মী থেংনবদা ঐ পেল্লি। বারী অমা অনীদি পরীংসিদা ইদুনা লাইরিকসিদা হাপ্লি। খরগসু ইথবা য়াবনি। লাইরিক চাউরগা ফোঙবদা বাগনি খন্দুনা তোকই।

ইম্ফাল,　　　　　　　　　　　　　　　　　　শ্রীপদ্মকুমার

তাং ২৯।৫।২০০২ ইং

# য়াওফম তাকপা

# লাল লৌহিরমদাইদা

নুংথিল তাল্লকনি। চাক চারবা মতুংদা ঙাইহাক পোখানবা মতমনি। লৈকায় অমদা লাল চেল্লবদগী হঙ্গিনরকপা ইনুংগী মশীং মঙা তরুক্তা মঙায়রি। মীগী মশক, মীনা কৌন-ঙাংনবা পঙনা উৎদে তাদে। হিরাচন্দ্র মখোয়গী হিঙ্গোলগা হেক তাইনবা চাউথ্রবা হিঙ্গোলদা মতোমতা কোয়চৎ চত্তুনা হৈ-রা পানবা থিরি। উ-বানা হিঙ্গোলদু জঙ্গল অমগুম উই। অরাংবা লৈপলনা কোয়শিনবনা, হৈ-রা পার্ম্বাশিংনা তেকথদুনা পানবনা, অকোয়বদা লৈরিবা মফমশিংদগী হিঙ্গোল অদু তোংঙান্না তাই, য়েংবদা সমুদ্রা লৈবা ইথৎকুম উই। মপূনা য়েংশিনবীদবা, মীগী খুনাম তাদ্রবা মরম্না তিংথৌ-তিঙ্গোয় পার্ম্বাশিংনা মনীং তম্না খুরক হাঙদনা হৌই। মোইরাং শম্ভোংদা হৌবা পুংদোল মথক্তা ফমদুনা মহাক পুংদোল ফজবা খন্দুনা চারি। মহাক্না উরকই লৈকায় অদুদা লৈবা মৌনহা অমনা পূথ্রী মপালদা লেপ্তুনা ঈলগী থৌরী পায়দুনা লৈবদু। মহাক খঙই নুপীদুগী মশক, মমিং অমসুং মাগী ইমুং। মৌনহাদু শাল্লুঙাংবা মচুগী ফনেক অমা ফিদোন চিংখত্তুনা শেৎলি, ফুরিৎ লিত্তে। মেরাগী মেংলবা নুংশাগী মঙালদা নুপী অদুগী মথক থংবা হকচাংগী শরুক খোকতোকপদা ঙায়রিবা লফু লৈয়োলগুম তনৌ তনৌ উই।

পূকথ্রীগী ঈমায়দা থারিবা হঙ্গেল পৌরা অদুদা মৌনহা অদুনা শংত্রিক য়েংদুনা লৈবা উরগা হিরাচন্দ্রনা খল্লি— করি তৌরবা জাৎনো ইতৈমা সনামপালসে? মমাংদা থরিবা ঈল শোনগনি হায়বা মহাক কাউরে। মহাক ৱাখল অমদা লম্মাংনদুনা লৈবগুম উই। লুতুংগী

শম্বুল নাম্থোক্তুনা ইফা ফানা তারিবা মশম অদু ফাওবা পুনশিনগনি খণ্ডবগুম তৌই। মাগী মতৌদু অসুম য়েংলুরগা নোংমা মাগী মমানা হায়খিবা ৱাফম অমা মহাক্না খণনিং নিংশিংলকই। ওম্থোক্লসু মরায়বক থীগ্রেদা খুরা কহাইগী মচানুপী সনামপাল হায়বীসে। মশক মতৌসু ফজরিবনি, নুপী অমা ওইবগী করিসু ৱাত্তে। কাংজাবীদা ময়ুম পাল্লুবনি। ইম্ফালদা অহানবা বোম তাবা নুমিত্তুমক্তদা মাগী মতৈদু বোম্না পান্দুনা শিখি হায়নৈ। সনামপাল সনাবুল অমা পুদুনা ঈশিং শোকপা ময়ুমদগী থোকখি। অতিয়াদা প্লেন শঙ্গু অমা পাইরকপা মহাক উখি। পোকপদগী উদ্রিবা পোৎনি মহাক ঙকখি। ঙাইহাক্কী মনুংদা অতিয়াদা খাক-লাউবা মখোল তাদুনা মহাক ময়ুমদা চেল্লকখি, পৃথি-লৈমায় থক-থক নিকপদু মঙোন্দা ফাওখি। হৌজিক্তা কৌবগা-ঙাংবগা তৌদুনা লৈহৌবা মপুরোইবনা শুমাংদা উতুপ তাবগুম শিদুনা লৈরম্বা, মচানুপা পিশক অমনা অতোনবা কাফৈ-কাফৈ চৎপা ঙম্বতা ঙায়রিবা মনাওবু কোন্দুনা কপমিন্নদুনা লৈরম্বা উবদা সনামপাল কোকচাওবী কাখি! মহাক নোং খোংবগুম কপখি! মচানুপা অতোনববু মনমদা পোরগা, অমনা মখুৎ শমদুনা মপামদা লাকখি। কনানসু হন্না য়েংনবা ঙম্বা তাঞ্জা নত্তে। মী পূম্নমক অকিবা, থক্কৎপনা অঙাওবা ওইরে। খোঙ্গুল তাবা কনাসু য়াওদে। পংচত্তা চৎনৈ, পংচেলদা চৈন্রে। চৎলমদাইদা মপুরোইবগী মায়থোংদা শংত্রিক য়েংলগা মহাক্না হায়খি, 'ইবুংঙো, হন্দক্কী মপোক্কী লোইরেদো! ঙরাং নংনা ঐঙোন্দা হায়খিবা ৱাদো অরেম্বা তারেদো!'

উরিপোক লমজাও লাল চেনবা মীনা মুকথ্রুবী পাইথোরকপগুম ক্রক ক্রক ইন্নখি। ময়াংলাংজিংদা লাল চেনবা মীশিংদি পুকচত্তুনা তোরা তুনা শিনখি। অহানবা বোম তাবদু নোংমাইজিং নুমিৎনি। মায়গৈ পল্লদে হায়নৈ। পোরাকখোংদা ঈল চিংবদা ঙানা হোনগৎনবা ঙমখিদে। মনেনা মীগী ঈল ৱায়দুনা ঈল চিংবদগী মখোঙ হাম্বা হৌখি, সনামপাল মনেগী মহুৎ শিন্দুনা অহিং লেক্তুনা ঈল চিংখি। মহাক্না ঙা নম্বো পোদুনা য়ুমদা কারপদা মনে অদু লাউ-খোংদুনা মীনা অনা লাঈকন্নদুনা লৈরম্মী। নুমিৎতুমক্কী অয়ুক চাকচমাংদা মনে শিখি। মখোয়গী ইমুং চরা হেনবনা মশীং খণ্ডখিদে। কুইদে তৃংথ-মাংথ মপা অমসুং মৌপ্পা শিখিদুনা, মখোয় মমা-মচা অহুম তরক-তরক লৈহৌই। শৃফম-চৎফম খণ্ডদ্রদুনা মহাক মচা অনী পুদুনা ইম্ফালদা হঞ্জিল্লকুনা মপামদা লৈখি। মচা পিশক অনীগা চেনশিল্লে, সনামপাল উরগা মীনা ঙাংনৈ—লাইসি লৈতে হায়বদি য়াদে। মমা মচানা হিংলিবসি লাইনা য়োকপনি। পৈশা ৱালা চৎপা, কোয়না চত্তুনা মীগী হিঙ্গেল লমহাংদগী উশোয় ফুকপা, মীগী পূকখ্রী অহাংবা থিদুনা ঈল চিংদুনা ঙা ফাবা মমা মচাগী হিংনবগী লম্বীনি। মীনা পীরকপা নোংলেনবা চজিক্লা মচা অনী পীজরগা, মহাক্না চরা হেনবা নুমিৎ মশীং খণ্ডদে। নুপীগী পুঙ্গিদি মচাদা কৎথোকপনি।

ঙাইহাক লাই-তীলনা চেনবা মীগুম লৈরবা মতুংদা পুংদোল মথক্তগী নুপামচা অদুনা উই— সনামপালনা ঈল শোনবা, ঈল মনুংদা নুংশা মঙালদা ঙা অচৌবা অমা ফ্রুং-ফ্রুং চোংদুনা লৈবা। নুপী অদুনা হরাওনা লাউরকই, 'ঙামু অচৌবা অমা লক্লে!' ঙাদু লৌরগা ঈল অমুক থাগে তৌবা তাঙ্গাদুমক্তদা মোটোর তোংবা নুপা অমা খঙহৌদনা মফম অদুদা হাইজিল্লকখি। মোটোর থাম্লগা নুপা অদুনা সনামপালদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। নুপা অদুগী মরেপ-মঙাল অমদি ফিজোল উবদা, হিরাচন্দ্র মুল্লি। চোরফোল মচুগী খোঙ্গ্রাউ ফুরিৎনি, কোনয়াই তকপগী মমি নিংথিনা তাই। মাগী মপাম্বোমদা ফিজেৎ অঙাংবা অমা মশক থোক্লা পুল্লি; ফিথুপ নাইনা অঙাংবা মচুগী মতোক অমা রাজমেরী কোকয়েৎকী মমাংদা ফন্দোক্তুনা চপ তিংনা চংখোন্না হাপই। নুপা অদু হেক উবমক্তদা ঈলচিংবী নুপীদু শজিগুম মমিৎ-মনা তথক-তথকই। মহাক্লা কোয়না য়েংবদা মী-পোংসু অমতা উদে মতম অদুদা। মহাক কিমনখ্রদুনা শেৎলিবা মফি মফম-মরাং খঙদে— অমুক শেৎলি, অমুক নাম্থে। নুপামচা অদুনা কমদৌরি? মহাকসু কিবনা লুতোল শাৎলবনি। উনা মরক্তা তুমপক তাশিন্দুনা মহাক লোত্তুনা লৈ। ব্রারী অমা পাথরকপদা, অরুবা মতাং থেংনবদা নায়ক্লা করন্না মায়োক্লবগে খঙনিংদুনা পুক্লিং চঙনা পাবগুম, হিরাচন্দ্রসু মখাদা থোকলিবা থৌদোক অদুদা মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলি। অশেংবদি, নায়িকাগী শরুক য়ারিবা সনামপালতা নত্তে, মহাকসু মিহুন চেনগুম-চেনগানরবনি। নুপাদগী নুপীনা হেনবা অমদি লৈ, নুপীদি অরুবা তাঙ্গাদা কোক শিজিন্নদে, নোংথাংগী মতৌগুম থম্মোয়দা ফুঙ ঙাম্থোরকপা মঙাল য়েংদুনা থবক তৌই। অয়াম্বা মতমদসু মখোয়গী নুংফাও চুমগল্লি। নুপা অদুগী মতৌ উবমক্তদা মহাক ঈলগী থৌরি লংশেক্তুনা চেনবগা চপ মান্নে। ঙৌশ্রোক ঙৌবা মপাম্বো থাংগত্তুনা মখুৎ হাইর-হাইরদুনা পৃকখ্রী মপান্দা কোয়চেন চেল্লি। অঙাংদুগী মমিত্তা নুপাদু যগায়-মধায়গুম উই। চেংলবা খ্বাংদগী হকচাংগী মথক থংবা শরুক্তা হাইগৎলকপদা অমৃতগী তৃংনফম ওইরিবা মাগী চংখোল্লবা থবাক্তু নিক-নিক লাউনা উই। খ্বাংদগী হাইথরকপদা অমুনবা লফোইগুম মতোনা থল্লবা মহাক্কী নীংদুনা শাবালগী ফজবা ফোঙদোকই। মেন থারমদাইদা পুংয়ৈবা, ঈশৈ শকপা মীশিংনা তালদা ঙাওদুনা চোলোম তৌবগুম, নুপা নুপী অনীদু কোয়চেল চেল্লি, কোয়তান তান্নে। পুংদোল মথক্কী অঙাংদসু লাইনিং অমনি, মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা অমুক লৈ, অমুক লোন্না য়েংথরকই। মহাক ময়াদা চাবা পুংদোল শায়গনি কাওই। নুপী অদুনা ঙৌশোক ঙৌই। নুপা অদুনা খোইহীমুক ঙাংই। নুপা অদুনা ব্রাংমনবনা নুপীদু পিশক পিক্লা উই। ফনা হায়বা শাবনি, শজিনা ফনা লমজেল য়াংলবসু কৈগী মখ্যাৎতগী নাম্থোকপা ঙমদে। নুপা অদুনা নুপী অদুগী খুজেং তাপ পায়খিবা উবদা লোন্না য়েংলিবা অঙাং অদু শ্বাই লাওই।

নুংশিৎ-নুংশা চপ লেপ্পবা তাল্লকসিদা নোংমা সনামপালগা মাগী মমাগা বারী শাখিবা নুংথিল অমা অঙাং অদুনা নিংশিংঙকই। মাগী মমানা চাক পুকখম অমা পুথোক্তুনা মখোয় মমা-মচা অহুম্বু পীজরগা, হায়খি—

'ইবেম্মা সনামপাল, অঙাং অনীনা ময়াং কংত্রিক কংবা উবদা ঐদি য়েংবা ঙমদে।'

'করমদি তৌনি ইনে? ঐনা ফনা শূদুনসু নোংমগী চারা অমা ফাওবা অঙাং অনী মপুক থন্না পীজবা ঙমদে।'

'নংগুম্বা অঙাংনা শূ-নোমদুনা নচা য়োকপা ঙম্বা হৌনদে। কান্নদে ইবেম্মা নয়ুম অমা পান্নবা তৌরসি।'

'ইনে ফদী-ফরা শেৎপী ঐবু কনানা পাম্বীগদগে?'

'ইবেম্মা, ফিগে ফনেক শেৎপী পামদে হায়বা বারী লৈরিবদুনি। নংসে ঐনা অসুম য়েংবদা নুপা-নহানা পাম্বা মীওইমক হেক থোকই।'

কল্লি নুপাদু। চেং উতোং মেরুক অমদি চাগদবা মীওই-মীতৌনি। হিরাচন্দ্রনা উই নুপী অদু মরেংবান্দা থাংগৎলগা মখুৎ নাম্বনা মাগী মকলাপ্তা কোন্দুনা মহাক্না লৈরিবা পুংদোল মখোং অদোমদা পরপ পরপ পুশিল্লকই। য়েংবদা কম্বল অমা থুপ্তুনা মরেংবান্দা য়ানবগুম ইকোম কোন্না চৎলি। নুপী অদুগী মশমদু লুকখমদগী হূকথরক্তুনা ইফা-ফানা জম-জম লাউনা তারি, নুপা অদুগী মকলাপ্তুগী চোম্থরক্তুনা খুবোমদা খোংথাং খুদিংগী য়ৈরি। নুপীদু মশম ফৈ। ঙারাকপীনা ঙা ফাদুনা চেনবগুমই। পুংদোল মখোঙদগী খরা চৎথোক্লগা অকোকপা মফম অমা লৈ, কুথাপ অমসুং সগোয়দাক পাম্বীনা ইকোয় কোয়শিল্লি। সামহোর মতূম অঙৌবা অমা লাইগুম খিল্লগা, মহাক্কী শান্নফমনি। অহাঙবা মফম অদুদা আর. পি. সিফাই অদুনা নুপীদু পুরক্লগা থমই। হৌদোংগী মমাংদা উচিনা চেন-চোংবা ঙমদনা মমিৎ-মনা তথক-তথক লৈবা মতৌদুনি। নুপী অদু র্মাফ-মরোল তাশিন্দুনা ফমদুনা লৈ। মহাক বা মচেৎ অমতা ঙাংদে। উথক্তুগী অঙাংদুসু লৈকংদা লাইনা লৌরে। মহাক মমিৎ পাংনা পাংনা মঙলাক্লরে, কৌবা-ঙাংবা লেং-ওৎপা করি মতা ঙমদ্রে। মহাক মখাদা থোক্লিবা দৃশ্যদু য়েংই, পূন্নমক অমতা চিৎথদনা উই।

ইকাইবা ঙাক্লবা মীনা ফি শেৎলিবনি। ইকাইবগীসু ঙমখৈ অমা লৈ। ঙমখৈসি বাংমা লানখ্রবদি, নুপাতগী বা নত্তে, নুপীগীসু থাজবা ঙমদ্রবা পুন্সিগী অথুপ্পা শকলোন কায়া ফোঙদোরকই। কলাকারশিংনা চেদা, ফিদা, নুঙদা নত্রগা অতৈ পোত্তা য়েক্তুনা হক্তুনা শাবা মীগী মুর্ত্তিনা মথবায় পানবা তাইবংমীগী মনাক্তা চংঙুবা য়াবা নত্তে। মখোয়গী পান্দমদি লৈরিবা অওইবদগী হেনগে হোৎনবনি, অদুবু খক য়ৌবা ঙমদে। নুংথিলগী কোরৌ মশেক্লা য়ৌবদা তঙাং তঙাংলবী সনামপালগী মায়থোংনি। ইকাইবগী শাজৈনা অমুক মখোল থোক্তুনা

ফজিল্লকপনা মাগী কুচুদু অমুনবা চুম্লে মাল্লি। মবানীগী মতৌ য়েংলগা নুপামচা অদুনা মমিৎতা উরকই--- কাক মপীনা মখ্যাৎ ঙাংশং ঙাংবা কাক মচাগী মচিন্দা মচিঞ্জাক ইনবিবদো। মহাক্না পাক হেক কাউথোকপা ঙমলোইদবা অমনা--- তাঙ্গগুম কোয়রপ কোয়বা, ঙৌশ্রোক ঙৌবা শরৎ-পূর্নিমাগী থাজগী মায়থোংদা অমুবা দাগ লৈবগুম, ইকাইনা থমজরবা সনামপালগী হকচাংগী কায়ৎশিংনা অফোংনবদুনি।

লাল লোইদ্রিবনি। অহিং খঙদে, নুংথিল খঙদে, সাইরেন্ত হেক খোংঙকপদা থুক্কত্তবা পাখত্তবা মী য়াওদে। সাইরেন্ত মখোল তাবদা মীদগী হেন্দোক্নুনা হূই ফাওবা কোমদা চঙদুনা লোৎপা হৈনরবনি। শম্না মফৈ অমতনি শিবা চঙবা অনীগী মরক্তা খল্লিবা--- হোরেল খঙদে, হয়েং খঙদে। মতম অদুদা লৈবা মীগী পুকচেলনি চাহৌরগা লোইরে, থকহৌরগা লোইরে, শিরগা ইহে হায়দুনা তোক্কনি। লাল হকথেংনরবা জাপান্না বোম থাদবদগী হিংহৌবা মীগী পুন্সিগী মিৎয়েংনি। অদুবু সনামপালনা বোমনা পান্দুনা শিখিবা মপুরোইবগু হেক-হেক নিংশিংঙকই। মীওইবগী মপোকসি থোইনা অর্থ লৈতবগুম উরকই। ঙসি মহাক্না মঙ-হাদা থোকপগুম থেংনরিবা থৌদোকসি মাগী পুক্নিংদা তুংকোইনা তুংহৌগদবা মান্দে। নুপা অদুনা মঙোন্দা পৈশা পীবদা মহাক য়েংতমক য়েংই, লৌদে। নুপা অদুনা নমদুনা মখুত্তা পায়হল্লি। পুন্সিগী মমল শেলনা মত্তিক্নবা য়াই হায়বসি মহাক্কী খাখলদা য়াওদে। নুপা অদুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা মতুং ওম্থোক্নুনা চৎখিবা উবদা মহাক স্বর চানিং তানা হোনবা ফংজবগুম উই।

*ফাইরেল থা. ১৯৯৭ ইং*

# মীগী মরায়বক

সিয়ালদা ষ্টেসন্দা ট্রেন্দগী কূমথবসি নুমদাংগী পুং ৯ মুক তারমগদ্রা ঐনা খল্লি। খোংচত্তু চঙশিনব্রা নৎত্রগা হল্লকপ্রা হায়বদি ঐ নির্ংশংবা থোক্তে, য়াম্না কুইখ্রবা ৱাফমনি। ঐনা ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদবা, মরক মরক্তা মথি ফোংঙকপা মীগী পুন্সিদা থোকপা অওইবা ফম্বাক লিলা অমদি মিত্তা তরং তরং উদুনা লাক্রি।

ঈশৈ শকপা মীনা ঈশৈ হৌরকপদা 'আলাপ' হায়বা অমা শীজিন্নৈ। ঈশৈগী ময়েক শক্তিংঙৈদা খোঞ্জেলনা অনেম-অৱাং, খোম্লে-খোম্থোক থিরকই। রাগ শাগৎপনি। ৱাহৈশিংনা ফোঙদোক্লিবা ৱাখল-থম্মোয়গী ওইবা পোৎশক্তু পুক্লিংদা চূপশিন্নবা লাক্লবনি। ঐসু ৱারী হৌদ্রিঙৈদা, ৱারীদুগী থোকফম ওইরিবা মফম, মতম অমসুং নুমদাংদুগী অতম্নবা পোৎ খরদি হায়নিংই। যাত্রীকশিংগী ঙাইহাক্কী ওইবা পোৎথাফমনি রেলৱে ষ্টেসন হায়বসে। ঐসু যাত্রীক অমনি, মাগী মাগী বেডিং পোৎয়োমদা ঙাথদুনা পোখারিবা মীশিংগী মতৌ মওং য়েংলি। বাজারদা শক মান্নদবা, ফিজোল খেন্নবা মী থেংনবগুম্বনি— বঙ্গালী, পঞ্জাবী, মরৱারী, মুসলমান, মীরৈবাকমচা, চীংমী। ফিজেৎ-চাকচা হায়বসি মীগী সংস্কৃতি অমসুং লৈরুবা লমদুগী হৱা-নুংশিৎকী মখা পোনবা জাৎনি। মরৱারী অমসুং বঙ্গালীশিংনা ফৈজোম পুময়াৎ, পঞ্জাবীশিংনা পাইজমা ক্রুতানা ফিজোল ওই। লূনা-নান্না শেৎলবদি ফিজোল খুদিংমক ফজদবা লৈতে। ফনেক শেৎপা তীর্থ কোয়বা লাকপা মৈতৈনুপী উরুবদা পুক্লিংদা নুংশিবা অমা ফাওই। ঐগী ঐগী হায়বসিনা মরূরমলে।

কালেনগী য়ক লাউনা শারবা মতমনি। অহাঙবদা ফমলবসু হকচাংদা ফি থোংনিংদে। হকচাং পুম্বা হুমাংনা ঈরী চেল্লি। ট্রেন তোংদুনা লাকমিন্নবা মরুপ অমদা পোং-চৈ শিন্নরগা ঐ অচা-অথক থিবা থোরকখি। দুকান অইনবী থেংনৈ, মীনা কোয়শিন্দুনা পোৎ লৈদুনা চাবা উখি। চা, কোফী, চানা য়োনবা মীশিংগী খোঞ্জেলনা ষ্টেসন অদু ইরাঙ লাঙহল্লি। খরা নানবা হোটেল অমদা চঙদুনা ঐ ফমলুই। য়েংথোকলুবদা থোঙনাউদগী ঐনা উখি— চাবা-থকপা ফংদ্রবা মী কয়া, অরাম-খৌরাংবগী মমি চাউনা তারবা নুপী-অঙাং অহলগী তপথদ্রবা মায়থোংশিং। য়োৎকী বারশিংগী ৱাংমদা ইন্ন-নম্নদুনা লেপলি, মখূৎ ময়ামদু থিংজিল্লক্তুনা তল মচেৎ অমতং ফংনবা কন্না হোৎনরি। কনানসু করিসু পীজবা উদে, অদুবু নিংবা কায়বগী শকতমদি মখোয়দগী উবা ফংদে। মখোয়গী মতৌ উরগা ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা উখিবা হল ময়াম্না অমাংবা কোমদা মরেং-মরেং চত্তুনা নম্নবদু নিংশিংঙকই। ঐনা খনখি মীনা শিরগা যমদা লাক্লবা হায়বদু অসুম তৌরিগদ্রা।

ঐনা ঙসি লীগদৌরিবা ৱারীসি ইচম চমই। চম্লবসু লীফমদি থোকই, মীনা তাফমসু থোকই। মীওইবগী পুন্সিগা য়াম্না নকশিন্নবা ৱাফমনি। করিগুম্বা খরা চারুরগা হল্লক্তুনা ঐ ফমথবতা ঙায়রি, নুপী অমগী খোঞ্জেল অমা হৌনা থৱায় তানা নোকপা তাখি। ঐনা খোঞ্জেল তাবা মায়গৈ অদোমদা য়েংখি, মী অতৈসু য়েংলমগনি ঐগুম। ষ্টেসনগী পাকা চনবা লৈমায়দা মফি য়াওদবা অঙাংমচা অমা লোংনা হিপ্তুনা লৈবা উখি, পিক্লা মীওইশুবী নুপী অমগী মমাংমক্তদা।

ঐগী মিৎয়েং নুপী অমসুং লোংনা হিপলিবা অঙাং অদুদগী চোইথোকপা ঙমখিদে, ফক্লাংদা য়োৎপী থাবগুম লৈখি। নুপী অদু অঙাংদুগী মমা ওইবা তাই। হেক উবমক্তদা ঈথক-ইপোমদা হৌদুনা লৈবা সমুদ্রগী ঈমায়গুম নুপী অদু মশা য়াম্না খীংনা উই, অতনবা মরীক অমতা পক্তে। মহাকপু হেক উবদা, উরুবা মীগী মিৎয়েংদা ফন চোংথোক্তুনা তাবা মাগী মশক্তি পিশক পিকলবসু নুপী অমা ফিবম অমতা ৱাত্তে। মাগী কায়াৎশিং অপুনবা হকচাংগী শরুক অমমম্ ওইবদা মপা চাদবা য়াওদে। মহাক পিকনা ফজৈ, মঙাল তাই। ঈ মতৃমদগী মী ওইনবা য়োকলকপদা থানবা য়াদ্রবা থবাক্কী শরুক অদুতদি খরা মরাং কায়না উই, লম ঙাল্লি। ফজবা খঙদে, থীবা খঙদে, নুপীদা চিংশিন্নবা শক্তি চেল্লি মীনা হায়নবদো চুম্না খল্লকই। ফুট অনী মখায়দগী অহুম অদুৱাইমুক ৱাংগনি। মহাক মশম পুন্দে, জম জম থাদোকই, লেংজুম মখা খরা চোম্বনা শাংই। মাগী হকচাংগী মচু ফজৈ, লৈহাও লৈরেল মচুনি। স্কট ঙাংশং ঙাংবা অমা খুমিৎ থূম্না শেৎলি। ফুরিৎ অমুবা মচা অমা হকচাং নপ্না লিৎপদু মাগী কুচু-কুমেনগদি য়াম্নমক চূনৈ। মমানা মচা পম্বা হায়বদু থোকই। মহাক পিকচরবসু আফ্রিকাগী কোঙ্গো বেসিন্দা লৈবা পিগমি নুপীদি মান্দে। ঈশিং থন্না হাপ্পা মগ

অমা মখুৎনা পায়দুনা মহাক মচাগী মনাক্তা লাকখি। করি ভাবনো খঙদে, লোংনা হিপ্পুনা লৈরিবা অঙাং অদুগী মশাদা মখুৎ ওইনা ঈশিংদু কোৎ কোৎতুনা হন্না হন্না খিকচিল্লি। ঙাতেক-ঙানৌ য়োনবীশিংনা ঙাদা ঈশিং চাইবা অদু মঙায়। মচাগী মতৌ য়েংলগা মমাদুনা হরাওনা খেক-খেক নোকচৈ। অঙাংদুসু কপতে। লাইনা য়োকপা হায়বদুরা কৈনো। নুপীদু ৱাখলদি চোইরে। মতমগী ভাব মঙোন্দা লৈতে, অয়ুক নুংথিল নুমদাং মাগী মফমদদি অম্মাগী অম্মানি। মহাক্না তৌরিবদু মচা ঈরুজবিবগী মওং মাল্লি।

মমা সোনোচুবী অদুনা ঈশিং খিকচিনবদা অঙাংদু করিমতা কপ্লকখিদে। অহিং অদুদা পাকা চনবা লৈমায়দা লোংনা হিপ্পুনা অদুম লৈ। মাগী মশাদা ফি মচেৎ অমতসু পক্তে। মমা মচাগী কায়দাদুদা ঙক্লদুনা ঐ মখোয়গী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মমুৎ তানা য়েংখি। অঙাংদু মশক য়াম্না ফজে. নুপাসু নুপানি। কুচু-কুমেনদি মমা খোৎ খোৎনা হৈজিল্লি। চহি অহুমলোমগী বয়স মাল্লি। মশা মঔদি মমা মরীক অমতা লৌদে। মাগী মশাদো হেক য়েংবদা তিক-তিক লাউনা ফৈ। মমানি হায়দুনা লৈরিবা ফিবমদুগা করিবু পীজদুনা মশা নোয়-পেল্লিবা? ঐ ইঙক ঙকই। খুবোম খুরৈ মপামবোম তারকপা পুমবুম পুমবুমই। মীনা হেক য়েংবদা পমনিংবা, লক্লদুনা শান্ননিংবা অঙাং হায়বদু থোকই। ফিবম চুমই. চপ চানা চাউই। হয়েং মহাক্না শারেপ ফারগা অমুক্কা হেন্না ৱাং-চাউনা ফজগনি।

'চুরুপ' মচৈ অমা চমদুনা থক্লা থক্লা ঐনা মমা মচাগী কুম্মৈ অদু য়েংখি। খল্লকই— ওয়োকপা হায়বদুনি অঙাং অসিগী মরায়বকসে! করি ওইবগবা হয়েং মহাক্না চাউরগা? মীগী পুন্সি অসি অমম্বনি। অঙাং অসিগী পুন্সিদি অমুকসু হেন্না মমখ্রে। মমিত্তা মচাগী মশক উবা ফংদবা মী কয়া লৈরি। অদুগুম্বা মখোয়গী মফমদা অসিগুম্বা অঙাং অমতং ফংজরবদি কয়াদা হরাওরমগবা? সনা লুপাগী লৈতেংনা অঙাং অসি তেকথরমগনি। হৌজিকপু অঙাং অসিগী পরিচয় করি হায়না তাক্কদগে। অঙাং অসিগী য়ুমনাক শাগে খঙবা কনাসু লৈতে। মমা অমা লৈরি হায়বতনি, মীওই শুদে, ৱাখল চোইরে। মহাক্তি মফি অমা শেত্তুনা চৎলি হায়বতা মঙায়রে। অঙাংসিগী মপা লৈফম থোকই হায়বা ঐখোয় খঙই। অদুবু মীশক্তি খঙদ্রে। মহাক্কী মমঙ্দা ফাওবা মঙলমদবা য়াই মহাক্কী অশোনবা মিৎকুপ অমগী কর্ম্মনা তাঙলবা তাইবংমী অমা নুপামচা অসিগী শকতমদা ঙসি লৈরমগনি। অঙাংসিগীদি মপা মমা লৈরবসু লৈত্রবগা অম্মানি। অঙাংদু ঐদি য়াম্না পাম্মুই, মিত্তা উরকই মরক মরক্তা অসুক কুইখ্রবা মতম অসি।

*ইম্ফাল, তাং ২৮/১১/১৯৯৯ ইং*

# পুখ্রম্বম ইপু

ঐখোয়গী লৈকায়দা য়োৎচাবীগী মগুণ চেনবা নুপা অমা লৈরম্মী। মাগী মমিং পৃথিবী সিংহ কৌই। মহাক ঝাং-চাউই, পুন্নে কুচুনি। মহাক মশা নাল্লি, উরিক লুকুন তরু-তরু শি, চন্দন-চৱা থিনবা উই। মীনা মাবু ব্যাবহার তৌনা খুরা ইবুংঙো, মাম্মো হায়না কৌনৈ, ঐখোয় অঙাংশিংনদি মহাকপু 'পুখ্রম্বম ইপু' হায়না কোইদনা কৌই। মহাক অঙাংশিংবু লুনা তৌই। লৈকায়গী থবক-ইনখাং থোকপদা মহাক্না মকোক থোংনা শিল-লাংই। মহাক উবদা লৈকায়গী নুপীশিংনা মকোক খুম্নে, ইকাই হঙ্গোইনা তৌই। মহাক্না নুপীশিংবু হস্তনা শক য়েংদে। খুদোংচাদবা ইমুংগী ফিৱম লাকপদা নুপীশিংনা মাগী মফমদা চঙদুনা পাউমেন লৌনৈ, অয়াম্বা মতমদা মখোয়গী মতেং পাংদুনা লাকই । মহাক ৱা কয়া ঙাংগন্দে।

মাগী হিঙ্গোল লৈবাক্কী অচৌবা সোরোক্কা হেক তাইনৈ। লূনা নালনা মওং তানা মতম পূম্নমক্তা উই, অচৎ-অওক মীশিংনা য়েংনৈ। হিঙ্গোল অদু য়েংলগা মরম ওকপা মপু অমা লৈবগী মমি নিংথিনা তাই। মতম নাইবা হেঞ্জাং-নাপীদগী হেন্দোক্লুনা মাগী হিঙ্গোলদা হৌদবা হৈ-লৈ পাম্বী লৈতে। মাগী হিঙ্গোলগী মখা থংবদা লৈবা সোবোক্কা তাইনবা খোংবান মশাংদু ইংঙা ইংঙেলদা থম্বাল শাৎপা উই, মেরা হিয়াঙ্গৈদা থরো শাথলি, চৈনা খাজিন্দুনা মতেক অমদা ইকাইথবীনা তনৌ তনৌবা মতোল থিনদোক্লুনা হৌই। ৱাত্ত-পাদবা জগত্তা অতনবা মীগীদি অৱাৎপগী অরাৎপা ঙাক্তনি। খোক ৱানা খাবক লাক্লুনা নারেং হুক্তুনা থোঙ্গ্রামচা অমা শাদুনা থমলিবা অদু ফাওবা য়েংনিংবা পোকই।

মহাক বাগী লাইখন তাবা য়ুম মচা অমদা মথন্তা লৈ। তুন্নৌনা মনাম তানা কুপই। চহি খুদিংগী শজীবু চৈরাওবা মমাংদা ফক্লাং লাইমু হাইবা উই। মমাং শঙ্গোয় অমসু তরু তরু থমই। মাগী কোম্বোংজৈদি কাংমুক নাল্লি। কোম্বোং ময়াদা গুলামজাৎ পাম্বী অমা ঙামথদুনা হৌই। উরীরে পাম্বী অমসু উ পাম্বী অদুদা য়েত্তুনা হৌই। ঐখোয় নুপামচাশিংনা খাওন শানা কোম্বুবা উরীদা তোংদুনা শান্নে। কালেনদা ৱারী, মেরাদা লাইরিক তাবা ঐখোয় খরসু য়াওই, হৈরুক চাবা ফংই।

য়ুম মচা অদুগী মাঙ্গোলদা ফমমেলগী মনুং থংবা উখোকতেনদা নুপীগী ফোটো অমা থেৎপা উই। ইনফি অপাবা ইল্লি, লিক পরেং অমা অনীসু শি, লৈ নাচোম অমা মাগী ওয়গী নাপদা থেৎলি। য়াওশঙ, চৈরাওবা, কৃষ্ণজন্মনচিংবা হরাও-কুম্মৈ মতমদা ফোটোদু থেৎপা উই, অতৈ মতমদদি উখোঙ অদু ইহাঙ হাঙনা লৈ। ঐনা নোংমা পুম্রম্বম ইপুদা হংই।

'ইপু, উখোঙদা থেৎলিবা ফোটোসি কনাগীনো?'

অহলসি অঙাশিংগী মমিৎতদি হেন্না অহল ওইশিন্না উই। ইপুসি ঐনা মিৎ উইশিন্দুনা নিংশিংবদা অহল পংওই ওইরমখিরোই মতমদুদা, চহি য়াংখৈমুক্কী মীওইনি। মহাক্না নোকফেৎ তৌনা ঐঙোন্দা হায়রকই,

'কনা ওইগদবা মানবগে? নপুগা মতম অমদা লৈমিন্নরম্বা নবেনবোকনি।'

'মশক য়ান্না ফজে।' ঐনা মখা তাথে।

'ফজবরনে?' মহাক্না তপ্না শোল্লি। অশেংবা খঙদোকনিংবদগী মাগী মমায়দা মুন্না য়েংদুনা ঐনা হংই,

'শিখিবা কুইরবরা?'

থেৎলিবা ফোটো অদুদা মঙক হাইগত্তুনা য়েংলগা মহাক্না খুমলকই,

'কুইরে হায়বা তাই। অদুবু ঐঙোন্দদি ঙরাং নহালদা থোকখিবগুম ফাওরি।'

ঐসু মাগুম ফোটো অদুদা য়েংই। মোমোন মোমোন নোক্লদুনা ফোটো অদুনসু ঐখোয়দা মুন্না য়েংদুনা লৈ।

'ইপু, মরক মরক্তা পুথোক্তুনা থেৎপা উই, অসুম থেতুনা থম্বদি য়াদ্রা?'

'ইবুংঙো, মশক উরবদি হৌখিবা কয়া নিংশিংঙকই। উপু মনুংদা থমই। মপানদা থেত্তুনা থম্লবদি মোৎশিল-মনশিল্লক্কনি।'

সোরোক মপান্দা, ইপুগী য়ুম নাকলদা ঐখোয় নুপামচাশিংনা কাংজৈ, অচংবী, বোল-থোম্বী, কৈ-য়েন্নচিংবা কয়া শান্নে। ঐখোয়না লাঙবদা মহাক্না নোংমতা চৈবা তাদে। কালেনদা ঈশিং খৌরাংলগা ঐখোয়না চেনশিন্দুনা ইপুগী য়ুমদগী ঈশিং থকই। মহাক্না ঐখোয়গী ঈশিং থক্লবা পুন কংনানবী অমা ফৈজাদা খিন্দুনা ৱাখোংদা থমই। কম্বীনা মখুম চেৎনা

খুমই। চফু মচা অমসু উপতুনা কম্বী মথক্তা থমই। কালেনদা থকপদা অদুক ঈংবা, অদুক হাওবা লৈতে। মরক অমা ঐ লাইহৌ তৌদুনা নারুই। লাইহৌ হেক থারকপদা, ইপুহোইগী ব্বাখোঙদা খিনবা পুনগী ঈশিং অদুদা মিত্তা উদুনা লৈ।

ঐনা নুপামচা ওইরিঙৈদা ইপুগা খঙনখিবনি। হৌজিক ঐগী কোক্তা পোক খরা খরা কাপলে, অদুবু মরক মরক্তা মাবু নিংশিংবদি লেপত্রি। করিগুম্বা থাবল ফবা নুমদাংদা মহাক্লা বাঁশী খোংলকপদি তাবদা য়াম্না নুংশি। বাঁশী মখোল তারগা ঐনা মিত্তা উরকই মাগী কাংথোল নোংঙাদা থম্বা শিং নানবা ব্বাগী অশাংবা বাঁশীদে। ঐখোয় য়ুমগা ইপুহোইগীগা য়ুমলোল মরিতনি লাপ্নরিবা। ঐনা চেনদুনা ইপুগী মনাক্তা চৎপদা মহাক মথস্তা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা বাঁশী খোংদুনা লৈরমই। মতমদুদা ঐনা করি খনখিবা নিংশিংবা ঙমদ্রে, ঙসিদি মাগী বাঁশী মরোন্দুদা নিংশিংবগী চৈনা অমা য়াওব্রা খল্লকই। মাগী বাঁশীগী সুরদো হৌজিক্তা অর্থ থোকলকই। মহাক্লা ঐঙোন্দা নোংমসু হায়খি, 'ইবোমচা নংসু বাঁশী খোংবা হৈনিংব্রা?'

ঙসি ইপুগী মরমদা অসুম খন্থরুবদা ঐনা হায়নিংই মহাক মপোক্কী ওইনা পোৎ-চৈ শাবদা রাশি হাপ্না ঙম্বা মীনি। নুপা অমা ওইবগী য়ুমশা-কৈশা হৈবতা নত্তে. ইমুং অমগী চঙদবা য়াদবা য়াংকোক, ফৌরা, তরেং, লশিংকাপোন, ঙা ফানবা হঙ্গেল, লোং, তুংগোল, হূইত্রিনচিংবা কয়া কৈথেলদগী লৈববুদি মাঙোন্দা শীংদুনা শাহনবনা কনবা অমসুং ফজবা হেল্লি হায়নৈ। মহাক্লা নিংথম থাদা খুরুম শাবা ঐখোয় নুপামচাশিংনা কোয়শিন্দুনা য়েংই। পাইজ থেঙ্গুকা অমতা য়াওদে, সুপ্নগী হাংমৈ অমনা লোইরে। খুরুম লৌবীশিংগা ব্বারী শানা শানা মহাক্লা হাংমৈ পায়দুনা চোপ-চোপ য়ানবদি, খুরুম অমা হৌবদগী লোইশিনবা ফাওবা য়ানবদা অশোয়বা উদে। নুপীশিং অদুনা মী অতৈনা শাবা খুরুমদগী মহাক্লা শাবনা রাশি অমা লৈ থাগৎলি। চন্দনমক্তা থিনবদসু হেক য়েংনিংবা হায়বা অমা লৈ। মসি মীগী পীথোরকপা মগুণনি। কারাতী হোরায় অচৌবা ঐখোয় নুপামচাশিংনা শিন্ন-শিন্ন নাম্মা পায়, ইপুনা নাম্মা পায়, খোক অশাংবা উদু মতুপ মতুপ ককই, মহাক্কী মতেং পাংই। ঐখোয়গী খুরুম লেম্না শাবী, অথুম-অহাও লৈদুনা পীজে।

পোইনু থানি। অঙানববু অমম্বনা খরা খরা কুপশিনবা হৌরকই। উন পুবা নুংশিৎনা ঙন্না তারক্কুনা মী-পোং পূম্নমক মপাল থোকপা তন্নবা মতমনি। ঐখোয় নুপামচা খরা পুখ্রম্বম ইপুগী শুমাং মতোন্দা নাপী মথক্তা কোয়শিনদুনা চরূ থাদুনা মৈ তিকলি। হাননা শেম-শাদুনা থমলম্লবা উতোং অহুম ইমুংদগী পুথোরক্কুনা ইপুনা ঐখোয়গীদমক উতোং চাক হৌবিরি। মহাক্লা ঐখোয়দা হংই,

'অঙাংশা, নখোয় চাহৌগী উতোংচাক চারব্রা?'

'উতোংচাক্তি চারে, চাহৌগীদি চাদ্রি। য়াম্না হাওব্রা?' ঐনা খুমই।

'ঙসিদগীদি নখোয় চাহৌ উতোংচাক্কী মহাও খঙবা তারে। চুহী, শীংঙুৎ কম্বোং হাপ্তুনা তোৎলবদি খুবী চিকলিবনি।'

ঐখোয় ইরক্তগী অমনা হৌদোরকই, 'ইপু ৰারী অমতা লীবিয়ু। উতোংচাক মূনবা ঙাইবা ওইনা।' ময়াম পূন্নমক য়ৌ-য়ৌ তৌরকই। চৱূ মৈ অমনা য়াঙশিল্লকই। মৈগী মঙালদা ঐখোয়না ইপুগী মশক উই— মাগী মিৎয়েংদু লাপথ্রবা মতমদা থম্বগুম তৌই। মহাক্তি ৰা ঙাংবদা হাথু-হাথুবা মীতা নত্তে। মহাক্না হৌরকই, "তারো তারো, লীরগে। মমা সীজ লৈশারিঙৈগী ৰানি। মপা মমা লৈজদবা নখোয়গুম্বা নুপামচা অমগী ৰারীনি। য়াওশঙগী নীনি চনবা পিচকারী নুমিৎকী নুমিৎ ময়ুম চঙথ্রবা মতমনি। লৈবাক্কী নুংঙাইরবা মতমনি। মহাক্না পরপ পরপ চেল্লক্তুনা মখোয়গী কোম্বোং লানশিল্লকপদা মতম অদুমক্তদা মাগী মমা শিদুনা ইমুংদগী পুথোরকই। খাংঙেনফমদা পুথোক্তুনা থমলিবা মমাবু কৌদুনা কপ্পা উবদা মফম অদুদা তিল্লিবা মী পূন্নমক পি তাদবা য়াওখিদে। 'ইমা ঐ কনাগা লৈহৌগদগে?' হায়বা মাগী ৰা তাবদা মংগুম্বা লাকলিবা নুপীমখৈ মখোল থোক্না কপ্পখি। তুরেল খোংবান্দা সন্দুক্তগী মৈ চাকখৎলকই। পূর্ণিমা মতুং নীনি কোনবগী থাজনা নোংপোক থংবা অতিয়াদা তরং তরং থোকলি। মনাক অদৰাইদা লৈবা উ-ৰা পূন্নমক নীক-নীক লাউনা উই, থাবলগী ঈংনা লংলবা মঙালদা উরিবা পূন্নমক পূক্লিং হূনা ফজে। নিংথিনা মৈ ৰায়খৎলকপা সন্দুক অদুদা মমিৎ কুপতনা য়েলদুনা নুপামচা অদু লেপলি. হিক্লা হিক্লা কপলি। অরাপ্পা অনকপা মফম খরদা থাবল চোংবগী ধোল্লক্কী মখোলগা লোয়ননা পাখং -লৈশাবীশিংনা থাবল-ঈশৈ খুম্বগী খোঞ্জেল নুংশিনা তারি।'

'শ্রাদ্ধ কর্ম্ম ফাওবতনি লৈকায়গী মৈরিংবগী থবক্তি। চহি ৰাংমা লান্না লৈকায় পাওথাং চত্তুনা মৈরিংবগী থবক চখ্খি। লৈকায়গী নুপীশিংনা নুপামচা অদুগী চান-থকনবা পালি নাইনা য়েংশিনবীখি। মহাক্নসু তৌবীমলদু খক কাউখিদে। মহাক্না লৈরিবা য়ুমদা চহি অমগী মনুংদা থা অহুম-মরিতমক থোঙ হাংবা উই। পাখং মচা ফারবা ফাওবা খুঙ্গংদা শাইদাংদুনা মপুক থন্নবা হোৎনখি। মাবু নুংশিদবা খুলগী মী য়াওদে। শূবা-নোম্বদা ঐগী মীগী থিদবা মাগী মওং-মতৌ উবদা খুলগী লৌয়াম-চাবা অমনা মাগী মরন্নাইগী ওইনা লৌ শঙম অমা পাঞ্জহল্লি। পোইনু লৌরোক পাম্বাদা ফৌ শলগাড়ী অহুম কাদুনা মাগী মকোত্তা হৈবা ঙমজে। চাবদগী পাথোক্তনা চহি খুদিংগী মহাক ফৌ য়াম্না তাইবা ঙম্মী। চহি খুদিংগী মাবু পোকপা অহল অনীগী দিন তাবা নুমিত্তা উৎসব নিংথিনা কৎলি।'

ঐনা ইপুদা হংই, 'মহাক্না চহি কয়া শুরকপদা মাগী মপা শিখিবগে?'

'মাহাক্তি মপাগী মশক খঙহৌদে, মাবু পোকপী মমানা হায়বদা মপা লৈতবা মতমদা

মহাক চহি অনী মপুং ফাদ্রি।' ইপুনা খুম্মী।

ঐনা ইপুদা হায়জে, 'মহাক্না পাখং ফারকপগী পুন্সিগী ৱারীসু লীবিয়ু।' ময়ামসু ঐগী ইতেং পাংশিল্লকই।

'য়াওশং মৈ থাগদবা মঙানিদা ঙায়রবা নুমিৎনি। ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈদা, হরিবোল লাউবা, নোং লাউবা, ৱা লেনবা, মুকনা শান্নবনচিংবা চৎনবী কয়ানা পুক্নিং-থম্মোয়গী হরাও-তয়াম্বা ফোঙদোক্তুনা য়াওশঙগী অচৌবা কুম্মৈবু মপুং ফাহল্লমই। নুমিৎ অদুগী য়াচঙবা হেক মতুংদা লৈকায় অনীগী নহারোলশিং হরিবোল লাউর-লাউরদুনা লাকনখি। খরা চিনদোল লৈতোল ফবা অমনা ঈশৈ হল্লগা ময়াম্না হৌনা হৌনা খুম্মী—

হরি হরি বোলা,  
হে হরি!  
মনিং লৈকায় মচা,  
মুকনা শান্নসিকো।  
শ্যা-মর,  
উরীরৈ।  
গন্ধ-রাজ,  
চিগোংলৈ।  
নিংগোংনা,  
দম দম!  
লোংখ্রৌনা,  
শেৎ-শে!  
কমলাক কোৎপী,  
লুখম কায়!

কাংবু অনী থোকনা খায়দোক্তুনা, ময়ায়দা মুক্না শান্নফম অহাঙবা লম খরা থল্লগা, নহারোলশিং মায়য়োক্নদুনা লম্পাকতা ফম্নখি। কাংবু অনীগী লুচিংবা অমমম চোংথোক্তুনা মুকনা শান্নবগী লাম্বা খন্দোক খঞ্জিন হৌখি। মীচং-শঙ্গল হায়বসি হেক্তা নাইরকই। মীমাংদা চোংথোক্তুনা কোন্নরিবা অনীদুতা নত্তে, কুম্মৈ য়েংলিবা ঐখোয়সু পুক্নিংদি লৈতাফম খঙদে। লম্বা চায় লাউনরকই, নপুসু ময়ামগী য়াকাদু য়ানিংখি। অদুবু ঐখোয়রোমগী শান্নরোয়দু তুখি, মহাক খুদোং মচেৎ ওকপা হৈরমদে। মথং লাম্বা অমুক শিন্দুনা ফি পায়নখি।

ঐখোয়গী শান্নরোয়গী মশা ফবা উবদা নপুগী পুক্নিং খরা লুমই। মখোয়গীদু মশা নাপই, লোংথ্রৌ পাম্বা মীনি। হেক হৌবদগী মহাক্না ঐখোয়গী শান্নরোয়দু মাঙোন্দা চিংশিন্দুনা লোংথ্রৌ য়েৎনবা লাক্লখি, ঐখোয়রোমগীনা পীরায় ঙাকখি। মহাক্না নমদুনা লোংথ্রৌ চনখি অমসুং মুক্না থাখি। অনীরক মায়থীরবা মতমসিদা, তুমিন্না মীরক্তা ফমলিবা মহাকপু খনখি, মফি শেন্নবা হায়খি।'

ঐখোয় অঙাংশিংনা য়ৌ-য়ৌ তৌদুনা ইপুদা হংই, 'ইপু কনানা মুক্না থাবগে? মহাক্না থাব্রা?'

'মহাক্না থাইদনা।'

'করি লৌনা, ইপু?'

'থোইনা লৌ-কা নত্তেদা। মহাক্না খুনগংদা শিল্লংদুনা লৈরিঙেদা, খুম্থক-খুনখা মুক্না-শান্নবা উখি লাই হরাওবদা। মদু মাগী মমিত্তা শংশং উরকখি। মাগী লাম্বাদু মঙোন্দগী মপাঙ্গল কনবা হেল্লি হায়বসু মহাক খঙই। মহাক অচেংবা ঙাইদুনা লৈখি। নুপা অদুনা নিংগোং শান্নরকখি। খুৎপায় খরা কোমথোরকপদা মহাক্না নুপা অদুদা থুনা খোংচেপ হাইদুনা খুকউ লৈপাক শোকখি। ঐখোয় হরাওখি!'

'ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙেদা যাওশঙগী নুংঙাইরবা মশক অমনা থাবল চোংবনি। পাখং লৈশাবীতা নত্তে, লৈকায়গী নহা-অহল মৌশিংসু থাবল চোংদুনা পৈশা নিরগা চাকচা-হৈজানৈ। অহৈবা অমনা ধোলক য়ৈ। ঈশৈ হল্লি, ইশৈ শকই —

হরি হরি বোলা,
হে হরি!
পম্বৌগী শুমাং মথৌপুং,
বৃনাদেবী য়ায়দা চল,
খুঞ্জাওনবা চোংলসি।
লৈচাওনবা চোংলসি।।
লৈতে-নুংদে হায়গনু,
তরেৎ শেঞ্জা পুথোউ।
হো হো-রিহো চোংলসি!"

ঐখোয় নুপামচাশিং চাক চানৈ। ইপুনা থোংবী, মদুসু মাগী মাঙ্গোলদা। চাক চাবা লোইরগা ইপুগা লোয়ননা ঐখোয় ব্বারী-ব্বাতায় শাদুনা মাগী মাঙ্গোলদা ফমই।

উখোঙদা থেৎলিবা ফোটো য়েংলগা ঐনা ইপুদা হংই, 'ইপু, ইবেনগী মশক্তি ফোটোদা উরে। ইবেনগী মমিং করি কৌবগে?'

'ইশূশিংনা খঙনিংলবদি খুমদবা য়াব্রদো। নবেনগী মমিংদি থম্বাল্লে কৌই।'

'করি লৈকায়দগীনো?'

'লাপথ্রেদা। বাংখৈ থম্বালখোংদগীনি।'

'ইপু, অদুদি নংগা করম খঙনরকপা?'

ইপুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই, 'ফম্বা চল্লগা হিপ্পা চল্লি হায়বদু থোকইদা। নবেনগী মশকসি ইশুনা হায়গুম্মদনা ফজবা মাল্লে। থম্বালখোংদা সনাগী থম্বাল অমা শাৎলে হায়নরকই। নবেনগা অহানবা উনবসি থম্বালখোং মপালদনি। তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা মাংদা পাক্লা শন্দোকখ্রিবা অপাম্বী লৌকোল, থম্বালখোং সনা অহিংবা মচুগুম পুক্লিং হূনা ফজে। নোংমগী থবক থারদুনা, ঐখোয়না য়ুম শারিবা ইমুংদগী থোরক্তুনা খোঙ্-খুৎ হামলমই। নুপী মখোয় মণ্ডা-তরুক পরেং শানা লাকখি।'

'ইপু, মখোয় লৌ কারকপরা?' অমনা হংই।

'লৌ কারকপা নত্তে, লোং খোল্লুবদগী হল্লকপনি। মখোয়গী মরক্তা নবেনসু য়াওরকখি। মতা চারুদুনা নবেনগা ঐগী কোক মায়য়োক্নরুই, মিৎ চানরুই।' অকোনবগী ৱাহৈ খরসি হায়রগা মখোল থোক্লা ইপুদু থীক-থীক নোকই।

'ইপু, মথংদি কদায়দা অমুক উখি?' ঐখোয় ইরক্তগী অমনা তহা-তহা হংই।

'নখোয়গীসিদি মণ্ডদা শামুনা তান্দনবা হায়বদু তারে।' অসুম্না ৱারী মখা চৎথরকই। 'নবেনহোইগী লৈকায়দা নিংঙোলগা মৌগা শীংনদুনা কাং শান্নখি। ঐনা নোংমা-নীনি ৱাৎলিঙৈদগী হায়জদুনা সনখ্বা মচা ফৈজাওগা ইবানিসু কাং য়েংবা চৎলি। কাংশঙ্ ওইরিবা মমাং শংগোয়দু ঐখোয়না শাবনি। শজীবু চৈরাওবা মতুংনি। কাং শান্নবা হৌরমলে। য়েংবা লাকপা মীসু মথেন ফারমলে। শুমাং হেক য়ৌবদা মায়গৈ অমা পূমঙাল ঙাল্লি। কাং শান্নরিবী, কাং য়েংলিবী নুপীশিংদু মচুম তানা কে। শেৎলি-ইল্লিবা ফিগী মচুনা ঈথক হৌই। অসুম য়েংশিল্লুবদা উরীরৈ, মাধবী, চীংথ্রাও অমদি কুরাও মপালনা মৌ লৈশাবীশিংগী শমজিদা, শাইনোলনা খুমদুনা নাপদা থেৎপা উই। নবেন্না কাং পাল্লি, লাউনরকই- থম্বাল্লেনা চেকফৈ নাম্মা ফুকৎলবনিনা, হৌজিক লৈশাবী কাংখুলনা লমধা অমুক ইনবা তারে।'

'কাং লোইরে। পাঞ্জল মরি অহুমদা লৈশাবীশিংনা থোইরে। সনখ্বামচা ইবানীসু থম্বাল্লেগী মতুং ইন্দুনা থোরকখি। ঐখোয়দি করি' মতবু তৌরুদে। সুপ্নগী নবেন্না রুমালদগী খ্বা লৌথোক্তুনা ইবানীদা পীজে, অদুগা হায়,

'তাদখোয় লেঙবিরকউদনা। তরানি পানবদগী হৌদুনা নুমিৎ নীনি কুলিজাউগী

খোংজোম পর্ব্ব তাগনি। লৈকায়গী লৈশাবীশিংনা শীনবনি।'

সনখ্বামচানা খুদক্তা খুমই, 'ঐখোয়সু ইবেম্মগী মায় ওইনবা হয়েংমক শেল খরা পাংবা লাকচগে। করি হায়বগে?'

'লৈকায়দুগী পাখং ওইরমাল্লে, মখোয়গী অকল-অরিং শীংবা মতৌ উবদা নবেনদু পরপ পরপ চৎখি। ইথৌ থৌশাদনা ইবানীগী নাক্তা চঙশিল্লক্তুনা, মখোয়গী মরক্তগী অমনা মখ্বাং মেৎলদুনা হায়রকখি, 'লৈকায়গী মবুং-মৌপ্বাশিংগী মমাংমক্তদা ব্বারী শাবদি থৌওই-উশিত্তবা মাল্লি। ঙসিদি ঙসি ওইরে, মতুংদা অমুক উরবদি জুগোৎ চারোই খঙজৌ!'

ঐনা ইপুদা হংই, 'নখোয়না করি হায়না খুম্বগে?' ঐখোয় পূন্নমক ইপুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ, পাউখুম তানিংবনা।

ইপুনা মখা অসুন্না তারকই, 'নুপা ঙাক্তনি লৈরিবসি। খোলসিদি ওন্থোক্লা ব্বাউব্রেদা। ব্বাঙাংনা লম চেন্থবনি।' সনখ্বামচা ফৈজাউনা খুমই।

মখোয়গী মরক্তগী অমনা অমুক হায়রকখি, 'ঐখোয়গীদি থমখো, নবানীবু করি লব্বায়দগীনো? ব্বারক-থৌওইবীদ্রবা ইমুংগী মচা-মশুরা নখোয়বু?'

'হাই, কফুৎ-কনাই মচাশা! ফৈজাউন্নাবু ব্বারকপিনবা মীদি নখোয় শ্বাইদদি লায়রদুনা, মণিপুরদা মরূ হুন্দ্রি খঙব্রা।'—হায়রম্লগা খুৎলৈ থুনা পাইশিন্দুনা শম্বল শৎখি। ব্বাচেৎ তংখায় লম অমমুক শাংবা অনী থেক্নুনা পায়রগা, সনখ্বামচানা থাংগী বাক হৌরকখি। মহাক্লা লাল্লাও অমুক্তং হৌনা লাউরপকপদা, মখোয়তা নত্তে, ঐসু খংপ্রেক খংখি। মখোয়না ঙকচানদুনা লেপলিঙৈ তাঞ্জাদুদা, মহাকনা কোয়তান তান্নদুনা শা-শলগুম মখোয়বু ফুখি, লৈরক-খুল্লক ফাওদুনা চেনখি।'

ঐখোয়, ইপুগী ব্বা তাবদা হরাওই। 'ঐসু নুমিৎতুদতা খঙই সনখ্বামচাসি থাং হৈবা মীনি। ব্বারী লীবা ওজাশিংনা নোংশা লাল্লাও হায়বদো নুমিৎতুদগী অর্থ চপ চানা খঙখি।' মহাক্লা ঐখোয়দা হায় 'মীদগী ব্বা নত্তে, অতোনবা জীব ফাওবা সঙ্গু নাই, শঙ্গল চঙনৈ।' মখা তাবা নুংঙাইবা পাউ তানিংদুনা ঐখোয় মরক্তগী অমনা ইপুদা তনহং হংলকই,

'ইপু খোংজোম পর্ব্ব তাবা চৎখিব্রা? মহোয় অদ্বাই পাখংশিংগা থেংনখিব্রা?'

ইপুনা ব্বারী মখা চৎথরকই, 'নুমিত্তু ঐখোয় কুম্মৈ মফম য়ৌবদা থেঙব্রে, খোংজোম পর্ব্ব লোইদৌরমলে। মী খরনা ওজা কোম্বীরৈ শকপিয়ু লাউনরকখি। ইশুশা! ওজা চাউবা কুচু খরা লৈশিল্লি, অদুনা মহাকপু 'কুলিজাউ' হায়না লৈবাক্লা খঙনখি। মহৈনা মীবু চিংখৎলি— মশক ফজথোকহল্লি, মগুণ লৈহল্লি। ধোল্লক্কী খুৎখৎনা ভাবোকপু তালগী ইপোমদা তাওহল্লি। মাগী কল্পনাদগী পুথোকপা কোম্বীরৈ শৈথানা পাখংলৈশাবী অতাব-শিংবু হুমদুনা পুই। খোংজোম পর্ব্ব লোইদুনা মীয়াম মরাঙ-মরাঙ হাইদোকনরকপা তাল্লক্তুদা,

লুমদুনা হান্নবা লৈরম্বা মখোয় মরি-মঙানা খঙহৌদনা পাইশিল্লক্তুনা ইবানীবু শাথীনা ফুখি। থৌদোক্তুদগী ইকাইদুনা সনখ্বামচাবু ঐনা অমুক হৌখিদ্রে। থা মখায় অমগী মনুংদা ঐনা নবেনবোকপু চেল্লকখি।'

ঐখোয় মরক্তগী কনানো অমনা হংখি, 'ইপু, নং ইবেনবোক শিখিবদা য়াম্না নুঙাইহৌদবরা? নং মাবু য়াম্না নুংশিব্রা?'

ৱাহংদু তাবদা নোকনিংঙুরমাল্লে, ইপুনা ইশি-শিনা নোকলদুনা খুমখি, 'ইশুগী ৱাতাসিদি! নুংশিদনা, কাউগে খক ঙমদে। কুইনা লৈমিন্নবা লৈমিন্নদবগী ৱা লৈতে। নোংজু-নুংশা মরক্তা শূমিন-নোমমিন্নবা, অৱা-অনা খাঙমিন্নবনা মীগী থম্মোয়বু নকশিন্নহল্লি। নবেনগা ঐগা লৌ শূমিন্নে, শীং চনমিন্নে, অহিং তূমদনা ঙা ফামিন্নে। য়ুম অসিসু ইবানী চঙদুনা শাখিবনি। মনা হোংবতনি, উখোঙ শিনবতনি, হান্নগী য়ুমদুমক লেঙদনা থল্লিবনি। নবেনগী হুমাংমল য়াওরিবনি। নবেনদি নুপাগী মচৎ য়াম্না য়াওই।'

'ইবেনদা নুপাগী মচৎ য়াওই হায়বা করিগীনো?' ঐনা মাঙোন্দা হংই।

'ইশুশা! য়ুম্বানবদি নুপা নুপী খায়বা য়াদবা মতম লাকই। তৌবগীসু য়ুমসিদা ইবানীদনিদো লৈরিবা। নুপীগী মখুৎ ঙাক্তা ঙাইদুনা লৈরবদি, য়ুম্বালদু মওং তাদে। কাউদ্রি নোংমা নিংথম থাদা নবেনগা ঐগা শীংচনবা চৎমিন্নে। হীদাক ঙাম্বক অমা থকপদা মৈ চাকপা হৌগৎলকপা মতমদু মঙায়, ঐনা তুংদা ইল্লকলিবী মাঙোন্দা ৱারী শার-শারদুনা চৌং কাবা লাক্করি। ঐনা তুংহন্না য়েংথোকলুবদদি নবেন্দি উদ্রে। ঐ শ্বায় লাউই, ৱা মচেৎ অমতা ঐঙোন্দা হায়রম্বসু লৈতে। ঐনা মাগী মমিং পন্দুনা হৌনা হৌনা কৌই। মহাক্না অৱাংবা চীংচেপ্তুগী কৌরকপা তারকই, 'অসোমদা লাকও! শীং য়াম্না লৈরে।' উ য়ানবগী মখোলসু মায়গৈ অদোমদগী তারকই। মী চিকপা চীংগী লমদমদা নবেন্না নুমিত্তুদা ঐবু কৌখিবা খোঞ্জেলদু ঙসিসু মরক মরক্তা নিংশিংলি, লম-তুদু মিত্তা তরু তরু উরি।'

'ইবেনবু মতমদুদা চহি কয়াকা শুরমগদগে? ইপুগী মতেং পাংবা ঙস্রা?' ঐনা মঙোন্দা অরোইবদা হংই।

'মাগী চহিসি মতমদুদা কুনমরি কুনমঙা শুরমগনি, ঐনা কুম্থা।' ইপুনা খুমই, অদুগা মখা তারকই, 'নবেনগী নোকনিংলবা ৱারী অমসু লৈ। পোইনু থাদা নোংমা ইবানী শল গাড়ী পুদুনা ফৌ চিংবা চৎলি। নবেনদি ঐগী চৈশুনি। ময়াং লাংজিংদনি। লাইঙম খুল য়ৌরকপদা ঐনা নবেন্দা হায়,

'থম্বাল্লে! নং গাড়ী ঙাইহাক থৌরমগেরা? ঐ খোঙ হামনিংলে।'

'থৌরমগে কৈদৌগে। থুনদি লাকউ।'

'ওইরোমদা হাইজিল্লবদি, য়েৎনা পায়রিবা খুর্জী খরা চিংলগা তিতি-তিতি হায়য়ু;

য়েৎলোমদা হাইথরগনা, ওয়না পায়রিবা খুর্জী খরা চিংলগা অর-অর হায়গদবনি। শাজৈ থাদুনা ঐনা গাড়ী থৌদুনা মাঙোন্দা য়েংহল্লি। চরোৎ হাবুং মরুমদগী ঐনা লাপতক্কা উই— খরা চৎলবা মতুংদা খুলগী লৈরক অমদা গাড়ীদু হাইজিল্লি। থম্বাল্লেনা ফমলম্বদগী হৌগত্তুনা শল অনীদু ফুগৎলকই। অরসু হায়, তিতিসু হায়। শল অনীদু কঙাওনৈ, মহাকসু চমমনৈ। ঐবু তুংহন্না য়েংদুনা কৌরকই— হো য়াদ্রে, নংগী শলসে ঙাওরে।'

নোংমা অয়ুক অমা ঐনা মিৎকপ থোরকপদা ইমাগা বাজীগা ৱারী শানবা তাই। ইমানা বাজীদা হায়, 'পুখ্রম্বম খুরাদো অফবা মীনি, পাম্মুই মহাক শিখিবসি।' বাজীনা ইমাদা ইপুগী মরমদা থাগত্তুনা হায়, 'মামদি চীংনা কোয়বসিদা মাগুম্বা মী লৈতে।' ইমানা মখা তারকই, 'ওম্থোকপা মতৌনি, মচা ধারা অমতসু থনমদে। নোংমতসু খোঙ্গুল তারদবা শাগৈ-নাতৈনা শায়েল-ঙায়েলনদুনা তোক্লনি।' বাজীনা ইমাদা হায়, 'ফাইরেনসু পানখৎলকলে। পাপ চেন্দবা মীনি। মীশিনা ফজরিবা, অরোইবা মমিং উইশিল্লমদাই ফাওবা মাগী মায়থোংদা অৱাবা মরীক অমতা উবা ফংদে।'

ঐনা ইতাউ তাউনা মখোয়না ঙাংনবদু তাই। স্কুল কুমলক্লগা মহৌশাগুম মাগী য়ুম নাকলদা সরোক মপান্দা ঐখোয় নুপামচাশিংনা চেন-চোংদুনা শান্নে। পুখ্রম্বম ইপু শিবগী ৱাসি ঐখোয় ইরক্তা কনা অমতনা হায়নদে। ঐসু অয়ুক্তা ইমাহোয়না ঙাংনবদু তশেংনা কাউথোকলুরে। ঙাইহাক শান্নরবা মতুংদা, ঈশিং থক্কে চঙলুবদা, মাঙ্গোলদা লাইরিক তারম্বা ঐখোয়না উখি। ৱাখোংদা খিনবা চফু অদু ফৈদগী ওম্থদুনা লৈপাক্তা চেপ্তুনা লৈরম্মী। ইপুগী মশক উদে, লৈকায়গী অহল মঙা-তরা তুমিন্না ফমদুনা লাইরিক তাবদু উই। মতমসিদতা অয়ুক্তা ইমা-বাজীনা ঙাংনখিবা ৱাদু খংনিং নিংশিংঙকই।

ঐ অহানবদা থাজবা ঙমদে ইপু শিরে হায়বসি। মীনা হায়বা থাজদে, হৌজিক মিৎমক্তা উরবসু থাজদ্রি। ৱাখলসি লম্ফেঅমদা চত্তুনা ফন কুইনা লৈরুই। মমৈদা অওইবগী অকনবা ঈফুৎ ঐগী থম্মোয়দা ফুঙ্ ফাওরকই। ঐগী মিৎয়েংদা ইপুগী মশক শংশং উরকই। ঐ থিংবা ঙমদনা কপখি।

ইপুগী অশেংবা মমিং ঐ তপনা খঙখি, মাগী সোরাৎকী বার্তোন চেদা থেংনখি। মপা মশক খঙহৌদবা, মমা নৌনা কায়নখিবা অঙাংদু কোন্না ইপুনি হায়বা খঙ্ঙকখি। মীওইনা পোক্লবদি শিদবদি য়াদে, অদুবু মহাক শিখিবসি পাম্মুনা থম্বা পোৎ অমা মাঙখিবগুম ঐগী থম্মোয়দা ফাওখি।

*ইম্ফাল, থৱান ১৯৯৭*

# ডাক্তর

মীনা মপান্দগী কৌবা অমসুং থোঙ থিল্লবা ডাক্তর হরিচরণনা মঙ্-ওই হা-ওই তায়। মহাক তৃমথবতা মঙায়রি। হয়েং নোংমাইজিং নুমিৎনি ইম্ফাল অমুক্তা কাহৌরুগে, মী অমতা লৈত্রবসু মহাক্লা খোঞ্জেল থোক্লা হায়। ব্বাওরি-ব্বাওরি তৃমথরম্বদা মমিত্তা উরকই— অচৌবা পাৎ, চীংশাং পরেং, লবুক-লম্মাং ফাওদুনা থেক্লা খোয়না চেল্লিবা লৌখোং, তোংঙান-তোংঙানবা খুঙ্গংগী মশক-মতৌ, অতৎ-অখম লৈতনা নাকোংদা ঙংলিবা ছিটি বসকী মখোল, ...। ময়েক শেংনা মপান্দগী থোঙ থিলদুনা অমুক-অনীরক কৌরকপা মহাক্লা ভারকই,

'ডাক্তর বাবু! হো ডাক্তর বাবু! থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ু।'

ইহৈ-হৈনিংদনা, হক্কাম লাউনা চল্লদুনা থোঙ হাংদোক্লুনা হরিচরণ মপান্দা থোরকই। মহাক্লা উই— নুপী অনীগা নুপা অমগা কাটরগী বারন্দাদা লেপ্পুনা লৈরম্বা। মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রে, অহিংদু ফনা থেঙলে। ইলেক্ট্রিক থাউমৈনা মফমদু পূমঙাল ঙাল্লি। মহাক্লা উই য়াম্না নৌরিবী নুপী অমা মশা য়াম্না ঙমদনা মীয়ায় চল্লবী নুপী অমনা শৌদুনা কোন্দুনা লেপ্পুনা লৈরম্বা। মাগী নাহেখোল তাবদা, থিম্ন্দনা ডাক্তরনা হংই,

'করি তৌরে? ইবেম্মা, নংবু নশা য়াম্না ঙমদ্রবরা?'

'ইমা, ঐ য়াম্না ব্বারে!' শোর চনিং ইতা তাদনা, নহা অদুনা নুপী অহল অদুদা ফল্লপ য়েংদুনা হায়রকই।

'ইবুংঙো, নচলসি অমুক্তা য়েংবিয়ু। উপাই লৈত্রদুনা অহিংসিদা ইবুংঙোগী নাক্তা চেল্লক্রবনি। মথবায়তদি কনবিয়ু।' মপি তরং-তরং চেল্লদুনা নুপী অদুনা ডাক্তরদা হায়জরকই।

হৌদোংগী মখ্যাক্তা তারবা উচিনা মমিৎ তথক-তথক য়েংদুনা লৈবগুম, নুপী অনীদুনা য়াম্না কিনা ডাক্তরদা লোন্না থুপ্না য়েংজরকই। ডাক্তরনা খঙদে মখোয় অনীনা অসুক তোন্না মাঙোন্দা চঙজরিবা করিগীনো হায়বা। মহাকসু মখোয়গুম্বা মীনি। মিনুংশিগী ইহুল অমা খুদক্তুদা ফাওরকই মাঙোন্দা। মহাক্না হায়,

'ডাক্তরদি অনাবা মীগী মরুপনি।'

মাগী চানবীবা ৱাহে তাবদা মখোয় মথৱায় খরা চাওখৎচৈ। অনাবা য়েংনবা ফমুংদা নহানুপী অদু লোংনা হিপলি। যন্ত্র থাদুনা মহাক্না মথং মথং য়েংঙকই— নুপীদুগী খুদাংগী, থবাক্কী মিহুল, লৈয়েং অমসুং মিৎকী মচু। লিলনা মখুল চংঙমদাইদা চুমই হায়গুম্মদনা, নুপীদুগী মমানা শোনথাংননা হায়বা মহাক্না তায়,

'ইবুংঙো, নচনগী থা শুরবনি।'

ৱাদু হেক তাবদা মহাক খংশাও শাওরকই। ৱাহৈশিং অদু মাগী নাকোংদা হঞ্জিল হঞ্জিল ঙংদুনা লৈ। নুপীদুগী মমাদা ওনশিন্দুনা মহাক্না চৈরকই,

'ইনদোন, নংসে তৌবা ঙমখ্রেদা! অঙাং পোকপবু ফাগিগী থবক্রা? ঙসাইনা ঐঙোন্দা অশেংবদু হায়বা য়াদ্রা।'

মিৎকুপ অসিমক্তদা নুপীমচা অদু মকোক হাইগত্তুনা ডাক্তরগী মমায়দা মুন্না য়েংঙকই। মবানি ঙাইহাক মিৎচানদুনা লৈ। ইপা পাখৎনা মহাক্না মমাদা হায়,

'ইমা, য়ুমদা চৎলসি।'

শিত্তোকখ্রবা তিল হঞ্জিনবা য়াদবগুম, ঙাংথোকখিবা ৱা অদুগীদমক মহাক নুংঙাইজদে। মমাদা ওনশিন্দুনা অমুক হংঙকই,

'ইন্দোন, ইচলগীসি হন্দক্কীসিনা অহানবা অঙাং উনবা নৎত্রা?'

'মাননি ইবুংঙো!' মমানা খুমই।

'মপান্দা লৈহৌবদু মাগী নুপারা।?'

মমাদু ৱা অমতা ঙাংদনা মরু লূকথদুনা তুমিন্না লৈ। তাল্লক অসিদা ডাক্তরনা হৌখ্রবা থৌদোক অমা নিংশিংলুই। চীংগী লমদমনি। অনৌবা যুগকী মীপোক মীহিংবা ঙম্বা ডাক্তরগী চাওখৎলবা মঙাল ফংদ্রিবা চীংমীশিংগী অপীকপা খুল অমনি। ৱাগী নেম্না শাবা য়ুম মচা মচা খরতা উবা ফংই। নোংমা অমা খুল অসিগী নহা অমনা হরিচরণবু কৌবা লাকই। চীংদা থবক তাবা অহানবনি, খুলদুদা লৈবসু কুইদ্রিবা মতমনি। উমং ফাওদুনা চৎপা খোঙলম্বী অমদা মবান্নী তুংথ-মাংথ চৎলি। কৌবা লাক্লিবা চীংমী নহা অদুনা মমাং থাই, ৱাগী মৈনম

অমা ব্বাংনা থাঙ্গৎতুনা পায়। লম্বীদা শা-উচেক কয়াগী মখোল তায়— ব্বাংগোনশ্বাইবী পাইবগী শহুম ফংই, হুইথৌ, লমহূই খোংবগী মখোল অরাপ্পদা তায়। ব্বাখ্রেক, মকুগী মখোলসু নাক-য়েত্তা চৎনা-চৎনা তারকই। হরিচরণগী পুক্নিংদা হৈনদবা শৌবিং-শৌবিংবা ইহুল কয়া ফাওই। ফনা কুইনা চৎলবা মতুংদা হূই অমসুং য়েন খোংবগী মখোল তারকপদা খুল নকশিল্লক্লে হায়বা মহাক্না খঙই। লান্টেল অমা মাঙ্গোলদা থান্দুনা লৈরমই। ইমুং হেক চঙবদা মহাক্না উই ব্বাগী কাংথক অমদা নুপী অমা ওন-থোইদুনা লৈরম্বা। মাগী নাহেখোল. অমুক অমুক লাউ-খোংলকপা তারগা, ডাক্তরনা খুৎলৈ থুনা মিহুল-থাহুল য়েংথোকই। করিসু য়াওদে, করিসু লৈতে। উগী খুদেংমচা অমদা ঈশিং অশাবা হাপ্তুনা পুথোরকই। ডিটোল লিকলি অমা, মহাক্না পুরকপা অনাবা ফাওদনবা হিদাক, অদুনা লোইরে। নুমিত্তু ব্লেড শীজিন্নে। নুপী অদুগী অহানবা মচা পোকপনি। ফোৎপদা য়েৎতুন্না থিনবা খুদিংগী মহাক্না চৈ-থাংই, মপুরোইবগী খুবী চিকখায়।

ডাক্তরনা ঙাইঙম্মক্ত্রদুনা চিংনবা খোম্থোক্তা মমা অদুদা হায়রকই,

'ইন্দোন, তুমিন্না লৈথোকপা য়াবা মতম নত্রে। ডাক্তরখানাদা পুরসি হায়রবসু লম্বী-লমখাংদা করিগুম্বা থোক্রবদি কমদৌনি?'

নুপীমচা অদুগী ফিবম লুশিল্লকই। মহাক অমুক লাউই, অমুক কপই, মফি-মরোল থৌশারক্তে। মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদুনা ডাক্তরনা মমাদা চৈরকই,

'ইন্দোন, নংবু কৈদৌরবগে? চহিসু ফনা য়াম্নরিনি। অঙাং পোকপা হায়বসি লাংফমনি হায়বা নং খঙদ্রবরা? অঙাং উনরমদাই মিৎকুপতি শিবা চঙবা অনী থৌরী চিংনবনি, কনানা ঙম্বগে য়েংনবনি। অসুম কুইনা চিংনদুনা লৈরবদি মাগী মশাদা খুৎলাই থাদবা য়ারক্তে। মপুরোইবনা য়াবা অমা চঙই।'

নুপীমচা অদুনা ইকাই-ইকি ব্বাংমা লান্দুনা লাউরকই,

'পাপী চন্দালদো মশোং উনা উনা নাম্থোক্তুনা চেনখ্রে।'

নোংথাং কৃপ্লকপদা উরমদবা পোৎ উরকপগুম, হরিচণনা নুপীমচা অদুগী অথুপ্পা পুন্সিগী মশক অমা খঙলে। মৈশা খঙদ্রিবা অঙাংনা মৈ পায়রুরগা চোং-ফন্দুনা কপ্পগুম ডাক্তরনা নুপীমচা অদুবু উরকই। মাগী অব্বাবদু কোকপীগে চপ য়ুংনা খল্লে। মহাক্না হায়,

'ইচনসিদি নোংমদা পোকপা মচানা নিনীদা শিবা হৌনদে। অসিগুম্বা অঙাংদি লেম্না খক মাঙদবনি।'

মিনিট খরগী মতুংদা অঙাং নুপী অমা পোকলে। ডাক্তরনা ঙকলিবদি, মবোক অদুনা মমিৎ-মনা কোইরুপ-কোইরুপ য়েংদুনা ঈ তৈবা ফি-রোল ফত্তবশিংদু করিসু খঙজদ্রিবা তনৌ-তনৌরিবা অঙাং অদুগী মথক্তা পংহাপ্তা হাপচিল্লি। মমা অদুনা লামদুনা লৌথোকই।

*মৈ থোক্লা শাওনা ডাক্তরনা নুপী অদুদা খানা য়েংদুনা চৈরকই,*

*'করিনো ইন্দোন, নংনা তৌরিবদু চুম্রা ? অঙাং হাৎলগে হায়রিব্রা ? নচানুপীনা অমদি ঐনা ব্বারিবসি নং খঙদ্রা ? নংগী নতৌসি উবদা ঐ য়াম্না চিংনরে। সে ঐনা পায়রিবা লাইরিকসি লৌ। ঐগী ইমাংদা ব্বাশকউ, 'অঙাং অসিগী তুবুম নাম্মা তেকহল্লোই।'*

অঙাং অদু মবোক্লা পল্লগা, মচানুপীনা মাং থাদুনা কাদগী তপ্না তপ্না মপালদা থোকখি। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরমলে। ঙসাই মখোয়গা লোয়নরকপা নুপাদু মপান্দা ফমদুনা লৈরমই। ফুক হৌগত্তুনা মখোয়দা ঙক্লা য়েংদুনা হায়দোরকই,

'মবুক শাওগৎলি ফ্রং-ফ্রং চোংবদু, অঙাংদুম পোক্লবোইরে!'

রিক্সো তোংখত্তুনা, নুপা অদুনা থৌদুনা মখোয়না চৎখিবদু ডাক্তরনা য়েংহৌই। নুমিৎ খরা হৌখ্রবা মতুংদা ডাক্তর হরিচরণগী ব্বাটরদা নুপা অমা মাগী নুপীগা লোয়ননা লাকই। মখোয় অহুম ফমমিন্নদুনা অঙাং অদুগী মরমদা ঙাইহাক ব্বারী-ব্বাতাই শাই। লাক্লিবা অনীনা ডাক্তরদগী অঙাংদুবু হেক পোকচবী মমাগী অশেংবা থম্মোয়গী ব্বা তাবদা মিনুংশি পোকই। অঙাং অদুবু য়ৌক্কদৌরিবা অনীনা ডাক্তরবু থাগৎলি। মখোয় অনীবু থিন্দোকলুরগা হঞ্জিল্লকপদা মহাক্না এনভিলোপ অহনবা অমা টেবলদা লৈরম্বদু থেংনৈ; অসুম্না ঠিকানাদা ইরি: ডাঃ হরিচরণ সিংহ, এম. এস। ফাক্তোতুনা য়েংবদা চিঠী অমগা Cheque মনা অমগা য়াওরমই।

*ইম্ফাল, লমদা, ১৯৯৭ ইং*

# তীর্থ চৎপা

ব্রহ্মানা পোকঙমদ্রবা মীওইবগী মপোকনি করম্নবু হায়রিবনো? বাশীখোং সনাহনবীগী লুহোংবসি চহী ফাদ্রি। লায়না অসিনি খঙদনা মাগী মপুরোইবা কোক শিদোকই। শোরাৎ য়ৌদ্রিঙৈ মনুংদা কৈরোল-লৈকায়গী মীনা মাগী মরমদা ৱারী-ৱাতায় শানৈ। মিনুংশি চাউবা অহললোনশিংগী মরক্তা খরনা মচিলনা থোক্লা হায়নবা য়াওই— শিবা-নাবা হায়বসি মীওইনা পোকপা ঐখোয়গী হৌনশানি, অদুবু মঙোন্দদি মরায়বকথীবা হায়বদো শেংলবনি। নৌনা লুখ্রাবী হায়বদু ওইরে। মমং অনী শুবা তারে। কল্পকচাউবা মৌশিংনা অসুম্না হায়নৈ— মমায় থকপা নুপা-নহাশিংনা সনাহনবী উবদা ইভাও ভাওই। ঐখোয়দি পামজখিদ্রেদা ফজরবস্ মহাকসি। হায়নবী পূম্নমক মাগী মশাদা শুরবনি— মরায়বক, মনাতোন চুম্না তোঙবা তুম্বগী ৱা নত্তে, লংবা অমা য়াওবনি। শমদোনসু ঙাংবনি, খোঙবী মতোলসু কাঙবনি। কনাগী মচা-মৱানবু খাঙবা ঙমগদৌরিবনো।

সনাহনবী ফজে। হেক য়েংবদা চুং-ফিরাল চায়। নুপী মরক্তা তোমথিন তাবীনি। মশক ফজবা নুপীদি লৈবাক্কীনি হায়নবা অদুমক মঙোন্দা থোকই। মহাকসি মিতাচাউবা কৈরোল-লৈকায়গী পাখংমচাশিংগী পুক্লিংগী তুংনফমনি অমসুং পেনখোক্লফমনি। মহাক্লা লৈশাবী ফাগৎলকপা মতমদা, মাবু উরুবা পাখংশিংনা করিগীনো খঙদে লক্লনিংবা অমা হেক্তা ফাওই, হুইশেল নমখোং-নমখোং খোংদুনা মহাক্লা য়েংথোকলক্লবা হোংনৈ। মঙাওথীবা খরনা মহাক্লা লমজাওদা লাকপা উবদা মতুংলোমদগী কৌই— 'সরস্বতী মাতা', 'লক্ষ্মী

মাতা'; মহাক্না মমায় ওম্ভোরকপা নংদ্রিঙৈদা মখোয়না মতুং ওম্ভোকই। চৈফম খঙদে, ঙাংফম খঙদে, মহাক মখোয়-মরিল থিৎনা শাওই।

লেপ্পা লৈতবা মতমগী খোঙচৎনি, চহি অমা ফাখিবা খঙহৌদে। সনাহনবীগী মপুরোইবগী ফিরোই থা ফাদ্রে। মাগী মপুক্লিংদা করি খঞ্জবা লৈবনো, নোংমা মহাক্না মনেম-মকৃদা খুরুমদুনা হায়জে, 'মাগী ফিরোইসি ঐ নবদ্বীপ্তা শোঞ্জরুগে। পাবুং-ইমাহোয়নসু হৌনবী কায়দনা ইম্ফালদসু মী য়ামদ্রবসু খরদং ঈশ্বরগী খুয়াদা কৎপিয়ু।' নোংমা মাবু কৌশিন্দুনা মকৃবোক্না হায়, 'নুপীমচা, ইবুংঙোগী ফুলসি নংনা পুদুনা গঙ্গাদা থাদবা নৎত্রগা ঙমজরবদি শ্রীঘর মচা অমতং চল্লগা মনুংদা হাপচিল্লগা নুঙ চনশিনবা, মাগী মমিং, মপোক-মথো হকপদু ইকুসু পামই। চৎমিন্ননবা খোঙবু লৈরবরা?' হৱাগাড়ীদা নুপী ময়াম লাইফম য়ৌনবা চৎপা, অমুক হল্লকপগী ৱাফম মকৃদা হোদোকই।

নবদ্বীপ চৎকদবা নোংমা ৱাৎলিঙৈদা ব্রহ্মভোজন কৎলি, অহল লমন মঙামা তরামা বার্তোন তৌদুনা প্রাসাদি ফংহল্লি। নোংঙাল্লগা অঙনবা অয়ুক্তা সনাহনবীগী মপা মমা লাকই, মরী-মতা খরসু। মাগী মকৃবোক্না সনামহী কাচিন্দা য়াল্লিবা মচানুপাগী 'ফুল' পুদুনা থোক্লকই। মচিন্দা মসুম্না হায়রদুনা মহাক ও-খোংনা কপই,

'ইপাগী ইবুংঙো, নুংশিদকো! ঙসিদগী নং ঐখোয়বু থাদোক্রমদুনা চৎখিবা তারে। ইপানা নুংতিগী য়েংজরিবনি নংগী লাইবক্কী শরুমচেৎ অসি। লাইবকফৈদকো ইচাদি, নংগী ননাইনুপীনা নংবু পুদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপ ফংবা তারে। মপোক অফবদা অমুক হন্না পোক্লকউকো!'

মমা অমদি মনেমবোক মখোল থোক্না কপ্পী, তিল্লিবা মী অতৈসু। মপী চদুম চদুম শীম্থরদুনা সনাহনবীনা অহল-লমনশিংগী মনাক্তা চঙ-চঙদুনা খুরুম্মী। মখোয়না মাগী মকোক্তা নাল্লদুনা বর পী, পৈশা পুথোক্লুনা মাঙোন্দা পীরগা লাইফমদা কৎপদা মতেং ওইনৌ তাকপী।

লমতাগী তরানি পানবা নুমিত্তা মাগী মপুরোইবগী ফিরোইগী নুমিৎ তাই। মহাক্না থুংলুরিবা ইমুংদু নিংথেমচা ময়ুমনি, মপা-মপু হাক্তক্তগী নবদ্বীপ্তা অনুপ্রভুগী সেবা তৌদুনা লৈরক্লবনি। ইমুংদুগী মচিন চৎপা সনখ্যা সনায়াইমগা সনাহনবীগা ফিরোইগী মরমদা কুপ্না তান্নে— চাকচামাংদা শ্রীচৈতন্যচরিত্রামৃত মতেক অমা তাবা, ফমশক্না সঙ্কীর্ত্তনগী মহুৎশিনবা, তিল্লিবা অতম্লনা খুরুমজরুবা বৈষ্ণব-বৈষ্ণবীশিংদা দক্ষিনাগা কোন্ননা ফি মতেক অমমম কৎপা, অসিনচিংবা। ইম্ফালদগী ক্ষির কৎনবা চাকহাও, য়োংচাক অখেৎপা অকংবা, নুংশমসু মহাক্না পুদুনা চৎলি। গেরুবা শংবা ফি মতেক্তি ইম্ফালদা লৈরিঙৈদগী মহাক্না হান্না লাঙশিন্দুনা থমথ্রবনি।

সনায়াইমদা য়াম্না ঙক্লা থোক্লিবদি, সনাহনবীনা মাগী মশম তেন্না অহলগী মওংদা ককনিংবা ফোঙদোরকপা অসিনি। মাগী শাংনা য়াম্নবা মশমদা মুন্না য়েংলগা সনায়াইমনা হায়, 'ইবেম্মা নংদি ঐগী ইচানুপী অতোম্বীগা লোংগানি। নংগী নশম তেন্না ককপা মনুং-মতম চাদে। নবদ্বীপ্তদি নাপিৎ অমনা শম হেক ককপসু চৎনদে; বেষ ওনবা মীশিংগী মশম ককনবা কাটবা লৈ, মাগী মনাক্তা চৎলগা কক্কদবনি।'

সনাহনবীনা মাগী পুক্লিংগী বা ফোঙদোকই, 'সনখ্যা। ইম্ফালদা লৈরিঙৈদগী ঐনা চপ য়ুংনা খঞ্জরবা বাফমনি। ফিরোই য়ৌদ্রিঙৈ নুমিৎ হুমনি বাৎলিঙৈদা কাটবা অমদা ঐবু পুদুনা শীনবিয়ু। ইপুরোইবগী ফুল শ্রীঘর চল্লগা মনুংদা ফুমগে খল্লম্বনি, গঙ্গাগী অশেংবা ঈশিংদা থাদখিবনা হেন্না পূণ্য ফংগনি নিংলে। ঐগী শমসু খুঁদৈ অশেংবা অমদা পূল্লগা থাদগনি, মহাক্কী মতুং ইঞ্জবা ফংলগনি।' বাহৈ খরসি হায়রগা মহাক্না সনায়াইমদা খুরুমই। সনাহনবীগী পুকচেল মতা অদু উবদা মহাক ঙকই।

কাটবা উনবদা মহাকসু বাফমদু তাবদা য়াম্না ঙক্লা থোকই। অহানবদদি মহাক শিতৎ-তৎনা য়াদে। সনাহনবীদা শংত্রিক য়েংলগা মহাক্না হায়,

'ইবেম্মা, কাটি পায়দুনা নংগী ফজরবা শমদু কক্কনি খল্লুবদা, কক্ত্রিঙৈদগী হৌনা ঐগী খুৎ অসি নিকপা হৌরে।'

'নহাক্না নত্রবসু ঐগী শমদি ককপা শোয়দ্রবনি।' সনাহনবীনা খুদক্তা মাগী অনিংবা ফোঙদোরকই।

তাল্লক অসিদা কাটবানা ঙরাং নুমদাং মঙখিবা মঙ অমা খংনিং নিংশিংলকই। মাগী নুপীগা মহাক্কা করিগুম্বা অমগী মরমদা খৎনরম্মী, মবাননি মত মান্নরমদে। খংশাও শাওনিংদুনা চৈগে হায়দুনা মাগী নুপীদা য়েংশিল্লুবদা করি উই! মহাক্তি নোকমি নোকমি তৌদুনা লৈরম্মী। মীৎনা কুপ্পগী মনুংদা মাগী নুপীদু লাইরেম্বীনি হায়বগুমসু তৌই, হেক য়েংবদা মায়থোংদু পূক্লিং শুম্নাৎলি। মহাক ঙকপদা থেংই। মাঙোন্দা য়েংলদুনা লাইরেম্বী অদুনা তপ্পা হায়রকই,

'তাও! মথৌ নিংথিনা তৌবা হায়বসি লাই নিংবনি। অফ-ফত্ত ফল খল্লুগনু।'

অমুক পম্থবা তৌদনা, কাটবানা সনাহনবীগী মশম পুক্লিং চঙনা তপ্পা তপ্পা ককপা হৌরকই। মাগী চুবাগী মশম নুপামচাদৌনা বায়-বায় তানা ককালিঙৈদা, কাটবানা সনাহনবীবু মঙগী লাইরেম্বীদু ওইনা উরকই— পেরাওনবা মমিৎ অনীদু অশাংবা পানা থক-খা ইকোয় কোয়না হৌই, মুশিন মুবা পিশুম্না লীরুং শানা মায়থোংবু ময়েক লানা উহল্লি। শকয়েং মিংশেল অচৌবা অমা খাল্লগা মাগী মমাংদা মখোং য়াম্থদুনা চৌকি অরৈবীদা ফম্লিবী নুপী অদুগী হকচাংগী তোংঙান তোংঙানবা শরুকশিংদু উরুরগা মহাক্না খল্লকই তাইবংমীনবু

অসুক ফজবা হৌনদে, অবাৎপা অমতা য়াওদে। খোইয়ুম লাই অমনা মাবু পরিক্ষা লৌরিবা ওইরিগদ্রা মহাক মওল মওল খল্লি। মীবু ওইরে, লাইবু ওইরে, অওইবা অমা ওইরসনু। মহাক্না চপ য়ুংনা লেপলে, শমককমলদি লৌররোই। নুমিত্তুদা সনাহনবীগী শম ককপদা চংলিবা মতম, নামৎ করি হায়রুরসিগে মী মঙা তরুক ককপগা মান্নগনি, শম্না অমতা মফম চাদনা লৈবা উদে। মীনা শেম্লগা লাই ওই হায়বসি অর্থ লৈবা ব্রানি। শম ককপা লোইরগা, সনাহনবীনা কাটব্বাদা শেল কয়া লৌগদগে হংবদা, মহাক্না হায়রকই,

'ইবেম্মা, ঙসিদি ঐ নংঙোন্দগী পৈশা অমতা লৌররোই।'

'এঃ করিগীনো?' ইঙক ঙক্রদুনা সনাহনবীনা কাটব্বাদা শংত্রিক য়েংদুনা হংলকই।

'ঐনা খঞ্জবা অমা লৈদুনা তৌবনি।'

'ঐ খঙজবা য়ারোইদ্রা?'

'করিগীদি য়াদনি।'

'ঐ য়াম্না খঙজনিংই।'

'মঙগী ব্রানিদা।'

'মঙগী ব্রাদু তাজনিংই।'

'ইবেম্মা, মঙ হায়বসিদি মঙনি। অর্থ লৈবসু য়াওই, লৈতবসু।' ঙাইহাক লেপকক তৌরগা, কাটব্বানা মখা তারকই—

'ইবেম্মা, মীওইবা ঐখোয়সি গুরুগী মিতম লাক্কুনা শেমখিবনি হায়বা মুণি-ঋষিশিংগী ব্রা নংসু তারবা নত্রা?'

'তারে। অদুগা করি তৌরবা?'

'ঐনা পুন্সীদা শম ককপগী থবক হেক তৌবা নুমিত্তগী ঙসি ফাওবদা নংগী শম ককপা অসিমুক ঙকপা থেংনরক্লি, মতুংদসু অমুক থেংনগনি হায়বা থাজদে।'

'নুপী অসুক য়াম্না মশম ককনরিবসিদি, ঐ ... ... ... ?'

'ঙসি ঐনা নংগী শম ককলিবসি, ঙরাং ঐগী মঙদা হান্না ফাওরবনি, হান্না তাকলম্লবনি।'

'নংগী মঙদা করি তৌরম্বগে? করি উরম্বগে?'

'ইবেম্মা, নমাংদা খাল্লিবা মিংশেলদা মুন্না অমুক্তা য়েংউ। অদুগা করি উবগে ঐঙোন্দা হায়য়ু।'

হায়রিবদু করিনো ভাব তাবা ঙমদ্রবা সনাহনবীনা মিংশেলদা য়েংই, অদুগা অঙাং মচাদৌনা হায়,

'করিসু উদে। ঐগী ইশক উই।'

'ফজদরা নংগী নশক্তু?'

মমায় ঈচপমুক ঙাংনা, মহাক্না তপ্না খুমই,

'ঐবু ফজবরা, ঐদি খঙদে।'

'নং খঙদবোইরে। ঐদি খঙই, নংদি শম শাংলবসু ফজে। শম তেল্লবসু ফজে। তেনবসিনবু হেন্না পকচবা হেল্লি।'

সনাহনবী নোকফেৎ তৌই। মহাক কাটবাদা য়েংবা ঙমদে, মরু লুকথদুনা খাঙই।

ফিরোই নুমিৎকী লুক-খুনবা লোইরগা অখন্নবা অহল-লমন খরা সনায়াইমনা থ্বা, দক্ষিনা অমসুং ফি মতেক অমমম তৌই। মাগী মতুং ইল্লদুনা সনাহনবীনা মখোয়বু খুরুমজে। অহলশিং অদুনা সনাহনবীদা নুংশিনা য়েংই অমসুং বর পী।

সনাহনবী অনুপ্রভুগী সেবাদা মথরায় লুপ্পী। নুংতিগী নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা মহাক্না মন্দির বাই তৈ। নোংমতা কায়দনা মহাক্না তৌরিবা থবকসে মী অমতনা উহৌবা লৈতে। লাইনিংবা মীশিংনা মহৌশাগা মান্নদবা, তরু-তনানবা মন্দিরগী মশক উবদা কন্না ওইরিগদগে হংনরকই। অমতা নত্তে, বৈষ্ণবী খরনা চিনখুম অমতদা হায়, শোয়রোই, শুকশোয় শোযদনা হন্দক নবদ্বীপ্তা লাক্রিবী নুপীমচা অসিনা তৌবা ওইগনি। মাঙোন্দা মী খ্বাইগা মান্নদবা লক্ষণ অমা লৈবনি। সন্ধ্যা গৌড়ি. মঙ্গলার্তী হন্দক মরক্তি মী য়ামই, মপুং ফানা উই। নহা-অহল নুপী-অঙাং ইবুংঙোগী সেবাদা থবায় য়াওই। বৈষ্ণব অমনা মচিন্না থোক্না হায়, 'সনাহনবী ...বী নুপীমচাসে হেক লাকপদগী ইবুংঙো অনুপ্রভুগী মশাইগোলসে অনৌবা মঙাল অমা ...গুম তৌই। মশক-মতৌনা ফজরিবা, লাইগী শক্তি চেনব্রা করিনো মহাকসে।'

নবদ্বীপ্তা লৈবা লাইফম অয়াম্বা মহাক চৎলি শান্তিপুর, মায়াপুরনচিংবা। নবদ্বীপ চন্দ্র দর্শন তৌবা নুমিত্তা পাণ্ডাশিংনা পৈশা লাকপা উবদা মহাক ইশি-শিনা নোকই। মহাক্না নবদ্বীপ্তা থংলুবা মতুং নুমিৎ খরা লৈরগা মধ্য বৃন্দবন চৎকদবা নুপী কাংবু অমা ঙাংবী মহারানীগীদা লৈ। মখোয়না বারী শানবা মহাক্না তায়—রাধা কুণ্ড, শ্যাম কুণ্ড, গোবর্ধন, চরণপাহারনচিংবা মথুরাদা লৈবা অশেংবা তীর্থ পূন্নমক থুংনো চত্তুনা খুরুমগনি। মহাকসু বৃন্দাবন চৎনিংই। মহাক বৃন্দবনগী বাখলদা ইম্ফালদা লৈহৌবা ইমুং-মনুং মরী-মতা নিংশিংখিদ্রে, করিগুম্বা খল্লবসু ইয়াং য়াংনা লৌথোকলে। চৎলিঙৈদা বৃন্দাবন য়ৌহৌগদবনি, পুন্সীদা অমুক হন্না চৎপা ঙমগনি থাজদে মহাক্না খল্লি।

শজিক্না নোংপোক অতিয়াদা তরং তবং থোকপা. অমম-অঙাল শিন্নবগী নুংশিরবা মতমনি। সনাহনবীনা মন্দির বাই তৈগে হাথু-হাথু লাকই। মীগী খোঙথাংখোল মানবা মখোল অমা তাবগুম তৌই হায়দুনা তুংহন্না য়েংথোক্লুবদা মহাক্না উই. অমম্বদা নুপা অমা মাগী তুংদা লাকপা। বাথ্রং য়াংবা নুপাগী শাবালদু হেক উবদা মহাক খ্বাই লাউই। লাউ-খোংবা নংদ্রিঙৈদা চাউকান চাউকান কানশিল্লক্তুনা নুপা অদুনা তপনা হায়রকই,

'ইবেম্মা, নং কিগনু। ঐ ডাকু নত্তে।'

'অদুদি অমম্বসিদা করিগী ঐগী তুং ইল্লক্লিবা?' সনাহনবীনা তহা-তহা হংই।

'নংনা থাজনবা ৱা অমা ঐ হায়গে। নং মুন্না তাউ।'

'করিনো খরা থুনা হায়বিবা য়াব্রা?'

'য়াই। অনুপ্রভুগী লাইশঙ, মাগুব, ৱালহৌশঙ অমদি তীর্থ কোয়বা লাকপা মীশিংনা মতম খরতা ওইরবসু থুংঙবা য়ানবা শারিবা য়ুমশিংসে ঐগী ইপাবু পোকপা ইপুনা অহানবদা য়াম্না চম্না পীক্লা শারম্বনি, অদুদগী মথং মথং ওল্লক্লুনা ঙসিগী ফিবমসি ওইররিবনি। ঐখোয়গী হৌরকফমদি ৱাঙ্গোয়দগীনি।'

'হৌজিক্লা কদায়দা লৈরবগে?'

'ইম্ফালদা, নোংমৈবুংদা। চহি অমগী মনুংদা য়ামদ্রবদা ঐ নবদ্বীপ্তা অনীরক লাকই। অকায়-অতোয় শেমজিনবা য়েংশিনবা ঐগী ইথৌনি। ঐবু পোকপা অহল লৈখিদ্রে। ঙসাই ইবেম্মনা অমম্বদা নতুং ইল্লকপগী ৱা হায়খি। ঐ নংঙোন্দা ৱাফম অমা হৌদোকপা লাকপনি।'

'নোং পুংঙাল ঙাল্লগা হৌদোকপদি য়াদবরা?'

'নং ভাব অমদা চৎখ্রে। নংগী বয়ষ মতাসিদা মীমাংদা নংগা ৱারী শাবা ঐ পামদে। থবক্তি ওইগদ্রা ওইরোইদ্রা খঙদ্রিঙৈদা মীগী মমিৎ চাউবনা হেনগনি।'

'কার ৱানো?'

'নং বৃন্দবন য়াম্না চৎনিংই হায়বা চুম্রা?'

'চুম্মী।'

'নংনা ঐবু থাজরবদি, ঐ নংবু বৃন্দাবন্দা পুবিগে খল্লি।'

সনাহনবীনা হোয়-মাই অমতা হায়দনা তুমিন্না লৈবা উরগা নুপা অদুনা মখা তারকই,

'ঐগী মিং গৌরহরি কৌই। সনখ্যা সনায়াইমদা ঐগী মরমদা ইবেম্মনা হংবা য়াই। করিগুম্বা ইবেম্মনা চৎকে লেপ্লবদি, হয়েং সুঙৈকালদা অমুক উনসি। নোংমদা ঙন্না মথুরা য়ৌগনি। নুমিৎ নিনীদা লাইফম শুনা চৎপা ঙমগনি। মরিনি শুবা নুমিৎতা মফমসিদা অমুক থুংলগনি।'

নুমিত্তু সনাহনবী মকোক শংবায়মুক চাউই। অসুম থবক-ইনখাং শূরম্বদগী চপ-চপ লেপ্পি। মাগী মবুক্তা লাই অমা চঙলে। মাগী থম্মোয় রাধা কৃষ্ণগী নুংশি নুংশিরবা মূর্ত্তিনা পিক থনখ্রে। অমরোমদা অমুক, মিংশেলদা তাবা মহাক্কী মমিনা মঙোন্দা মুন্না য়েংদুনা হায়, 'সনাহনবী নংবু ঙাওরব্রা? পোকপদগী উনদ্রিবা, মশক-মশা খঙনদবা লমলাম্বা নুপা অমগা লোয়ননা করম্না লাপ্পবা মীরৈবাকসিদা চৎমিন্নগদৌরিবনো? নং তশেংনা খঙলব্রা মহাক থাজবা য়াবা মীশক্কি হায়বা? মহাক্লা অমুক খল্লকই থাজদ্রে কদায় মহাক্লা চৎনিংলিবা

বৃন্দাবন ফংদবা তাই। নুপা অদুনা হায়খিবা বা অমা খঙনিং নিংশিংলকই। খুদক্তুমক্তদা মহাক ফুক হৌগত্তুনা সনায়াইমা উনবা চৎলি। মহাক্কী মশক উবদা সনায়াইমনা তরাম তরাম কৌই,

'ইবেম্মা সনাহনবী! করি হায়নিংবা লৈবগে?'

'সনখ্যা, ননাই ঐ করিগুম্বা অমা সনখ্যাদগী খঙজনিংদুনা লাকপনি।'

'করিনিনা হায়য়ু। শেল-থুম বাৎলবরা?'

'ইবুংঙো অনুপ্রভুগী চাউরবা বৈভব অসি কনানা কৎলম্বনো? সনখ্যা পুরেল হোয়না লিংখৎলম্বরা?'

'নত্তে নত্তে ইবেম্মা! হৌজিক হৌজিক ইম্ফালদগী লাক্তুনা ইবুংঙো গৌরহরি সিদা লৈরি। মাগী মপুনা লিংখৎলম্বা কৎলম্বা সম্পতি ঙাক্তনি। গৌরহরি পোকপা মপাবুংগা ঐগা শম্নহৌই। মখোয়গী কাংবুসে পুকচেলসু লোইনা চাউই।'

ফুক হৌগত্তুনা মহাক্না মমাং থাদুনা 'লাও ইবেম্মা, ইবুংঙোগী মশক খঙদোকপা ফে' হায়রদুনা লমজিংদুনা হৈকোল অমগী মনুংদা তুংথ-মাংথ মবান্না চৎলি। নুংঙোনা শাবা ফজরবা পীকতক তৌবা য়ুম অমা হৈকোলদুগী নয়ায়মক্তদা লৈরম্মী। মনুংদা হেক চঙবদা সনাহনবী ইঙাও ঙাওই, য়েংলু য়েংলুবদা শুক্নাৎনিংঙাই পোৎনা পিক থম্লি। বা খরা সনায়াইমনা পুশিন্দুনা মহাক্পু য়েংহল্লি অমসুং তাকই— মী ফম্নবা কানি, চা-খরবা কানি, হিপ্পবা, ঈরুজনবা, মথং মথং। অহানবা কাদা ফ্রেম চন্দুনা ফোটো অহুম পরেং শানা ফক্লাংদা থেক্তুনা লৈ, য়াম্না চাউই। সনাযাইমনা সনাহনবীদা তাকই— 'য়েৎলোমদগী অসুম থিথরকপদা অহুমশুবসি ইবুংঙো গৌরহরিগীনি, অহানবা অমসুং অনীশুবসিনা মবুধৌ অমসুং মপাবুংগীনি। মখোয়গী কাংবুসি লোইনা চীং-লেম্বনি। ইবুংঙো গৌরহরি অঙাং ওইরিঙৈদা মপাবুং গৌরচন্দ্রগী মতুং ইন্দুনা মরক মরক্তা নব্দীপ্তা লাকখি। য়াম্না অঙাংনিদা, ঐনা মশক উদবমখৈ হল্লি। মহাকসি চহি কুম্হামুক খরা হেল্লম্লগদা, নুপী থিদ্রিবনি। সনাহনবীনা গৌরহরিগী ফোটোদা মুন্না য়েংই— ঙসাই অয়ুক্তি মখোলতা তাহৌবনি, হৌজিক্তি মশকসু উবা ফংলে।

হল্লক্লগা থোংনাউদা য়েংথোক্লুবদা মপা কোক চারুদুনা মহাক্না লাপতক্না উই—বাং চাউরবা নুপা অমা হৈকোলগী লম্বীদা চৎথোক্লুবদগী হঞ্জিল্লকপা। মহাক ফৈজোম খুমিৎ থুম্না শেৎলি, শাল অমা শেগা ওম্বদুনা ইল্লি, মশম তেন্না নান্না ককই।

নুমিতু সনাহনবী সন্ধ্যা গৌড়ি য়াওবা থোক্তে। নুমদাংগী চাক-ঈশিং চানবা মতম ওইরদুনা সনায়াইমা মশামক লাক্তুনা মহাক মশা ঙমদবরা হংলৈ, মচানুপীবু চাক থিনহল্লকই। সনাহনবী ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা হিপ্তুনা লৈ। মীচিক-মীরাওখোল তারক্তবদা অহিং

থেঙলবোইরে হায়বা মহাক খংঙই। মপান্দা থোক্তুনা মাঙ্গোল সিড়ীদা মথন্তা ফমই। ঈংলবা অহিংদো মঙোন্দদি হুমাং অমুক-মুক কাংই। মহাক্না খল্লকই, 'নুপীগী মপোকসে ওহোক্না তোনখ্রেদা! পাপ ময়াম্না পূনশিল্লগা নুপী ওইনা পোকপনি হায়নবদো অচুম্বনি! ইপুরোইবগী ফিরোই ঙরাংতা লোইহিরি। ঐনা থেংনরিবসি করিনো হায়ফম খনফম থোক্তে।' ইম্ফালদা লৈহৌবা মমা নুংশিরকই, অরুবা তানফমদা মমা নত্তনা কনাসু তাননিংঙাই লৈতে খল্লকই। মহাক মওল মওল খল্লকই। মীওইবগী অপাম্বসি খন্থরুরগদি পীকখ্রবা পোৎনি, ফংদ্রিঙৈদা মমল য়াম্না উবনি, ফংলগদি করিসু নৎলমদে। গৌরহরিগা মাগা অহানবা উনবদা মহাক্না হায়খিবা ৱা পূন্নমক অমতা চিৎথদনা নিংশিংঙকই। মখোঙ থোংনা চত্তুনা য়েংলুবা মহাক্কী ফোটো মমিতা শংশং শংশং উরকই। মাগী নাকোংদা সনায়াইমনা হায়খিবা ৱা হঞ্জিল হঞ্জিল তারকই— 'য়াম্না অঙাংনিদা, ঐনা মশক উদবমখৈ হল্লি। মহাক চহি কুম্থ্রামুক খরা হেল্লম্লগদ্রা, নুপী থিদ্রিবনি।' মহাক্না অমুক খন্থরকই নুপী হায়বসি শোল্লিদা! করিগুম্বা অমতা য়াংনা খন্দোকপা ঙমদে, থবক অমতা ইচঙ থৌনা তৌবা ঙমদে। নোংঙাল্লক্কদবদি কুইদ্রে। মহাক উনরগা 'হোয়' হায়বনা ফরিব্রা? 'মাই' হায়রগনা করি অকায়বা লৈ? 'মাই' হায়রুরগা মহাক্না পুকচেল তিংনা হায়বা ৱাফম ওইরম্লবদি, মহাক্না করি খনখিগনি? পুকচেল পীকপা মীগী মতৌ উবদা মহাক ইশি-শিনা নোকনিংগনি। ফমদুনা লৈরম্বদগী ফুক হৌগৎখিবা খঙহৌদে, মচিন্না থোক্না হায়, 'ফরে ঐ বৃন্দাবন চৎলগে। পাঙদবা মীতনা অশোয়-অঙাম্না হান্না খনবনি।'

গৌরহরিগা মহাক্কা ঙরাং ঙাংনখিবা মতুং ইন্না অমুক হন্না উনৈ। তীর্থ চৎনবগী নুমিৎ, য়ুম থাদোক্লবগী মতম, মবান্নি উননবগী মফম, চপ চানা লেপ্পরে।

সনাহনবীগা ইম্ফালদগী খোঙবু ওইদুনা নবদ্বীপ্তা লাকমিন্নবা মী পূন্নমক ইঙক ঙকই, সনাহনবী মাঙখ্রে ইপা পাখৎনৈ। য়ুমদা হনখ্রবরা? কনাগা চৎখিবগে? ঈ-পাউ খঙবা মী অমতা চোংথোকলক্তে। মী য়াল্লবদি ৱাসু য়ামই। খরনা হায়, মীবু ক্বাক্না চেনবা য়াব্রা? লৈরমগনি মফম অমদা ইনুং নুংঙাইনা। অসুম্না হাযবা মীসু য়াওই, 'মীন-কা পাক লাকচবা য়াবা নুপী নত্তে। মহাক্না থোকপা অমা তৌরমগনি।' অহল অমনা হায়, 'মী অপঙ বতনা লাল ওইনবনি, উ অকংবতনা শীং ওইনবনি। নুপীমচা অদুদি লেম্না খক মাঙবা য়ারোই।' বৈষ্ণবী অমনা ইতপ তপ্না হায়, 'চৎলবসু মহাক্তি অৱাং উকন্থা অমা লৈরমগনি। শোয়দনা মহাক থুনা ফুং ফাওরক্কনি।' সনায়াইমদি ৱা-লাল অমতা ঙাংখিদ্রে। চিন্দোল-লৈতোল ফবী, পুকচেল পীকপী নুপী অমনা খুবাক্না তাল থাদুনা ঈশৈদুম শক্তোকই,

'য়াতেক য়াহো বৃন্দাবন
কোই শখি শেন্দ্রাং চং।'

জুন, ২৭,৬,২০০১ ইং

# ইমা

নোংদোন অতিয়ানা ৱাংবরা ?
পঙ্থৌ ইপানা মহেল্লি।
মালেম পৃথিনা লূম্বরা ?
পলেম ইমানা মহেল্লি।

তাবদা য়াম্না নুংশিবা শৈরেং হায়বদুনি খল্লম্মী। কবিগী চিঙ্থোকনি, মথৎ [illegible] -গী পুন্সিগা থোইনা মরী লৈনদে খল্লম্মী। লক্ষ্মী চরিৎ তাবদা মচানুপা জগৎসেঠ [illegible] মমা-পদ্মাবতীনা গঙ্গাদা চোংথদুনা প্রাণ থাখিবা, ৱারী ইবগী সম্মধোননি লৌখম্মা তাবদদি পংনুং নুংঙাইবা। অদুবু থৌদোক অমা থেংনবদগী কবিগী মৱাহৈদো মমল য়াম্না হেল্লকই :

অয়াম্বা শিনফমগী ৱানি, মপুনা থৌবা লাক্রবা মতমদা হয়েংদি শুকশোয় শো[illegible] খুৎনাইবশিংনা হায়গল্লি। লনশোৎপীনা পাউখুম ৱাত্তে হায়নবগুম খুৎহৈবা মীশিংনা হয়েং লৈরিমখৈ থবক লোইদ্রবসু য়াই। ঙাংঙোম তোমাল সুনারীনি। মহাক সনা শাবদা মমিং ওখাক চৎলি। মহাক্না শাবা সনাগী লৈতেং ফজে, মখুৎসু চেৎলি হায়নৈ। মাগী হায[illegible] মচিন্দা হোবেরবসু, থবক্তদি খক হোবেদে। খোঙ্গ্রায় শৎলিঙৈদা শলনা ৱাইবনা হা[illegible] হায়বা মীতাদুনি। মচিল থীমন্দুনা নুপী-নহাশিংনা অসু[illegible] করেম্নবি তোমালগী হয়েং ম[illegible] লেংদুনা শিরবদি সনা শিদ্রবসু য়ারনি। নোংমা অয়ুক অমদি মাগী লৈকায়দা লৈবা গোপালগা

খৎনৈ। করিগী ওইগনি তোমালগী হৈনবী মীগী সনা শাবিনি ওদর লৌশিল্লগা লোইদবগীনি। হয়েং হয়েং হংচিৎ হংচিৎ হায়দুনা য়েথোরকপনা থা অন্থুম পুরা ফারে হায়নৈ। ৱাগী-ৱা অসুম ঙাংনরম্বদগী মবানী শাওগৎনরকই। গোপালসু ৱাহৈ-খোন্দা কনবা, মী উশিত্তবা মীশক্লি। পিং লাউনা শাউরদুনা গোপালনা হায়রকই,

'ভায় তোমাল, নংগী নচিলসিদি থারবদি হৌরনি।'

'থা মঙাগী মমাংদা তৌরম্বা ওদর ফাওবা লোইদ্রি, মীদি কৈসু হায়দে। নংগী সনা মচেৎ অমা শাবদা অসুক থৌবদি, নগুম্বা মীদি ইমানা পোক-পোকঙেদগী ঐদি অমুক্তা থেংনরিক্ত।' তোমালনা ওক্তুনা খুম্মী।

'ভায় নং ফৈজোম শেৎলুদুনা কান্নদে। ঙসিদগী ফনেক শেৎলো।' গোপালনা লুতোন্দা লাক্তুনা চৈরকই।

খঙহৌদে, মবানী চোংশিন্দুনা নম্নরকই। অউবা মীনা খৎনরে খৎনরে লাউনরকই। তোমালগী মচানুপা য়ামই, মহাক খুৎ কল্লি। ময়াম হোত্তোকলক্তুনা গোপালবু ঈশিংদা নমশিন্দুনা ফুরে। লৈকায়গী মীশিংনা খামদোক্তুনা মবানী খৎনবদু তোকখি। তোমালনা মীগী সনা শাবিনি লৌশিল্লগা লোইদবগী ৱারূ-নোংজু থোক্লবনি হায়বা লৈকায়গী মীনা খঙই।

নুমিৎসিমক্কী নুংথিলনি। লমজাও সরক মীনা অকা-অকুম চৎথোক-চৎশিন তৌনরকপা মতমনি। লমজাওরোমদা ৱা-ৱা লাউনরকপা ঐ তায়। করি তৌরবনো ঐসু চেম্থোক্তুনা য়েংলুই। করিগীনো হায়বা ঐ ভাব-মেন তাদে। পাখং কাংবু অনী নোংপোক নোংচুপ মায়য়োক্লনা লেপ্তুনা নুঙ খুন-খুন্দুনা থানরম্মী। নুঙনা নোং চুবগুম ঙাইহাক্তি মায়গৈ অনীমক অচৎ-অথোক লেপ্পী। কোইলাস থাবা লৈমায়দা, ৱারক্তা, লমজাও মপান্দা লৈবা য়ুমগী জিঙঘ মথক্তা লেল তাবগুম প্রোপ-প্রোপ ক্রাক-ক্রাক পুমনিল নিনখি। লমজাওদা চৎলম্বা মীশিং লৈরক্তা চেনশিন্নে, অহলশিংনা মচা-মশু শোক-পনগনি কোয়লাউ লাউনৈ। কুম্মৈ য়েংব্রা হায়ববু লাললোইনদুনা তোক্কদ্রা থরক হুনগৎনৈ। চৈরকসিদা মৌনহা অমা মশম-মনা ইফা ফানা নুঙ লংনরিবা মরক্তুমক্তদা মনিং থেগাক তেকথোক্তুনা নুংশিংকী মমাং থাদুনা চেল্লকপা উই। নকশিন-নকশিল্লক্লগা নুপীদুগী মমায় অমসুং মমিৎ অনীদু ময়েক শেংনা উরকই— অউবা মীগী পুক্লিংদা অকিবা শকফমনি। মমিৎ অনীদু ইরং লংখৎনা উই, অচাকপা মৈতালগুম ঙাংশং ঙাংই। অশাওবনা খুদুম চনখিবনা মহাক ময়া খুম্বা ঙমদে, চিনবাল থক-খা লাউনা কাথোকই। কুচুনগা খরা মুবনে, মাগী য়াথক-য়াখা ঙৌশ্রোক ঙৌনা উই। মীসে শাওরবদি য়েংবদা ফজদে। মহাক ফুরিৎসু লিংততে, শেৎলিবা ফনেক অদু য়েংবদা ইকাই-হঙ্গোয় ৱাংমা লাল্লে। ঙকপদা থেংলদুনা ঐ মহাক্লা লৈরক মনুংদা

ইপা-পাখৎনা চেনশিনখিবা য়েংদুনা লৈহৌই।

ঙাইহাক্কী মনুংদা নুপী অদু নুপামচা পিশক অমা মখুৎ পায়দুনা থৌনা ফনা সিফায় খোঙথাংদা থোরকই। মহাক্না মখুৎ শমলিবা অঙাং অদু মখোল থোক্না কপই, চৎপোই-চেনবোই তৌদুনা মমাগী মতুং ইন্নরকই। নুঙ লংনরম্বা লেপলে। মফম অদুদা তিল্লিবা মী পুন্নমক মমা-মচাদা মিৎ কুপ্তা য়েংই। নুপী অদুনা মচিন-মখা ফৈরেং-তুরেং চিংলদুনা লাউ-খোংদুনা মীয়ামগী মমাংদা চৎলি। মহাক্না কল্লক পেন্না, মীয়াম তানা হায়,

‘মমা লৈরিঙৈদা মচাগী মতু নামা শোকপিনবা কনা লৈ?’

ৱাথোক্কুগী মরমদা মীনা ঙাংনবা তাবদগী ঐ খঙলে অয়ুক ফুন-চৈনবা অদুগী মল্লোমনি, তোমালনা খরা লাকচনা তৌখিবগী লমন খুম্মকপনি। গোপালগী মনাও অমনা লমজাও মপালদা শান্নরবা তোমালগী মচা অতোনবা ফাদুনা পুরকপগী ৱাথোকনি। থিংঙেলদা তাইনবা ঙমদ্রগা নাচিখোংদা তাইনৈ হায়বদুনি।

*হিয়াংগৈ, ১৬ নি পানবা, ১৯৯৮*

# মণি-হৱাইয়োনবী

ৱারী অমা লৈ। ৱারীসি কনাদসু ঐনা লীদ্রি। মীঙোন্দা লীথোক্লগা ঐঙোন্দগী করিগুম্বা অমা মাঙখিবগুম ফাওরক্কদ্রা, ঐগী থম্মোয়দা মতম কুইনা লোত্তুনা থম্বা নুংশিখ্রবা পোৎসি মমল হন্থখিগদ্রা, ময়াই চমখিগদ্রা খল্লি। তুরেলগা হেক তাইনবা হিঙ্গোল অমদা লৈপল নপ্পা শাবা ৱাগী য়ুম পীকখ্রবা অমা লৈ। য়ুমসি মপুনা হুন্দোক্তুনা চৎখিবদগী, মানা হোংবিদবদগী য়েংবদা ফিব্বম কায়রে। য়ুমথক অদু মচেৎ মচেৎ হোরে, ক্বাক মখোঙ পুৎথরে, হাওশিবী, নাপী হৌরে। মতম অমদা য়ুমসিদা লৈরম্বা মীনা শুমাং, তুলসীবোং, মাঙ্গোল, দাড়ীনচিংবা নুংতিগী ৱাই নান্না তৈদুনা অশেংবা লাইশঙগুম উরম্মী। ঐখোয় নুপামচাশিংগী থৱায়গী তুংনফম ওইরম্মী। মতম অমদা লময়ৌনা ফজরম্বী নুপীনা হন্নুরবা মতমদা তুম্পক তাশিন্দুনা মাঙ্গোল মচি অমদা ফমদুনা লৈবদা কনানসু হন্না য়েংবিদবা মতৌদুনি। মী পৃম্নমক মাগী মাগী হৌখ্রবা মতম অমুক হল্লকহন্নিংবা ঙাক্তনি, অদুবু য়াবদি নত্তে।

তাইবং মী ঐখোয়সে মফম মতমগী মনাইনি। হায়রিবা য়ুম অসিদা মী অনীখক্তং লৈ, তরক তরক মমা মচাদং। মতম অদুদা ঐগী মিৎয়েংদা মমা অদু মীয়ায় চল্লবী ওইনা উই। নিংথম থাদা শুমাংদা মহাক্কা চন্দন থিনবা উই, চন্দন অমুবা থিল্লি। লৈরক-কোনশাংদা থেংনবা খুদিংগী মহাক মকোক খুমবা উই। মহাক মপুক তপই, মখোঞ্জেল মেংই। চাকঙন চারগা কৈথেল কাবা কৈরোল-লৈকাইনা খঙনরবা মাগী নুংতিগী পুন্সিনি। মাগী শিনফমদি

হৱাই য়োনবনি। শিনফমসিদা মহাক মমিং ওখাক চৎলি, মীনা মাবু মণি-হৱাইয়োনবী হায়না খঙনৈ। মাগী মচানুপাগী মমিং হরিমণি কৌই। চাউরে কনবা, শবাল ফজবা মীওইনি। ঐখোয় নুপামচা ময়ামগা মহাক্কা নম্ন্নদুনা শান্নবদা নোংমতা মাগী মনম লৈপাক তাহনবা ঙমদে। মবুক শাথিনা ফৈ। ঐখোয়না হৈ-রা মুন্নদুনা চাবা য়েংলগা মহাক্কা হরাওই, নোক্লদুনা হায়, 'থীবোংয়াওশিং চারো, চারো।' মহাক হায়স্কুলগী ছাত্রনি। মহাক্কা স্কুল কুম্মকপা কোম্বোং থোক্তুনা ঐখোয় নুংতিগী ঙাই। মাগী মশক হেক উবদা ঐখোয় হরাওই, মহাকসু মোমোন নোকই।

তাদা হরিসে ঐখোয় নুপামচাশিংগী ওজানি। মহাক্কা ইণ্ডিয়াগী মেপ য়েকপা ঐখোয়না কোয়শিন্দুনা য়েংই, মহাক্তি মচু থাবা য়াম্না হৈ। মহাক্কা চীংশাং পরেংগী মশোং য়েকপা হেক য়েংবদা ফন চোংথোকপগুম উই। ব্রেড, খুজিনথাংনা ককলগা হিগোক মচুগী চে মখাদা নপশিনবদা সমুদ্রগী শরুক কংফালদগী তোংঙান তানা উহল্লি। তম্মুবা ঙাক্কী নত্তে মীসে মপোক্কী পীথোরকপা খরসু লৈবা ঙ্গাৎনি। মহাক্কী মতৌ ঐনা খঙবদা মরুপ অমগা ঐগদি চপ চানা তমখি। তুরেলদগী লৈমু পেক্লগা তাদাহোয়দা থমই। মহাক্কা ঐখোয়গী শল শাবি, চেং মচং অঙাংবা অঙৌবা হাপ্লুনা শলগী মমিৎ ময়া পাল্লি। তাদনা শাবা লৈতালগী শলদি মী অতৈনো শাবদগী রাশি অমা হেক্তা লৈ। মরুম-কোনবী শান্নবদসু অদু মঙাই, মহাক্কা ঐখোয়দা তাকপিদবা লৈতে। নাকল অনীদা লৈবা কোম মশীং, কোম অমমমদা থাপলিবা কাকয়েল খুজিল মহৈ খঙবা তাই। কোম অমদগী মরূ লৌরগা য়েল্লকপদা লোইগদবা কোমসু উশিনগদবনি।

ইনেগা তাদগা অনীনা নোংমা নোংমগী হিংবা ঙম্নবা হোৎনরিবসি অহৈবা লাইয়েকপা অমনা য়েক্লগা আর্ট গেলেরী অমদা চংখোন্না উৎথোক্লবদি অয়েংবশিংনা থাগৎনগনি। নোংমদি ঐনা য়াম্না নোকনিংবা মমা-মচাগী অশেংবা পুন্সিগী ড্রামা মতেক অমা উরুই। 'পশক পীকপা ইনেনা ৱাচেৎ তংখায় অমা পায়দুনা মচানুপা পাখং ৱাংথ্রং ৱাংবদু ফুগে কোয়তান তান্নৈ। মবান্নী তুলসীবোংদা কোয়লৈ লৈনৈ। ইনেনা পায়রিবা ৱাচেৎনা তাদবু অমুক অনীরক শেৎ-শেৎ ফুদোকই। ঐবু উবদা তাদনা ইকাইবোই-করিবোই হায়, 'করিনো, ঐখোয় ইমাসে ঙাওরমাগ্লে!' ইনেনা শাওনা খুমই, 'ঐ ঙাওবা কুইরবনি, নং খঙদ্রিবোই নথীবোং থারুবা, নহৈ তমহন্নবা হোৎনবদা।' তাদগী পিশিন্দ্রি শঙবা মুগা খুদৈ অচৌবা অমা লৈ। নুমদাংৱাইরম খুদিংগী মহাক্কা মদু শেত্তুনা টৌতী ঈশিং শোকপা চৎলি। গুঞ্জাসু জম জম থাদৈ, নামৈসু ফদ্রাক ফদ্রাক য়েপ্পী। হৌদোং মচা লিৎপা য়াগনি। মাগী ফিজেত্তু উরুবা মীনা মচিন খুমদুনা থিক-থিক নোকই, মাবু খঙবা মীদদি হেন্নদুম মিনুংশি ফাওই। ইনেনা নোংঙানবগা চাক চখোম অমা চারগা লৈত-লায়রা কোয়না থিবা চৎলি। ছাত্রগী

মথৌদগী হেন্দোক্তুনা তাদনা ইনেগী কারবারগী থবক্তসু মতেং পাংই। মেছিন মিলনা লৈকায় খুদিংগী লৈনরক্লবা মতমসিদা ইনে-মণিগী ইমুংদি সুম্বল য়াংকোক শূক লিংলি। ঐখোয় থেংনরবদি ফৌ শুবা, হৱাই তকপদা তাদগী মতেং পাংই। নুঙ-চক্রি অচৌবদু মমা-মচাগী থৱায় কল্লক্লবনি হায়দুনা ইনেনা লুনা থমই। তোয়না শীজিন্নবদগী মশক অমা থোক্লে, য়েংবদা শিৎ নাল্লে। নিংথম-থাদা শুমাংদা মমা-মচানা চাক পুথোক্তুনা চামিন্নবদো হাওগদবা মাল্লি। তাদনা চখোম চাউনা হূকপদো ইনেনা য়েংজে, হেঞ্জাং লৌদুনা মচাগী তেঙ্গোত্তা হন্না হন্না হাপ্লি। তাদনা হায়, 'ইমা নংদি চাদ্রমাল্লে, ঐঙোন্দা লোইনা হাপতোক্লে।'

কালেল ছুটি মনুংদি য়াম্না তোয়না তাদনা ঐখোয়বু চীংদা কোয়বা পুবি। তাদগী মিৎয়েংদা চীং অমসুং মতৌশাগী ওইবা পোৎশিংসে করি ওইনা উবনো থঙদে, চীং হেক য়ৌবগা মাগী মায়থোংসি মকালাম্না উই, ৱাঙাং অমা হোংই। মহাক্না হায়, 'অঙাংশা! অহিংবা অশংবা উপাল-ৱাপালনা থল্লবা চীংগী লমদমসে য়েংবদা ফজদ্রা? উচেক-ৱায়াগী খোঞ্জেলসি তাবদা নুংশিদ্রা? অচিকপা মফমদা লৈরবদি পুক্লিংগী খোয়রাং-খোয়শাওনবা ফব্বনি।' নুংথিলদা অহল-লমনশিংনা পোখাৱিঙদা, উখোঙদা ডরুমদা তাদগা ফম্মিন্নবা য়াম্না নুংঙাই! মহাক্না ঐখোয়দা ৱারী লীবি। 'য়োজোমা তুরেলগী লৈঙোই' হায়রগা মহাক্না ৱারী হৌই, অমসুং অসুম্না মখা তারকই— "য়োজোমা বরমাদা চেনবা তুবেল অমনি। হৌজিক্তি রেংগুননা অপুনবা বরমাগী কোনুংনি। পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মমাং অমসুং লাল মনুং ফাওবদি মন্দলেনা ববমাগী কোনুং ওইরম্মী। জাপান অনীশুবা লাঞ্জাও মমাংদা পৃথিবীদা মপা লৈতনা কনবা লৈবাক অমা ওইরম্মী। লাইরিক হৈবদসু চাদা মবিফুতরা মাপলনি হাযনৈ। মাগী মায়য়োক্তা বৃটেন, আমেরিকা, ফ্রান্স, রুশিয়ানচিংবা লৈবাক কয়া চূমশিন্নদুনা অপূনবা লাম্মী তেঙ্গোল শাখ্রবনি। চিনা, বরমা জাপানগী মখাপোনবা লৈবাক ওইরম্মী। ঙসাই ঐনা য়োজোমা তুরেলগী লৈঙোই হায়না ৱারী হৌখিবদু মসিনিদা, তুরেল অসিগী তোর্ব্বান অনীদা জাপানগী অমদি মাগী মায়োক্তা লৈবা লৈবাকশিংগী লাম্মী ময়াম শিখিবদু প্রমাণ তৌবনি। তুরেলসিগী ৱাংমা ৱাংমদা মায়গৈ অনীমক্কী লান্মীশিং খুকউ শেন্দুনা লৈনখি। মায়োক্লবা লানফমনি। অমনা অমবু য়েংনবা শংবা মতম নত্তে। অহিং নুংথিল খায়দ্রবা তাঞ্জানি। চূমশিন্নবা লাম্মী তেঙ্গোল মায়গৈদা সিফাই অহুম ৱারী শানৈ। মখোয় পাখং ঙাক্তনি।'

'অহানবা সিফাই (ফুরিৎখাও জেপ্তগী মাগা কোয়নবা লৈশাবী অমগী ফোটো লৌথোক্তুনা মমান্নবা সিফাই অনীদুদা য়েংহল্লি)— জোসেফাইন কৌই, জর্জিয়াদগীনি। ঐ মাবু য়াম্না নুংশি। করিগুম্বা ঐনা লানফসিদা শিরবদি, ফোটোসি মঙোন্দা খরা শিন্নবিয়ু। ঐগী অরোইবা মিৎকুপ ফাওবা মাগী মমিং পল্লম্মী তম্বীয়ু।'

'নোংমৈনা অরেপ্পা লৈতনা কাপ্পরক্লবা মতমনি। শিবা চঙবা অনীগী মরক্তা শন্না মফে অমতনা খারবা তাঙ্গনি। বা ঙাংবা লোইবগা সিফাইদু গুল্লিনা পান্দুনা শিবগা মান্নে। লৈহৌরিবা সিফাই অনীদু মিৎচানদুনা শংত্রিক য়েংনৈ।'

'অনীশুবা সিফাই (ফুরিৎ খাওদগী ফোটো, চিঠী পুথোরকই)— হিংগনি হায়বদি থাজদ্রে। ঐগী পাম্মুবীগী মমিংদি জেকলিন কৌই, নিউয়োর্ক সহরমক্তদগীনি। ইবান্নীগী মরক্তগী অমা হিংহৌবা থোক্লবদি তম্বীয় শিবনা অশেংবা নুংশিবগী ঙমখৈ নত্তে,...।'

'মখা করি হায়নিংবা লৈবা খণ্ডদ্রে। মহাকস্ গুল্লিনা পাল্লি, খুদক্তা শি। মখোয় অহুম লৈমিন্নরম্বদগী মথক্তা তরক তরক হিংহৌরবা আমেরিকা পাখং অদু করি খল্লুরবনো খঙদে, মাগী মমিৎ অনীদু মৈবুলগুম লংলদুনা তোর্বান্দা শিদুনা তারিবা মাঁশিং অদু কোয়না য়েংঙকই। হেঙুবোমনা পিক থন্না হাপ্পা জিপ অমদা মাগী মিৎয়েং থমখি। মরুপ অনীগী ফুরিৎ খাওদগী ফোটোশিংদু লৌদুনা মাগী ফুরিৎখাওদা হাপচিল্লি। মখুৎ থাংগত্তুনা ক্রোস শাদুনা জেসস্ খ্রাইষ্টপু খুরুমই। খুৎলৈ থুনা হৌগত্তুনা জিপ তম্না পাইশিল্লি, থরো থরো ওন্দুনা মফমদু য়ৌই। নোংমৈ মক্সনা মাগী নাক-য়েৎ তুং-মাং য়োম্না কাপশিল্লকই। মহাক্না স্টার্ত তৌদুনা জিপতু য়েক্লবা তেঙ্গোল তম্না থৌজিল্লি। মশা কৎথোকপগী লালওংনি— মশা শিদোক্লগা য়েক্লবশিং হাৎনবা থৌওংনি। নোংমৈ গুল্লিনা গাড়ীগী মিংশেল শিংকুপ শানা কাপখামখি। মহাকস্ হকচাংগী মফম কয়াদা পাক্লবনি, লাওনা পাঙলম্বা মমিৎ অনী উইথরক্লবনি। মাগী মশা পুন্নমক ঈখেংতনা লুপ্লবনি। মহাক বৈতরনীগী ভুন্নদা তোর্বান হৌরবনি। চপ য়ুংনা খনখিবা বাখলনা চৈশু ওইদুনা মথবাক্না জিপকী হেণ্ডল চেংনা কোনখি। শিগদবা শন্না অমতা ঙায়রবা মহাক্না গাড়ীগী মমায় চুমদুনা তাংজ-লিলগী খুৎচত্তা য়েক্লবগী তেঙ্গোল য়ৌনা থৌজিনখি। গ্রেনেদ ময়াম পোকখায়হন্দুনা য়েক্লবগী সাম্মী তোরা তুনা হাৎখি। য়োজোমা তুবেলগী লৈঙোয় শেক্তা মখক্তা মায়গৈ অনীমক্কী লাম্মাশংগী অশিবা হকচাংনা ফৌবোল তাবগুম তাখি।''

তাদনা হৈনিংদবা নুমিত্তসু ঐখোয়না নমদুনা মহাকপু ৱারী লীহল্লি। মরক অমা মাগী পম্সিদা অহোংবা অমা উই। ঐখোয়বু উবদা মহাক কয়া কৌনিং-ঙার্নিংবা মতৌ মান্দে। তুমিন-তুমিন ফমদুনা লৈরম্বা উবদা ঐখোয়দা য়াম্না হৈনদবা অমা ফাওই। মহাক্না স্কুল কুম্নকপা ঙাইবমখৈ ঙাইরগা নুমিৎ তাব্রদুনা, ঐখোয় পুন্নমক তুমিন-তুমিন য়ুমদা হন্নে। নোংমতগী বা নত্তে, তোয়না থোকখি। ঐদি কপনিংবা ফাওবা য়াওখি। কৈথেল কুমলক্লগা লালতেল পুদুনা ইনেনা নুমিদাং ঐখোয়দা হংঙবা নুমিৎ য়াওখি। ঐ পাক তমথবা য়াদে তাদগী খল্লুবদা।

নোংমদি তাদা ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রে। ইনেগী অৱাবা ঐ য়েংবা ঙমদে। তাদগা

কায়নবসি নৌরিঙেদদি ঐঙোন্দা য়াম্না ৱানা থোকই। মঙ-হাদসু মাবু তোয়না তোয়না উই। মহাক্না ঙাং-শকখিবা কয়া মশামক লাক্তুনা ঐগী নাকোংদা ঙাংলবগুম তারকই। মাংদা ফাক্তুনা পারিবা লাইরিক্কী চেনাদা মাগী মশক উরকই। ঐ পি নৌবা মী হায়বদু ওইরে। করিগীনো খঙদে মহাক লৈরমগদবোইতা থাজে। ইনেনা ঐবু উরগা চেৎনা কোন্দুনা কপই, 'ইনেগী ইবুংঙো, নং নয়াম্ববু উরম্রা?' ইনেগী ৱাহংনা ঐঙোন্দা খাঙবা ঙমদবা চৈনা অমা ফাওহল্লি। তাদা লৈতবদা মখোয়গী য়ুম হিংগোল ইহাঙ হাঙনা উই। তাদা লৈরিঙেদা শিৎ নান্না উবা শুমাং-থেলোং ৱাই ইচাই চাইবা উবদা ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। হিংগোল অদুদা লৈবা পোৎ পুন্নমক মমী ইশাম শান্না উই। হৌজিক্তা ঐ জ্ঞান তারকই— ঐখোয় উরগা তাদনা কৌদ-ঙাংদবগী মরম। ওহঃ ঐখোয়গা কায়নগনি খল্লুবদা তাদসু অকনবা চৈথেং অমা ফংখিবোইরে!

নুমদাং কৈথেল কুম্মকপা খুদিংগী ইনেনা তাদা কৌদুনা কপ্পা য়ুমলোন কয়া লান্না তাই। কৈরোল-লৈকায়গী মীনা ঙাংনৈ— 'মচাগী মৈনা চাক্তুনা মণিসে ঙাওদুনা তোক্লরনি। মপুরোইবা লৈবসু নত্তে, শুপ্নগী মচানুপা অদুগী ৱাখলদা হিংলিবনি। শিগ্নবরা নত্রগা চংলিবরা হায়বসু খঙদ্রে।' চাক থোংবা খুদিংগী ইনেনা তাদগী চাক হাপতবা লৈতে। অয়ুক্কী চাকলেন্দা হাপ্পা তাদগী চাক শক্তে নমদাংদা ইনেনা হেক-হেক চায়। নুমদাং চাকখুম মৈ মুৎপা য়ামনা কুইরকলে।

নোং হেক ঙানবগা মচিন-ময়া শেংগনি খঙদে, ইনে লমজাওদা তহ্না-তহ্না হেক্তা থোকই। মৈতৈলোলগী খবর নোংমতা কাংদনা লৈ, অদুগা মীঙোন্দা পাহনগনি। 'ঙরাং কদায়দা কাপ্নবগে? কনাগী মচা ফাখ্রবগে? কনা শিবা য়াওবগে?' ইনেগী লৈয়েংদা পকখ্রবা ৱাহংনি। নোংমগী খববগী পাউ তাদ্রিমখে ইনেগী পুক্লিং লৈতাফম খঙদে। ৱামল্লবদি মাসে মহৌশাগা মান্নরক্তে। মী কনা মতা লৈতনা মখোল থোক্লা ৱা ঙাংবা ইনেগী হৈনবী ওইরে। লম্বীদা মতোমতা চৎলবসু ঙাংবোই-শোনবোই তৌই। করিগুম্বদসু চৈতেক অমা পায়দুনা লৈমায়দা খোৎলি, লৈই হন্না হন্না চিংই, হন্না হন্না ককই; মচিন্দসু মুরুম-মুরুম শোম্লি— চঙ-শি, চঙ-শি, ...। অমুকসু কপথোকই, 'ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা! নংগী নশক উরক্তবা কুইরেদকো নমাদি! ইচাগী মশক অমুক্তং উবা ফংলবদি, শিরবসু পেল্লনি ইমাদি!'

ঙানা ঈশিংদা হৈনজবগুম কৈথেলনা ইনেগী থৱায়নি। একাদশী ব্রত তৌরবসু মাদি কৈথেলদি খক কাবা লেপতে। মশা ঙমদদুনা মতম চানা কৈথেল কাহৌদ্রবসু নুমদাংৱাইরমদা শাইরুক অমা কোকথোং নাদুনা হেক্তা চৎলি। পোৎ খরতা ওইরবসু য়োল্লুই, করিগুম্বা খরসু ইমুংগী লৈদুনা হরাও হরাও কুম্মকই। নোংমা ইনেনা হায়বা ঐ তাখি, 'চহি তরানিপালদগী কৈথেল ফমমকপনি। কৈথেল লাইরেম্বী ইমা ইবেম্মগী থৌজালদগী

নোংমতা চাকখুম মৈ মুৎলক্লি।' তাদনা য়ুম থাদোক্তুনা চৎখিবা নুমিত্তগী ইনেসি কৈথেল কাবা লেপ্পা তোয়না থেংনৈ। ঐনা অসুম য়েংবদা মাগী মশাসি অসুম অসুম ফৎচিল্লক্তে, ফমুংদা হিপ্তুনা নাহেদুনা লৈরম্বা মশীং য়ামলে। মতোমতা ৱারী শাবনা মাগী পোখাবা ওইরে। মবুক্লিংদা খনবদো মচিল থোকলে— 'ইবুংঙো, নংবু কনাগীদা লৈবগে? ইচাদি মপুক চাউবনি। নংবু নপুক থন্না চাবা ফংলিবরা? কনাগী থৌইনশিন্দগী নমাবু থাদোক্তুনা চৎলিবনো?' মহাক মবুক্লিং নুংশিনা হিক হিক কপথোকই।

নোংমা নোংমা হৌখি, চহি কুমজা লানখি। অদুবু তাদহোইদবু চৎলুরবদি ঐ ৱাখলদা লম্মাংনদবা লৈতে। মিত্তা উরকই নোংমা হৈনৌ মখোঙদা ঐখোয় ময়াম ফম্মিন্নরিঙৈদা মহাক্লা ফাগী তৌদুনা নোকমিন্নখিবা। 'হয়েং পাখং ফারবদি, লৈশাবী কোয়বা চৎলিঙৈদা নহোয় ঐ লৈরি হায়বা কাউগনি।' তাদদি নোকনবনি, ময়াদুসু লংবনি। থাংজৌ পায়দুনা করিগুম্বা অমা থাবা, লাইরিক অমসু ফাক্তুনা মনাক্তা থম্বা, ঐখোয়না তোয়না থেংনবা তাদগী থৌদৌনি। ঐখোয়দা ওনশিন্দুনা মহাক্লা হায়খিবা ৱাদো নিংশিংলকই,

'অঙাংশা! ঐ পাখোং অমা চনগে। নখোয়গী মরক্তা ফোঙবা ঙম্বা কনা য়াওবগে য়েংসি। মুন্না তারো।'

ঐখোয় পূন্নমক মাগী মমায়দা মুন্না য়েংদুনা লৈখি। নুমিত্তু নুংথিল পোবোপনি। মহাক্লা হায়খি, 'মমা লৈরিমখৈ মচা পোক্তবা, মমা শিখ্রবা মতুংদা মচা কোন্না পোকহৌবা, পোকহৌম শাংফম্না মাগী কোলোয় ওইবা, করি লৈনো?'

ঐখোয়না ঙক্তুনা লৈবা উরগা, মোমোন নোক্তুনা মহাক্লা খুৎদোম্বী থিন্দুনা হায়খি—

'তো, আদা শাংলিবা লৈসি উরব্রা?'

শিবা হায়বসিসু অচৌবা পাখোং অমনি। মী কয়া শিখিবা পুন্সিদা থেংনরে। অদুবু মীনা শিববু কাউথোক্তুনা হিংবা ঙমলি, শিরোই নারোইদবা কায়দাগুম থবক তৌরি। ইনে শিরে। নোংমা নোংমগী শোঙ্জিল্লক্তুনা মহাক শিবনি। চাদবদগী শোম্থখিবনি। মচা কায়নবগী নংঙাইতবা ৱাখলদগী চারিবা পূন্নমক মচি ওইদবনি, তুম্নবগী পাঙ্গল হুম্বরকপনি। তাদনা ইনে কম্বীদা হাপ্তুনা ঙৌবনি। 'ইমাগী হরি, হরিমণি' অরোইবা মতম ফাওবা কৌর-কৌরদুনা শিঙমদনা শিখি। ইনেগী অস্থি-সঞ্চয় নুমিত্তা তাদা লোন্না লাক্লম্বা থেংনহৌবা মী য়াওই। মকোই চোম্বনা, মশম থাকপনা মীনা মাগী মশক-মশা লাকশিনবা পাক ঙমদে হায়নৈ। মহাক্কা উনহৌদ্রবসু, ফক্লাংদা ইরম্বা ৱাহৈ খরসিনা মহাক লাকলমই হায়বা ঐ তশেংনা খঙই। ৱাহৈশিং অদুদি— 'অঙাংনা মৈ পায়বা কিদে।' ঐ মাগী খুৎইদু খঙই, মনুংগী অর্থসু।

ইম্ফাল, তাং ৯/৪/২০০১ ইং

# যাত্রীক অমগা থেংনবা

নোংমা নুপা অমা নুপী অমগী মায়থোং উবমক্কদা মুনখি। নুপা নুপীগী অরোন-অথুপকী মিৎয়েং নত্তে। অৱাবা মরীক অমতা পঙ্ত্রবা থম্মোয়গী নুংঙাইবনা মাগী ওইরবা, পাল ফাওনা মাগী মায়থোংদা মমি তারবা তাঙলবা মিৎকুপ খরদা নুপী অদুনা ওইরিবা মশক্তু উরুবনি। মোমোন নোকপা মায়থোংগী মরুমদা নুপী অদুগী লকানুংদা লৈবা লৈহৌনা থল্লবা থম্বালনা ফুগায়না শাতোকলকপদু লাইযোকপনা থেংনরুবনি। মোনালিসানা কনাবুসু উরুবা নত্তে, মীরোললে খংঙকপগী অহানবা থম্মোয়গী ঈহৌনা মাগী থম্মোয়গী চাংজৌ পাথোরকপনি, তাইবং মীরমলেন্দা নুপীগী খুদোলগী মমল খল্লুবদা চাউথোকচবা পোকপনি। লিও নার্ডো ডা-ভিনছিনা উরিবসু অচুম্বা অসিনি, জীবনা অহানবা মরূ হুনবা মতমদা নুপী-ওইবীশিংনা নুং-পাল ফাওনা নুংঙাইবগী শকফম উৎথোকলপসিনি। জগৎকী নূপীশিংগী লক্ষণনি। ফোটো নম্বশিংনা থিরিবসু মসিনি— মচেৎ অমদা অচৌবা তাইবংপানগী মমি তানবা হোৎনবনি। লাইরিক ইবশিংনা তান্নরিবসু মসিনি—শুপ্নগী মী অমদা লৈবা তাইবং-মী পূম্নমক্কী 'চোরিত' অদুবুনি। কুঞ্জবাসী লাইরিক ইবা মীনি। চহি নৌরিঙৈদগী মহাক লম্বী অসোমদা চংখি। ফোঙদোক্ত্রিবা মপোক্কী পীথোরকপা মগুণ লৈত্রা হায়না মী খরনদি মহাক্কী অহৌবা খুৎথাদগী উবা ফংখি।

কুঞ্জবাসী ক্লাস বান যাত্রীকশিংগী মনুংদা অমনি। মাগী মায়থোংদা অৱাবগী মমি তাদে, নুংঙাইবগীসু। মহাক কদায়দা কররিগী চৎলিবনো? চপ চাবা পাউখুম পীরগদি পরেং অমতগী

বানি। মাগী মরমদা রা খরা হায়নিংবা লৈ। মাদগী বাসু নত্তে। মপোক্কী ওইনা ফরকপা মী কয়া লম্মখাংদা মাঙবা য়াওদবা নত্তে। খ্বাইদগী হেন্না অরাবদি, মশাগী মগুণ মশানা খঙজরবসু জগৎসিদা মশক নাইবা পোৎ অমতা পুথোক্লমদনা মপুঙ্গি কেমখিবা মীসু লৈ। নেশানা পুন্দুনা বুদ্ধি-লৌশিং ফকচিনখিবা ওম্থোক্লা পাম্মুবা জাৎকী মীসু লৈরি। মশানা খঙজবা কয়া, খঙজদবসু কায় পুঙ্গিগী অমোৎপা লৈখোমদা হন্না হন্না চোংথদুনা অনিংবা অমতা পাংথোক্তনা মতম হৌখিবনা হানবা মীসু য়াওদবা নত্তে। লীশাং শিৎনা হোৎনবা কনবা মীতনা পুঙ্গিদা মশেক-মঙাল নাইবা ঙমখি। কুঞ্জবাসী হোৎনবা রাৎপা মীদি নত্তে। মাগী অনিংবা, অপাম্বদি নোংলৈ-নুংশিৎকী পাংথকনি, ঙাইহাক্তং হুরু-হুরু লৈশিন্দুনা নৈখায়দুনা শিৎলম্লগা শ্বাই মাঙখিবা। মনা-মথুম য়েংনা থবক তৌবা, কল্লক-মিহৌ চাউবা মীওইসু মাগা নক্লা তিন্নবদগী মশক খঙই। মখোয়গী থৌদৌদু মরম্নাইগী অশেংবা মরল মাঙহনবনি মহাক্লা খল্লি। মবুকথোক মরম্নাইগী ওইবা পোৎপু শিংথাজবা মীনি মহাক্তি। মসি মাগী পুঙ্গিগী হিমায় চুমলিবা অরংবা রাখলগী থরানমিচাকনি। মহাকপু মীনা কবিনি হায়বি; মী খরনসু মাবু রারী ইবনি হায়বসু য়াওই। মীয়ামগী মিৎয়েংদা কৈদৌঙৈদসু কনাগী অশেংবা মশক ফংবা হৌনদে। মহাক্লা চৎলিবসি পুনেদনি। ভারত অপুম্বগী ওইবা কবিশিংগী রাখললোলগী অচৌবা মীফমদা মহাক শরুক য়াকপদৌরিবনি।

নুংথিলগী পুং মঙা মিনিট খরা চৎলবা মতুংদা থারকপা এক্সপ্রেস ট্রেননি। মাগী সিত্তা লৈতানা ফম্লবা ট্রেনমক্তি থাদ্রিবা চৈরক্তা কুঞ্জবাসীনা উরকই— যাত্রীকশিংনা চখোক-চৎশিন তৌবা, ট্রোল্লিদা পোৎ হাপ্পুনা চিংদুনা পুবা, পোর্টরনা পোৎলুম কয়া মকোক্তা হাপ্পুনা হাথু-হাথু চৎপা। রেলরে ষ্টেসন ঙাইহাক্তি মীনা ভ্রুং-ভ্রুং তিনখৎলকপা কৈথেলগুম্বনি। মচুম তানা কেরবা সাহেব, মেম সাহেব, মশম-মনা হাৎকনি খঙদ্রবা মোৎপনা মশক উবদা হাকথি খনগদবা মাল্লবা নুপা-নুপী কয়া, গাড়ী মচা ইন্দুনা অচা-অথক হাবা চৎলিবা মীওইশিং, চা-কফী য়োন্নবা কোয়চেন চেন্দুনা লাউবদা মখোল তারবা নহাশিং— ষ্টেসনসি ঙাইহাক্তি মেলানি, কুম্মৈনি। মীশিংগী চরাংনবা কুম্মৈদু উরগা, চিক্লা লৈহৌগদবা ষ্টেসনগী ফিবম খন্থরুরগা, কুঞ্জবাসীনা অঙাং ওইরিঙৈদা মাগী ইমুংগী মীগা সিনেমা য়েংবদা অমুক অনীরক উখিবা নায়িকা অমগী মশক মশেন-মরাং উরকই। কাইনথংদা মাগী মমিং অমসুং মাগী ঈশৈ অমসু মহাক্লা খোয়দাবা ঈশৈগী মনুংদা অমা ওইখি। কাননবালা, লৈবাক্লা কানন দেবী হায়রগা হেন্না খঙনবা, লৈখিদ্রবী নায়িকা অসিগী ঈশৈদু ঙসিদি মঙোন্দা অনৌবা অর্থ অমা পীররে—

লম কোয়বা পুম্নমক

কায়নগনি লম কোয়বা পূম্নমক
মিৎকুপ অমতগীনি মেলা
... ... ... ...।

হৌজিক ট্রেন খোঙজেল য়াঙনা অমসুং চাং নাইনা চেল্লকলে। মাগী মিৎয়েং থংনবা ডাবা খরদা তোংলিবা হেক য়েংথোকলুবদা উবা মীশিংদা থমলে। মহাক্না উই পঞ্জাবী, বঙ্গালী, বিহারী অমসুং মশক লেপ্পা ঙমদবা ইমুং অমগী নহা অহল লৈশাবী কাংবু। কুঞ্জবাসীনা খল্লি— মীগী মী অস্মানি, লূ-তোং ফিজোল খেন্নবতনি। ঙাইহাক্কী মতুংদদি মাগী মিৎয়েংদু নুপী অমনা ফাখি। মহাক ময়ামদগী তোমথিন তাই। অহানবা উবমক্তদা খঙবা ঙমই মহাক ময়ুম পান্দ্রিবীনি। মমায় শাংতক তৌই, কুচু পাললি। তোংগানৈ, মশা তবা তবাই। মশম বোয় কতিং তৌই, পকচৈ। হাপ শার্ট অঙাংবা অমা চগোম চগোম লিৎলি। মহাক জিনগী লোংপেন্ত অমা শেৎলি। মহাক থোংনাউ মপাদা ফক্লাং ময়াদা মখোঙ অনী সিৎতা তিংখোক্তুনা ফমই। ঐনা য়েংথোকলুবা খুদিংগী মহাক মৈনিং কুমলিবী নপীনা মখোঙ অনী তিংথোক্লগা মতম্বাক্তা পুকথম থাঙক্তুনা চাক চাবগুম, লাইরিক অথাবা অমা ফাক্তুনা মফৈবাক্তা থম্লগা পাদুনা লৈ।

অপাম্বা মান্নদবা, মঙাও খেন্নবগী রাতানি, মী পূম্নমক ঙাওদনাদ লৈতে। কনাগুম্বা খরনা জ্বার পামজবসিদি করি হায়রুরনি। জ্বারগী খুৎথা লৈরক্তুবদি মতৃগী ফনেক শেগ্রাক্তা য়েপ্পুনা হূদুনা পুই হায়রিবনি। কনা অমনা য়ুদা ঙাওই। য়ু পংবমখৈ থর্কচিল্লগা মফি-মরোল খঙদে, লৈপাক্তা শল-ইরোইগুম ওল্লি। নুপীদা ঙাওবা মীদি য়ামখ্রে। মশকপু ফজরবদি, ফত্তবা নুপীনি খঙলবসু মাগী লাংদা থুদুনা নুপা কয়া মাঙজে। নুপীগী মিৎয়েং অমদা তুদনা নুপা কনা লৈবগে? থ্বা চুরুট্টা ঙাওবা নুপা-নুপী হজারনি। লাইরিক পার্বসিসা অকনবা নেশা অমনি। কুঞ্জবাসীনা খঙনিংই নুপীমচা অসিনা অসুক পুক্নিং চঙনা পারিবা লাইরিক অসি করম্বা মখলগী ওইরিগদগে। লাইরিক্কী মহাওদি অপাবা মীতনা খঙই। পারিবা লাইরিক্তু নুপীমচা অদুদা নুংঙাইরে হায়বা অসিমদি কুঞ্জবাসীনা খঙই।

যাত্রীকশিংসি অমরোমদা হায়রগদি জেল মনুংদা লৈবা বগিশিংগুম্বনি। মপাল-ইপাল থোকপা খোঙ হাম্বা রেলগী ডবা মনুংদনি। চানিং-থকনিংবা পোৎ অপাম্বা খন্নিংঙাই লৈতে, মীনা হারবা চাবা তাই। চাক বুক তৌদুনা পুরকলগা চানবা য়াওই; অচোই অপাদা বিসকিৎ, চা, ফ্রুতি থরুবা উই। লাইরিক্তা ঙাওজবী নুপী অদুদি কফী, দবলরুটি স্লাইচ তোয়না লৈবা উই। মানা পাম্বা পোৎকী মহাও ময়ামগা মান্নদে। কুঞ্জবাসীনা ঙকচৈ চিনখ্রবা অচৎ- অথোক মীনা ঙাইহাক কাংদ্রবা লেট্রিনগা কোন্নবা ডবাদা নপ্পুনা হাপলিবা কম্বল, বেদ-কভয় পীবা

মীগী বেদ-সিৎতা নহানুপা অনী ফমদুনা লিকর থক্লম্বা থেংনৈ। খুবাক ময়ায়দা শগুল তৌবা হায়বদুনি। মসিদগী শরুক চামা হেন্না ঙক্লিবদি বন্বকী মৈঙাল খঞ্জিলবা মমতক তৌবা কাচিন্দা নপশিন্দুনা লাইরিক পাদুনতা লৈবী নুপীদু চুরূট থক্তুনা লেপ্তুনা লৈবা উই। মহাক কুঞ্জবাসীদা য়েংঙকই, কুঞ্জবাসীসু মঙোন্দা। মবানি মিৎচানরুই। মহাক কুঞ্জবাসীবু উবদা কোইতক তৌই, মাগী মতৌ উবদা কুঞ্জবাসীনা অমুক হেন্না কোই। করিসু লৈতবা ৱা অমতং হংগদবদা লাই লৈবমুক কিরে। অনৌবা যুগসিগী হৱা-নুংশিৎ হায়বদু মসি ওইবা তাই। মীওইবসি খাইবুং-খাইবুং তারে। মী পূম্নমক সমুদ্র ঈপাক্তা লৈবা ঈথৎ মচা মচাগুম নাইতোম তানরকলে। মীয়াম মরক্তা লৈরবসু মীগী পুক্লিংদা সমাজগা শম্নদনা মদোম তবক লৈবগী নুংঙাইতবা ফাওরে। মী অমগা মী অমগা কৌন-ঙাংনবা ৱাৎলে। মীগী মরীসি নোংমা নোংমগী তৎনরকলে, লাপথোক্লরকলে। নুপীমচা অদুনা থকলম্বা চুরূটতু মুৎথৎলগা থোঙ হাংদোক্তুনা থুনা চঙখি। কুঞ্জবাসীনা লৈমায়দা তাদুনা লৈবিবা চুরূট মতেক অদদা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই, ফনসু শাংলি মতেক্তু। মনমদগী নেভিকৎনি হায়বদি মহাক্না হান্না খঙলবনি। মহাক্না মাঙোন্দা হংগে খল্লি, অদুবু হংবদি ঙমহৌদে। 'করি লাইবিকনো? মমিং করি কৌ গে? কনানা ইবনো?'

ট্রেন অদু ষ্টেশন মচা লানবদদি মমিংতগী ওইনা লেপ্পী, খরা হেন্না চাউবা ষ্টেসনশিংদা ঙাইহাক কুইথৈ। বাসীনা উই হান্না তোংদুনা লাকমিন্নবা যাত্রীকশিং খরা কুমথহৌবা, অনৌবা মীশিং পোৎয়োমগা লোয়ননা তহা তহা কাখৎনরকপা। কুঞ্জবাসীগী পুক্লিংদা তপথবা ঙমদবা ইশুল অমা ফাওরকই--- নুপী অদুনা পুংজা মশীং খঙদনা পাবিবা লাইরিক অদুগী মমিংতা ফাওবা খঙহৌদনা মহাক ষ্টেসন অমদা কোক কুমথহৌগদ্রা। মহাক্না নুপী অদুগা টোইলেং লৈবা ঢবাদা থেংনৈ, অনীরকশুবা উনবনি। হন্দকমুকসু মহাক চরূট থকলমই। ইকাই-ইকি থাদোক্তুনা বাসীনা মাঙোন্দা ৱা খরা হায়। মবানী ৱারী শান্নবদি ইংরাজীদা ঙাক্তনি। মদুগী মৈতৈলোন ৱাহন্থোক্তি মসিনি—

'ইবেম্মা, করি লাইরিকনো নংনা অদুক থৱায় য়াওনা পরিবদু?'

'উপন্যাসনি।' নুপী অদুনা খুমই।

'পন্দুপ কয়া য়ৌরগে?' মহাক্না মখা তানা হংই।

'কুনহুমদোইশুবা পন্দুপ পারি।'

হংবগা খুম্বগা চপ-চপ চানৈ। মতম চঙদে, ৱাহৈ চঙদে। ঙাইহাক্তনি। তাল্লক্তা উনহৌবনি। অদুবু করিগীনো খঙদে কুঞ্জবাসীনা খঙনিংলিবা লাইরিক অদুগী মমিংদি হংহৌদ্রে। করিগীনো মহাক্না লাইরিক অদুগী মমিং মথৱায়মক য়াওনা খঙনিংলুরিবা? মীগী অপাম্বা য়াম্না খেন্নৈ। নুপী অদুনা মী-পোংগী মতৌ-মওং য়েংবদা মপুক্লিং চঙদনা লাইরিক

পাবা উরগা চহি নিফুমুক শুগ্রবা মহাক্কী পুন্সিদা থোকখিবা ৱাফম অমা নৌহৌনা নিংশিংলকই। য়াম্না নহা ওইরিঙৈদা মহাকসু ট্রেনগী অশাংবা খোঙচৎ অমদা উপন্যাস অমা লোইনা পাখি— রুশিয়াগী উপন্যাসকার বোরিস পেষ্টর্নাকনা ইবা নোবেল প্রাইজ লৌবগী মতাংদা ৱারু-নোংজু থোক্লখিবা 'ডাঃ জিভাগো'। লাইরিক্তুগী মমিং অমসুং অইবা খঙনিংমনগ্রদুনা উপাই থিরকই, মাগী বেদতগী হৌগত্তুনা কুঞ্জবাসীনা নুপী অদুগী মনাক্তা নাশোল থোকহন্দনা চৎলি। মহাক মথৱায় লূপনা লাইরিক পারি মতম অদুদসু। বাসীনা ৱা হেক ঙাংথোকপমক্তদা মহাক খংই। বাসীনা হায়,

'ইবেম্মা! নংগী চরুটতুবু য়াওরিবরা? মচৈ অমতং ঐঙোন্দা পীবা য়াগদরা?'

'ওঃ! য়ানি।'

হায়রগা মহাক্লা মাগী মনাক্তা লৈবা ইয়ার বেগ লৌই। খুদক্তা মহাক্লা বেগকী চেন চিংথোকই। বাসীনা উই কিং সাইজ নেভিকৎ উপু খরা মনুংদা য়াওবা। উপু অমা লৌথোক্লগা মহাক্লা লাইটরগা কোন্নবা বাসীদা খুৎশিন্নৈ অমসুং মাঙোন্দা হায়,

'ইবুংঙো! উপু অসি লৌবিরো; ঐগীদি মখল অসিদা উপু খরসু থোইনা হেন্না য়াওরি।'

নুপীমচা অদুগী মীতেক-মীরৌ খঙবা হৌন-লোনচৎ ফজবা উবদা বাসী ঙাইহাক ঙাওই। মাগী মতমবাক্তা হৌজিক্তা পারম্বা লাইরিক্লা খুমজিন্দুনা থম্বদু হাইফেৎ উহৌই, ময়েক অনোয়বনা মমিং চাউনা থাই— *Reasonable Doubt*। অরু-অহেন অমসুং ইরাংদা তাউবা মতম অসিগী নুপীশিংগী মরক্তা ইথা থাজদনা নুপীমচা অদু থেংনবদা কুঞ্জবাসীদা ঙক্লা থোকই। নুপীমচা অদুগী তমজনিংঙাই ওইবা হৈনবী অমসুং লাইরিক্তুগী ফজবা মিংথোলনা শুন্দ্মৎখিদুনা কন্নানা ইবনো হায়বদি মহাক খঙহৌদ্রে।

ইম্ফাল, তাং ১৭/৪/২০০০ ইং

# কায়দোংফম খঙদ্রবা চেক্লা

গোপালস্না চাউদম-শাংদম, মফি-মরোল শেত্তোক-চখোক্রপদা মতৌ অমা লৈ। পুক্লে কুচুনি অঙাংদি নিংথাদা খঙই হায়বা পাউরৌদ্ মহাক্কী পুন্সিদা চপ হেক চানা থোকই। মাঙবা শুমাংদা কুম্মৈ-ফিয়োং অমা থোকপদা য়া-য়াবু লাউনরবদি গোপালস্না ওইরমগনি হায়না পীক্লিঙৈদগী মী খংনগল্লি, মমান্নবা তিন্নবদা মরৈ-চক্রি তৌগল্লি। মাবু ঙমগদবা মীগা খংনবদা হান্না থৌরাং তৌদুনা লুম্ফু তৌগল্লি। মহাক্না পাখংমচা ফাগৎলকপা মতাংদা মাবু পোকপা মপাবুং অমসুং মমা সীজ মীৱা তাবা মশীং খঙদে। মী চিকপা লৈরক-কোনশাংদা মহাক্না তানচারুদুনা থেংনরবদি লৈশাবী মচাশিংনা থৈদুনা চেল্লি। মাগী মমিত্তা মীসে তূমিং কাংগুম উই। ধাকা শান্নফমদা মপাবুংনা মহাকপু শল-ইরোইগুম ফুই, অদুবু মহাক খক হনবা লৈতে। লগাও খাওবগী পুলিসনা মহাকপু লাইয়ুম ধোপকা কোন্ননা ফাদুনা লোককপ্পা কয়ারক থম্মুরবনি। অকাম-থুনাম পন্দুনা মীবু চৈ-থাংলুবগী মীনা ফুরকপসু মহাক থেংনরবনি, মশাদা যক্ষম লৈরবনি, অদুবু ইকাইবা মচেৎ অমতা মঙোন্দা পক্তে। হৌদোংগী ঙরাংলা হায়বদুমক মঙোন্দা থোকই।

মীগী পুন্সিদা অকা-অকৃম হায়বসি থেংনদবদি নত্তে। চৈগারকপা মতমদা অঙাওবগীসু শরুক থুংই। মরক অমা বাজারগী ফুটপাথতা বং শান্নদুনা গোপালস্না শেল য়াম্না তাল্লি। পৈশাসি মহাক্না ৱাইগুম শীজিন্নে। মতিক মপা চাদনা সুট অহনবা, ঘড়ী, সনা খুদোপ সনাগী মরী, মাবু উবদা ইনাক খুনবা মীগী শক্তমদু চপ চানা মাল্লি। স্কুল তম্বদা খরা কা

খরা কাদা, ক্লাস সিক্স ফাওবা তম্নগা মহাক মখা তাদনা তোঞ্রবনি, অদুবু ঙাং-শকপদদি ঈশিং লিত্তে, বি. এ. অমনা হাইজিনবা য়াদে। গোপালস্না চালাক হৈথ্রবা মীনি। নুপী অঙাং মমাংদা ইংরাজী মতেক অমকা ঙাংবদি য়াম্না মাল্লি। কোট খুদাংদা য়াল্লগা গোগলস অমুবা অমা উপ্পুনা লমজাওদা চৎপদি অচৌ-অশাং চপচানা মাল্লি। য়ুদি অয়ুক নুমদাং খাযদনা থকই। মীনা য়াম্না নুংঙাইতনা ৱারীনৈ— খুঙ্গংমচা অমা মাগী ফিক্রিদা থুদুনা মমিত্তা মপি তাখিবা থৌদোক অমা। গোপালস্নানা হাইফেৎ য়েংবদা হেক্তা খঙই নুপাসি সহরগী হৱা-নুংশিৎ ফংদ্রিবা মীশক্নি। মোইথেম তৌদুনা মরুপ্তা-মরুপ হেক শাজিন্নদুনা ঙহাক পোৎথারুসি হায়দুনা য়ু য়োনফম অমদা নুপাদুবু পুশিল্লি। মবুক ফত্তবা মীগী লাংদা নুপাদ থুখি। ইকাইখাঙদগী তোক্লসি হায়বা ঙমদদুনা খরা খরাদগী মথেন ফানা থক্তুনা মহাক পূমঙাও ঙাওখি। চাথোক-থক্তোকপিবদগী হেন্দোক্তুনা লংফে চতুনা চরা নাম্মা হেন্দুনা ৱানা তাঞ্জরুবা শেল খোক্তুনা মুনবী, শাথীনসু ফুদুনা থাখি। নুপাদু ও-খোংনা কপখি।

মরক্কী মীদি মীশিংনা ঙাংনা শানবিদে। ফত্তবা মীদি অফবা মীশিংগুম অয়ুক নমদাংগী পুন্সিদা মীরা-মীপা ও য়েংবদা য়াওই। গোপালস্নানা হন্দক নুপী চেল্লকপদা কৈরোল-লৈকায়গী মীশিংনা ঙাংনৈ—

‘গোপালস্নাদবু লৈনি হায়দুনা লাক্রিবা নুপীনা কয়া ফরমগবনো।’

‘গোপালস্নাগী মোইথম্মা পঙথদুনা চেল্লকপা নুপী ওইরিগনি।’

‘হন্দক মরক্তি লমকেৎ-লমহাইবা নিংথেম চাদ্ু কেননা মচুম তারবনি। সুট-টায়, ঘড়ী, সনাখুদোপনা পৃমলং লংলবনি।’

‘নুপীদু মুনং তৌরবসু, ৱাশি য়াম্না লৈ।’

‘নুপীদি নোংমদা অনীরক পংথে। হোয়-মাই মরক্তা শম্না মফৈ অমা লিৎপা চন্দে। গোপালস্নাগী চক্রি খাঙবা ঙমদদুনা লাকপা ওইরমগনি।’

‘অঙাওবী ওইববদি খঙদ্রে, গোপালস্নাদবু কয়া কুইনা লৈবীগবনো। হয়েংদা ঙায়রে মহাক মপামদা চেনখিগদবা।’

ফত্তবা মীগী হিদাক লৈতে। মীগী মচিন থোক মখা থোক্লা খল্লম্মী; অচুম্বনি হাযবসি গোপালস্নাগী পুন্সিদা য়েংলুবদগী খঙলে। নহা ওইবগী চোংলম চাদবা নুপী থিরগা ফখিবা মীগী মহৌশাগী ওইবা খোঙথাংনি। গোপালস্নাদি থোইনা হেন্নদুম ফৎচিল্লক্কে। অদুবু মাগী মমিত্তা মচানুপা অমদি উবা ফংলে। ষষ্ঠি-পূজা নুমিৎকী অঙনবা অয়ুক্তা মৈনিং কূমলিবী মাগী নুপীনা মহাক্লা চখোকলমদাইদা হায়হৌই,

‘সনখ্যা, ঙসিদি খরা ঙন্না হঞ্জিনবিরকউ।’

‘করিনো নংনা হায়রিবদু। ইচানুপাগী ষষ্ঠি-পূজা চাউনা শোনগদৌরিবনি। ক্ষিরনা হৈগনি।

শুমাং লিলা অমসু তৌদবা য়াব্রা।'

হায়গুম্মদনা নুংথিল ঙন্না মাইক খোংগৎলকই। পোৎয়েংবা লাকপা মীসু অতৎ-অথম লৈতে। বামোন লাক্তুনা ঙসাইনা ক্ষির হৌখ্রে। গোপালস্না পোকপা সনখ্যা অহল মচানুপা জ্বারবালাগী কলেজা খঙই। তান চানা হেনফদবা পূল্লমক শোয়দনবা মহাক্না লাঙখ্রে। নুমিৎ হেক তাবদা লিলা পার্টি থুংলরে। হুই ঙাওরবদি হূইবু থিরকই। গোপালস্নাগী মপাবুং চেনবা য়াদে। লৈকায়গী অমদি মঙাইমশেলগী ওকথোক-ওকশিনগী চিল্লবা মতমদুদা বামোন্না অঙাং মপা থিগৎলকই, মদুসু মনা-মনিল নাইহন্দনা মপাবুংনা পূজা তৌরিবা ঐজ্ঞাদা শিন্নে। মমাশীজসু মকোক শংবায়মুক চাউরে। লিলা শান্নগদৌরিবা মীশিংগী চঙদবা য়াদবা পোৎলমশিং তাল্লকপদা মহাক খুদোল লৈপাক তাবা ফংদে। মতমগী চক্রবু কনানা থিংবা ঙমগনি। পূজাগী শরুক লোইদুনা, লিলা হৌখ্রে। লিলাগী ফাগীদা ভাবোকশিংনা হৌনা হৌনা নোক্তুনা লৈকায় লান্না নিনখি। লৈকায়গী নুপী-নহাশিংনা ময়ুমদা হনবদা ৱারী শানৈ— নিংখেম্মচা হায়বসে মখোয়গী মগুণ অমদি লৈবা জাৎনি। ফনা মথোং চাদ্রবসু মখোয়গী গোপালস্না হায়বসে তৌথোরকপদি নুপামচা থোকই। ওক্না নীল্লগা হূনা মনা থাই হায়বদুমক থোকই। তিল্লস্না মী হনখ্রবদা, গোপালগী মপাবুং অমসুং মমা ইবেম্মা মাঙ্গোলদা বা মচেং ওমতা ঙাংনদনা তুনিন্না ফমদুনা লে। মখোয়না খল্লম্না য়াই— মচা অমা পোকপদা হেক পেল্লিদা। মচিন থোকদ্রেবসু মখোয়গী পুক্নিংদা ওমদুনা লৈরমগনি ফত্তবা মচাগী চোরিতালিং য়্ন থকপা, জ্বারা শান্নবা, নুপী অঙাংদা মখুৎ-মশা শাংত্তবগী বারু-নংগে থোকবা হৌজ-থেংগাং কয়া কয়া। মমা শীজনা মচিং থোক্না হায়রকই, 'ইমৌসে লৈকারাসদা লাকপা মৌশিংদগী মশক-মতৌদা তোম্বদে, অদুবু নচানুপা গোপালগী মমিত্তা ইন্দুসে মমল কাবি মতা লৈতনা উই। খৎনবা খুদিংগী নপাম চৎখ্রোনা মাঙ থাই। কারি লৈদুনা হায়জবা শারিবনো?'

মী তূম্না-হিপ্পখ্রবা মতুংদা গোপাল শরমদা হল্লকই। মনীংথোঙ তপ্না হাংদোক্লগা হূরানবদোনা কিথী-কিরুম মাগী কাদা চংঙকই। মাগী নুপীনা উই— মহাক অন্দর-রয়ার অঙোবা অমা শেলকই, মোজাফুরিৎ শেগা কোৎপী অমা লিৎলি। কোপোক কোক্না জ্বারদা খাদোক্লগা হল্লকপনি হায়বা মাগী নুপীনা খঙই। তপ্না মহাক্না হায়, 'সনখ্যা হনবিরক্লবরা?' গোপালস্না মদু তাবদা খংপ্রেক খংই। ঙসিদি মহাক মাগী নুপীবু কিজে।

মপা-মমা অনীনা গোপালস্না তোংঙান পীজরে। ইমুং অমা পুবগী অরাবা খঙহল্লগা মচানুপা খোঙ্গুল তারক্কদরা অহল অনীনা খল্লি। মনি-মমৌ তানদুনা গোপালস্নাগী নুপী কৈথেল থোকলে। ইন্দু চহি নৌরি। মহাক মনা-মশিং হেঞ্জাং য়োনবদগী হৌই। অহানবা কৈথেল ফম্বা হৌরকপদা মহাক খরা ইকাইবম্মী। ভাংথোক-শক্তোক্লকপদা নীনা তানিংবা হায়বসিসু পোৎ লৈবা য়োনবগী মায়গৈদদি মরু ওই। ইন্দু পোৎশিং ফৈ। মনেমবোক্না

মমৌগী মওং য়েংলগা ইমুং পুবা ঙমগনি হরাওজে। মহাক কারবার মখল মখল তৌদুনা য়েংঙকই। অহানবা অমুক অনীরক্তগী হেন্না মহাক মীঙোন্দা নপচ-তাংজবা হৈনদে। মরোমদোম চোংথোক্তুনা অৱাবা থিদনা ইমুং ফৈগাক ফৈনা পুগে হায়বা মীতানি মহাক্তি। মনেম্না মচা কোনবিরগা মহাক্না চেন-চোংদুনা শেন্দোং লৈবা পোৎ য়েংলকই— মোরে, তমেংলোং কোয়না চত্তুনা শেল তাল্লি। গোপালস্না হৈনখ্রবা ঈশৈ ঙংবা তোক্তে, জ্বারদা অয়াও-অয়াওবা থাদোক্তুনা মকু হুনা হুনা হল্লকই। মতূদগী শেল নমদুনা লৌরগা জ্বারদা থাদোকই, য়ু থক্তোকই। ইন্দুনা ইমুংগী অৱাৎপা য়েংদুনা লৈশিল্লকপা পোৎ-চৈ, তরানিশুনা ইম্নংদা লৈতে, মহাক্না হূদুনা পুরগা থাদোকই। ইন্দুগী ইমুং মরা তপ্পা লৈতে, মপুরোইবগা খৎনবা নোংমতা কাংদে। নুংতিগী চৈনৈ, নুংতিগী ফুনৈ। চৈফম নাইনা শাথী শাথীনা মাবু ফুবী। চুম্নগী ৱারক-থৌদাবা নত্তে হায়দুনা ইন্দু পোকপী মমানা মচাবু ময়ুমদা পুদুনা থা-মখায়মুক লৈরুবা মতাংসু য়াওই। মদুসু গোপালসনানা ইন্দুবু হেক্তা কৌরুই। ঙাইহাক শিথশন্নদুনা মীগী মবুক ফাবা হৈখ্রবা গোপালস্নানি।

চীংদা চৎপসি ঈনা উনা য়ৌবা লৈতে। উরূ উরূ লৈশিন্দুনা চীংচেপ্তা চৎপনি, চীং কাবনি। তোয়না চৎশিল্লক্লবদা ইন্দুনা খঙদবা লম্চিৎ-তূমিৎকী মমিং লৈতে। গ্রোক্টা ওফিসার অমগী ঙা অতেকপা, চীংদা য়ংদবা পোৎ-চৈ ইন্দুদা হেক-হেক তপ্পী, মহাক্না ইম্ফালদগী অতম্ননা লৈদুনা হেক-হেক পুই। ওফিসার অদু নহানি। ৱানা পুজরকপনি হায়দুনা মক্লিকনদে ইন্দুনা হায়বদু মহাক্না হেক্তা পী। নোংমদি ইন্দুহোয়না তোংলিবা গাড়ী বেরা তৌদুনা, ইম্ফাল য়ৌনা চত্নুনা মেছিনগী পার্ট অমা শেম্মুদনা য়াদ্রে। ড্রাইভরনা তোংলিবা মীশিংদা ঙসি চীংদা লেকপা তারে খঙহল্লি। বি. ডি. ওগী ওফিস য়ৌগদবা লাপত্রে হায়বা ইন্দুদি মমিৎ উইশিনবদা খোৎখোৎপা উই। মফমদু তান্না চৎলগা অহিং অমা লেক্লুরগে মাগী মপুক্লিংদা লেপলে। পোৎ কোকথোং নাদুনা ৱাটরদা মহাক্না চংঙকপা মতমদুমক্তদা, ওফিসারদু বরান্দাদা লেপ্তুনা লৈবা উই। ওফিস চৎনবগী ফিজোলনি হায়বা মহাক খঙই। ৱা অমতা ঙাংদনা মাঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈবা ওফিসারগী মতৌ উবদা ইন্দুনা ঙাংনা ঙাংনা মাঙ্গোল কাখৎলকই,

'কৈদৌরে ইবুংঙো, অমুক্তা উদ্রিবা মীদৌনা নংনা ঐবু অদুক মুন্না য়েংলিবনু?'

'ইচে, নংসে ঙসিদি য়াম্না নহা ওইনা উই। ইল্লিবা নাপু মচুগী ফিদুবু য়াম্না পকচৈ; অতোপ্পা মী ওইনা উরুরে। ইম্ফালদগী করি পুরকপগে?'

'ইসে, অদুগী ওইরে। নংনা তপ্পা ঙাক্রা, উকাবী, কোবী থমচেৎমানবী ফজবা পুরকই।'

'বহাদুরগা তানদুনা শিদনবা খরা য়োকশিনমিরম্মু। ঐ ওফিস কারুখিগে। পৈশানা কয়ানো?'

'পৈশাগাদি লায়রি। লম্বীদা গাড়ী বেরা তৌরে। নংগীদা ঙসিদং লেকপা য়াগদ্রা হংবসু লাকলিবনি।'

'করিগী য়াদনি। ইচেনা ঐগীদা নোংমা ফাদোক লেকপবু কনা করি হায়গনি।'

ড্রাইভর লাক্তুনা গেরেজদগী জীব থৌদোরকই। গাড়ীদা ফমলদুনা ওফিসার অদুনা বহাদুরদা হায়, 'বহাদুর, ইচে ঐখোয়দা লেকপা তারে ঙসিদি। ঐ ঙন্না কুম্লক্কে। ইচেনা হায়বা পূম্নমক নং তৌরম্মু।'

নিংথম থানি। লম্বী উফূল হৌই। চীংলম্বীদা লাকপগী মশা মোৎপা নুংঙাইতদুনা ইন্দুনা বহাদুরদা ঈরুজফম হংই। বহাদুরনা মাঙোন্দা 'ভাবি' কৌই। ক্বাটরগী বাথরুমদা ঈরুজবা মাগী পুক্সিদা ঙসিনা অহানবনি। শাংনা য়াম্লবা মশম থাদোক্তুনা সাবুন নিংথিনা নোইথোকই, মশা ঙাক্তা ৱাই শংনা মিংশেল মমাংদা লেপ্তুনা হকচাংগী শরুক পূম্নমক সাবুন নোইদুনা পুক্রিং চঙনা শেংনা তকথোকই। নিংথেমচা ময়ুমদা লৈবগা খেন্নবা অদু মাগী থম্মোয়দা ফাওরকই। মতম শাংনা গোপালস্নাগীদা লৈরকপদা অসিগুম্বা নুমিত্তি অমুক্তা মহাক থেংনরক্ত্রি। হকচাংগী থাউ মনম নুংশিবা মখুত্তা হৈরগা মনম নমদুনা য়েংথোকই। মশাদা তৈরগা শেংনা তকথোকই, শেংনা হামদোকই। কৈথেল কুম্মকপগা মখোঙ হাম্পা শংদনা মচা পোদুনা চাক থোংবদু নিংশিংঙকই। নুপীনা ময়ম পানবদা মরা-মপুরোইবা অফবা খোকউবা হায়বসি মরায়বক থম্বাল শাৎপনি মহাক্না খল্লকই। মহাক্না খল্লি মাগী লাইবকসি থীখ্রেদা। নোংমতসু খোঙ্গুল তানা মপুরোইবনা নুমদাং হঞ্জিল্লকপা মহাক থেংনদ্রি। চৈরগদ্রা, ফুরগদ্রা, য়ু ঙাওরক্কদ্রা হায়বগী ৱাখলনা মাগী পুক্রিং নুমদাং অমতসু নে-তানা লৈবা ফংঙক্ত্রি। ইকাই-নুংশি য়ান্নবা অরোনবা মিৎয়েং অমতসু মাগী মপুরোইবগী মায়থোংদগী উবা ফংঙক্ত্রি। ইন্দু ঙসিদি পুক্রিংগী ফিরেপ্তা অওনবা অমা লাকপগুম তৌই, মহৌশাগা মান্নদে— তেল্লবা মীওইবগী মপোকনি খঙনা খঙনা, অসুক ৱানা মহাক্না য়ুম পাল্লুরবনি হায়না খাঙদুনা লাক্লিবসি কৈদৌঙৈ ফরক্কদৌরিবা? চৎলিবা লম্বীসি লৈখোমনি খঙনা খঙনা অসুম চত্তুনা লৈরগদ্রা? অফবা লম্বী অমা য়েংফম থোক্ত্রো? ঙসিদি মহাক ৱাখল য়াম্না খল্লি, মাপি নৌই।

ফজবা উরগা মমায় ওম্থোক্তুনা য়েংদবা কনা লৈবগে? ইন্দুনা মশম থাদোক্তুনা ক্বাটরগী বারান্দাদা লেপ্তুনা লৈবা বহাদুরনা লম্বীদগী উই, ঙাইহাক মিৎফম হোংবা ঙমদে। ইন্দুসু মাগী মিৎয়েংদু খঙই, নুপী ওইবগী হৌনশা মথম্মোইদা হরাওজবা ফাওই। গোপালস্নাদা লৈরুবদগী নুমিৎ চুপ্পা মকোক শংবায়মুক চাউনা লেনবা অরেম্বদা লৈমন চন্দুনা মাঙহনবা মাগী পুক্সিবু পাম্মুরকই। পুক্রিংগী করম্বা অথুপ্পা ইঙ্গিৎনো খঙদে, মহাক হৈনিংনা উই। ঈশৈ মতেক অমা ঙংলদুনা ইমুং ৱাই নালনা শিত্তোকই, ফম্মুং ফানুং মওং তানা লোইশিল্লি।

বহাদুরদা হংদুনা ওফিসারদুগী মমিং খঙদোকই— বৃন্দাবন। মহাক্না বহাদুরদা হায়, 'নহোই সারগী মমিংসিদি ফজখ্রেদা, মশক-মতৌসু নুপাদা নুপা মাল্লি।'

ওফিস হেক কুম্মকপগা বৃন্দাবন দ্রোইং রুমদা চঙদুনা ফমই। বহাদুরবু কৌরকই। বহাদুর চংঙকপগা ইন্দুনা ট্রেদা চা বিস্কিট পুদুনা চংঙকপগা মপা চানরুই। মখোয় অহুম অমনা অমবু য়েংনৈ। বৃন্দাবন্না ইঙক ঙক্লা ইন্দুদা য়েংদুনা হায়,

'করিনো ইচে? বহাদুরনা মরাইনা তৌজনি। নোংমতং লাকপদা ইচেনা...।'

'ঐনা তৌবদি য়াদ্রা? হংগোইবরা? নোকফেৎ তৌরদুনা, ইন্দুনা মরক থক্তুনা খুম্মকই।

চা থক্লা থক্লা বৃন্দাবন্না হায়, 'বহাদুর, ঙসিদি ইচেসু য়াওবনিনা খরা হাওনা চাসি। ঙক্রাসু উকাবীসু শেম্‌মম্মু। ইচেনা চানিংবা মওংদা থোংসনু। ইচেগা ঐগা দুকান চৎলুখিগে।'

'বহাদুর, কোবী মপালগা ঙক্রাগা থোংবা হাওবনিকো।' ইন্দুনা বৃন্দাবন্দা ফক্লপ য়েংদুনা হায়।

তারমদাই নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা চীংদা হৌবা পাম্বী পূন্নমক তঙাং তঙাং উই। অতপ্পা নুংশিৎকী শহুম ফংবদা উনা বানাশিং লেং-লেং চৎনা ফজে। অরাপ্পদা নুমদাংবাইরমগী থাবানা ঙৌশ্রোক ঙৌবা চর্চকী মতোন্দা নাইতোম থোকলি। লাপ্না উরিবা চীশাং পরেংগা অতিয়াগা লাংদাই ওইবা মফমদা মচু মচুগী লৈচিলনা মিৎয়েং হূরি। উচেক সঙ্গ সঙ্গ শুন্য-অতিয়াদা পোইরৈ তান্না পাইখিবা উই। লম্বীগী নাকন্দা অশংবা তিংথৌ মথক্তা অঙাং শিংনা চেন-চোংদুনা মনিং-মখা তম্না শান্নরম্বা থেংনৈ। মতম অসিদা বৃন্দাবনগা ইন্দুগা চীংয়াগী লম্বীদা খম্নাংনা চৎলি। ইন্দুনা হংবা খুদিং বৃন্দাবন্না তাকই— ডি. সিগী কাটর, ভিজিটরশিংনা লাক্লগা লৈফম আই, বি, চীংদোং তেমথোক্লগা শাবা এম, আরগী লৈফম, একজিক্যুটিভ ইঞ্জিননিয়ারগী ওফিস। নুপী অমনা মাগী মপুরোইবগা চৎথোকমিন্নবদা ফংবা থম্মোয়গী ইস্কুল অদু ইন্দুদা ফাওই। চৎনা চৎনা বৃন্দাবনগী মায়-থোংদা খঙহৌদনা য়েংঙুই, হাইফেৎ ইকাইবা ফাওই। মাগী পুক্লিং লোৎশিন্নবা হোৎনবদা মরী লৈনদবা বাঙাং য়াওরকই, মতাং চাদনা ইকোই হেক কোই। ইন্দুগী পুক্লিংগী অথুপ্পা মশক বৃন্দাবনসু খরা খঙখিবগুম তৌই। নাকোই অমরোমদা পুথোক্তুনা মহাক্না ইন্দুগী অশোনবা থম্মোয়গী মশক্তু কুপশিনবি। দুকান্দা চঙদুনা মবানি তান্নদুনা পোৎ লৈ—চা মনাগী পেকেৎ, কনদেন্স মিল্ক, মছলা, ইঞ্জন ওইল, টুথ ব্রজ, মনাগা কোন্ননা কোম কা, হৈরা।

ইন্দুগী পুন্সিদা গ্যাসনা চাকথোংবা নুমিত্তুনা অহানবনি। মীনা তাকপনা খরতা, মশান্না হৈবনা হেনবা মীওইনি মহাক্তি। মোরা অমদা ফমদুনা বৃন্দাবন্না ইন্দুনা চাকথোংবা য়েংলি। ইন্দুনা বারী শাবা হৌরকই,

'ইবুংঙো বহাদুরদা হংদুনা নংগী মিং খঙলে, অদুবু ঐদি নুপা-নহাগী মিং পাক হেক

কৌবসে য়াম্না কোইনা থোকই। ইবুংঙো নংবু করি লৈকায়দা লৈবগে? খঙনবদি ফনা মকুইরে, অদুবু লৈফম খঙদ্রি ঙসি ফাওবা।'

'কৌনবা থোক্লিবা মিংনি, কৌবদা করি কায়বগে?' 'ঐ মোইরাংখোমদগীনি।'

'অহল-লমনদি লৈরিদনা?'

'ইচে, করি হায়না তমসিগে? ঐগী পুন্সিসিসু খন্থরুরবদি য়াম্না নুংশি। ইচল অমতনি ঐগী লৈরিবা হায়ববু। মহাক পোকপা চহি ওন্দ্রিঙৈদা ইমা শিদোকখি। পাবসু ঐনা বি, এ, সি এগ্রি তম্বগী অরোইবা চহিদা থুপখি।

'নংবু নুপী থিরবরা?' কোইতক তৌনা ইন্দুনা মখা হংঙকই।

'থিদ্রি ইচে! নুপীগা থিবসি করিগুম্বদা তোক্লসিরা খল্লকপা য়াওই। অহলনা থনম্বা হিংগোল হৌজিকসু লম্মাং ওইনা লৈরি। ইমা পোকপা ইপু-ইবেনগী মনাক্তা হৌজিকসু লৈরি। ইবেম্মদং ময়ুম পালহনবা হায়বসি ঐগী লাইনিংনি।'

'ইবুংঙো, মীগী পুন্সিসে ৱাখলগী মতুং ইনবনি। য়েংবদা ইনাওগী করিসু ৱাত্তে। নুপী অফবা অমা য়েংলবা তৌবসি। মচলসু নোংমা লুহোংবা শোয়দবনি।'

'ঐগী হৌজিক লৈরিবা ফিমসে খল্লরবদি ঙাওরক্কদৌই। ইবেম্মসু নাইতওদা লৈইদ্রি। নুংঙাইথোকগদুম তল্লসিরা খল্লকলে।'

মংঙান্দা হাইক্কেৎ য়েংলগা, ইন্দুনা নোকক্কেৎ তৌনা হায়রকই,

'নংবু নুংঙাইথোকপা-কাসু হৈব্রা?'

মখোয় চাক চাবা লোইরে। মৈফু অমা থাগত্তুনা ড্রোইং রুমদা থনল্লগা বহাদুর মাগী কাদা চঙদুনা হিপখ্রে।

চীংগা তমগা য়াম্না খৈন্নে। নুমিৎ হেক তাখিবগা চীংগী মমদি ঊন-রাইমুক চিকই। চাংগী নুপীশিংগী মফমদদি চহি চুপ্পা পোইন্নু পাম্বাদা ওইদুনা লৈ। নোংঙাল্লকপদা চাক চাবগা সম তুংদা য়ান্দুনা নুমিৎ তাবা ফাওবা পামদা থবকশূবা চৎলি। নুমিৎনাংগী চরা ঙন্না চারগা দম তাদুনা তুম্ন-হিপ্পবনা অয়াম্বনি। চীংদা লৈংগা অহিংগী নুংশিদা খঙবা ঙম্মী। লম্বাদা গাড়ী চেনবগী, হোবোন খোংবগী মখোলন অহিংগী অচিকপা থুগায়বা চীংদদি চানা ফংদে। চিঞ্জাক নত্তবা মা-থক্কুনা ঙাওশিন্নবা, লাউ-খোংবা চীংগী লমদদি পাংনা থেংনদে। বৃন্দাবন ইন্দুগা লোযননা মৈফু তিক্কা-তিক্কা টেলিভেজন য়েংলি। ম্লো অনীদা কমলা, গ্যা হাপ্পুনা ইন্দুনা বৃন্দাবনগী মমাংদা থমই। 'ইচে নংসু চাও' হায়দুনা মহাক্না হৈ লৌদুনা চাবা হৌই। মবান্নী চাামন্নে।

মবান্না মখা তানা তুমিন্না ফমদুনা য়েংই। ইন্দুনা থ্বা তপ্পুনা বৃন্দাবনগা লাম্লি, মহাক্না লৌদুনা চায়। ড্রো-ড্রো মবানি বারী শানরম্বা লেপখ্রে। অহিংদি অসুম অসুম থেঙজিল্লকই।

থংনবা কাদা হিপ্লিবা বহাদুরনা নাখোকপগী মখোল তারকই। অহিংগী অচিকপা হেঞ্জিল্লক্লগা টি, ভি মখোল হৌগৎলকই, মীনা ঙাংন-শানবা ৱাহে মরোল শেংবা হেনগৎলকই। মখোয় অনীদি য়াই থারবা ঙাগুম ইপং পংথরে, অমনা অমবু হন্না ফাওবা য়েংনদে। মরক মরক্তা 'থ্বা লৈরিব্রা? হে লোইথ্রব্রা?' বৃন্দাবন্না ইন্দুদা হংঙক্কই। হোয়-মাইকা ইহায়-হায়দনা ইন্দুনা থ্বা-হৈ লাল্লি, মহাক্না লৌদুনা চায়, মরোল-মরি থোক্তবা মী অমদৌনা। শহুম চাউনা হোন্দোরকপা মাগী নুংশাস্বর ইন্দুগী নাকোংদা হৌনা হৌনা তারকই, মদু তারগা ফাথবা ঙমদবা ইথিল অমা মাগী থম্মোয়দা কন্না হৌরকই। লাংবল উচীখোইনা ঙংবা তারগা মকোল মনুংদা লৈবা তীল-মচানা মথৱায় পাল্লকপগুম, নুং-পাল ফাওনা ইন্দু রাগ অমদা তাওই। বৃন্দাবনসু। মবান্নীমক অহিং অদু হৌখিবা খঙহৌদে।

*ইম্ফাল, তাং ২১/৯/১৯৯৯ ইং*

# *পুজারী

মফম অদুগী ডি, এম, ও, বঙ্গালি অমনা ওই। ঐগা থানা ডাক্তর ঐখোয় অহুমতনি। ঐখোয়গী লায়য়েং মখাদা লৈবা মীগী মশীং অদুক হাক্লা য়ামদ্রবসু, লম্বী-থোং ফত্রবা চীংগী লমদমসিদা খোঙনা চৎপদা নোংমা চঙগদবা মফম য়াওরি। হেলিকোপ্টর সার্ভিস লৈ, অদুবু ডাক্তরগী অথুবা থবকর্তদি ঙাইঙম-শিনঙমদে হায়না ঐঙোন্দা তাকপিরকই। ঐঙোন্দা পীবা ক্বাটরদু ত্যাপ টুনি, চীংদুম অমগী মথক্তা লৈ। বারান্দাদা ফমদুনা সিড়ীদা খোঙ য়াম্থদুনা ঐ অকোয়বদা লৈরিবা মহৌশাগী ওইবা অমদি মীনা শেমগৎ-শাগৎপা পোৎশিং য়েংদুনা লৈ। মতমসিদা নুপা অমা মশা খিংনা খোঙথাং থুনা ঐগী নাক্তা পরপ পরপ চংঙকই। মহাক য়ায়মরক ওইনা চাউই, কুচু-কুমেন তঙাং তঙাংই। মহাক হেক য়েংবদা নুংশিবা লৈখোল অমা লৈ। মখুৎ থাঙ্গত্তুনা মহাক ঐঙোন্দা সলাম তৌই, অদুগা হায়রকই—

'ডাক্তর বাবু, মৈ আপকা পুজারী হুঁ।'

হিন্দী ঙাংলক্লনি থাজরুদবনা মাগী মতৌদুদা ঐ অহানবদা খরা ঙকতক চায়। উতুপ ওথাক চাউনা শাংবা অমা লেংথোং নাদুনা পুরক্লগা চাকশঙ মনাক্কী শুমাংদা দম থাদরে। শীংজং লৌথোক্লুনা শেৎ-শেৎ খায়দোক্লগা চাকশঙদা পুশিন্দুনা থম্বা উই। ইবানি চঙদুনা কা পুম্নমক, লৈরমলিবা উপুনচিংবা খুদিংমক শিঙোক-লাংহোকই। মাগা থবক শুমিন্নবা য়াম্না

* ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালগী সাহিত্যগী থৌরমদা পাখিল্লা বারীমচা (তাং ১৮. ২. ২০০২)

নুংঙাই। ঐনা শুমজিৎ পায়বা, অমোৎ-অকায় খোমদোকপা উরগা, মহাক্না ঐগী খুৎ পায়দুনা খামই। ঐনা অসুম য়েংবদা মহাকসি শিঙ্খোং খঙবা মী মাল্লি। মাগী মমিং ঐনা মঙোন্দা হংদুনা খঙদোকই— মহাক তামে কৌই। মাগী মমিং তারগা ঙরাং গাঁউবুরাগীদা লেকপদা চাক থোংদুনা পীজখিবা লৈশাবী অনীগী মমিং নিংশিংলকখি— য়াকো অমসুং য়াচি। মখোয়গী মিংগী অহৌবদা নুপানা 'তা', নুপীনা 'য়া' হাপনৈ। হিন্দী ঙাংবদা খোঙ্খোক শেংবা, ব্যাকরনগী বিধি খঙনা ঙাঙবা উবদা ঐনা নোংমা মঙোন্দা হংই, 'তামে, নং হিন্দী তম্মকপ্রা?' মহাক্না খুদক্তা খুমই, 'ঐ প্রবোধ ফাওবা তম্মকই।' 'মখা তমথবদি য়াদ্রা?' ঐনা মখা তানা মঙোন্দা হংই। মহাক্না খুমই, 'বাবা শিবদগী অদুম তোকখ্রে।'

মফম অদুগী চীংমী অয়াম্বা য়ু থকই। মখোয়না য়ু পাম্বদি করি হায়রুনি, য়োংনা চু পাম্বা অদু মঙাই। চেং কিলোদা লুপা নিপাল য়ৌবা মতম লৈ। লমদুগী পোৎথোকসু লৈতে। হেলিকোপ্টরনা পুরক্লগা সুপর ফাইন বোড়া থাদরকই। রসন এজেন্টশিংনা য়েল্লি, ব্রেক্তা য়োল্লি। তাঙনা ফংবা পোত্তুগী মমল লৈহন্দে, য়ু শুংদুনা মখোয়না থক্কোকই। তামেদি য়ু থক্তে। অদুক নুমাংং লোয়নদুনা লৈমিন্নবকপনা তামে অমসুং ঐগী মরক্তা চান্নবগী মরী অমা তপ্না তপ্না মকা তানা শন্দোরকই। চেংগী য়াদি লাযবদুনা নোংমগী [illegible] থোংনবা হেঞ্জাং হায়রসিসু লুখ্রবা পোৎনি। ইমাহোই য়ুমগী নুপীশিংনা পুরিকা ভারসি শীংথানিংঙাইনি। হেঞ্জাং [illegible] হায়বগী মীচৈসু মখোয়না তুমিন্না খাঙই। ডাক্তরগী শিনফমসি চিনবগী মথক্তা কোকস য়াম্না শীজিন্নে। ওফিস অতৈগী থবক্কুম্না পুংদা চৎপা য়াদে। তামেনা পূজারী ওইরমদ্রবাদি ঐ চরা যাম্বা হেল্লমগনি; হেঞ্জাং য়াওদনা চাকতমক চাবা মশীং খঙলমলোই। লফু খঙদে, উশোয় খঙদে, নোংমগী শোয়দনবা মহাক্না শিল্লমই। মহাক্না ঐবু নিংই হায়বসি থৌদোক নত্তা অমদগী তরং তরং উবা ফংই। নোংমা ঐবু উনবা লাকপা নুপা অমগা মহাক্না লাউনবা ঐনা তাখি! ঐ কা মনুংদা ফি হোংবা লাক্নরি। ঐনা থেংনবদা তামেনা মকষ্টি থোকনা শাওবা নুমিত্তুনা অহানবনি।

'ডাক্তর বন্দু লৈব্রা?'

'হল্লকপদা মঙায়রি। মবকাও চনিং তানা তোন্দ্রি, ঙসিদি ডাক্তর উনবা য়াররোই। হয়েং লাকউ।'

'উনদবা য়াদবনি।'

'ডাক্তর ঙসিগী চাক চাদ্রি। নুমিৎ তাগদবা ঙহাক্তা ঙায়রে। চৎলো চৎলো ঙসিদি উনবা য়াবরোই।'

'[illegible] নদনি। ঐগী নুপী ফ্রক হাইদুনা লৈহৌই, মঙাং পোক্কদবনি। শিরনদি কমলৈতি।'

মখোয় অনী খোল কনখৎনরকই, অমনা হনবা লৈতে—

'ডাক্তরসু মীনি, লাই নত্তে। ঙসাইনা মতম চারিঙৈদা ডাক্তরখানাদা পুখত্তুনা ডাক্তরগা তানহৌবা য়াদ্রা।'

'অঙাং পোকপা হায়বসে লাইবক থীরবদি মী শিবনি নং খঙদ্রা?' লুতোন্দগী লাক্তুনা লাউখৎলকই নুপা অদুনা।

'ডাক্তর চরা হেল্লে। অয়ুক্তগী করি'মতা য়াতোন তংদ্রিবনি। মীদি চাদ্রবদি শিবনি হায়বা নং খঙদ্রা?'

মবানী হিন্দীকা লোন্নরকই। মৈতৈনা শাওনরগা ইংরাজী লোন্নবগুম্বনি। বাদি-বিবাদি অনীগী মরা তারগা ঐগী হৈনিংঙমদবদু ময়েং তাখিবগুম তৌই। তামেদি ঐগী থম্মোয়দা হান্নদগী হেন্না নকশিল্লকই। ঐনা মাগী মপূক ফাথনবা হায়,

'তামে, মতৃ-মচাগী কা থোক্তুনা, নুংশাথিজদুনা শাওজরিবনি। ঐ থুনা হল্লক্কে। নংগী করি লৈ? কাংশোই মহী অশাবা অমতদি চাশি।'

ঐখোয়না মফম অদু যৌবদা পূম্মম মন্নে। লালতেল অমা মাঙ্গোলদা থান্দুনা থনম্মী। চোংথোক্তুনা হূই খোংঙকই। ৱাগী কাংথক অমদা অঙাং উনগদৌরিবা নুপীদু থরো থরো ওন্দুনা লাউ-খোংদুনা লৈরম্মী। মিহুন-থাহুন য়েংগে তৌবদা মগাক্কা ঐগী খ্বাং কোনবনা হাল্লি। নুপীদু চহি নৌনা উই। হন্দক্কা অঙাং উনবা অহানবনি হায়বা লৈরমলিবা মাশিংদগী ঐ খঙলে। চীংদদি পৈশা লৈববসু পোৎ লৈবা ফংদে। ঐনা ঐগী বেগ ফাক্তুনা য়েংবদা ডিটোল লিক্কি মচা অমা, ব্লেড, পেনকিলরদগী হেন্না য়াওদে। ডেক্সট্রোজ মিলি মিটব চনি য়াউক্লগী অমদি ঐনা ক্যাটরদগী তামেদ হায়দুনা পুবকই। নুপীমচা অদুগী মতৌ য়েংবদা ঐনা মাবু খংনুং নুংশিরকই। তৌগদৌরিবা থবক অদু উশিনবা ঙম্বা কনাসু য়াওদে, ঐগী ইতেং পাংবিনবা কনাসু লৈতে। ঐ নুংশাথীদবা ঙমদে। অঙাং পোকপা হায়বসি নুপীগী অচৌবা লাংফমনি হায়বসি অচুম্বনি। শিবা অমসুং চঙবা অনীগী মরক্তা থৌরী চিংনবনি। কনানা ঙমগদগে থোক্লিমখৈ হায়বা ঙমদে। সর্কসতা ব্রাংলবা অহাঙবদা মীনা থৌরীদা চৎপা উবদা অয়েংবশিংনা শোর হোনবা কাউবা কায়দাদুনি। মনাক্তা লৈবা ইমুং অদুগী মী পূম্নমক মমিৎ-মনা চপ য়ুংই। ঈশিং অশাবা উগী খুদেং অমদা পুশিল্লকই। অরুবা তান্দু মায়োক্লবা ওইনা ঐনা নুপীমচা অদুগী মতেং খরদি পাংখি, ব্লেড শীজিন্নখি। শুগত্তুনা শংলগা 'হা ইমা!' হায়না কৌবগা অঙাং তাবগা মান্নে। ঐ শোর মপী শাংনা হোন্দোকই। মমাসু মচাসু খুদোংথীনিংঙাই লৈত্রে উবদা অরুবা থবক অমা পাঙথোকপগী নুংঙাইবা ইহুল অমা ঐঙোন্দা ফাওই। অঙাংদু নুপানি হায়বা ঐনা খুদক্তা মমাদা খঙহল্লি, জীব খরা চাওখনবা হোৎনৈ। মীগী পুন্সীসে মিৎকুপ খুদিং পরিক্ষানি হায়না ঐনা নুমিত্তদগী লৌখি।

ঙসিগী থবকসি করিগুম্বা শোয়রন্নবদি, নুপী অসিগী মৱা অমদি মমা-মপানা ডাক্তর অমতবু মতুংদা থাজবা লৈখ্রোই।

নোংমনা ইম্ফালদা ছুটি লৌদুনা নুমিৎ খরা লৈরুরগা হল্লকপদা তামেগী জীন খোংগ্রাও অমা লৈদুনা পুই। কাদা চণ্ডুনা উপলুরগা, মহাক নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌদুনা থোরকই। মহাক য়াম্না হরাওনা উই, অদুগা হায়রকই,

'বাবু, পকচৱা ঐনা জীন শেৎপসে?'

মহাক্না মথৱায় তানা শেৎপা উবদা, ঐনদুম হেন্না হরাওই। মাগী মতৌ উরগা ঐঙোন্দা মপা ওইবগী ঈহৌ অমা ফাওরকই। ফিজোল অনৌবা থোনবদা মচানা শেৎ-চাবা উরগা মপা-মমানা মিৎফম হোংদনা য়েংবগুম, ঐসু তামেদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। ঙাইহাক লৈরগা চা পুদুনা মহাক থোরকই, মচিন্দা অসুম্না শোনবসু তাই, 'হন্দক্তি ইম্ফাল থোক্লুবগা, ঐগী খোঙ্গ্রাও লৈবগদা বাবুগী মোরকোং য়াম্না চৎলমগনি।'

হয়েং খৃষ্টমাসনি। খুলদুগী মী পৃম্নমক ফিজোল অহনবা শেৎপা উই, মায়থোং মকা লাম্না চৎপা উই। ঐখোয়গী নিংঙোল চাক্লৌবগুম্বনি। ঐ পীজনিংদুনা, ঐনা খোয়দানা চাবা হেঞ্জাংনি খণ্ডুনা অযুক ঙন্তা ওক লমচা অমা তামেনা চিংদুনা পুরকই। ঐনা মমল হংবসু খুমদে, পৈশা পীবসু লৌদে, ইকোম-কোম্নদুম হায়দোরকই, 'চহি অসুক কুইবসি বাবুনা লৈরগদা ঐসু চাদুনা লাক্লিবনি। নোংমা কাদোকসু ঐসু লৈবা য়াইনা।' ঐনা পৈশা পীবা মহাক্না লৌ হায়বা ময়াদ্রবদা ঐনা ফাগী তৌই, 'তামে, মোরকোং কলি যুগকা ভগৱান হেঁ।'

চীংদা লৈরকপা চহি মঙা শুরে। অদুবু করিসু খঙহৌদে। ডাক্তরগী মফমদদি মতমগী তোংঙানবা মহৌশা অমা লৈবগুম তৌই— কুম্বী কালেন অহিং নুংথিল থোইনা খায়দে। মীনা অতনবা পুংজাদা তুমিন্না ফমদুনা লৈবা য়াই। ডাক্তরদি তল্লবসু থবক লেপ্পা য়াদে। অনাবা মীনা অহিং তুমদবা মহাকসু শরুক য়াবা তাই। শল শাদুনা লৈহৌবা অঙাংনা শুমাংদা কোয়না চেন্দুনা শান্নবা উরুরগা মতমগী কুম্মৈনি খন্দুনা ঙক্লা যেংই। চীংগী লমদম থাদোক্লগা ইম্ফালদা হল্লগনি খল্লুবদা অৱা-নুংঙাই য়ান্নে। মতম খরতা লৈবা ওইরবসু ঐনা লৈরিবা ক্বাটর, অকোয়বদা হৌরিবা হৈ-লৈ পাম্বীবু থাদোক্লমগনি খল্লুবদা নুংশিরকই। ঐগী খুৎফম অমদি মতম কুইনা লৈহৌরগনি খল্লবদা থম্মোয়সি কায়খিবা খঙহৌদে। তামেনা কমদৌবা? মাদি কনাগা লৈহৌগনি? নোংমা ছুটি নুমিৎনি। অযুক্তু লৈচিল-নোংফাইসু থাংদে। ক্বাটর তম্না কাখৎলকপা লম্বী মনাক্তা লফু থানবা লৈপাক তৌবা উরগা, মহাক্না ঐঙোন্দগী য়োৎপাক তাপ লৌদুনা কোম তৌই, মনিংদগী উথী-ৱাইথী হোল্লদুনা হার হাপ্পী। ঐনা অহানবা মফমসিদা লাকপা নৌরিঙৈদা থাখিবা লফু পাম্বী খরদি থরো শাৎলে, অমসুং লফোয় লউ য়াম্বসু য়াওরে। পাম্বী অচৌবা মনাক্তা চোংখৎলকপা

লফু মচা ফুক্তুনা থামিন্নে। মহাক ঐগী মরমদা করিগুম্বা খঙনিংবা মাল্লি। খুত্তি মাসু ঐসু ইরেপ লেপ্তে। ঙাইহাক ইবান্নী ব্রা-লান অমত্তা ঙাংনদে। মহাক্না পেড়ে পায়দুনা লেপ্লগা ঈশিং চাইরকই। হন্না য়েংখৎলুবদা ইবান্নী মিৎচানরুই— মাগী মিৎলু অনীদু পিনা ইরং লংলম্মী! ঐ নুং থোক ওল্লি, থম্মোয়সি পুবা ঙমদে। মহাক্না খোনফম শোক্না খংহায় হায়দোরকই, 'ইম্ফালদা থবক ফংলে হায়রম্বদাই। কৈদৌঙৈ চৎকনি?'

ঐনা ইম্ফাল থোরকপা অয়ুক্তুদা ঐনা মিৎকপ হেক থোকপদা উই— ডাইনিং টেবলদা অয়ুক্কী ব্রেক ফাস্ত থেন্দুনা থনম্বা। মহাক থবক চিল্লমই ঐনা পুগদবা পোৎ চিখ-নাম্থ য়েংশিল্লি। টেবলদা মায় ওনশিন্নদুনা ফম্লগা মহৌশাগুম ইবান্নী চামিন্নে। মখুত্তা পায়বা পোৎ মহাক ময়াদা হুক্কনি কাউবগুম উই। ঐনা হায়, 'খরা চাশিবা তামে!' মহাক্না খুমই, 'চানিংদেদা বাবু!' ঐগী পোৎ পুন্নমক ঐঙোন্দগী মুন্দুনা মহাক্না পুবী— মকোক্তসু হাপ্পী, মখুত্তসু য়াল্লি। হেলিকোপ্টর হান্না থাদুনা লৈরম্মী। ঐনা মনি বেগ লৌথোক্তুনা লুপা খরা মাগী ফুরিৎ জেপ্তা হাপ্লগা মঙোন্দা হায়, 'তামে, ইয়াম্বনা নংবু মপোকসিমা কাউররোই!' হেলিকোপ্টর মনুংদা ফম্না-ফম্না ঐনা মাবু উই, মহাক ঐঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈ। মনাক্তা লৈবা মা উদনা মখুৎ অনী ব্রাংনা থাঙ্গত্তুনা ইঞ্জিল মখোলবু নমহত্তুনা মহাক্না হৌনা লাউহৌবা ঐ তাই— 'মতুংদা ঐ পুজারী অমুক ওইররোই! বিদায় বাবু!'

অসুম্না তামে লাউদুনা লৈহৌই।

*থবানগী ১৪ নি পানবা, ১৯৯৮ ইং।*

# অৱাবা

য়ুম-মচাদু য়াম্না নুংশি। খজিক খরাক্কী ৱা নত্তে, চহি য়ামখ্রবগী মমাংদা য়ুমসিদা থোকখিবা মীগী পুন্সিগী ৱারীনি। ঐ হৌজিক অহল হায়বদু ওইরে, অদুবু য়ুমসিদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুদি ঐগী পুক্নিংদা তদেক-তদেক অদুমক লৈরি. মিত্তা শংশং-শংশং উরি : পিকত্রবা ইমুংনি, মী মরিতনা শাবা। নাগেস্বর ঐগী চান্নরবা মরুপনি ক্লাস অমতদা তমমিন্নবা · ময়ুমদদি মপানা মহাকপু 'নিংথৌ' কৌই। মহাক্কা ঐগা তিন্নরবা মতুংদা ঐনা তাখিবা ৱা অমসু লৈ— মাগী মপানা পুন্সি মীয়ায় চল্লবা, কুইনা পিবা অমতং মমিত্তা উবা ফংগনি থাজরুদ্রবা মতাংদা, মহাক পোকখি। মপানা মহাকপু লাই তারকপগুম খন্দুনা লুনা য়োকখি। কৈরোল-লৈকায়গী অহলশিংনা মহাক্কা পিক্লিঙৈদা 'অতাঙবা' হায়না মিঙ্গৌনৈ। ইবান্নী তিন্নবা হৌখিবসিগী মরম লৈ। ঐনা হৌদুনা তিন্নবনি, মহাক্কা নত্তে। ঙসি ফাওবা নিংশিংলি, মিত্তা উরি মাগী ঙাংলি-ঙাংলিবা অচৌবা শ্লেৎতো। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐনা মদ্ থৱায় মঙামক য়াওনা পামখি। নিংথিনা শেংদোক্লগা কাংগ্রলনা হেক ইবদা মোন মোন লাউবা ফাওই, লাইরিক ময়েকশিংদু ঙৌশ্রোক ঙৌনা ফন-ফন চোংথোকই। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐ খুৎই ফজনা ইবা পাম্মী। অঙাংগী অপাম্বা পোৎতি পুক্নিংগী মিৎয়েংদা অদুম উদুনতা লৈ।

ঐ নিংশিংলি ঐনা অহানবা নাগেস্বরগী ময়ুমদা চৎপদো। কালেন ছুটি মনুংনি। অয়ুকনি। ঐ হেক উবদা মহাক হরাও হরাও চেস্থোরক্কুনা ঐগী খুৎ পায়দুনা মখোয়গী য়ুমদা ঐবু পুশিল্লি। মখোয়গী ইমুংগী মী লোইনা লৈরম্মী, মখোয় খুদিংমক ঐঙোন্দা তঙক-তঙক য়েংঙকই। অহানবা উনবা ওইবনা ঐ ইকোই কোই। মাগী মমা মাঙ্গোলদা ফমদুনা খ্বাংগী

ফি শাদুনা লৈরম্মী। ঐনা ইকাইবা উবদা মখ্বাংদা ফারিবা শনম লৌথোক্লগা, ফুক হৌগত্তুনা মহাক্লা ঐবু তরাম তরাম কৌই— 'লাউ লাউ চঙলকউ ইবুংঙো। নাগেস্বরনা ইচাবুদি য়াম্না থাগৎলি। কৃষ্ণকান্ত হায়বদাই নংগী মিংদো।' মতম অদুদদি ঐ খঙলমদে মাগী মমাসে মীকৌ-মীরম হৈবা, মী খোনবা ঙম্বা মীতানি হায়বা। মাগী মায়থোং ঈংই, মশক্তু লম য়ৌনা ফজে। লৈহাউ-লৈরেল মচুবু ঙমজবা-কা মীনা হায়নবদু মাগী কুচুদু ওইবা তাই। নুমিৎ খরা লৈরবা মতুংদা খংঙকই মাগী মমিং থম্বাললৈরিক কৌই। মখোয়গী মপানা মাগী মমিংসি শম্না লৈরিক হায়না মরক মরক্তা কৌবা তাই। মপাগী মমিংনা থাবল কৌই। মীনা মাগী মমিংসি কয়া কৌনবা তাদে; ঐনা তাবদি কুন্দালৈ-পা, লৈকায় লাল্লগনা 'লাইপুবা'। মহাক য়াম্না ৱাংই অমসুং ময়াঙ কংই। পুক্লে কুচুনি, মশমসু ইপা পাই। চুবা অনীদগী শম খোমগৎলগা লংত্রিক লংনা তাংবা লৱাই লেম্ফু কুপ্তুনা য়াম্না হৈনা শমজেৎ হাৎলি। মহাক মকোই চোমই; মমিৎ অনীদু তরু তরুই। নাগেস্বরগী মমাগা য়েংনবদা মাগী মপা য়াম্না অহল ওইশিন্না উই। অহানবদদি মমাবু পোকপা মপা, মাগীনা মপুবোকনি হায়না ঐনা লৌরম্মী। পাবুংদি ৱা কয়া ঙাংগন্দবা মীশকনি। ঐনা অহানবা মখোয়দা চৎপা নুমিত্তুদা মহাক তুলসীবোংদা চন্দন উপু মাংদা থাদুনা লাইখুরুম ফক মচা অমদা খোংগ্রাই চন্দুনা ফম্লগা চন্দন থিল্লমই। মহাক বৃন্দাবনগী একটালী অমা শেৎলি। মহাক গোপীচন্দন থিন্দে, চন্দন অমুবা থিনবা উই। মমিৎ উইশিন্দুনা মচিন্দা করিগুম ৱাহৈ খরা মখোল থোক্লা শোল্লি, মতুংদা মরায়বক শোক্লা তুলসী খুরুমই। লাই খুরুম্বা হেক লোইবগা ঐখোয়গী নাক্তা চঙশিল্লক্তুনা মহাক্লা হায়রকই, 'ইবুংঙোসিরা কৃষ্ণকান্ত হায়বদো? লৈরিক, অচা-অথক খরা পুথোরকউ, ঐসু মখোয়গা লোয়ননা চামিন্নগে।'

ৱাই শিৎ নান্না তৈরবা তুলসীবোং অদুদা ঐগী মরুপকী মচেনা পূকখম মচা অমদা চা অঙাংবা তেঙ্গোৎমচা অহুম তল খরগা হাপ্তুনা পুথোরকই। জয় কৃষ্ণ শোল্লগা মহাক্লা ইবান্নীদা য়েংদুনা হায়— চারো চারো। অদুগুম্বা তল চাবা ঐ নুমিত্তুনা অহানবনি, য়াম্নসু হৈনরুরে ঐদি। মফি-মরোল শেৎলবা মতুংদা খাউ ফনা চাউবা অমা মহাক্লা পুথোরকই। মরায়বক কৎলগা খাউ মনুংদগী উপুমচা অমা লৌথোরকই। হংগী লাইমচা খরা উপু মথক্তা লেপ্তুনা লৈবা উবদা ঐগী থৱায়-হকচাং পূমশুম শুম্লৎলি। লাইশিংদু অদুক্কীমত্তিক নুংশি মদুদি পায়নিংবা শোক্লিংবনা খুৎ-শা মরেং-মরেং চৎলি। লোইনমক ফেজোম শেৎলি— অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা অমসুং নাপু। মখোয়গী হকচাং কায়াৎ তাইবংমীগী মচু মাল্লি। চন্দন লংনা লংনা থিনবা উই, লুকুনসু সি। পুং য়ৈবা অনী, ঝাল পায়বা অনী অমসুং পেনা খোংবা অমা, কোয়না লেপ্তুনা লৈ। পেনা খোংবা অদুতদি রেশম ফুরিৎ লিৎলি, অতৈদি লিত্তে। নাগেস্বরগী মপানা মখুৎ উপু অদুগী মখাদা করিগুম্বা অমা লৈরুরগা হেক থাদোকপদা

লাইশিং অদু মখায় পাল্লকই। লাই অনীনা ঝাল য়েরকই, অনীনা পুং। পেনা পায়বা নুপা অদুনা পেনা খোংগৎলকই। ঐগী নাকোংদা নেম্না যন্ত্রশিংগী মখোল তারকই। কুম্মেনি, অশেংবা কুম্মেনি। লাই-তিন্না চেনবা মীগুম ঐ তৃমিন্না য়েংদুনা লৈ। ঐনা মিৎ কুপ্তনা য়েংবা উরগা মখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌবদু উরকই। ঐ ইকাইবকা চংদে। হেক লোইবদা, মরুপকী মমানা পৈশা অমা তাঙ্গদা হাপ্লগা মপুরোইবদা খুরুমদুনা কৎলি। মপানা খুদক্তা ওকই, পৈশা অদু মরায়বক্তা কৎলগা হরে কৃষ্ণ শোল্লদুনা মাগী ফুরিংখাউদা হাপচিল্লি। খাউ অদু শেগাদা য়ানশিল্লগা মমায় নোংপোক ওন্দুনা তুলসীবোং খুরুম্লগা যাত্রা তৌদুনা মাগী মপা লৈরক তন্না চৎখি।

ঐ নাগেস্বর হোইদা তোয়না চৎলি। খরা তোয়না ঐবু উবা মীনদি ঐসি মখোয় ইমুংগী মী অমা ওইনা লৌরম্বা য়াই। ইবানী লাইরিক ঔরাইমিন্নবদগী থেংদোকখিদুনা ঐ সন্ধ্যা গৌড়ী মতুংদা য়ুমদা হল্লকপা নুমিৎসু য়াওই। মখোয় অহল অনীগী শিনফম অমসুং ইমুংদুগী য়ুম্বাল কৈবাল কুইনা তিন্নরকপদগী ঐ খঙলে। কিনার ফি শাবদা মমিং চৎলি ইমাদি। মুগাগী ফি শাবা অমসুং শুবসু হৈ। মখোয় হিঙ্গোলগী নাকন্দা লৈবা পূথ্রী অচৌবদা ঈরোইবা ইবানীগী পামজবা মশান্ননি। উরুমদা ফিদা থারগা লাইরিক ঔরাইমিন্নবা ইবান্নীগী হৈনবীনি। য়ুমদা তৌনবা পীরকপা অঙ্ক খোৎমিন্নৈ, লৈখাসু ইথোকই। লাইরিক তৌবা হেক লোইবগা ইবান্নীনা ব্রং-ব্রং থীদোকই — সরস্বতী মহাভগে বিদ্যা কমলো লোচনি বিশারখে বিজনদহি নমস্তুতে নমঃ নমঃ!

নোংমা মাঙ্গোলদা ফক্তা ঐ ঙাইহাক তৃমথোক্লুরে। মিৎকপ থোরকপদা ইমাগা অৱাং-থং ইনেগা ফমন্নিদুনা ৱারী শারমই। মখোয় অনীনা ঙাংনরিবা ৱাফমদু ইমা থম্বাললৈরিক্কী মরমদনি। ঐঙোন্দা য়াম্না ঙক্লা থোকপা মাগী অমোৎপা শাজৎ পনবা তাবদা, অশেংবা খঙদোক্লিংদুনা ঐ তৃমশিন্নদুনা লৈ। ইনেনা ইমাদা হায়,

'ইবেমহল! ইপা ইপুনা মকোক্তা মশম হৌরবা মীদি লায়রম্বনু হায়বা পাউরৌদ্ মখোয়না থেংনদুনা হায়রম্লবনি। পাক খেত্তোকপা য়াবা ৱা নত্তে। নং তাদ্রিবরা? খুবা থাবলগী নুপীসে হন্দকমরক্তি মীনা কনা-কানি য়াম্না ঙাংনরে।'

'ইনম্মা! নহাসে খিৎসু মশক ফজমনখ্রে। মাবু উরুবা নুপা-নহা কনানা ঙাওদনিংঙাই লৈগদগে? মশাদা সনা মচেৎ অমতা পকপা ঐ নোংমতা উদ্রি, অদুবু মাগী মশকসে হেক উবদা ঐদি মুল্লি।' ইমানা খুমই।

'ফজদুনবু করি কান্নগদগে? চাক্কা তোত্তুনা চাবা য়াবসু নত্ত। নহা ওইবগী য়েংবদা মিৎ থন্না উবনি। নহা ওইরিঙৈদদি য়োংদসু ফজৈ হায়বা ৱা লৈ। ঐখোয়সু লৈশারিঙৈদদি কোয়বা লাকপা পাখংনা মুকথুবী পাইথোকলকপগুম খুরক হাংদে, হান্না সারৈ কোন্দুনা থমলিবনি।'

'খংদ্রেদা ইনম্মা! কনানবু লাললিবনো? মাম্মা থাবলহোইগী মতৌসিসু খিৎতি হাকমল্লি, মচাগুম্বা নুপী অমা হেক লৌশিল্লদুনা। ঐদি হান্নদগী কয়া য়াজনীংদে অসিগুম্বা য়ুম্বালসে।'

'হাইমা! নংনা হায়রিবসি করিনো? নুপা হায়বসিদি নুপানি। তিল য়োৎথদুনা হয়েং তুংদা করি ওইগদগে খলহৌগদবদি নুপী ঐখোয়নি। নুপা-নহাগী মিৎয়েং অমদা পঙথদুনা মাই হায়বা ঙমদ্রবদি, ইরাইবক্কীনি খন্দোক্কুনা শিদ্রি ফাওবা লৈমিন্নবা তাই।'

'হোইদা ইনম্মা! মমং অনীশুবা হায়বসি নুপী ঐখোয়গীদি লৈবাক মীরক তিনবদা লেমজনিংঙাই লৈতে। লুহোং-খোংদোংবনচিংবা পুন্সিগী অফবা তানখৎলকপা মতাংদা যাত্রা পুরিবা নুপীশিংসে অহানবা পুরোইবা কায়নদবা, মচা শিদ-নাদবা মীওইনি।'

'মপুরোই লৈনা লৈনা নুপীনা মিৎয়েং চোইরবদি দোষ চাউখ্রে। মপুরোইবা ঙন্ত শিনবগী মং তৌবা হৌরবনি।'

'ইনম্মা! নুংশিৎ শিত্তনা উনা লেঙবা হৌনদে। মৌ মচাসে দ্রামাদি হৈখ্রে। নিংথেমচা অমা ইরোইতা লোয়নদুনা লৈ। মুগা তীলমহুম থিরিবনি হায়দুনা চৎপদা মণিপুরগী চীং-মান থুংলরিনি। মশোং উনা-উনা লোৎপা হৈবা নুপীনি।'

'ইচনসিদি কৈদৌনি। মরা-মপুরোইবা লৈনা-লৈনা লমচৎ চুমদবা নুপীদি ব্যাধি হায়বা লায়থুংদু পকই হায়রিবনি। মীদি লৌনম তৌবা য়াই, লাইদি খক য়াদে। মশা কন্থোক-ঙাকথোক্রবা, ইচা যোকপা ঙমদনা মাঙগে, হা অদু তৌগে, অদা তৌগে, লাই শোনবদা হল্লেংলবা নুপীদো মমৈদা করি থোকপগে য়েংউ। ইনম্মাহোইনা উরিবসি যামখ্রবা জাৎনি — অঙাং উনবদা চিংনেদুনা শিংনিংচিৎতা হিংবা, মশাদা অঙৌবা পকপা, ফত্ত-হাওদি চত্তুনা নাবদগী লায়য়েংবা ঙমদনা শিবা, ... ...।'

'মাম্মা থাবলদি তীলগুম্বনি। নুপী অসিগী শাজৎসে করিসু খঙজবা নত্তে।'

ইনেনা চৎনা চৎনা ইমাদা ওনশিন্দুনা হায়রমই, 'ইবেম্মল! ঝা ঙাংদুনা কান্নদে। হয়েং থবক ওইনা থোক্লগা খংগনি। মীনা মখোল মতোয়না নৌরবদি লায়দ্রবনি।'

নুমিত্তুদগী ঐ নাগেস্বরহোয়দা হান্নগুম্না তোয়না চৎপা তৌদ্রে। ইমানা করি হায়রক্কদে খল্লি। করিগুম্মা চৎলবসু ইমা লৈরিক্লা কৌবা ঙাংবদা ঐ পাক খুমদোকপা ঙমদে, কোইতক তৌই।

কনাগুম্বা মীনা ঐঙোন্দা হংলবদি, 'নংগী পুন্সিদা খাইদগী হেন্না অৱাবা থেংনখিবা থা অমা হায়য়ু।' ঐনা খুদক্তা খুমগনি, 'থৱান থা'। থা শিগদবা নুমিৎ নিপালনি ৱাৎলি হায়বা ঐনা কোন্না খঙলকখি। কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি। অহিং নোং চুখ্রবসু, নুমিত্তুদি অয়ুক্তগী হৌনা অতিয়া মকোয়সি পূমশেং শেংই। অনৌবা নুমিৎকী মেংলবা মঙান্না য়ৈবদা অকোয়বদা উরিবা অশং-অমান পূম্নমক লেং-লেং চৎনা ফজে। তাইবং মপুগী মফমদা থৱায় থমজবা

মীশিংগীদি নুমিৎ অসি য়াম্না মরু ওই। নুমদাংগী নোংয়াই চবুক হেক য়ৌদ্রি ফাওবা, লাইশঙ কয়াদগী শরীক কংশী শেম্বুংগী মখোল তাদ্রি ফাওবা, তিংথৌ মতোলদা পকপা লীক্লা মরীক অমা ফাওবা লৈয়েংদা মখোয়না থাদদে; করিগুম্বা অচাপোৎ অমতং মখোয়না য়াতোন্না কক চিকপা লৈতে। অকনবা চাকহেন-য়ুহেন্নি। মখোয়না অয়ুক ঙস্তা হৌগত্তুনা মশা শেংদোক্লগা ঈরু-মায়থজরগা, ফি অশেংবা শেত্তুনা হরিনাম লেপ্তুনা শোল্লি। লাই শোনবসি খৌজেংদগী নত্তবা থম্মোয় ফূক্লা শোল্লবদি তাইবং মপুনা তাবি হায়বসি ঐনা চাউরবা মতমদা থৌদোক অমা অনীদগী চপ য়ুংনা থাজখি। অয়ুক অদু ইমা থন্না খোঞ্জোংনা য়োমদুনা থম্বাল পুদুনা য়ুমদা হল্লকই। ঐ উবদা মহাক্লা হায়, 'অঙাওবা! ঙসিদি কৃষ্ণ জন্ম নুমিৎনি। কংশগী কৈশুমশংঙদা ইবুংঙোনা তাইবংমী ওইনা পোকখি হায়বা নুমিত্তু ঙসিনি। ঙসি অহিং নোংয়াই য়ৌদ্রিফাও করিমতা চা-থকপা য়াদে।' ইমানা লাই খুরুম্বা ঐনা পিশক পিক্লিঙৈদগী উরকই। ইমানা ঐগী মিং খক কৌদে, করিদগীনো খঙদে 'অঙাওবা' হায়গল্লি। নুংতিগা মান্নদবা মাগী মতৌ উবদা ঐ ইঙক ঙকই। হরাও হরাও শেনগাও লৌথোক্লুনা ঐঙোন্দা পৈশা পী অমসুং হায়, 'লাই নত্তনা মীনা করি তৌবা ঙম্বগে? নহে হৈনিংলিবদো ইবুংঙোগী কৃপা য়াওদনা হৈবা য়াবা নত্তে।'

অয়ুক্তা ঐ হরাও হরাও নাগেস্বরগী ময়ুমদা চৎলি। ইমানা ঐঙোন্দা হায়বা বা ইচে কুন্দালৈ অমসুং ঐগী মরুপ্তা তম্মই। ঐখোয় অহুম বা তানৈ। নুমিৎ-থা উবা হানবা ইচেনা লুচিংই, মহাক্লা হায়বা পূন্নমক ইবান্নীনা তৌই।

নুমিৎ অদু ইবান্নী তশেংনা থবক চিল্লি, খুদোল লৈবাক তাবা ফংদনা চেন্না চেন্না শুই। অদুবু অৱাবা ফাওদে। পুক্লিংদা উবা পোৎ অমা ফংনবা হোৎনবা হোৎনরিবা মীদা হৈনিংবা পোকই, তম্বা লৈতে। ইচেগা ঐখোয় অহুম্মক নুংঙাইবা রাগ অমদা লুপ্তুনা নুমিৎ হুম্নি-মরিনিদা তৌগদবা থবক্তু নোংমদা লোইনা তৌই। তুরেল খোংনুংদগী লৈমু পেকলুই। চৈরাওবা নুমিত্তা তৌবগুম ঐখোয় অহুম চঙদুনা ইমুংগী ফক্লাং ৱাই তনতৈ তৈথোকই। ইচেনা কাংখ-লুকখা লময়ায় ৱাই শিৎ নান্না তৈ, ইবান্নীনা মাঙোল, য়ুমগী দাড়ীদগী হেন্দোক্লুনা শুমাং ফাওবা ৱাই শিৎপগা তৈবগা তৌই। নুংথিলদা ঈরোয়রুরগা কারকপদা ইচেনা হায়, 'নখোয় অনীগী নফি-নরোল ঐনা ঙসাইনা শুদোকপিরবনি। নকোক্লাদু থাউ খরা খবা তৈশিল্লু, নশম-ননা হাৎতোকউ। চন্দন থিনগদবনি। লাইগী নুমিৎনি ঙসিদি, পুক্লিং হকচাং শেংনা লৈগদবনি।'

নাগস্বেরগা ঐগা ঈরুরগা য়ুমদা কারকপদা হান্না লৈহৌবা পোৎ পূন্নমক ইনৌ নৌথোক্লমই। ইমুং মাঙোল পৃমলং লংলমই। কোল-লিক পুকখম তেঙ্গোৎ মি তাবমখৈ লংত্রিক লংনা ফেংলগা চাকখুম্মাংদা মফম চানা চানা থেন্দুনা লৈবা উই। ঐখোয়দা ইচেনা

থৌদারকই, 'নবান্নী কৈথেল কারুচো। কবোক অফাবা উনিং অনী, চেংপাক উনিং অমা, শঙ্গোম অফম্বা চফু অমা। কাউগনি অঙাংশা। লফোয় লমফাং অমগা, চুহী পৌবা অমগসু লৈরকউ। খুজাই পুখো। ইমানা 'ফোরমোল' কৎকনি হায়দুনা শঙ্গোম অনৌবা লৈদুনা বিন্ধ্যা ওন্দনবা ঙৌথোক্লুনা থনমলে। লফোয়নচিংবা হৈরূক-হৈরা শেম্নবসু লৈরক্কনি, লা হেকচিল্লমউ ঐঙোন্দা হায়রমই।'

ইচেনা হায়বগা ইবান্নী হেক্তা চৎলি, চুম্না চৎপা নত্তে, চেন্না চেন্না চৎপনি। মীদি পুক্লিং নুংঙাইরবদি থবক শুবগী অৱাবা খঙদে। নাগেস্বর ইবান্নী হরাওবনা নুমিত্তু ইরাং লাংই। করি করি ইশৈনো ইবান্নী পংঙংতা ঙংই। পোৎ লৈরুরগা ইচেদা শিন্নে। মহাক চন্দন লংত্রিক লংনা থিল্লম্বা উই। চিংহী-উতি লুরুবা মাল্লি মশম-মনা তনান তনান হাৎলমই। পোৎ লৈরুবদো লোইশিন-লোইশিন্না ইবান্নীদা য়েংলগা মহাক্লা হায়রকই, 'ঐদি কাউহৌরে। নবান্নী তনগদ্রা খঙদে? সন্ধ্যা য়াচংবদগী নোংয়াই য়ৌবা ফাওবা ঙাইবা মতম য়াম্না শাংই। ঐখোয় করি তৌদুনা লৈগনি? করিগুম্বা অমা থৱায় তানা শান্নরবদি মতম হৌখিবা খঙহৌরোই। পোৎশারীদা লিক্লোল লাইয়ুম য়াম্না য়োনবনি। নবান্নী লৈরুগেরা? ঐখোয় অহুম শান্নসি। পাবুংগা ইমাগসু চাক ঙাইবা ওইনা য়েংজসনু। ইমাসু ঙসিদি ঙন্ত্রা লাক্কনি।'

মমাগী থম্মোয়দা মচা, মচাগী থম্মোয়দা মমা, নুংশিবগী লংলা চাম্মনা তাশিন্দুনা চেৎনা পুল্লবা লীপুল্লি। শনগানরকপা মতম ওইরকপদা শনবীনা মচা নৌদুনা পোংবা, শান্ন ওনা খুম্বা কয়াদা নুংশিত্নবা অনীগী মরীনো। য়াচংবা মতুং চোঙ্গরক্লবদা, ইমুং মময়ায়দা থারিবা ফিদাদা ফমদুনা ইচে কুন্দালে, নাগেস্বর অমসুং ঐ ইমা-নৈরিক কৈথেলদগী কূমলকপা ঙাইদুনা লৈরি। নোংগৌবীনা ৱাশা-ফৈরাদা তোংদুনা নোংদোলদা য়েংদুনা লুরুগী নোং তারকপা ঙাইবগী মওংদুমক্লি। থারিবা লাইয়ুমদা অমুক যেং, লিক্লোল অমুক স্ন. পুক্লিংনা অমদা থম, ঐখোয় অহুম্মক লাংতক্লনা লৈ। 'নমা লাকপ্রা য়েংউগে নখোয় শান্নরম্লু' হায়রগা পাবুং চৎখি। অঙাংগী হৌনশা ঐখোয় অহুম ৱা-ৱা নোক্লুনা অমুক শান্নে। ঙাইহাক কাউথোকলুই ইমা হল্লক্কবগী ৱাফমদো। ঐখোয় অনীনা অবাম-খৌবাংবা ফাওরদুনা চাকখুম্মাংদা থেন্দুনা থমলিবা অচাপোৎশিংদা হুরান্দুনা য়েংই। ঐখোয়গী ইতৌ উবদা, ইচেনা লুকথদুনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌই।

নাকোংসি মী লাকপগী খোংথাংখোলদা তাদুনা লৈ। মিৎকুপ খুদিং নুংঙাইবা পুক্লিংগী ঈশুলনা ফুং-ফুং ফাওই, থংনবা মিৎকুপ্তা শ্বাই হেক্তা মাঙখি। মতমদি অসুম অসুম হৌজিনখি, অসুম অসুম থেঙজিল্লকখি। অশ্বাই ফাওবা চৎথোক্লুরগা পাবুং হঞ্জিল্লক্লুনা হংলে— 'নমা লাক্লব্রা?' পাবুংনা হায়, 'করিনো ঙসি তৌরিবা মতৌসিবু? মংলা তাইবংলা খঙদ্রে!' পাবুংগী য়াঙাং মথায় ৱাবগী, নুংশা থীবগী, পুক্লিং লৈতাদবগী মওংনি। মাগী

খোঙ্ঘোক্তু তারকগা ঐখোয়সু মৈতাল অশাবদা নেৎপগুম থোকই। ঐখোয় পুন্নমক মীনা ফারগা য়ুম অমদা মপান্দগী শো লোনশিন্দুনা থম্বগুম হংফম খঙদে, চৎফম খঙদে। য়ুমগী মপাল থোক্তুনা য়েংবদা শুক শুবগুম মমই, কনাসু উদে। অয়ুক্তগী নুমিৎ তাবা ফাওবা নুংঙাইবা ঝাখলনা থম্মোয়সি পিক থল্লম্বনি, হৌজিক্তি ঙা মশক উরক্লবা, ঙা ফারমদাই মতমদা পল নিংখায়রকপগুম, পুক্লিংদা খোয়রাং-খোয়শাওনবা ফাওরকই। আশা কায়রবা, ইশিৎপদা মপুম থিৎনা ঝারবা মীনা চোংশিন্দুনা পল য়ানখায়নিংবা মতাদুনি। ঐ হৌগত্তুনা কন্না চেন্নিংবা অমা ফাওরকই; অমুক্তং য়ুমসি পোকখায়বমখৈ লাউরগা পেনগদবা মাল্লকই। ঐখোয় অহুম্মক খুৎশা প্রোক প্রোক থেক্তুনা খাঙই। অহিং থেংজিল্লক্লবদা পাবুংনা ইমা থিরুবগী হঞ্জিল্লকপগী খোঙথাং মখোল মাঙ্গোলদগী তাবা ফংই, ঐখোয় অহুম গ্রুং হেক্তা চেঙ্ঘোক্তুনা য়েংই। ইমা লোয়নরক্তুনা চংঙকপা পাবুংগী মশক উবদা ঐখোয় কপ্পিংবা ফাওরকই। লিক্কোল শান্নবা থারিবা ফিদাদা ফম্লগা ইচেনা মখুৎ অনীনা মমায় খুম্লগা হিক-হিক কপ্পা হৌরকই। নাগেস্বরসু ঐসু পিনা মিৎলু থুমই। অরাপ্পদগী কাংশী মখোল তাবা হৌরকলে। কদোমদগীনো খঙহৌদে ঐনা খংনিং নিংশিংলকই— নোংমা ইনেগা ইমাগা ইমা থম্বাললৈরিব্কী মরমদা ঝারী শাখিবদো।

*লাংবন, ২৫।৯।১৯৯৭ ইং।*

# থা-দসু মায়হীং কায়

**য়েংশিল**- য়েংশিল্লুরগা মালেম নৈশেমসি শম্না মফে অমতা হোদনা উরকই, সনাগী লীকলম অমদা ইকায়-কায়দনা চৎপগুম খল্লকই। ফাইরেল থা চঙলকপদা অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশিংগী মশক্তা অহোংবা অমা উবা ফংই— ৱাকচীং উনখা থারুরবা উ-ৱা হৈ-লৈ পাম্বীশিং মচু-মমেল অমুক থোরকই। শ্রীপঞ্চমী নংনবা হৈখা, মালহৈ, হৈনৌ, হঙ্গাম অমসুং হৱাইথাক্কী তনৌ তনৌবা মপালনা খরনা পোম, খরনা শাৎ, য়েংবদা নুংশিবা অমা পোকই। মীগী থম্মোয়দা নিংথম-থা তুংওইনরকপগী ইথিল ফাওরকই। নোংঙাল্লমদাই মতমদা অনকপা অমসুং অরাপ্পদা পোম্বী চেক্লাশিংগী খোঞ্জেল কুইনা তারুদ্রবা মতুংদা নৌনা অমুক তাবা হৌরকই। লৈচিল-নোংফাইতা থাংদুনা লৈরুরবা অতিয়া মকোযদু তশেং-তশেং তরু-তরু উরক্রে; অয়ুক অমসুং নুমদাংৱাইরমগী মেংলবা কোরৌ মঙালদা মালেমসে পুক্লিং হূনা ফজরক্রে। খোংনম খুনম মখজাই শেৎ-শেৎ কায়দুনা মাগী মাগী ময়ুমদা তুফক্-তুফাই চন্দুনা লৈরুরবা অঙাংমচাশিং লৈরক-কোনশাং লম্মাংদা চেন-চোংদুনা হরাও-তয়াম্না শান্নবা হৌরকলে। মীওইবগী অচৌবা লিলা ফম্বাক্তা মীনা অনৌবা আশা, পাঙ্গল অমসুং ঙাইঙমদবা পুকচেলনা মাঙওইনদুনা লমলোং তরা ফাংবা লম্বীদা তহা-তহা চৎপা হৌরকই।

কুমগী অসিগুম্বা নুংঙাইরবা মতম অসিদা মুক্তাসনানা কোয়চৎ চত্তুনা মরূপ-মপাং উনৈ। মহাক্না ঙাংথোক-শক্তোক্লপা তাবদা মমান্নবশিং ময়া কাথোকখিবদগী উমশিনগনি কাউই, মাগী ৱাহৈ খুদিং মাগী থম্মোয়গী মচেৎ অমমম্নি। মহাক কৈরোল-লৈকায়গী

হৌমিন-কামিন্নবশিংদগী তোপ-তোপ্পা মীশক অমা ওইনা হৌরকই। শান্ন-খোৎনবদা খোয়জংবা উদে, কালেন ছুটি মনুংদা লৈকায় লান্না চত্তুনা মাগুবতা ৱারী তাবা উই, মেরা থাদা লক্ষ্মী চরিৎ তাবা মহাক চিখদে। মহাক্লা উচ্চপ্রাইমারীগী ছাত্রমচা ওইরিঙৈদা পানাশিংগী মেপ য়েকপদা ওজাশিংনা মাবু থাগৎনৈ, ফজে শীংথানৈ। মুক্তাসনানা তোয়না মচিন্দা শোনবা ৱাঙাং অমদি— কান্ননবা থবক তৌসি। শেমগৎ-শাগৎনিংবগী ইস্কুল অমা ইরোয় লোয়নবগুম উই। মখোয়গী লৈরক্তা, মচী অমদা মহাক্লা শাবা য়ুম মচাদু কয়া মওং তাই, অহল অমনা চোংশিন্দুনা মথৌ অমা ওইনা মথক কুপ্পী। অহল অদুনা মাগী মপাবুংদা হায়— 'সনখ্যা, নচা ইবুংঙোসিদি হয়েং চাউরগা কৈনোমা তৌবা শোয়দবনি।' মহাক্লা মমান্নবশিং কোয়খোম খোমদুনা মিটিং কয়া তৌই, অমুক্লা লৈকায় অমদা, মথং মথং মফম হোংনা হোংনা লৈকায় লান্না। মহাক্লা তোয়না ঙাংবা ৱাফম খরা লৈ—

'মিৎয়েং অমদগী হায়রবদি সনাদগী নাপীনা কান্নবা হেল্লি। নাপীদি অতোনবা জীবশিংগী মথৱায়নি। পৃথিবীনা উফূল-ৱাইফুলনা থল্লবা লমলেম ওইদ্রিবসি নাপীগী মপালদগীনি। ঐখোয় মীওইবগী মমলদি ঐখোয় ঐখোয়না তৌবা থবক্লা লেপকদবনি।'

'ঐখোয়না তৌবা য়াবসি করি থবক লৈ?' মমান্নবা অমনা মাগী পুক্লিং খঙনিংদুনা হংঙকই।

'থবক্কী থবক ঙাক্তনি, তৌগেবু নিংলবদি।' মহাক্লা খুদক্তা খুমদোকলকই। অতোপ্পা মমান্নবা অমনা ইতিং তিংনা হায়রকই— 'অহল-লমনশিংগী মিৎয়েংদদি ঐখোয়সি অঙাং ওইরি। ঐখোয়না তৌবা থবকপু মখোয়গী মমিত্তা থাকপা থূপকদ্রা?'

'অঙাংনা তৌবা থবক মচা মচাশিংদা হয়েং তুংদা ওইরক্কদবা অচৌবা থবক্কী মমি অমদি তারবনি।'

'ঐখোয়না তৌবা য়াবা থবক মচাবু করি লৈবগে?' মমান্নবা অমনা খুদক্তুমক্তদা হংই।

'ঐখোয়গী লমজাও সোরোক নাকল অনীদা লৈরিবা খোংবান পরেংসি শিৎ নান্না শেংদোকপা য়াই। কবোকং অমসুং হূপনা য়োমদুনা কয়া মোৎনা উরিবা। থরো থম্বাল থাদুনা শাৎহনবা য়াই।' মাগী মবুক্তা লৈবা মখোয়না তৌবা য়াবা থবক্কী ৱাফম খরা মুক্তানা মমান্নবশিংদা হোদোকই।

মুক্তাবু পোকপী মমা শীজ লাই নিংই। একাদশী অমদি অচৌবা মীশিংগী মপোক নুমিৎ থোকপদা ব্রত্ত কায়দনা তৌই। মুক্তাসু পিক্লিঙৈদগী পামজনা মমাগী লাইনিং পরিং তুংইল্লি। য়াওশং, কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জম্মনচিংবা নুমিৎশিংদা মুক্তাসনানা হৌদুনা মাগী মমান্নবশিংবু পুদুনা লাইখুরুম্বা চৎলি অমসুং ব্রত্ত তৌমিন্নে। অঙম্বা পৈশা খায়নদুনা লফোই-লতং উহৈ-ৱাহৈ চাদুনা চরা হেনবগী অৱাবা মখোয় ময়াম খাঙমিন্নে। য়াওশং য়ৌগদবা

নোংমা-নিনি বাৎলিঙেদগী মাগুপ মচা শাদুনা লৈকায়গী অহল-লমনশিংগা লোয়ননা বারী-লাইরিক মখোয় পুন্না তামিন্নে। মখোয়না লিংখৎপা ক্লবকী মমিং মুক্তানা নোংম-নিনি চঙনা খল্লবা মতুংদা থোল্লি। মহাক্লা ইবা অমসুং ঙাংথোরকপদা ফজবা অমদি ইরৈ লৈ। বংলা, সংস্কৃত অমদি মৈতৈলোন অরিবগা অনৌবগা উতাই চানা শীজিন্নে। সোরোক মপালদা মখোয়গী ক্লবকী ওফিস ওইনবা য়ুম শাবা হৌগৎলি। মুক্তানা বাগী মতাং, মমিৎ হিবদি ময়েক থোকপা পোৎকুম উই। মহাক্লা তেঙ্গা শাবা মওং তামনদুনা লৈকায়গী অহলশিংনা পায়দুনা য়েংনৈ, মসিগী অঙাংসিদি শোন্নে। য়ুমফম অদু লয়ে অসুক্কী মতিক মুন্না থাই, য়েংবদা কাং অমুক নাল্লি।

নোংমা অয়ুক অমা মখোয় চরোৎ ফানবা চৎলি। শলগাড়ী অমা মখোয়না চিংদুনা পুই। খরনা চিংই, খরনা ইল্লি অমসুং খরনা তোংই। গাড়ী অদু ইঞ্জিন পানবা হরাগাড়ীগুম য়াঙনা চেল্লি। গাড়ীগী মখোলগা মখোয়না নোকপগী মখোলগা পুন্দুনা লম্বী চৎপা মীশিংনা কুম্মৈগুম য়েংনৈ।

মুক্তা অমসুং মাগী মমান্নবশিংনা চরোৎ ফাল্লিবা মফমদু লমজাওদগী ফুট চামরিমুক লাপকনি। অদুবু চরোৎনা লেপ-পৌ থূন্না হৌবা মরম্না মখোয় মশেল ফাওবা কাংবু অমনা কাংবু অমগী মশক-মশা উবা ফংনদে। মরক মরকতা লাউনরকই, 'মপুল কয়া শুরবগে? ঐখোয়গীদি মপুল কুন হেল্লম্নগনি...'

থাংগোল চন্দ্র-চরৈদা য়েপশিল্লম্নগা মুক্তা মখোঙ হামনিংদুনা ঈশিং থিবা চৎলি। মখোয়না চরোৎ ফাল্লিবা মফম অদুদগী মহাক ফনা লাপ্পা লাকলে। মখোয় মশেল কৌন-ঙাংনবা, ফাগী তৌনবগী খোঞ্জেল নেম্না তাবা ফংই। অয়ুক্কী মতম হাইজিল্লক্তুনা নোংপোকথংবা অতিয়াদা নুমিৎনা ডিগ্রী নিফুমঙাদা তরং তরং থোকপা উই। মুক্তানা ঈশিং লৈবা মফম থিরকপদা, মহাক্লা চরোৎ মরক ফাওদুনা চৎপগী শহুম ফংবদা, শজিক চাদুনা লৈরম্বা শলগী শল্লুপ অমা খংদুনা মমৈ ফিরাল শাদুনা শমজি খাইনা চেল্লি। খঙদবগী মতিক কিবগী চাংসু হেল্লি। মুক্তানা খঙই মাগী মশক উবা ফংদবনা, সারাক তমগে হায়দুনা মখোয়বু ঙম্বা শাহিং চাবা অমা লাকলে থাজদুনা মথরায় হিংনবা মখোয় চেল্লিবনি। মহাকসু ঙকতক তৌই, থাজদনা খরা কোকপা লম মচেৎ অমদা শল্লুপ অমা শজিক চারম্বা থেংনবদা। মখোয়না মায়গৈ শলাই খঙদনা কায়দুনা চেনবগী মখোলনা মফমদু পূমনিল নিল্লি— ব্রং ব্রং, শ্বায় শ্বায়।

মী-পোং লৈতবা মফম অদুদা মুক্তানা মশাদা ফি থোংদনা মখোঙ হামদুনা লৈ। মহাক ঙকপদা থেংই, শল হাতম মচা অমা অকি-অখং মরীক অমতা পক্তনা শজিক চাদুনা লৈবা উরুবদা। চুম্না শজিক চাদুনা লৈরবসু ফৈ, মহাক মকোক লুকথদুনা অমুক শজিক চায়,

ঙাইহকসু অমুক ফমদুনা লৈরিবা মঙোন্দা অতম্ননা য়েংই। মাগী মতৌদু উরগা মহাক হাইফেৎ ইকাইবা পোকই। অমুকসু ইথৌ থৌশাদনা মহাক শজিক চাদুনা লৈ। শলনা শজিক চাবা য়েংবদা নুংঙাই। মহাক্না খল্লকই শা-ঙা হায়বা লৈতে, মথবায় পানবশিংনা পূন্না লৈবা পামবোইরে। শল ময়াম্না চেনখিবা শব্দ, অকিবা মতৌ, নীংশিংঙক্নুনা মহাক্না অমুক খল্লকই— 'করি তৌরবা জাৎনো শল মচাসে? লিল নৎত্রগা শানা শোক্নব্রা মহাকসে? অদুসু মহাক শজিক চাবদি লেপ্লে।'

মখোঙ হাম্বা লোইরগা, মুক্তানা শলগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা কুপ্না য়েংবা হৌরকই। মশাগী করিগুম্বা মফম অমদা দাগ লৈব্রা, মখোঙদা অপোম্বা, অতেকপা য়াওব্রা কোয়না চত্তুনা য়েংই। শজিক চাবা লেপ্তুনা শল অদুনা মঙোন্দা য়েংঙই। মহাক্না মাগী মনাক্তা নকশিল্লগা হেন্নদুম মশা খিংনা উই। অশোক-অপন উদ্রবদা, মহাক্না মনিঙ্গোংদা খুবাক্না তপলপ ফুদুনা শলদু চৎপ্রা, মখোঙ খুয়াদা অনাবা লৈব্রা থিরকই। মহাক্না হেক শোকপমক্তদা শলদু মতু-মমাল খ্যাও-খ্যাও চুংই, মশা পূন্নমক নিকই, ইরাং হৌদুনা মঙোন্দা চোংখৎলকই। নোংথাংগী অথুবা মঙালদা অমম্বদা লৈবা পোৎ-চৈ খংউ উরকপগুম, শল অদুগী ইঙ্গিৎ মুক্তাসনানা খঙবা ঙমই। মহাক ঙাইহাক ভাওরুই। অদুবুদি মকোক্তা মশম হৌরবা মীদি লায়রুরনু হায়নৈদনা।

*ইম্ফাল, তাং ২০/১১/১৯৯৭ ইং*

# অপোম্বা লৈগী মঙলান

নোংনি হায়দুনা মরীক অমমম্না উতুপ উতুপ মুক চাউই। হাপ্তা অমা চুবসু কদায়নো হায়বদা অনী শুগদৌরে। পৃকথ্রী, পাৎ, খোংবান পাথোক্লুনা মহৌশানা খরা কুৎপা মফমদি লৈরক ফাওবা ঈশিংনা খ্বাং য়ৌবা মফম য়াওরে। তুরেল মপান্দা লৈবা য়ুমশিংদি ঈশিংগী ঈমায়না ফুট অমা য়ৌনা কাদুনা স্কুল, মাগুব অমসুং লমজাওদা হোংদোক্লুনা খাঙনরে। কেক্রুপাৎ কায়রে, লম্ফেল পাৎ তরং হৌরে। খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল ঈশিংনা পারে, ঈচেল কনমন্দুনা খোংনাং পাম্বী অমদি ইলেকত্রিক পোষ্টতা থৌরী তিংদুনা মীনা চৎথোক-চৎশিন তৌই। পাখং-লৈশাবী কাংবু কাংবু ঈশিং চাউবা য়েংবা চৎনৈ। অহল-লমলশিংনা নোংদা চুমদে মকষ্থি থোক্লা শাওবা য়াওই।

নুংথিল অমদি থাজদনা নুংশা শাদোরকই। নোংচুপ চীংশাং মতোন্দা নুমিৎনা ইরং লংনা ঙাম্বোরকই। মী পুম্নমক মমিৎ মমায় হেক পাঙবগুম তৌই। কয়াদি ফজখ্রে পৃথিবী অসি! কুইনা কেকু লোৎলুরবা অৱাংবা চীংদোল ফোঙ ফাওদোরকলে মচু-মমেলগা লোয়ননা। উ-ৱা পুম্নমক তারমদাই কোরৌ মশেক্না য়েবদা শংলেল থোনবগুম নিংথিজে। উচেক-ৱায়া পুম্নমক পামেল ফৈরাদা তোংদুনা মতু-মমেল খীংদোকই, নুংশিবা খোম্থাং হাপ্লুনা কৌনৈ খোংনৈ অনকপদসু অরাপ্পদসু।

রাধামোহন অরোইবা এম, এ, গী পরিক্ষা থারমলগা ইম্ফালদা থোরকপা কুইদ্রি। ঈশিং ঈচাওগা মায়োকন্দুনা য়ুমদগী কোয়থোকপা ঙসিনা অহানবনি। লৈরক্তগী থোরক্লুনা

লমজাও সোরোক হেক তাবগা মাগী পুকনিং ইনৌ নৌথোকই। হৌখ্রবা থৌদোক কয়া নৌহৌনা নিংশিংলকই। রাখলগী ঈচেল হংগৎনা চেল্লি। উৎ অশিবা হাইদোকলুবদা ঙাংশং ঙাংনা মৈতাল অচাকপা ফুমদুনা লৈরম্বগুম, কাউঙমদ্রবা পুন্সিগী শকলোন কয়া শংশং শংশং পুকনিংগী মিৎয়েংদা উরকই।

কালেনগী নুংথিল অমনি। মী-পোং চখোক-চৎশিন তৌবা ঙাইহাক কাংবা তাল্লকনি। লৈশাবী মচা অহুম মমাংলোমদগী হাইথরকপা লাপতক তৌরিঙৈদগী উরকই। নুংশাগী শেংলবা মঙালদা মখোয়না ইল্লিবা ফিদুপকী মচুনা লমজাওদু ঙাম্লোকহল্লি। মখোয় পুন্নমক রাধামোহন্দা য়েংঙকই। নক্তা-নকশিল্লক্রবা তাঞ্জাদা লম্বী ময়ায় থংলম্বা মহাক্না লেংথৈনগদবা নুপীমচা অদুনা লৈথহৌদুনা মতাই থংখিবা উই। ইল্লিবা ফিগী ফিজী লৌখত্তুনা মকোক্তা হাপলগা, মায়য়োক্লরকপা মতাংদুমক্তদা নুপীমচা অদুনা মরম ইরৈ লৈতনা সোরোক মতাইদা য়েংদুনা চৎখি। মাগী কাইদাদু উবদা রাধামোহন ঙকতক তৌই, মরমদি মাগা খঙনবা মী অমতা য়াওদে। খরা লাপনরগা তুংহন্না য়েংথোক্লুবদসু নুপীমচা অদু মাঙোন্দা য়েংলমই, মমায় শৎ লৈথোকখি।

মহাক মমায় নোংপোক ওন্দুনা সোরোক্তা চৎলি। সোরোক্কী নাকল অনীদা মমায় ওল-ওলদুনা য়েংই। উরুবা লৈরক-কোনশাং, লম্বী নাকন্দা হৌবা খোংনাং পাম্বী, কেলি কদমনা মাগী হৌখ্রবা মতমদো থম্মোয়দা নৌনা ময়োল চোংহল্লি। লমতা থাগী য়াওশং মনুংনি। নুমিৎ ময়ুম চঙলমদাইগী মেংলবা মঙালনি। মরুপ খরগা লোয়ননা রাধামোহন শুমাং মচি অমদা লেপ্তুনা থাবল চোংবা য়েংই। চোংবা হৌবদা ঙায়রিবা মী য়াম্না তিন্দ্রিবা তাল্লকনি। মাগী মিৎয়েংগা থাবল চোংবী নুপীমচা অমগী মিৎয়েংগা থেংগায়নরুই, কনাসু উহৌবা নত্তে। মরুপ অমগী খুৎনেক্তগী মহাক্না চঙশিন্দুনা নুপীমচা অদুগী মতুংদা পায়। অশেংবদি, মহাক মশামকনা কনাগী থৌইনশিন য়াওদনা লৈশাবীদু পায়দুনা চোংনিংবনি। ঈরুজনিংবগা থোঙ্গ্রা তেকপগা মান্নবা হায়বা অদুনি। মরুপতু চংঙক্লুনা মাগী মহুৎ শিনখি। হান্নগুম মহাক মীরক্তা লেপখি। নুপীমচা অদুগী য়ানিংদবা মতৌদু মহাক্না উখি। নোংমনা কমদৌই। অয়ুকনি। পাখং অমগা লোয়ননা নুপীমচা অদুমক রাধামোহনগী য়ুমদা লাকখি। মহাক্না ইনুংদগী থোরকপা হেক উবমক্তদা, নুপীমচা অদু লেপলম্বদগী লৈপাক্তা নিংগাংনা ঙেক ফমগখি। শোকউবা য়াদবা কংফাল ইকাইথবীগী নাওংনি, থেংঙুবগা পোকখায়বা অমুনবা খুজং মহৈগা পাংখকনি। নুপীমচা অদুগী থম্মোয়দা ইকাইবা অমা লোত্তুনা লৈরে হায়বা মহৌনা শারোন্দা উখি। অশেংবা ডাইরীমক লিংদ্রবসু, মাগী কোক্কী অহিংবা ডাইরীদদি থৌদোক শিং অসি অমতা চিংদনা লৈরমগনি। পরিক্ষাগী কারিগুম্বা খরা ইবিনবা মখোয় লাকখিনি। তুলসীগা মহাক্না নক্লা তিন্নবসু নুমিত্তুদগী হৌখি। লমজাওদা ইহান হান্না উনবা

নুমিৎ অদুদসু তুলসীনা হান্না মহাকপু খঙলম্বগুম তৌই।

মবান্নী খঙ্‌ন-চান্নরকপগী তুংদা লৈহৌবা খোঙ্গুল পরেং মাগী পুক্নিংগী মিৎয়েংদা তরং-তরং উরকই। ইকাই-নুংশি য়ান্নবা থৌদোক অমদি নুমিৎতুমক্তদা ওইখিবা নুংশিৎ-নুংশাগা লোয়ননা মাগী মমিত্তা উরি। কালেন থাগী থাংজগী নুংথিল অমনি। তুলসী ঈরুজরুবদগী কারক্তুনা মশম হাত্তুনা লৈরম্মী। য়ুম-মানা হোংবগী শঙ্গোয় খাদুনা লৈবা মতাংনি। কাং মনুংনি। ইমুংগী মী অমতা লৈতবা তাঞ্জা থোকলুই। রাধামোহন হেক উবদা তুলসীনা হরাও হরাও হায়, 'তামো। চা লোল্লুগে থকখিশিকো।' মহাক চৌকীদা ফমদুনা লাইরিক অমা ফাকপদা মহৌরি। থক্কৎপা পাখৎপা খোঞ্জেলদা তুলসীনা লাওরকই— 'ইমা!' য়েংথোকলুবদা মহাক্না উই তুলসীনা শেৎলিবা অমুবা ফনেক অদু মৈনা মখা থংবা ফীবালদগী মৈরী থোকনা বায়খৎলকপা! খুৎলৈ থুনা চোংশিনদুনা মহাক্না তুলসীনা শেৎলিবা ফনেক অদু শৎ চিংথোকই। চা থক্তনা মহাক খুদক্তুমক্তদা গাড়ী তোংদুনা লমজাও তম্না থোরকই। তুলসীসু তিংঙক-মায়ঙক্নদুনা লৈহৌই। মদুগী মতুং ফনা কুইনা রাধামোহন তুলসীগী ময়ুমদা লাকখিদে।

রাধামোহননা মহেশ্বরদা লাইরিক তমদুনা লৈরিঙৈদা, মহাক্না তুলসীবু তোয়না নিং-শিংই। শগোলশেন নুমিৎ অমদা লক্ষ্মীদা হৈরুক কত্তুনা লাইবক লৈমায় শোক্না তুলসীনা খুরুমলম্বদু মহাক্না থেংনরুই, মদু মহাক্না কাউদে। মাগী পুন্সিগী মিৎয়েংদা মরা তানা লৈখি। মীসি ফজরবা মখোঙ অনী পানবা শা মখল অমনি। মপা মমা ওইবশিংনা নৌরিবা অঙাং-শিংগী মমিত্তা ফত্তবা উহল্লবদি, মখোয়গী তুংগী পুন্সি শারমচৎকা পাংখক্নগনি। রাধামোহন পোকপা অহনসি লাইনিংবা, সন্ধ্যা গৌড়ি নুংতিগী কায়দনা তৌবা মীশকি। মচানুপাবু পিকলিঙৈদগী বৈষ্ণব পদাবলীগী ভজল কয়া শক্তুনা তাহল্লকই, অর্থ হন্দুনা তম্বীরকই। চন্দন উদা হক্তুনা শাবা বাঁশী খোংবা, চুড়া খোনবা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি অমা চেকশিন্না পেকিং তৌদুনা মহাক্না তুলসীগীদমক ইম্ফালদা নোংমা থাদোরকখি। নুংশিবা লৈক্ষণ চেল্লি, পীক্তক তৌনা রাশি লৈ। তুলসী কৃষ্ণগী মূর্ত্তি উবদা মিৎলু অনী ঈরা হৌই। চিঠীদা নরউত্তম দাসকী লাইশোলসু সন্ধ্যা গৌড়ীদা শক্নবা ইরকখি ঃ

ধন মর নিত্যাইনন্দ
প্রতি মর গৌরচন্দ্র
প্রাণ মর যুগলকিশ্বর।
.. .. ... ... ... ... ... ।।

রাধামোহননা শুমাংদা চংঙকপা উবদা, তুলসীগী পুক্লিংদা মঙ্গদগী হেন্না ঙকই। মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা ঙাইহাক লৈ। হরাওবনা থুম্নাৎলদুনা কৌগনি ঙাংগনি কাউথোকলুই। নুমদাংবাইরমগী জগত্তু অনৌবা য়েন্নিংনা ইথন থনখি। উতোল-বাতোল পূন্নমক সনা অহিংবা মচুনা কোরি চেল্লি। উরিবা পূন্নমকনা মীগী পুক্লিং হূই। নুংশিবগী নুংশিবা ঙাক্তা। মাগী থম্মোয় ইনৌ নৌথোকখিদুনা জগৎসি লেং-লেং চৎনা ফজে। কাদা চঙদুনা ফমিন্নরবা মতম অদু ফাওবা মহাক অওইবা জগৎকা শন্নদবগুম উই। রাধামোহন মদু উই। তপ্না মহাক্না হায়দোরকই,

'সন্ধ্যা গৌড়ী ইশৈদু ঐঙোন্দসু তম্বীয়ুদনা।'

'নংনা হন্নবদি ঐ খুমগনি।' তুলসীনা খুদক্তা খুম্মকই।

মখোয়গী ইমুংগী মীশিংনা মহাকপু তরাম তরাম তৌই। মপানা মাগী মমিং পন্দুনা কৌই, বারী-বাতায় শানৈ। মহাকপু চাক পীজনিংদুনা পোৎ লৈরুনবা, থোং-থারুবা মহৈ-মহৈ ইরাঙ লাঙনরকই। মোমোন নোক্লদুনা তুলসীনা মঙোন্দা মুন্না য়েংবা উরগা মহাক্না হংঙকই,

'তুলসী করিগীনো নংনা ঐবু চাথোক্কদবগুম য়েংলিবদি?'

'তামো, নংসে হন্দক থোরক্পদদি নশা য়াম্না ফরকলে।'

'ময়েং খরবু তারবনি, চাদা-তূমদনা ট্রেন তোংদুনা ইম্ফাল য়ৌনবা লাকপদা।'

'তামোগী থবাক লেংজুম মরুং থানা উরে, পাম্বোম অনীদুসু মরৈ মরৈ তাশিন্না উই।'

হকচাং ফবা মাল্লে। চারিবা মখৈ ইহাওদা হাওই। তাবগা তূম্বনা হাল্লি।'

'তামোগী খুত্তুনা তাপ ফাখ্রবদি মীনা নাম্থোক্তুনা চৎপা ঙমগদবা মান্দে। য়েংবদা শল লামচা অথাকপগুম হকচাংদু য়াম্না হক্নদবা মাল্লি।'

'ঐবু শন্দং মাল্লবা জাৎলা?'

মবান্নী মখোল থোক্লা নোকমিন্নৈ। হীরম কয়াদা বারী শামিন্নৈ। বৃন্দাবন গার্ডেনগী মরমদা তুলসীনা হংই, রাধামোহননা মরীক চুন্না খুমই। মহাক্না নোংমা মাবুসু পুবিগনি হায়। চাক চাবা লোইদুনা ঙাইহাক ফম্লগা রাধামোহন ময়ুমদা হনখ্রে। বামল্লগা তূম্বা য়াদবগুম, তুলসী হরাওবা অমদি নুংঙাইবনা লুত্তোন কাদুনা পাক তূমথবা যাদে। মহাক ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা লৈ। ইমুংগী মী পূন্নমক্তি ঙসাইনা তূম্ন-হিপ্নখরে, নাখোকপগী মখোল মহাক্না তায়।

নাখোকপগী মখোলদু ঙাইহাক্কী মনুংদা নৌনা ঈশিংদা কোৎপদা থোকপা মখোলগা পুনখি। তুলসীগী মমিত্তা উরকই থরোই মহীগুম লুরবা ঈশিংনা নিক-নিক লাউনা চোল্লবা পাৎ অমা। মহাক্না মমিৎ কুপ্তুনা পাত্তুদা মুন্না য়েংদুনা লৈ। পাৎকী মচী অমদা শংত্রিক শংবা

থম্না মরক্তা থিনগক্তুনা থম্বাল শাৎপসু মহাক্না উই। সনানা ফুদোংলবা মরাঈ কাঙ্‌বা হি মচা অমদা মমায় ওনশিন্নদুনা তুলসী অমসুং শ্রীকৃষ্ণ তোংলমই। ঈশিংগী ঈমায়দু নৌনা কোৎপা খুদিংগী ইরৈ অমসুং ইপোম্না লীলগী শাথেক্কুম মহাক্না উরকই। নোকমি-নোকমি তৌরদুনা কৃষ্ণনা হিদু ঈয়ায়রোমদা হোন্দোরকই। ইখঙ খঙহৌদনা থম্না মরক্তগী লীল অমগী মথংদা অমা, মনম মনম ঈশিংদা ঈরোইদুনা হি তম্না চেনশিল্লকই মরৈ হা-হা তম্নদুনা। মদু উবদা তুলসীনা কিমনখ্রদুনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা য়েংদুনা হংগৎচরকই,

'ইবুংঙো, ননাইবু অমুক্তদি কনবিয়ু!'

'তুলসী, কিরুনু। করিসু তৌরোই। ঐখোয়গী লাইরমলেনসিদদি লীলনা চিকপসে, নখোয়গী মীরমলেন্দা কাংনা চিকপগা অম্মানি।' নোকফেৎ নোকফেৎ তৌরদুনা কৃষ্ণনা খুমই।

অকিবনা থুমহৎলবী তুলসীনা উরকই কৃষ্ণগী শুম্মৎলবা মায়থোংদু রাধামোহনগী মায়থোংদা তিনখিবা। মহাক মিৎকপ খংথোক থোকই। মাগী মশা পূন্নমক হুমাংনা লুপলমই। মঙদু নিংশিংলুবদা মহাক তু খ্যাও খ্যাও চুংই, শ্বায় লাউই লরাই শাৎনা!

*লমদা, ১৯৯৭*

# থাইনগী লৈরাং

পাইন-থাইন মমাংঙৈদা হায়না ব্লারীসি হৌবা য়ারে, মরমদি চহি অঙাং নৎত্রে। চহি হুম্ফু হেল্লবা হায়বসি শাংখ্রবা মতমনি। অকাউবনা থল্লবা পুন্সিদা ঐনা খক কাউথোকপা ঙমদবা থৌদোক অমা লে। দৃশ্যদু ঙসিসু ঐগী মিত্তা শংশং উদুনা লৈরি। ঐনা নিংশিংবগী মওংদি টি.ভি. দা চপ লেপ্লুনা লেঙদনা খোঞ্জেল অমতা থোক্তনা লৈবা মূর্তিশিংনা খুদক্তা মরেং-মরেং চেন-চোংঙকপা কায়দা অদু মাল্লি। ঐ ইশাসু লিলগুম নকু থোক হুদোক্লগা হনুবগী ব্লাখল থাদোক্তুনা অঙাংগী নুংঙাইরবা লৈবাক্তা লৈবগুম ফাওই। ঙমখৈ নাইদ্রবা নিম মানবা অতিয়ানা ঐবু য়ুমদগী কৌথোকলি। সনা মচু মানবা নুমিৎকী ইরং লংবা লংজানা শাবা পারবা কাংখলনা কুপশিল্লবা অশংবা লৌবুক লম্মাংনা ঐঙোন্দা য়েংলোরাও কাইহৌররি : ফাইরেল থাগী পুক্লিং হূনা ফজরবা অয়ুকনি। ঐনা য়ুমদগী থোবক্তুনা খুলগী শঞ্জাবুং তাবা লম্বীদা চৎলিঙৈদা য়েংঙু য়েংঙুবা পোৎ খুদিংমক মচু-মমেল থোক্লা উই। অনৌবা পৃথিবী অমা থেংনবগুম ঐগী থম্মোয়দা ফাওই। ঐগী পুক্লিং হকচাং হৈনিংবনা পীক থল্লি। খুলগী লৈরক হেক লোইবদা শঞ্জাবুং শাবলনা মাংদা পাক-চাউনা শন্দোকপদু উই। লম্পাকতু ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ মতম অদুদদি য়াম্না চাউনা উখি, অদুবু হৌজিক্তি ইপীক পীকশিল্লে। অঙাং ওইরিঙৈদা ঐ শল লুনা তৌই, মরোল খঙনদবা ঐগী মরুপনি। হূই মচা, ঙানু খুনুদদি ঐ ঙাওই হায়বা ফাওবা য়াই, ইয়াদা চাগদবা চাক মখোয়গী থাকই। কৈথেল চৎলবদি পাঙল পোৎফমদা ঐগী থব্লায় লোৎখিবা ঙমহৌদে। পোলাং মনুংদা চোং-ফন্দুনা শান্নরিবা

ঙানুমচা উবদা পায়নিংবনা খুৎসি মরেঙ মরেঙ চৎলি। নুমদাং কোক্কা মোনগা হেক তাইনবদা মখোয়বু উরকই, মঙ্দসু উচেক ওন্দুনা চাক্তামিন্নরমই। লৈরক কোনশাংদা চাক তারম্বা থেংনবদা, মখোয়গী মনম নাতোন্দা হেক য়ৈবদা, থাইনগী পুন্সিদু ঐ নিংশিংঙকই, হৌজিক্কী অৱা-অনা ঙাইহাক কাউথোকই। শলগী মতুং ইন্দুনা মখোয়না শজিক চাবা, শজিক থৎপগী মখোল তাবা ঐঙোন্দদি নুংঙাইরবা কুম্মৈনি। নুমিত্তু শলগী মতুং ইন্দুনা অসুম চৎলম্বদগী লৌবুক য়ৌখিবা খঙহৌদে।

কেৱা পাম্বীশিংনা ফিবাল ওইরবা লৌ পরী খরা থেংনৈ। মফম, মতম অমসুং মহৌশাগী পোৎথোক উবদা ঐ খোং থাংদুনা চৎপা ঙমদে। লৌ ফৈদোম খরা লবুক-লৈরিনা খুরক হাঙদনা শাৎলম্বা উবদা ঐ খোঙ্গ্রায় চন্দুনা ফমথখিবা খঙহৌদে। ফাইরেলগী নুংশিরবা মতমনি। চক্রখোক অমনবা খরসু লৌরী কাচিন্দা ঙৌশ্রোক ঙৌনা নাপী মরক্তা থিনগৎপা উই। কুংনা নেম্না হৌবা লৈরিগী পান্দোংনা লৌবুক্কী লৈমায় উদনা শংত্রিক শংনা হৌই, অশংবা গালিচা থাবগা চপ মান্নে। মহৌশাগী চংখোল্লবা ফিদানি, অঙৌবা অমসুং মঙ্গ্রা মচুগী লৈ ময়াম্না অশংবা ম্বাংঙাদু ফুৎ থিল্লি, হাজং য়ৈ। লবুক্কী লৈরিসি মনমসু ঈংনা নুংশি। লৌ ফৈদোম খরা চৎলবা মতুংদা ঐনা খঙহৌদনা, ইথা থাজদনা উরকহ উচেক ময়াম, মঙা তরাগা ৱা নঙে। উচেকশিংদো চাউদে, ৱাংদে। মখোয়গী মশক-মতৌ চপ মান্নে— মখল অমতগা উচেকনি। মখোয়গী মচু মশিল মুবদি নত্তে, মুরপ তৌনা থাওথানে। উচেক অতৈশিংদগী মখোয়গী মশক্কা তোংঙান্না তারিবসি মখোয়গী মচুগী খুৎলাং অদুননি, জেব্রাগুম মশা পূম্নমক ঙৌরুনবা মতুনা খাওল ওল্লি। মখোয় পূম্নমক মনম ইপোল পোল্লি, তপলি তপলি চৎলি। জীবগী ফজবসি মীওইবা কাংবুতদা নত্তে, পীকখ্র-পীকখ্রবা উচেক তাঁল-কাংদসু লৈ। মখোয়বু উবদা ঐগী পুকনিং নুংঙাইবনা মপান নাইদে। করি খল্লুরবনো খঙদে, লেপ্তুনা ঙাইহাক য়েংলম্বদগী ঐ মখোয় তম্না চঙশিল্লি। মখোয় খরগা ঐগা অসুক্কা মতিক নক্লরে খুৎ তিংথোকপদা ঐনা মখোয়গী মরক্তগী অমা ফাবা য়ারগনি। অদুবু মখোয় মচি ফাওনা লেঙবিদে। ঐনা খুৎ তিংথোক্লুনা অমা ফাগে তৌবদা, ঐনা লাম্বা ফংদনবা চৎথোকখি, পাইদি পাইখিদে। ঐনা ফাগে তৌবা খুদিংগী অমতসু পাইথোকখিদে, ঐঙোন্দগী খরা চৎথোকখ্রগা হন্না য়েংদুনা হেক্তা লৈ। ঐনা থেংনবদা উচেক্কা মী কিদবা নুমিত্তুনা অহানবনি। অঙাং ওইরবসু ঐনা কয়া চাউখ্রবা. মখোয়না কয়াদা পীকখ্রবা!

অয়ুক অদুদা উচেকশিং অদুদগী ঐনা পুন্সিগী অচৌবা পারা অমদি তমখি। ঙাইহাক্তি ঐ মখোয় নত্তনা কনাসু উখিদে। ওগ্লোরুসু য়ামখ্রে মখোয়গী মশিংদো। ঐগী মাংদা পোল্লি পোল্লি চৎলি খরনা, তুংদা ইন্নরকপসু য়াওই। ইপাইমক পাইথোকখিদ্রবদা, ঐ নিংহন্নরকই।

ঐগী অকোয়বদা মখোয় ময়ান্না মরেঙ মরেঙ চৎপা উরগা য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চনখ্রবগুম পুক্লিংদা ফাওরকই। ঐ খৌতক চারকই। উচেক্লা অসুক থৌনা ফবদি ঐদি পোকপদগী থেংনদ্রি। চেং ফৌ খুনগে তৌরম্বদো করিগুম্বা অমতং লৈপাক্তগী খুনবা উবদা উচেক্তি পাইবনা হানবনি। মীগুম মখোয়সু শিবা কিবনি। ঙসি মখোয়না তৌরিবসি করিনো ঐ খন্দবা ঙমদে। ঐগী অঙকপসি অসুম অসুম হেনজিল্লকখি। কোয়না য়েংবদা মী-পোং অমতসু উখিদে। উচেক্লবু কৈদৌগবনো খন্দুনা ঐ অহানবদা ইথৌ থৌশারমদে। মখোয়বু হাৎকে-তুপকে তৌবসু নত্তে। অঙাং ওইবনিনা ঐসু চুন্না ফাগে, অমুক্তা খুৎনা পায়দুনা অমতং থাঙ্গত্তুনা চিন্না নুংশিনা চুপ্নীগে তৌবনি। অদুবু মখোয়গী মতৌসিদা ঐ অসুম অসুম কিশিল্লকখি। অমতং লামদুনা ফাগে হেক তৌবদা, লক্লবগুম খরদং হন্দোকখি অদুগা ঐঙোন্দা তুংহন্না য়েংঙকখি। ঐনা মাংলোমদা খোঙথাং অমা অনীদং থাংজিনবদা মখোয় ময়াম ঐগী ইতুং ইন্দুনা পরপ পরপ তানশিল্লকই। নুং-পাল ফাওনা ঐ শ্বাই লাউই! উচেক মরূম ময়াম লৌরী কাচিন্দা কৈথেলদা থাদুনা য়োনবগুম লৈরম্মী। নাপী অমদি চরূখোক অকং বনা শারিবা মকোল অদুনা মওং তারিবা, মীনা শারবসু অদুক চঙখোল্লোই। ঐগী থম্মোয় নুংঙাইবনা পিক থল্লি। খুদক্তা ৱাখলগী মঙাল অমা ফুং ফাওরকই। উচেকশিং অদু ঐবু কিরিবনি, অদুবু পাইখিগেদি হায়দ্রদুনা মফম অদুদা নৈশিন্দুনা লৈরিবদু মরূমশিং অদুগী হাকন্নি। মরূম কন্নবা হোৎনবদা শিবা কিদ্রবদি, মচা ওল্লবদি কমদৌনি? ক্বাক মচা হাৎপা মীগী মশম ক্বাক মপীনা তান্ন-তান্নদুনা ফোয়। ৱারী অসি লোইশিনবদা ঐগী থম্মোয়গী ৱা অমতং ফোঙদোকনিংই। ফাইরেল থাগী নুংশিবা মতম্নগা ওইবনে, ঐনা অঙাংত-অঙাং ওইরিঙৈদা থোকখিবা থৌদোক অমা ওইবগা, উচেক মচাশিংদু মখোয়গী মরূমশিংদুগা লোয়ননা ঙসিসু ঐগী থম্মোয়দা হিংদুনা লৈরি, পুক্লিংগী মিৎয়েংদা নুমিত্তুগী নুংশিৎ-নুংশাগা লোয়ননা তরং তরং উরি। প্রমাণ অমতং তৌরবদা, পুন্সিগী অচৌবা লৈকোল-নুংসিদা অহানবা খোঙ হেক থাংজিনবমক্তদা উখিবা পুক্লিং হূবা লৈ চরোংনি। ঙসি হন্না য়েংখৎলুবদা থাইনগী লৈরাং হায়বদু ওইরে, মল্ল-মল্লগা থোইনা হেন্না নুংশিরকই।

*ফাইরেল ১০ নি পানবা, ১৯৯৮*

# পুনে জঙ্কসন্দা

য়ুম অমুক নুংঙাইবসিবু কদায়দা লৈরিগদগে? ইরম অমুক নুংশিবা মালেমদা অনীশুনা লৈতে। অদুবু মপান থোকমন্দ্রবদি মীদি মিৎয়েং খৃই। চেল্লিবা রেলগাড়ীগী থোঙনাউ ময়াদা ফমদুনা, লম-তু কোয়য়েং য়েংনা-য়েংনা হরিচরণনা খল্লকই— 'ঙসি উরিবা পোৎশিংসি পুক্সিদা অমুক হন্না উবা ফংগনি থাজদে, কয়াদা নুংশিগ্রবনো! করিগুম্বা তান চারুদুনা উবা থোক্লবসু, মশক হোংবদি শোয়দ্রবনি। চুন্নগী মশক্তগী হেন্দোক্লুনা মমিং ফাওবা ওনখিবা য়াই। ঙসি ঐনা চৎলিবসি পুনে সরহদনি। চহী নিফু শুদৌরে, ঐনা অহানবা লম কোয়বা চৎপদা, সহরসিগী মমিং 'পুনা' হায়না কৌরম্মী। জগৎকী ৰাদি তোকখিসি, ভারতকী মনুংদা লৈরিবা তোঙান-তোংঙানবা রাজ্যশিংগী লম্মিৎ-তুমিৎকী মশকসি ইমান মান্নদে, লৈরিবা মীশিংগী মশক-মতৌ অমসুং শিনফমসু।' কদোমদগীনো খঙদে, হরিচরণনা নিংশিংঙকই অমসুং মমিত্তা শংশং উরকই সাম্যুয়েল আলেকজেণ্ডরনা ইবা মহাক্লা ছাত্র ওইরিঙৈদা উখিবা থারবা লাইরিক অদু, মখুমদা ময়েক লানা মমিং থারবা— **মফম, মতম অমসুং মহৌশা**। রেল মনুংদা তোংলিবা মীশিংদু কুচু কুমেন মশক-মতৌ মান্নবা কাংবু কাংবু নাইনা উই। মসি পোকফম খেন্নবদগী ওইবা তাই হরিচরণনা খল্লি। মীশিং অদুনা তৌথোরকপা কায়দাসু ইমান মান্নদে, চুন্নগী ফিজেৎ-চাকচা খেন্নবগী ৰাদা নত্তে। মসি মাগী মাগী মপোক্কী মহৌশাগী ওইবা তাই। ফমুংগা কোন্নবা মাগী ফমফমদা তুমিন্না ফমদুনা লৈরিবা মাগী নুপীবু অসুম য়েংলুরগা নৌনা নুংশিবা ইহুল অমা ফাওরকই।

নুংশিরবদি উদবা লৈতে। মাগী নুপীনা ফজবদু তরা-মচা তিনবা মফমদা থোক্লগা খঙ্ঙকই।

নুপী থিবা পুন্সিগী অচৌবা খোঙফমনি। হরিচরণনা থানিলম্না লুহোংদুনা লৌবা মতমদা, মহাক মৌ অমা ওইবগী লক্ষণ চেন্দ্রি। লৈশাবী মচা ওইবগী মহাক ইঙাও ঙাওরিবা মতমনি, মশা-মউ ইনবা লেপত্রি। হরিচরণনা হন্দক লম চথোকপসিদা নিংশিংলকই— থানিলম্না লাক্লবা মতুং চহি খরদি মখোয়গী ইমুং থবৎ তৎনা নংখি, নংবনা নঙ্গল পায়দুনা খাঙখি। নোংমা মহাক্না ফুরিৎ ফি অহোঙবা লৈরোং নম্বা অনী লৈদুনা পীবদা থানিলনা হরাওজখিবদু ঙসিসু মাগী মমিত্তা উরি। ফি অনীদুগী অরৈমল লুপা তরুকখক্তনি। হৌজিক খল্লুবদা ইশি-শিনা নোক্লিংবা পোকই, অদুবু থুনা তূদুনা মাগী নুপীনা থরায় তানা ফূ-ফূ কামদুনা লিংথি। হরিচরণনা উবা ঙমদ্রবসু, কৈরোল লৈকায়গী মীনা ঙাঙনবদি মহাকসু মনানা তাই — হরিগী নুপীসে শেৎতোক চৎথোক্লকপদা মতৌ অমা লৈ, ফিজোল অনৌবা অমতং হোংবদা মশকসে ফন চোংথোকই। নোংমা নুমদাং অমা মরুপ অমগা লোয়ননা মাগী কাদা ফমদুনা বার্রী-বাতায় শারিডৈদা থানিল চংলকখি। মরুপ অদু মাবু হেক উবমক্কেদা ইঙাও ঙাওখি, চিল্লাম-থারাম ওইনা মহাক্না মচিল থোক্লা হাযদোকখি— 'ইবেম্মা থানিল সিদি ফজৈদা!' হরিচরণনসু মাবু উখি, মচিল থোক্ত্রবসু মরুপ্না হায়বা অদু মাগী থম্মোয়নসু চপ চানা লৌখি। মাগী পুক্লিংদা নুংঙাইজবা ফাওখি।

ইমুংগী অচেৎপা কিশি লম-ত্ চংথোক্লগা খরা কোম্বগুম তৌই। হৌখ্রবা মতমগী নুংশি নুংশিরবা বাফম কয়া থম্মোয়দা ময়োল চোংলকই। মাগী মাগীতা খনবদা অতোপ্পা মীগী খল্লুবা শংদ্রবা পুন্সি অসিদা তৌবিমল খঙদবা মশাগী অশোয়বদু উরকই। থানিলনা হরিচরণগা ইমুংদা হেক লাকখিবা নুমিত্তগী অহল-লমন অমদি মপুরোইবগী সেবাদা খুদোল লৈবাক তাখিদে। ইমুংগী কুপনোমদা মকোক হাৎপা ফাওবা ফংখিদে। মী খুৎনেক খমদুনা ইমুংগী খরচ চাউহনবা মৈতৈ নুপীনা পামদে। মৈতৈ নুপীগী পুন্সিদি কৎথোকপগা শরুক্তনি, মশাগী খক য়েংদে। সনা অমা ওইবগী চাউথোকপা মরীক অমতা পক্তনা শাংখ্রবা মতম অসি ইমুংবু কোকথোং নাদুনা পুরিবা মাগী নুপীগী মমল হরিচরণনা হন্দক চৎথোকপা অসিদা খঙই। মহাক্না নিংশিংঙকই থানিলনা মাগী ফুরিৎ শেগায়বশিং মওং তানা ফোৎখিবদু। ঙকশমগী মপাল থংবা শেগায়বা ফিগী শ রুক্তু নাচন মখোং শানা থেক্না খোয়না লাইরেল মথেক পুদুনা কুপ্না ফোৎলি। ইচু তানা শূরগা চন্দন মচু হাইফেৎ চনাংগা কোন্ননা শঙদুনা কংফাৎত্রিঙৈদা ইষ্ট্রি তকথোক্লগা উপুদা থমই। মপুরোইবনা লিক্তনা চৎথোকখিবা মতমদা থানিলনা লোন্না য়েংজহৌই। লৈবু লৈত্রবদি মীদি ইকাইবা খঙদে। থানিল লৌরমদ্রবদি মহাক মীরক তিনবা ঙমলমলোই। ঙসি নিংশিংলুবদা মহাক ইশি শিনা নোকনিংবা ফাওরকই।

চহি নৌনা লুহোংবা অফবা নত্তে। তুরেল লৈঙোইদগী হেন্না কুপ্না য়ুম্বাললোলনি।

হরিচরণ অমসুং থানিলন্না অনীমক মীকি লাইকিদবা চহি মতাংনি। লুহোংবা মতুং খরা লৈরগা নোংমা হরিচরণনা থানিলগী উল্লকপা অলমারি হাংদুনা অউনপোৎশিং য়েংলুই। অসুম ফি-রোল মথং-মথং য়েংবদগী করিগুম্বা পোৎ অমা চেকশিন্না ফিরক্তা য়েপ্তুনা থনম্বা মহাক্কা থেংনরুই। পোৎশক্তু উবমক্তদা মহাক ফ্রং শাওখি, মশা পূন্নমক থক-থক নিকখি। 'মসি কনাগী ফোটোনো?' মহাক্কা থানিলদা হংই। থানিল, ইকাইবা অমসুং অকিবনা লৱাই শাৎখি, লৈক্রক্তা চঙদুনা শিনিংবা ফাওখি। নুমিত্তুমক্তদা থানিল মপামদা চৎখি। চৎলমদাইদা মহাক মখুৎমক্কা ফোটোদু মপুরোইবগী মমাংমক্তদা শিংকুপ শানা শেগায়খি অমসুং লংথোকখি। চফ্-ইৱানদসু কেনৈ হায়বদুনি, মতৈ-মনাও খৎনবদি নুংশিনবদগীনি। নুংশিবগী লৈ নাচোমনা মনম অসুক নুংশিরিবসি অতৈ করিমতগী নত্তে, কল্লক-খম্বল কৌবা লৈচল অমা য়াওবদগীনি। থানিলনা মপামদা চৎখিবা নুমিৎতুগী অহিংদু হরিচরণ মিৎ কক্লা অমতা তৃমখিদে! থানিলনা ফোটো শেগায়বদু মাগী মমিৎতা শংশং-শংশং উরকখি। নোংঙাল্লমদাইদা মহাক উইরোল-উইরোল তৌরুবা মাল্লে। মাগী লুখুমগী থোঙনাউ মপাদা মপান্দগী থানিলনা কৌরকপা মহাক্কা তাখি— 'তামো, ঐ লাক্লে!' মহাক ফুক হৌগত্না মপান্দা চেম্থোক্তুনা থোঙনাওরোমদা য়েংই, অদুবু কনাসু উদে। অহানবা খোঞ্জেলদু হেক তাবমক্তদা মহাক নং-পাল ওনখি। থাশিরমদাইগী থা মচেৎ অমা অয়ক্কী শজিক্কা লোয়ননা কাংতোলদা মুৎশি মুৎশি থোক্রম্বা মহাক্না উখি। থাজবা হায়বসি অঙকপা পোৎশক অমনি। মহাক্কা থানিলবু য়েন্নখা-লুকখারোমদা লৈব্রা কোয়থি থিখি। লোয়নবা মপান থোক্তুনা মহাক ঙাইহাক ঙাওরুই। থানিলগা কাযনবা অহিংসিনা হরিচরণদা মপানগী তাইবংপালসি নত্তবা নুংগী ওইবা থৱায়গী ফজববা জগৎ অমা উহনখি। নুংশিবগী কিশিনা অনীবু চেংনা পুনশিনখি।

হাওরা ষ্টেসন্দগী পুনে য়ৌনা চেনবা এক্সপ্রেস ট্রেননি। ফার্ষ্ট ক্লাস কমপার্টমেন্টনি। নুংথিলগী মমৈদগী তোংঙকপা ট্রেননি। থানিলগা হরিগা চরা অষ্টম চাক মরূ অমতা য়াতোল তংদনা খোঙচৎকী পম্বুং তাল্লি। ডবা পূনবা মীনা চাক ওদর তৌদুনা চাবা উরগা মহাক্কা মাগী নুপীদা চাক লৈগে হন্না হন্না হায়, অদুবু খক য়াদে। থানিল হঙ্গোয়গল্লি, মহী-মনাই অচোই-অপানা মবান্নি লেপ্লি। রেল ঙাইহাক লেপ্পদা, হরিনা চৎথোকলুরগা হঞ্জিল্লকপদা মাগী নুপীনা মঙোন্দা হায়, 'মীগীদি নুপানা কোফী লৈদুনা পুরকই, মতৈ-মনাও ৱারী-ৱাতায় শাদুনা থকমিন্নৈ।'

মাগী নুপীগী ওইন-ৱাকৎ, কেথোকচবা, নাওথী শাজবা মৱাহৈ তাবদা অহোয়নদুম মাগী থম্মোয়দা নুংশিরকই। অরাম-খৌরাং ফাওরমগনি হায়বা মহাক খঙই। ৱাখঙবা হরিনা মহাকপু পেলহন্নিংবগী ইশুল অমা ফাওরকই। ষ্টেসন মচা মচাদা ঙাইহাক হেক লেপ্পদা চোংথদুনা কোয়চেন চেন্দুনা অচা-অথক কোয়থি থি। অমুক্তি কমদৌই! কোফী শোপ

থিরিঙৈদা, অহাওবা পোৎ লৈরিঙৈদা রেলগাড়ী থাখিবা খঙহৌদে, খোঙজেল য়াঙখৎলকখি। মহাক পাখৎখি। কয়াদা পঙথ্রবা, মনাক্তা লৈবা ডবা অমগী থোঙদা কোক চোংখৎলগা লোইরে! মহাক্না ঙসাই কূমথরকপা থোঙ অদুগী মপা য়ৌনবা কন্না চেল্লি। থানিলনা থোঙজিলদা পায়দুনা লেপ্লগা মখুৎমচা অদু তিংথোক্তুনা মহাকপু চিংখৎনবা ঙাইদুনা লৈবদু উই। চিরবা তাঞ্জাদুদা মহাক্না থেংনরিবসি অৱাবা অনীনি। তমদুনা থোক্তবা মহাক্তনা খঙবা ৱাফমনি। ট্রেন নাম্থোকখিদ্রা হায়দুনা কন্না চেনবগী মিহুল চেনগুম-চেনগানবা অৱাবগী মথক্তা, মহাক্না ট্রেনগী খোঙজেলদগী অসুম শোৎথহৌরবদি, থানিল চোংথরকদ্রা হায়বগী লৱাই শাৎনা নুংশাথীবা ইহুল অমসু খুদক্তুদা ফাওখি। উচিন-নাচিন্না থোঙ মপা য়ৌদুনা মহাক চোংখৎহৌই। মথৱায় ৱাজরবী মাগী নুপীনা মাঙোন্দা জবেং-জবেং ঙাংই, 'কদায়দবু চৎচবা শারিবনো? অসুক লাপথ্রবা মফমসিদা কায়নরবদি কমদৌনি?' খুরাই-থাংতেক নাদুনা মহাক তিংদম শিনা নাবা ফাওই, অদুবু মাগী অনাবদু মাগী নুপীদদি হায়দোকখিদে। মতুংদদি মহাক্না ট্রেনগী মপালদা খোংকাপ অমতং কাম্থোকপদা, মাগী নুপীনা মাগী মতুং হেক্তা ইন্নরকই। ট্রেন মনুংদা তোংমিন্নরিবা মী অমতা মহাক্না হন্না য়েংঙুবা লৈতে। মহাক্না উইনিংবা ফাওরকপা মতমদা মাগী মখুৎনা মপুরোইবগী মখুৎপু কোম-কোম পায়দুনা থমই।

মীসু উচেক-ৱায়াগুম্বনি। অহিং থেঙজিল্লক্রবদা ঙাংবগা-শকপগা তুমিন্না ঙাইহাক লৈতবা যাত্রীকশিং মাগী মাগী সিৎতা ইশি-শিনা তূম্নখি। লৱর বর্থতা লৈবা সিৎতা লোংনা হিপলিবী থানিলবু হরিনা অনীশুবা বর্থতগী য়েংথরকই— মুৎশি মুৎশি উই। মহাক্না খল্লকই হন্দক্কী খোঙচৎসি মমল য়ামথ্রেদা। মমাঙদসু থোকখিদ্রি, তুংদসু তান চাবসি অমুক ফংগনি থাজদে। মরুভূমীদা চৎপগা পাংখক্লরবা মীগী পুন্সি খোঙচৎনি। থৱায় অনীগী নক্লবা মরীতনা অৱাবা খঙহন্দে, শিবা নাবগী খারবা মহাও অদু ফাওহন্দে। হরিনা মমিত্তা উরকই— নোংমা ৱাকচীংগী সন্ধ্যা য়াচংবদা মবান্নী চীংদগী শীং কোকথোং অমমম চল্লুরগা শুমাং মতোন্দা বম বম থাদরগা তুমিন-তুমিন ফমদুনা অৱাবা হন্দোকপদো। মহাক্না মঙোন্দা হংখি— 'থানিল ৱাবরা?' থানিলগী পাউখুমদু মহাক্না নিংশিংলকই— 'নংশু ৱারিদুদি, ঐতা ৱাবসু নত্তনা।' পোইনু লৌ লোকপদা চন্দ্র মৈ থাদুনা নিংথম্বা খাঙমিন্নখিবা, মীগী ময়ুমদা ফুঙ্গা মনাক্তা হিপ্তুনা অহিং লেনমিন্নখিবা নিংশিংঙকই— তূমলিবী থানিলবু অসুম য়েংলুরগা। মী হৌগৎনবা হৌরে, মচিল-ময়া তহা-তহা শেংদোক্লরে। মাগী মাগী মপোৎ চেক তৌবা, লোইশিনবা হৌনরকই। ডোন, দ্রুগ ষ্টেসনশিং মথং মথং লাম্থোক্তুনা পুনে য়ৌগদৌরে মীনা ঙাংনবা তাই। হরিনা থানিলবু হৌদোকই। মহাক তফিং-তফিং হৌগৎলকই, অসুম্না হায়রদুনা, 'ঐদি তূমথোকলুরে। পুনে ষ্টেসন য়ৌরবরা?'

পুনে ষ্টেসন য়ৌবদা পুং মরি হেল্লে। পূমমম মমলি। পুনে সহরদদি নোংঙালবসু

নুমিৎ তাবসু য়াম্না থেংই, ইম্ফালগা মান্নদে। মনা পুংবা উপালদা পূন্না য়াইরেকমিন্নবা চেক্লাশিংনা ইনুং ঙাম্লকপদা মায়গৈ তোংঙান তোংঙান পাইনখিবগুম, ট্রেনদা তোংদুনা থানিলম্নানা লাকমিন্নবা যাত্রিকশিং মাগী মাগী পম্বুং তান্না চৎনখি। কনানসু কনাবু হন্না য়েংনরমদে। হরিচরণসু থানিলম্নানা মাঙ থারদুনা ট্রেনদগী কুমথরকই। ইয়ার বেগ অমমমসু মরেংবান্দা য়াল্লি। নাচন মানবা রেলগাড়ী ময়াম পরেং শানা থারি। পুনে অচৌবা জঙ্কসননি— খাদা, ঝাংদা, নোংপোক্তা, নোংচুপ্তা চেনবা রেল লম্বী কয়া পূনবা মফমনি। রেলগাড়ী ময়াম থারিবা মফম অদুনা কৃৎলি, ঈকং থাগী তুরেল খোংনুংগুম্বনি। খোংনুংদগী তুরেল লৈরায়না য়াম্না ঝাংনা লৈবগুম, য়াম্না পাক-চাউবা কৈরাক অমা কাদুনা লাম্থোক্লগা মী তিনফম লৈ। অরাকপা, চৎখিগদবা, ওকপা লাকপা মীশিং শুনা তিল্লি। টেক্সী, ওটো-রিক্সোনা ক্রক-ক্রক ইন্ননা থাদুনা লৈ। হিয়াং-কুম্মেদা তিনবগুম মীনা মুকথুবী পাইথোরকপগুম মফম অদু প্রোক প্রোক শৌই। অচা-অথক চা-কোফী য়োনবা মীগী মখোলনা মফম অদু পূমনিল নিল্লি। গাড়ী থৌদুনা শেল তানবা মীশিংনা মীগী মপুক ফানবা হোৎনবদা ঙাঙবদা হল্লেংদে। অমনা ঙাঙবা অমনা তানদে। মফমদুদা অদুম ফমদুনা নোংঙানবা ঙাইবসু যাবনি, অদুবু হরিনা থানিলবু হোটেল অমদা পুদুনা চনিং তানা ফমহন্নিংঙি। অশাবা কোফী কপ অমমমদং থকমিন্নদুনা অরাম-খৌরাং কোক্লবা খল্লকই। মহাকনা থানিলদা হায়,

'থানিল নং মফমসিদা ঙাইহাক্তা ফম্লমউ। ঐখোয়গুম্বা মী অতৈসু য়াম্না ফল্লি। ঐ অনকপদা লৈবা হোটেল অমতা থিরুগে। চা থকপা ওইনা মফম অদুদা নোংঙানবা ঙাইরুবনা ফগনি।'

'চৎব্রনুদা, ঐ ইতোমতা লৈবা ফব্রা?'

'নুংশাথীব্রা? কুইরোইদা।'

অমম্বদা মহাকপু থনম্লগা হরি হাথু হাথু হোটেল থিবা চৎলি। মৈ অঙাংবা, অশংবা, মারকরি মচুনা পুমলং লংলবা গ্লাসকী শো-বোক্সতা অহাও-অথুম থেনদুনা থম্বা হোটেল কয়া থেংনৈ; কোক চঙদুনা হংগদবা মাঙোন্দা নিংহন্নবা অমা ফাওরকই। ট্রেন শাংনা তোংবগী মফি মরোল চমোৎ-চমোৎ, খুঙ্গংগী মীনা নোংমা ফাদোক ইম্ফাল কারকপদা ওইবা ফিবমদু তাগদ্রা খল্লি। হোটেল মনুংদা ফমলিবা নুপা-নুপীশিংসু নিংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংবনা অয়াম্বনি। মহাক থাক খরা হম্বুবা হোটেল থিবা চৎলি, দুকান মথং মথং লান্দুনা। মহাক ঙাইহাক থানিলবু কাউথোক্লবা মাল্লি। মহাকপু হেক নিংশিংলকপা মিৎকৃপ্তা হরি শ্বায় লাউই। হাথু-হাথু হল্লকই, অদুবু মহাক লম্বী লম্মুক্লরে। য়েংলু য়েংলুবদা দুকান পূম্নমক ইমান মান্নে। টেক্সী, ওটো-রিক্সো ড্রাইভরশিংনা কদায়দা চৎকদগে হংবদা মহাক শাওনিংবা অমা পোকই, বুদ্ধি-লৌশিং মাঙহল্লি। বেগ অচৌবা অনী মমাঙদা থম্লদুনা থানিলনা ফমদুনা

লৈহৌবা মফমদু মাগী মমিত্তা শংশং উরি। মথৱায় ৱাবদি করি হায়রুগনি নুপী অমতং ফমদুনা লৈবা থেংনবদা মহাক্না 'থানিল' হায়না কৌবনা হাল্লি। অমুক্না করম তৌই, নুপী অমা মহাক্কী মমিত্তা থানিল ওইনা উদুনা চেনশিন্দুনা পায়রুব্বদগী মহাক চোপখি। মিঙ্গৌদুনা মাংথাবগী ফব্বনি নৎত্রবদি ফত্রবা ভাবতা লৌদুনা শাথিনরমগনি। মহাক তাইবং শেবাৎনরে, নোংঙাল্লমদাইগী অইংবা মহৌশা মাঙোন্দদি মৈতাল অচাকপদা নেৎপগুম থোকলে। ইম্ফালদগী লাপথ্রবা মফমনি, মী মাঙহনবা ঙম্বা ডাকুশিংনা প্রোক প্রোক শৌনা লৈবা সহরনি খল্লুবদা মহাক মশা পূন্নমক হুমাং অনপ্পা কাংই। পোস্তা ঙানবা বন্ববকী মৈঙাল মমশিল্লকই, অকোয়বদা উরিবা পোৎশিং উরূ-উরূ লৈবগুম তৌরকই। মহাক মকোক ঙাওরে, ওনিংবা ফাওরে। মহাক শল খোঙ্গুলদা লাইনা লৌরে। মপাম্বোম কারল চন্দুনা খুকউদা লাইবক শৌদুনা লৈমায়দা মহাক ফমই।

মতম অসিদা মহাক্না খোঞ্জেল অমা লাপতক্না তারকই। অৱাবা ৱাখলদা লূপ্তুনা লৈবনা, মহাক খোঞ্জেল অদুগী মরোল লৌশিনবা ঙমহৌদে। অয়ুক্কী মালংদা পাইদুনা খোংবা উচেক্কী মখোলগুম মাগী নাকোংদা তাখি। ষ্টেসনগী গাড়ী অমসুং মীনিলগী মখোল নক্নত্তুনা হরিনা তশেং তশেংনা অমুক তারকই, 'তামো, নং কদায়দা লৈবগে? ঐদি সিদা লৈরে।' মহাক খঙহৌদনা তু খ্যাও চুংই! মমিৎ-মনা পূমশিং শিংই! খোঞ্জেলদু মাগী থম্মোযদা হন্না হন্না খোম্থাং য়ৈখি! ফমলম্বদগী ফুক হৌগত্তুনা হরিনা খোঞ্জেলগী মায়গৈ তমনা চেল্লি। থানিলনা মহাকপু উবমক্তদা, মপামবোম তিংথোক্তুনা মহাকপু চেৎনা কোল্লগা থিংবা ঙমদনা নোং খোংবগুম কপখি, কপ্পা কপ্পা মচিম্লোক্না হায়রকই— 'নং কদায়দা চৎলুই? ঐবু নুংশিদমাক্লে নংদি!' মৌখত্তুনা লৈরম্বা ঈশিংনা নাচিখোং ঈখায় ফংবদা ঙাওন-ফৈনা চেম্বগুম, হরিনসু মহাকপু চেৎনা কোনশিল্লি। পিনা চোংলবা মখজাই শোক্না মহাক্না থানিলদা হায়, 'নং কায়নবগী ৱাখলদা ঐ চঙনা চঙনা শিরুবনি। হৌজিক্তি নঙনা ঐবু অমুক হন্না পোকপিরে। সিদগী হেন্না নুংঙাইবা করি লৈ?'

নোং খরা খরা ঙাম্লোক্লকই। শক-চু উবা হৌরকই। মিৎয়েং হোংবা ঙমদনা মাবান্নী মরক মরক্তা য়েংনরকই। হরিচরণনা থানিলসনাগী মায়থোংদা নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই, 'থানিল, হন্দক্তি ইম্ফাল থোক্লগা নংগা ঐগা হরাও-হরাও লৈমিন্নসিকো। নোংমা ইবানীসি শিগনি অমদি কায়নগনি হায়বসি খক কাউদনা পাম্মুরবা মপোকসি মতোল লোম্না লৈমিন্নসি।'

*ইম্ফাল, তাং ৩০।৬।২০০০ ইং*

# শিবা ঙাইনবা হিংবনি

মীগী পুক্নিং থম্মোয়গী অথুপ্পা মশক খঙনিংবা মীওইবগী হৌনশানি। য়াওশং হুমনি চনবগী নুমিদাংৱাইরমনি। নোংচুপ অতিয়াদা নুমিৎনা ঈখেংমুক ঙাংনা থোক্লি। অকোয়বদা উরিবা মহৌশাগী পোৎ পূম্নমক তঙাং তঙাং উই। নাক্ক-থেংবা নুপী তরামুক উপেন্দ্রগী ময়ুমদা লাকই। উপেনগী নুপীনা ফিদা থাদুনা তরাম তরাম ওক্কুনা মখোয়বু ফমহল্লি। ঙাইহাক স্বর হোন্দোক্লবা মতুংদা ময়ামগী মরক্তগী চিন্দোল-লৈতোল ফবী নুপী অমনা হায়রকই,

'ইবুংঙো উপেন, লৈকায়গী মৌ ময়াম য়াওশংগী চাক চানগদৌরিবনি। ইবেম্মা অরুম্নাসু য়াওগদৌরিবনি। ঐখোয় শেল নিবা চৎলিবনি। বিলাশিনী, ঈশৈ মতেক অমতং শকউদনা, তাশি।'

সিড়ীদা মখোঙ য়াম্থদুনা ফমলিবী বিলাশিনীনা ফিল্মগী ঈশৈ অমা হৌনা শক্লকই—

'য়াদ আ রহি হৈ

তেরি য়াদ আ রহি হৈ ... ... ।'

থৱায় য়াওনা শকপা বিলাশিনীগী ঈশৈনা মফম অদুদা তিল্লিবা মী পূম্নমক্কী পুক্নিং শুম্লাৎলি। উপেন্না উই নুপী অদুগী মিৎয়েংদু হৌখ্রবা থৌদোক অমদা লূপ্পগুম্না, মাগী মিৎলু অনী অদুসু লূরবা পিগী ঈরা হৌই। উপেন্না নিংশিংঙকই হৌখ্রবা নোংমগী নুমিদাং অমা। সন্ধ্যা য়াচংবা মতুং খরা চোম্থরকলে। মৈতৈগী লাইখন তাবা য়ুমজাওনি। উপেন্না মনুংদা চঙবদা উই মী কাংবু অনী ফক্তা ফমদুনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা ময়ায়দা অচাপোৎ,

লীকলি খিন্দুনা য়ু থকলম্মী। মখোয় ব্বারী-ব্বাতায় শানৈ, মকালান্না নোকমিন্নে।নুংঙাইমিন্নে। মীনা কৌন-ঙাংনবিদ্রবা, মদোম তরক তারবা মীগী পুঙ্গিদি চঙনা চঙনা শিবগা পাংখকনি। তুফক-তুফাই চন্দুনা মথন্তা লেপ্তুনা লৈরম্বা গোপালবু উবদা, উপেন্না মনাক্তা চঙশিন্দুনা হরাও-হরাও কৌই,

'তাদা, উনদবা কুইরে। করম তৌরি?'

'করি হায়সিগে ইবুংঙো, ব্বারে হায়বসিবু হায়হৈদে হায়নৈ। শিবা ঙাইনবা হিংবা হায়বদুনি।'

'ইতৈমাহোয়না করম তৌরিবা?'

'ইবুংঙো বাবু! হায়দোকপদবু লায়রবা। মব্বা-মপুরোইবনা শেঙ্খোক লৈত্রবদি য়ুম পুবী নুপীগী মকোক শংবায়মুক চাউই। নতৈমা লনশোৎপী হায়বদু ওইরে। ইবুংঙোদি মফমসিদা করিগী ...?'

'মতমগী নুংশিৎপু কনানা থিংবা ঙমগনি? তাদা, হিদাক খরা ননাওগা থকমিন্নবা য়াগদ্রা?'

হৈনিংবগী মমি মায়থোংদা তারদুনা গোপালনা ফুরিৎখাওদগী মখায় অমা লৌথোক্লগা উপেন্দ্রদা উত্তুনা হায়রকই,

'ইবুংঙো, মখায় অমা য়াওরি। হিদাক থকশিরা থক্কনুশিরা খঞ্জানদুনা লৈরমলিবনি।'

. ইলেক্ট্রিক মৈঙালদা মখায় ময়েক্তু ইরং লংনা উই। উপেনগী থম্মোয়দা মিনুংশি পোকই। পজেং-ফিরাল থেৎপা ঙাক্তনা চৎনদে, মীনা য়াবা মীশক হায়বা অমা লৈ। তৌবগীদি অসিগুম্বা মীওইসি মপোক্কী ওইনা পীথোরকপা মগুণগী মথক্তা মশানা হোৎনজবগী মরল অমসু য়াওরিবনি। উপেনগী মশক হেক উবমক্তদা লৈরম্লিবা য়ুম্বুনা হায়, 'ঐখোয় ইবুং-ঙোসু লাকলিবোইরে। কদায়দা ফমগনি? করি চাগনি?' ইরাঙ লাঙই। হান্না ফমলম্বা মীশিংগী মিৎয়েংসু মাঙোন্দা থন্নকই। উপেনগা গোপালগা হিদাক খরা ব্বান্দুনা থকমিন্নরে। উপেন্না মাগী ময়ুমদা পুদুনা গোপালগা চনিং তানা ফমমিন্নদুনা হুইস্কি থকমিন্নে, হকচাংদা মচি ওইগদবা পোৎ চামিন্নে। নুমিদাংসু ফনা লৈশিল্লক্লে।

গোপালনা নমদুনা উপেনবু মাগী ময়ুমদা পুই। থোং হেক হাংদোকপগা গোপালনা মাগী নুপীদা হায়, 'বিলাশিনী, ঐখোয়গী ইবুংঙোসু লাকলি। ফিদা থাও।' টুল অমদা ফমদুনা উপেন্না লৈরিবা য়ুম্বাল-কৈবালদু য়েংই। নেশাগী ময়াইনা হার্ট শিন্দোক্লবা নহাদ-নহাগী মিৎয়েংদা মহাক্লা উরকই— কা অমখক্তং। মদুসু চৈরাওবা মশীং খঙদনা লকাং মিরাং কন্থবিদ্রবগুম উই। কাংথোল অমখক্তং থাই, উপাক্লা চাউথোক পাকথোকহল্লি। ইমুংদুদা লৈরিবা ফি-রোলশিংদু মোৎপা য়াবমখৈ মোৎলে। হেক য়েংবদা হাকথী খনগদবা মাল্লি। অঙাং শান্নবদা য়াওবা মোইরাম্বী মানবা ফিনা তাশিন্দুনা শেম্বা মোন খরসু খুয়া-লুকখুম

অনীমক্তা লৈবা উই। অঙাং অহুমনি— পুংকক্ চাউরবা নুপামচা অনী, পীক্তা পীক্রিবী নুপীমচা অমা। ঈংখ্রবা অহিং অদুদা ফুরিৎ অমতা লিতনা ফি শেগায়বা খুংদ-নমদবা অমমম ইন্দুনা নুপামচা অনীদু ফমুংদা ফমদুনা উপেন্দ্রদা তিংঙক তিংঙক য়েংদুনা লৈ। নুপীমচা অদুদি ইশি-শিনা তূমলি। কা অদুগী কাচিন অমদা চফু-ইরান, পুকখম তেঙ্গোৎ খরা উই। এলুমিনিয়মগী পাত্রনা অয়াম্বনি, কোপ্পা য়াবমখৈস্ কোপলে। উপেন্না উরকই বিলাশিনীনা শেৎলি-ইল্লিবা ফিজোলদু চুন্না মোৎপদা নত্তে, শেগায়রে, মফুৎ-মফুৎ মফম কয়া ফোৎলে। ইকায়বা খাঙবা ওইনা মহাক্না ইমুংগী পোৎ-চৈ খরা লোইশিন-লোইশিন্না হায়রকই,

'ইবুংঙো ঐখোয়গী য়ুম্বালসি য়েংবদা নুংঙাইত্রা? নোংমা ফাদোক্না কোয়থোক্লকপা মীনা হেক উবদা মীৎফম চোইবা ঙমলোই। হয়েং তুংফাত্তবা কাউথোকপা লৈরোই।'

'নংগী হৌনবী তৌরক্লব্রা? মী অমতং লাকপা উবদা ৱাকৎকদবগী নয়া হেক কাখত্তুনা লৈরদনা।' উপেন্দ্রনা খুম্বা নংদনা, গোপালনা তাপ ওক্তুনা খুমই।

'ইবুংঙো, মৱা-মপুরোইববু হুন্দুনা ঙাংবা পাম্বা নুপী কনাস্ য়াওদে। অদুবু পেন্দবনা হেঞ্জিল্লক্রবদি হায়নি-হায়বোই খংঙক্তে।'

উপেন্দ্রদা হাৎফেৎ য়েংলগা বিলাশিনীনা ৱাফমসি ফোঙদোরকই। লৈরমলিবা ইমুংদুগী ফিবম উবদা হান্নদগী নুংঙাইত্রবা উপেনগী পুক্নিংনি। কা অমতং লৈরিবদু মহাক্না য়েংখৎলুবদা কেইলাস বোরা শেগায়বনা মেনবা উই। ইমুংগী লৈমায়দু নোং য়ুখিবগী মফম কোংকুৎ কোংকুৎ লৈ। মকোক খোৎলদুনা মহাক্না খুমই,

'ইতৈমা! ৱার-ৱারবা ইমুং কয়া থেংনরে, হৌজিক্তি নুংঙাইবনা য়েংবদা মতম অমদা থবৎ তৎনা ৱারমই হায়দুফাও নিংশিংদ্রে। ঐদি খম থেংনা ৱারুবদি অমুক নুংঙাইবা শোয়দ্রবনি থাজে।'

'কদাইদগীনো ইবুংঙো! হৈবোং মখাদা লোংনা হিপ্তুনা য়া কাখত্তুনা লৈরগা হৈবোং তারকপা ঙাইবগী ৱাদুনি। নং তাদগী মতৌসিদা ঐদি তুংগী আশা লৈত্রে।'

'থাশিদা ওইদুনা লৈবা য়াবা নত্তে, পূর্ণিমাস্ নোংমা ওইবা শোয়দবনি।' গোপালনা মরৈ ইথা থারদুনা মরক্তা য়াল্লকই।

নেশানা থৌনা হাপ্লবা উপেন্দ্রনা হায়ঙম-তৌঙমদবা মীগুম বিলাশিনীদা হংঙকই,

'ইতৈমা, অঙাং অহুমসু ইমিৎমক্না উরে। ঐসু তাদগী য়ুম্বালসে অসুম য়েংবদা নুংঙাইতে। ইতৈমা চরাগা হেনব্রনে।'

খঙনিংবনা হাকমন্দুনা হংবা ৱাহংনি, মীনা ইকাইগদবা ৱানি মহাক খঙদবা নত্তে হায়বা বিলাশিনীনা খঙই অমসুং তপ্না খুমলকই,

'চরামক্তি হেন্দেদা ইবুংঙো, নতৈমনা ফৌশু-লপ্লোনবদা চগেম খরা খরা তূংশিন্দুনা

থমই, নোংমা ফাদোক চরা নোংখন্নবসু য়াই খন্দুনা। কুইদ্রি, নুমদাং অমদি চগেম থোংদুনা ঐখোয় ইমা-ইচা লেনখি।'

নিংথম থানি। চৎনিংবনা মখোঙ থাঙ্গত্তুনা লৈরবনি, অদুবু উপেন চৎলগে পাক হেক হায়দোকপা ঙমদে। লৈরমলিবা মখোয়তা নত্তে, মহাকসু বেভুলা চুবা য়াওরবনি। মহাক্না গোপালদা য়েংদুনা হায়রকই,

'তাদা, নুপামচা অনীসে চাউরে। মহৈ-মশিং তম্বা লিৎখিনি।'

'কদাইদগী ৱানো ইবুংঙো, নং তাদাহোইদি মচা মহৈ তমহনবগী ৱাখলকা চঙবা জাৎ নত্তে। নুমিৎ হেক তাবগা য়ুগী লীখুন থিবা, থেঙনা হঞ্জিল্লক্লগা মরম ইরৈ লৈতন খৎনবা হৌরবা, অহল-লমন পন্দুনা চৈ-থাংবা, মাগী নুংতিগী মচৎনি।' তহা-তহা বিলাশিনীনা খুমই।

'ইহেঃ ইতৈমা! অহল-লমন হায়রগা নিংশিংঙকই— ইতৈমবু পোকপা মামদু লৈবাক্কী মশক নাইবা ঈশৈগী ওজানি। নোংমা তাদগী মতুং ইন্দুনা ঐ ইতৈমহোইদা লাকখিবদু নিংশিংবীরিব্রা?'

'নিংশিংলি। ইবুংঙো! ঙরাংতা থোকখিবদৌনা খল্লি। নতৈমদি ৱাবনা হাকমন্দুনা মিৎয়েংসি হৌখিবা পুন্সিদা থমলগা খাঙলে। নুংশিদ্রা ইবুংঙো অদুগী মতমদো?'

'নুমিদাংৱাইগী মতমনি নুমিত্তু। তাদনা তবলা য়ৈরগা, ইতৈমনা ঈশৈ শকপদু মিত্তা শং শং উরি! ভজলদুগী ময়েক্তু অসুম্না হৌই— 'আঁখিয়া হরি দর্শনকো...'

পিগী ঈরানা মিৎলু অনী থূম্লবী বিলাশিনীগী মশক উরুবদা, উপেন্দ্র ৱা মখা তাবা ঙমদে। উপেনগা মাগী নুপীগা ঙাংনবা ৱাদু মুন্না অসুম তারম্বদগী মাগী তীংদা পাল্লুরমাল্লে কপ্পিং কপ্পিং তৌনা গোপালনা হায়দোক্লকই,

'ইবুংঙো বাবু, ঐসে শিগেজননি! ঐনা বিলাশিনীবু য়াম্না ৱাহল্লে। মৌ অমা ওইনা ঐগী ইনাক্তা লৈবা নুমিত্তগী নুংঙাইবা শরুক থুংদ্রবীনি মহাক্তি।'

'তাদা, নুপী অঙাং লৈরবা ঐখোয়দি চুপলী য়াওদবা শগোলগী শাজৎ থাদোকপা তারে। নুংতিগী চঙদবা য়াদবা অৱাৎ-অপা মেনবদা চোকথরবী ইতৈমগী মতেং পাংবিরসি।'

'ইবুংঙো, নতৈমদি নুংঙাইবগা থোইনা খল্লুদে। মীদৌনা সনা-লুপা শিগে, ফুরা দলালদা লৈগে— অশেংবনি, নোংমতা খল্লুদেকো।'

'লক্ষ্মীনা মায় ওনশিল্লক্লবদি, লনগী মপু ওইরোইকা য়াবা নত্তে, ইতৈমা! অকোকপা লক্ষ্মাংদা শেল ময়োম তারম্বা থেংনরুবা মী লৈ। ঙসিদগী অৱাবা ৱাখল থাদোকপিরো।'

'ইবুংঙো, নংনেদি হায়রিবা ৱারুরনু। নংসু উরেদনা ঐখোয়না লৈরিবসে ইনাও নুপাগী শঙ্গোল তংখায় অমা খজিন্দুনা লেল্লকপা ফনা মকুইবে। চারি-থকলি হায়দুনা শা-শলগী

মথী-ময়ুং থিংঙুবা য়াবা নত্তে।'

'তাদগী হিঙ্গোল শরুক লৈরিদনা। য়ুম মচা অমা শাববু কয়া লুবা থবক্লো।'

'অৱাৎপনা য়োমশিন্দুনা নতৈমদি ঙাওরে, লূদা চঙবা মীদু ঙায়রে। অৱাৎ-অপাগী ঈশিংনা মৌখৎলক্তুনা ঈরাক্লদুনা শিগদৌরে।'

ফমলম্বদগী উপেন ফুক হৌগৎলি। ফুরিৎ কোর্টতগী পৈশা লৌথোক্তুনা টুলদা থম্মই। ফনা য়ামই, ফনা থানা উই। গোপাললনা পৈশাদু উপেন্দা হন্নবা হোৎনৈ, অদুবু শিখাং খাঙনা য়াদে। চৎলগে হায়দুনা মহাক্না ইমুংদগী মপান থোক্লমদাইদা বিলাশিনীনা হায়হৌই,

'ৱাগী য়ুম মচা অমতনি ঐনা পামলিবা। নুংতিগী তুলসীবোং ৱাই নান্না তৈজদুনা, বৃনাদেবী সেবা অয়ুক, নুমিৎ য়ুংবা, সন্ধ্যা কায়দবা অদুতনি ঐনা নিংজরিবা।'

বর চাউনা পীরদুনা শেম্পাক্তগী শেল লৌরগা নাক্ল-থেংবা লাকপা নুপীশিংনা মরী-মরী কোম্বোংলোমদা থোকখিবদু উপেন্না য়েংদুনা লৈহৌই। মহাক্না হৌথ্রবা মতমগী থৌদোক্তা লপ্তুনা ঙাইহাক ৱাখলদা মাঙলুবা অদু বিলাশিনীনদি হাইফেৎ ইঙ্গিৎ ফংলম্বা য়াই।

*ইম্ফাল, তাং ১৩/১/২০০০ ইং*

# থাবা যাত্রা

**ঙসি** মঙদা ঐনা মহাকপু উরম্মী। ঙকখ্রবা জগৎনি, ঙকখ্রবা মাগী মপোকনি। মহাক শিখিবা চহি হুম্ফু কল্লে। ফমুংদা লোংনা হিপ্লুনা ঐনা মঙদু নিংশিংই, মাগী মশক্তু মিত্তা শংশং উদুনা লৈ। ঐ মাগী হৌখ্রবা ৱারী-ৱাখোং কয়া নিংশিংঙুরগা থিংবা ঙমদবা ইহুল অমা থম্মোয়দা ফাওরকই— ঐ শিখ্রবদি কনানসু মাগী মরমদা খঙহৌররোই। অহিংদু ফনা লৈশিল্লম্লে। মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রে। ঐ মিংকপ অচৌবা অমা তূমলুরে। কলম পায়দুনা ঐ মাগী মরমদা ইবা হৌই।

মহাকসি কাওবা ঙমদবা মীওই অমনি। মাগী অশেংবা মমিংদি 'থাবা' কৌই। মুক্না শান্নবদা মাপা লৈতে, যাত্রা ফংই হায়দুনা মহাকপু মপা মমানা থাবা কৌবদগী, খুলগী মীশিংনা যাত্রা হায়বা মিংথোলসি হাপচিল্লগা থাবা যাত্রা হায়না খঙনখি। মহাক মোইদাং-পোক্তগীনি। মহাক্না ঐখোয়গী লৈকায়দা লৈখিবসি ঐগী ইমাগী মরী-মতা নিংঙোল অমা লৌবদগীনি হায়, য়াওং ইল্লবনি।

মতম অদুগী য়ুম্বাল-কৈবাল হৌজিক ভুংহন্না য়েংখৎলুবদা য়াম্না ফিবম চারমদবা ওইনা উই। লায়র-চূদৎনবা মীনা অয়াম্বনি। থাবাসি বাজীদগী চহি লৈশিন্না উই, অদুবু মিংগৌ য়াদবা হায়বদু ওইবা তাই, মহাক্না বাজীদা তাদা কৌই। খুড়া থাবানা ঐখোয়দা লাকপসি অয়ুক-নুংথিলদা পঙনা ফুরিৎ লিৎপা উদে। মাগী মশক ঐ খক কাওবা ঙমদে। মহাক য়াম্না ৱাংই। থুংদ-নমদবা ইচু থোক্তবা খুদে অমা শেৎলগা মহাক্না ঐখোয়গী

শুমাংদা লেপ্পদু পংফদ-ফজে। চুং-ফিরাল চাবা মীনা শেত্তোক-চৎথোক্লকপা পুন্নমক ইপক্তা পকচৈ হায়বদু ওইবা তাই। মহাক্কী ফৈবাক, খুবোম মরৈ-মরৈ তানা চাউই, য়েংবদা পেল্লি। মাগা মায়য়োক্লদুনা ফম্বদা ঐনা উই মাগী মায়থোং য়েরুমগুম শাংতক তাই। মাগী মউল মখজাই অমদি চুবাদা ইপোম নাইনা অহুম মরি মথুপ মথুপ লৈ। মাগী মমিৎ তোঙই অমসুং লাউই। ঐনা নিংশিংবদা মাগী অরংবা মরায়বক অদু খরা তোঙবগুম উই। মহাক পঙনা নোক্কন্দে, নোক্লবদি য়াম্না রাশি লৈ। মাগী য়াথক য়াখা কুপ্পা চাং মান্নে। খুড়াগী ঐনা খক কাউবা য়াদবদি মখ্বাং চেংলগা মথবাক অদু অকিবা ফংনা ফল্লি। খারৌনা মকোক ফন্দোকপা মাল্লি। খুদৈ অমা শেৎলগা, খুদৈ অমা মখ্বাংদা পুনবা ঐনা তোয়না উবা মাগী শকফমনি। তুংলোমদগী য়েংলবদি মাগী ময়াংলেন্দা হান্না ঐগী মিৎয়েং থমই। মরমদি মাগী মনমগনগা মী অতৈগীগা মান্নদে। মাগী ময়াঙলেন অকিবা ফংনা শাংই, য়াঙলেন শরূ পরেংসু অমতা চিখদনা মশীং থীবা য়ানা তোঙথোকই। মাগী মখৌরী ইশাং শাংই, খৌরী চরমসু কা হেন্না চাউই, তোংই। মাগী লুতুংগী মশম কাটি য়াখুল তাবা অমুক্তা উদে। মাগী মশম পাই. কুপ্পী; মচুসু ঙাংতক তাই।

ঐ খুড়া থাবাগা ফনা শাংনা তিন্নবা ফংহৌই। ঐনা ঙসি নিংশিংবদা মাগী পুন্সি অসি নুংঙাইবা অমদি নত্তে। মাগী হৌখিবা পুন্সিগী শরুক্তা করি অকায়বা লৈখিবা? ঐঙোন্দা মম্না থোকই। মহাক্না পুন্সিগী মীয়ায় চল্লবা মতুংদনি ঐনা মহাক থেংনরুবসি। মহাক নোংমতা হরাও-হরাও উদে। মহাক্কী পুন্সিসে প্রমাণ তৌদুনা হায়রবদা লৈচিল-নোংফাই থাংবা, নুমিৎকী মশেক উবা ফংদবা মহৌশাগী শকফমনি। মহাক নোংমতা মোমোন নোকপা উদে, ঈশৈ ঙংবা তাদে। ঐনা খনবদা মহাকসি মপোক্কী ওইনা ফাগী চেন্দবা, হরাওগন্দবা, পুন্সিদা শোয়বা য়াদে হায়বগী পুকচেল চেনবা মীওং মাল্লি। মাগী খোঞ্জেল হৌবত্তা নত্তে, থনুংদগী ফুদোরকপদা অরাপ্পদা নোং খোংবগুম লাপ্পসু তাবা ফংই। খোঞ্জেল লূমই, মখোল ফাদোক্তে, তাবদা নুংঙাই। মহাক মথৌনা লৈ, মরীংজেল খায়, অকিবা লৈতে হায়বসে থৌদোক খরদগী চপ চানা ঐনা খঙখি। ঐতগী ব্রা নত্তে, কৈরোল-লৈকায় য়ুমলোন্নবা মীশিংনা মাবু কিনা হংগোইনা লোইনৈ। মাবু মীনা হাযনৈ থাবাসি কৈখোম থকপনি, যাত্রাসি কৈজিং নাইবনি। অঙাং ওইরিঙৈদা ব্রাতাশিংদো তাবদা ঐদি জাৎ-জাৎ খনখি। খুড়াগী মমিত্তদি কৈগাসে হুইনাউ মচা ওইনা উরমগদবগুম খল্লি।

খুড়াগী নুপী মণি কৌই। খুড়ানা লৌবদা মপা চপ চানবা নুপীনি। মহাকসু মীকি-লাইকিদে। নোংমা-ফাদোক মতৈ-মনাও খৎনবদা কৈরোল-লৈকায়গী মীনা খাম্বা ঙমদে। মণিসু শাজাও-মীজাওনি। ইম্ফালদা অহানবা বোম তাবা নুমিত্তু ইন্দোল য়ুমদা লৈতে: নুমদাং য়োনবদগী লেমহৌবা মচিৎ-মখাক য়োনবা খ্বাইরম্বল কৈথেল কাখিবনি। মী খ্বাইগুম

মহাক নুংথিলসু অমুক পোৎ য়োনবা চৎকদৌবনি। মখোয়গী ইমুং য়াম্না নংই। খুড়াগী থবক্তি লৌ উবনি, খুঙ্গংদা মতম খরা লৈদুনা লৌতাংবনি। ফাইরেল লমতাদা মহাক্না শীং চনবা ঐনা তোয়না উবা মাগী শিনফমনি। শীং কোকথোং নাদুনা মহাক্না লম্ফেলদগী কারকপা উবদা মীনা মথবাক য়ৈদুনা য়েংনৈ। ঐখোয়গী শুমাঙ ফাওদুনা চৎখিবা উবদা, ইমানা হায়, 'হিংচাবসিনা তৌরিবসি য়েংঙু, মাগী কোকথোং অমনা তরাগী মপোৎ ফাগনি!' বোম তাবা নুমিত্তু মণি হল্লক্তে মীনা ঙাংনবা তায়, নুংশাথীনৈ। সোরোক-লমজাও মী-পোং চৎনদে, ইহাঙ হাঙই। নুংথিলদা খুড়ানা লুবাক অচৌবা অমা কোকথোং নাদুনা, ইন্দোন্না মাগী মমাং থাদুনা হল্লকখি। লীচৈ মরু অচৌবা অমা খুড়ানা পায়বসু উই।

নিংথম থাদা খুড়াগা বাজীগা ফুংগা ৱাংমা ৱাংমা ফমদুনা ৱারী শাবা তাবা নুংঙাই। শষ্ঠী দলাল শাদুনা ঐনা মৈ ঙরং ঙরং থাগৎলি। মখোয় অনী শিন্না-শিন্না হিদাক থকই। শনাও মচাগী মথীদি মৈতাল লায় অমনা হায়, অমনা খুমই চুম্মী। বাজীনা হৌদোকলকই,

'ইনাও, চাকসি চারম্মীদকো। ঐখোয়না মতম অমদা চারম্বা চাক্কী চাংদো হৌজিকসু চারবদি, পাঙ্গলসে হৌজিকসু কনখিনি।'

'চারম্মীবো তাদা! লাইঙম খুলগী লমজাও নাকলদা, লূখ্রবা নলাগী ঈশিং মনাক্তা তাদা ইবানীনা চাবা চাক্তো য়ামখ্রেদা। খল্লুবদা হৌজিক কিরকই।'

'নতৈমনা ইবানীগী লাঙবা চেংজেলদো চেং উতোং মেরুক অনীনি। লাংজিংদগী মীনা হাপলকপা হঙ্গামদো চাউখ্রবা মপুল মরিনি।'

'তাদা, লা লাতোল অনী তাইরগা হাপ্পা চাক্তো ৱাংখ্রেদা। য়ৈনফক্তা তাবা হুমাই হুম্মমদাই ফৌনা কৈদৌনি।'

মবান্নী ইশি-শিনা নোকমিন্নৈ। মোইদাংপোক্তগী ফৌবোৎ তরা হাপ্লগা ইম্ফাল তান্না ফৌ কারকপদা লম্বীদা শল অমা মখোঙ তেক্তুনা খুড়ানা শল নাম্মা ওইদুনা গাড়ী চিংঙকপগী ৱা ঙাংনৈ। মতমদুগী লম্বী-থোং ফৎলমদবগী ৱাসু পল্লি।

'কল্লম্মীদা তাদা, শল খাগোকপদু ঐগা পাবদা লম্বা চায়।' থাবানা হায়রকই।

'কল্লম্মী ইনাও, নংদি লাইপোক্লি।' বাজীনা মহাকপু শৌগত্তুনা খুমই।

ঐনা পুংকক্ চাউবা ফাওবা মুক্না শান্নবগী কুম্মৈ চৎনরম্মী। মৈতৈদি শুমাং মাঙ্গোলদগী হৌনা মপানা মচানুপাবু হাকচাং য়োকখৎনবা মুক্না, কাংজৈ, চেঞ্জোং, মাংজোং তম্বীবা হৌই। ইনখৎলক্লিবা নহা পূম্নমক মশা ফরম্মী, নত্তবা চিঞ্জাক শীজিন্নদুনা পুক্লিং, ৱাখল অমসুং হকচাং মাঙহল্লমদে। য়াওশং য়ৌগদবা নুমিৎ খরা ৱাৎলিঙৈদা কুম অমগী ওইনা লৈকায় অনীগী নহারোল মফম চাবা অমদা তিল্লগা মুক্না লাম্বা তৌই, মুক্না শান্নৈ। হরিবোল লাউবনা ময়াম খোম্নবগী, মী পূন্নবগী পাম্বৈ ওই। য়াম্না নুংশি!

হরি বোলা!

হে হরি!

মমাং লৈকায় মচা,

মুক্না শান্নসিকো।

শ্যাম-মর!

উরীরৈ!

গন্ধ-রাজ!

চিগোংলৈ!

নিংগোংনা,

দম্ দম।

কমলাক কোৎপী,

লূখম্ কায়। ... ...

নুমিত্তু সন্ধ্যা য়াচঙবা মতুংনি। ঐখোয়গী পুম্ব্রী অচৌবা মপান্দনি। লৈকায় অনীগী নুপামচাশিং মায় ওনশিন্নদুনা নাপী মথক্তা ফমই। মমাং লৈকায় মচাশিংগা ঐখোয়রোমগীগা লাম্বা তৌগদৌরিবনি। অহল ভাবোকসু ফনা য়াম্না তিল্লি। নহা খঙদে, অহল খঙদে, নাকপাক নাকপাক হেক্তা তানরকই। ঐখোয়রোমগী ভাবোক্তা খুড়া থাবাসু য়াওই। লাম্বা শীন্দুনা মথং মথং শান্নরকই। ঐসু ফি শেমদুনা কোন্নরবনি। কদোমদগীনো খঙহৌদে, ইন্না পাইশিল্লক্তুনা যাঙলেদা খুবাক্না অনী-অহুমলক শেৎ-শেৎ থাই। ঐ শান্নবা তোকলে। মরেপ রাংবা, মশা পাবা অনী ফি পায়নৈ; 'লাম্বা চায়' মায়গৈ অনীমক্তগী লাউনরকই। ঐখোয়গী শান্নরোয়না খুদোং পুখৎলি, মাগী লাম্বানা খুদোং ওক্নবা হেৎনে। মুক্নাগী মশান্নদা খুদোং-পুখৎপা অমসুং ওকপা অরুবা মশান্না ওইরম্লক্লে। ঐখোয়গী মীনা মুক্না থাই। ঐ নুং ঙাইবা ফাওই। মখা তানা শান্নরকই, খুড়াগী মচানুপাগা শান্ননবা হৌদোক্নরকই। মখোয়রোমগীদি মাফ শেমদুনা মীমাংদা থোক্তুনা লৈরবনি। ঐখোয়গী মীশিংনা খুড়াগী মচাবু পূখৎপনি, মহাক থোকপদা লাম্বা চাদে লাউনরকই মীয়াম মরক্তগী। য়েংবদা মহাক্না থানা নোপই। ঐনা উবদসু মহাক শান্ননিংদবা মাল্লি। মাগী মপামক্কী মমাংদা মহাক্না তুবা হায়বাসিসু মঙোন্দদি চাংনা ননবগুম থোক্কান। মহাক্না শান্ননিংদবা উবদা মাগী মপানা মঙোন্দা চৈ-থাংইঃ মশিংঘা ফদোকপামখে শাওই। 'মীকিথী' হায়দুনা মীয়াম মমাংদা হন্না হন্না মচাবু চৈ লুখ্রবা রাবু মখোয়রোমগী ভাবোক মরক্তগী নুপা অমনা মীয়াম তানা লাউরকই, 'ঐদি মপা অসিদুম অমক্তা কোন্ননিংই।' মী পুম্নমক তুমিন তুমিন লৈনে। খুদক্তা মাফ শেম্লগা খুড়ানা

থনুংদগী ঙংলদুনা হায়দোরকই, 'থাবাদি ইনম লৈবাক্তি অমুক্তা তারক্রিবনি।' মশা ফগ্রবা, নমথীমখৈ কনগদবা মাল্লবা শারেপ ফারবা পাখং অমা থোরকই। ফি পায়নৈ, শান্নবা হৌই। ঐনা উবদা নহা অদুনা পীরায় ঙাক্তুনা লৈ। কুইদে, খুড়ানা লোংখ্রৌ থক য়েক্তুনা মহাকপু থাদৈ। ব্রা-ব্রা নিনরকই ঙসাইমখৈ তুমিন্না লৈরম্বা মী পূম্নমক। ঐসু ফমলম্বদগী হৌগৎখিবা খঙহৌদে। কাইনথংদা থৌদোক্তু নিংশিংলুরগা অহল-লমনশিংনা হায়নবা পাউরৌগী মমল ঐ চপ চানা খঙখি— 'মীনা শিবনা চিন্দা, শানা শিবনা খোঙ্গুলদা।'

অয়ুক্নি। ঐখোয় নুপামচা খরা মখাথংগী ইপষ্টৌখোয়গী শুমাংদা থ্রীকাপ্পী শান্নদুনা লৈ। মাঙ্গোল অচৌবা অদুদা ফিজোল অহানবা শেৎপা, নুপা খরসু তিনবা উই। শান্নবদা লুপ্তুনা ঐখোয়গী মিৎয়েং করিগুম্বা অমতদা চোইথোকউবা ঙমদে। 'থ্রী, সিক্স, নাইন, তুয়েল্ব, ফিভতিন, আইতিল, মোরে' লাউনৈ, খৎনৈ। ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা মাঙ্গোলদা ফমলিবা মীশিংদো খোল কনখৎনরকই, লাউনরকই অমসুং খৎনরকই। ঐখোয় শানরম্বা লেপ্তুনা খৎনবা অদু য়েংই। মীশিংদো অমনা হায়বা অমনা তাদে। অহল ওইরপ তৌবা নুপা অমনা হায়,

'খৎনরুদুনা কানদে। ফজনা হায়রিসিনি, ইচননুপীদো হেক্তা পুথোকপিরকউ। ঐখোয় মহাকপু ইমাং থাদুনা পুজখিগে।'

'মশানা য়াদুনা চেল্লকপা নুপীবু তরাই তরাই পুজখ্রো শিন্নথোকপা খুগ্নোল হুক্তবা মীগুম উব্রা ঐখোয়বু।' নুপা অমনা খুমই।

'নিংঙাই চক্রি তৌনরুরগা অফবা ফল ফংলোই। ব্রা কায়নরক্কনি। ইচননুপী পুদবা শুকয়া য়াদে।' নহা অমনা খোল ঙন্না হায়। মহাক মমায়সু ঙাংই।

'ইবুংঙোনা হায়রিবসি নমদুনা হেক্তা পুগে' সিরা?' খুরা থাবানা খুমই।

'অদু-অদা করি' মতা খঙদে। ঐগী ব্রাদি মহাক ঙসি পুদবা য়াদবনি।' নহাদুনা মখা তারকই।

থাবা ফ্রং শাওরকই। ময়াম মমাংদা ফুক হৌগক্তুনা খোল কন্না হায়, 'ইবুংঙো। ঐখোয়বু তৃমিৎ-কাংগুম উব্রা? থাবাগী মমাংমক্তদা মশানা য়াবা নুপীবু জবরনা ফাদুনা পুবা ঙমগদবা মীদি ঙসি ফাওবা মরূ হুন্দ্রি!'

থ্রীকাপ্পী শান্নবদগী হেন্না নুংঙাই ব্রাহৈগী লালদু। খুড়া থাবাগী ব্রাদু তাবদা ঐ পেল্লি। মরম চারবদি মহাক শিবা কিদবা মীনি হায়না ঐনা লৌখি। খুৎ থোক্লগদবা শম্নাদা ঙায়রবা কান্দা ময়াম্না খামদোক্লদুনা নুপীগী ব্রাথোক্তু মতাংদুদা লোইশিনখি।

অরোইবা ঐনা মহাকপু উবা নুমিত্তু ঐ কপনিংবা পোকই। মহাক্না নাখিবা ঐ খঙহৌদে। মরক অমা লমজাও সোরোক নাকলদা ঐখোয় অঙাংশিংনা বোল থোম্বী, অচংবী,

কৈ-য়েন শান্নবা মনাক্তা ফমদুনা মহাক নুংশা য়াইবা উই। মতুংদা ঐনা খলহৌই— মহাক নাবা হৌরবনি, নিংথমদুনা নুংশা য়াইরিবনি। ঐখোয়দা মহাক লাকখিদবসু ফন্না কুইখ্রে। অয়ুক অমা ইমাগী মতুং ইন্দুনা ঐ মখোয়দা চৎলি। ইমাসু খুড়াগী অনাবসি ফিবমদুমক য়ৌশিল্লমগনি থাজরমদবা মাল্লি। ইমাগী মমিত্তসু মহাকসি য়োৎ নুঙ্গী মূর্ত্তিগুম উই। ঐখোয়না য়ৌবদা শুমাংদা শঙ খল্লম্বা উই। মাঙ্গোল দাড়িদা নুপী-অমা অনী মখোল নেম্না কপলমই। ইমা ইবান্নী ইমুংদা চঙই। মতম ঙাইদুনা লৈরম্বা তাঞ্জাদুমক্তদা থোকলুই। মাইবগা থানা নুপা মঙা তরুক্লা ফমশেন্নদুনা লৈরম্মী। ৰা মচেৎ অমতা ঙাংনদে, ইমা ইবান্নীদা মখোয় হন্না য়েংখৎলকই। ফি অঙৌবা অমনা মাগী থজিন ফাওবা কুপশিল্লি। মাগী ইঙ্গিৎ অমদগী শুমাংদা পুথোক্লবা হোৎনরুব্বদা, মখা চিকলকই। মচানুপানা মশেগ্রাক্তা কোনখত্তুনা মপাম্বো অনীনা মঙক্তা কোলহন্দুনা চৎপোই, চিংবোই, থাংবোই তৌদুনা মপান্দা মহাকপু পুথোকই। থোঙজিন কানবা ঙমদবগী, দাড়ি কুমথবা ঙমদবগী অমসুং তুলসী কোনবদা মপাম্বোম থাংগৎপা ঙমদবগী, মহাক শাওই, মখা চিকই হায়নৈ। মদুমক্তি ঐ উদে। নুপাদি নুপানি খুড়াদো অশেংবা।

*ডিসেম্বর ৫, ২০০০ ইং*

# মরিনি পানবগী থাবল

চীংগী লমদমনি। বালকৃষ্ণগা মণিমচাগা ইহান হান্না উনবসি হোটেল মচা অমদনি।

অঙম্বা লম্বীনি। হোটেলদু য়ৌবা ফাওবা চাংগী অঙাংবা লৈবাক্তু থাক-থাক নাইনা হক্ইই। চাক লাম্বনা চরী তৎলবা বালকৃষ্ণ হোটেলদু হেক উবমক্তদা পরপ-পরপ কাখৎলি। চীংগী হারীনা হৌনা হৌনা খোংবা মাগী নাকোংদা শীংজানা য়েবগুম ফাওই। অহাঙবা ডেক্স বেঞ্চ ৰরা লৈ। অহল অমা টেবল মচা অমা মমাংদা থারগা চৌকিদা ফমদুনা লৈবা উই। বালকৃষ্ণনা খোঞ্জেল ৰাংনা হংঙি,

'হোটেলসিবু চানবা করি করি লৈবগে?'

'হা কনানো?' হায়দুনা নুপী অমা তহা-তহা হোটেল মনুংদগী খোরকই।

মবান্নি মায়োক্নৈ, মিৎচান্নৈ। মাবান্নিমক সেকেণ্ড খরা ৰা মচেৎ অমতা ঙাংখোক্তনা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈ। গঙ্গাগী ঈচেলনি। অনীমক্কী মবুক কোনশেংনি। ইকাইবনা মপুং ওইরিবা নহাগী পুন্সিনি। মপুক্লিংগী অফা-অপুন্নবা নমখায়দুনা বালকৃষ্ণনা তহা-তহা হায়রকই,

'চানিংঙাই করি লৈ? ঐ চাক লাম্বনা শিরে!'

ৰাতাদুদা নুপীমচাদু হাইফেৎ নোকনিংই। তুমপক তুমপক হায়দোরকপা নুপাদুগী ৰাঙাংদ মঙোন্দদি খোইহী।গুম থুমই। নপীগা থম্মোয়নি, পীজ-পিথক্লিংই। সেবাগী ইহুল পোকই, অরাম-খৌরাং কোকহন্নিংই। চা কপ অমা, বোরা প্লেট অমা পুথোরক্তুনা মাগী মমাংদা থম্লগা নুপীমচা অদুনা হায়রকই,

'ঙাইহাক খাংবা য়াত্রা য়েংবিয়ু। চাক থোংলগে, মিৎনা কুপ্পদা লোইগনি।'

*পাইরক্কী লৌশিং অমদগী নুপীমচা অদুনা মপান্দা থোঙজিল ময়ামক্তদা ফল্লিবা পাখং* অদুদা ৱারী শাবা হৌরকই, অরাম-খৌরাং কাউথোকহন্নবা হোৎনৈ। চা থকপা লাকপা মীনা ঙাইহাক মরক থৎপা নত্তনা মখোয় অনীগী ৱারী-ৱাতায় শাবা লেপ্পা লৈতে। অরাপ্পা চীং-মান মী তাবা ৱাৎপা মফমদা জাৎ তিন্নবা মীগা উনবা, থাজদবা থেংনবা নুংঙাইবা মখল অমা ফাওই।

'তাদা, ৱা অমতং হংবা য়াগদ্রা? নুপীমচা অদুনা মুনুংদগী হায়রকই। শক উনদবগী খুদোংচাবসু লৈ।

'করিনো? হংঙু।' শন্না নুপা অদুনা খুম্মী।

'তাদবু ইম্ফালদগীরা?'

'মান্নি।'

'করি লৈকায়দগীনো?'

'ঐগী লৈকায় খংঙুরগা নংঙান্দা করি কান্নগনি? ঐ তেরা ৱাংথোনবীদগীনি।'

'ঐসু ইম্ফালমচানি। ইম্ফাল খাদোক্লুনা কুইনা চীংদা লৈরকপনা, ইম্ফালদা লৈবা কৈথেল, পীকলিঙৈদা উখিবা লম্বী-থোং, কোনুংনচিংবা কয়া কাউবা ইঙম ঙমদে। চৎনিংবনা খোরো খোরো খোৎপা মতমসু য়াওরকই।'

ঙসাইমখৈ ফক্লাংদা থেৎপা লাইগুম তৃমিন্না ফমদুনা লৈবা অহল অদুনা মখোয় অনীনা ৱারী শাবদা য়াওশিল্লকই। মহাক্না চাক লাম্না তহা-তহা চারি-থকলিবা নহা অদদা মুন্না য়েংই অমসুং হংঙকই,

'ইবুংঙো নংবু কনাগী মচানো? ঐ তোংব্রম লৈকায়দা পোকপনি। ঐখোয়গী অহল-লমনশিংগী লৌরী-হিঙ্গোল মফম অদুদা লৈরম্মী।'

'পাবুংগী মিংদি গৌরচন্দ্র কৌই, লৈখিদবা কুইখ্রে।'

শংত্রিক নহাদুদা য়েংই, অদুগা অরাপ্পদা মিৎয়েং থমদুনা অহলদুনা হায়রকই, 'চাউদম-শাংদম ফজবনিদা ইতাওদু! নংবু পীশক পীক্লা লৈহৌবা বালু নত্রনে? মিংনা করি কৌবা?

'মান্নি,— বালকৃষ্ণ কৌই।'

পাখংদুগা মপাগা ৱারি শারিবদু লৈশাবী অদুনা থোঙজিল মরুমদা থুপ্পুনা পুক্লিং চঙনা তায়।

মপানা মখা তারকই,

'নচল মণিমচাবু হুন্দোক্লমদুনা নমাসু শিদোকখি। মদুদগী ঙসি ওইরক্লিবা ফিবমসিনি। নপাগা ঐগা মতম অমদা কয়া লুনা তিন্নৈ, তুং-কোইনা থাদোক্লদনবা ওয়্থোক ওয়্থোকপা

ৱা-গাসু ঙাংনখি।'

ৱারী তারিবা মণিমচানা নিংশিংলকই— নোংনা ফুদিৎ ফুনা চুবা অয়ুক অঙনবনি। অয়ুক্কী স্কুল কাবা মতমনি। মহাক খোংনাংবোট মখাদা নোং থুপ্তুনা লৈ। নুপামচা অমা হোংঙুলা অপাকপা অমা তুপ্তুনা লম্বীদা লাকই, লাইরিক শেগাদা য়েপ্তুনা। পরপ পরপ চঙশিল্লক্লুনা মহাক্না মাবু স্কুল চৎনবা হৌই। মবান্নী ইচোৎ চোৎনা স্কুল য়ৌই।

বস নংহৌদদুনা কৃষ্ণ হোটেল অদুদা লেকই। অহিংদু প্রোক-প্রোক চাকই, মহাক নোংঙাল্লমদাইদা উইরোল-উইরোল ঙাইহাক তৌরুই।

নোং-চীং থাংদবা নুমিত্তা অয়ুক চীখ্রে-ফিদুপ হুল্লকপগী ফজবদি থেংনরুবা মীতনা খঙই। লোইবীনা ফিবাল ওইরবা অতিয়াগী লুরবা কেনভাসতা তোংঙান তোংঙানবা মচুদা লুপ্লবা তুরিনা চিংবা মাল্লবা পংতি কয়ানা চুমথাংগুম য়েংবদা পুক্লিং শুম্মৎলি। মঙালগী ঈপাক্তা মচু মচুগী ইপোম হৌই। অমম্ববু অঙানবনা লাকশিল্লকপা জগৎকী মশক উবদা কৃষ্ণ খোঙ থাংগনি কাউই, চপ লেপ্তুনা অকোয়বদা য়েংদুনা লৈ। মহাক্না খল্লকই অসিগুম্বা মহৌশাগী ফজবা শকলোনসি উরবদি নেশানা ঙাওরবা মী ফাওবা খুদক্তা নেশাগী ময়াই চমগনি। খ্বাইদগী কনবা নেশাদি ফজবা মতৌ উরুবনি। খোঙলম্বী অমগী মতুং ইন্দুনা মহাক লোকখা তম্না কুমথরকই— ঈশিং থিরকই। ঙসিদি নীংতম্না পাইরিবা চাংগী উচেক-ৱায়া উরগা মাগী পুক্লিংদা লৈবম্না অফা - অপূন্নবা ৱাখল পূম্নমক মাঙখিবগুম তৌই। মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মমানা কোয়নোম নোম্বদু মহাকসু শরুক য়াই। খরা চৎলবা মতুংদা মহাক্না উরকই— লিলাগী ফম্বাক্তা মথক্তগী কাপথরকপা মৈঙালগী লোংহুপ্তা নায়িকা অমনা ফমদুনা লৈবগুম, মণিমচানা নুংপাক্তা ফমদুনা মশা কোম্না ঈরুজ্রদুনা লৈবা। মফম মতম হায়বসে লাইগী মচা ফাইবোকনি। মীগী পুন্সিগী নোংদম্বা বিধী-বিধাতানি। ঈরুরগা হোটেলদা হল্লকপদা কৃষ্ণগী মমিত্তা মণিমচাতবু উই। জগৎসি ইনৌ নৌথোকই, উরিবা পূম্নমক লেঙ-লেঙ চৎনা ফজে।

নৌনা খঙন-চান্নবা হৌরকপগী হৌনশা মখোয় অনীমক ইঙাও ঙাওই, মশক উনদ্রবদি লৈফম খঙদবা মতাংদুনি। লমনা মক্রাঙ ফাক্লিবদি অমনা চীংদা লৈ, অমনা তমদা। হাপ্তা অমগী মনুংদা কৃষ্ণ মণিমচাগী মনাক্তা অমুক লাকপা শোয়দে। করিগুম্বা তাঞ্জাদদুনা চৎহৌদ্রবদি, উনবা নুমিত্তা নাওথী শাদুনা মণিমচানা মঙোন্দা ওইনজৈ,

'তামো নং য়াম্না চাউথোকইকো! হন্দক্তি নশক ফাওবা উবা ফংদ্রে!'

হন্দক্তি কৃষ্ণ চীংদা লাক্তবা কুইগ্রে। মণিমচাগী মফমদদি লাক্তবা নুমিৎ মশীং পাবদা চোকথরে। নুমিৎ খুদিংগী বস থুংলবা মতমদা চেম্লোক্লুনা পেসেঞ্জরশিংনা মথং মথং কুমথরকপা মহাক্না য়েংই। মোমোন নোকপা মাগী মায়থোং মিৎনা কুপ্নদা শুকথখিবা

খঙহৌদে। মাগী মচিন্দগী হায়দোকখিবা খঙহৌদে— 'ঙসিসু লাক্কেদনা।'

মচাগী হোংলকলিবা খোঙথাং মপানা উই। তরেৎ-তরা থোক্লা খল্লবা মতুংদা নোংমা ইম্ফালদা লাক্তুনা মহাক্লা বালকৃষ্ণগী মমাগা উনরে। পুঙ্গীদা অমুক উনগনি থাজরুদ্রবা মীশক অনী ফমমিন্নদুনা ব্বারী-ব্বাতায় শাবদা কৃষ্ণ-মমা কপই, মণিমচাগী মপাসু। মহাক্লা অঙাং অনীগী ব্বাফমসু মমাদা হোদোকই। থিংবা য়াদদুনা কৃষ্ণনা সিফাইদা চঙখিবা, হৌজিক্লা ট্রেনিং চৎখিবা, মণিমচাগী মপাদা খোৎ খোৎপা মমানা তমই। মবান্নী অঙাং অনী লৌন-লৈনবগী ব্বাসু তূপ্নরে। মপানা তম্বদগী মচানুপীসু কৃষ্ণনা হন্দক তুমিন্না লৈখিবগী মরম খঙলে।

য়াওশং লোইখিবতা মঙায়রি। কৃষ্ণ ট্রেনিং লোইদুনা ইম্ফালদা থোরকলে। অহল অনীনা মহাক থোরকপা ঙাইদুনা লৈরিবনি। লুহোংনবা নুমিৎ লেপলে। য়ুম-কৈ শেমজিনবা, চঙগদবা পোৎনচিংবা হান্না শিন্দোক্তুনা থম্লবনি। মণিমচাগী মপাসু মম্মাক-নুপা, মচানুপীনা পামজবা, থাইনা নহা ওইরিঙৈদা কৃষ্ণগী মপাগা মাগা ঙাংনখিবা ব্বাসু কায়দ্রবা, অমা ফংলগনি খন্দুনা হরাওজে। মচা পোকপগী তৌফম থোকপা অরোইবা কর্ম্মনি খন্দুনা চেল-চোংবদা অব্বাবা থিদে. অওং-অউন তম্নবা লাঙবদা পাম্মু-য়াথবা লৈতে। হন্দক মরক্তি মাগী মমঙ্-মহাদসু মণিমচাগী মমা তোয়না উই। অফবা শরনী অমদা মহাক্লা পুথোকই মচানুপী থাজ-য়োঞ্জদৌরে তৌরিবসি শিৎ শিৎনা উরিবনি। মাগী হোটেল থোঙ লোনবা কুইরে। ইম্ফালদা কৃষ্ণগী মথুরা অমগী ময়ুমদা লুহোংফম লেপলে। হৌনবী পরীং কায়দনা, মিলটরীগী বেন্দ পার্টি য়াওনা কৃষ্ণ-মণিমচা অনীগী লুহোংবা পাঙথোক্লে।

থা অমতগী ছুটিনি। বালকৃষ্ণ ঙমখৈ ঙাকপা সিফাইনি। চুড়াচান্দপুর দিষ্ট্রিক্কী মনুংদা লৈবা চীংগী লমনি, থাংলোনমকসু য়ৌদ্রি। হেড ক্বাটরদগী মখোয়গী কেম্প তান্না গাড়ীনা চৎপদা উনা উনা শুকয়ৌ য়ৌবা লৈতে, চীংদা উরূ-উরূ লৈদুনা চৎপনি। কৃষ্ণগা মণিমচাগা হান্না শকখঙনরবসু থা খরা উনবা ফংঙুদ্রে। অয়ুক মমলিঙৈদা হৌগত্তুনা মবান্নী চখোকমিন্নে। হম্লক্লগা ঙস্তানা ঈরুজথোক্তুনা মণিমচানা চন্দন মতেক অমা নম্লগা অয়ুক্কী চানবা তল হৌই. চা লোল্লি। ব্বাই-রম তৈবদি নুমদাং চাক তোক্লগা লোইশিল্লম্লবনি। ছুটি লোইখিনি পাখত্তুনা কৃষ্ণসু হিঙ্গোল শূই, থাবা য়াবা মনা-মশীং থাজিল্লি। মহাক খোঙকাপ মফৈ অমতা চৎখোক্তে, য়ুমদগী মপান থোক্তে। তৌবগীসু লুহোংবা ঙরাংতা ঙাইরি। হয়িং ফাওবা লাবদি তোংহন্নিংদে হায়বা মতাংদুনি। কৃষ্ণনা মমাদা নোংমা হায়, 'নোংজু-নুংশা খাঙদুনা ইমানা কৈথেল ফম্বসি ঐনা জ্ঞান খরা খরা তারকপা অদ্বাইদগীনি। ইমা, পোখাবিরো।' কৃষ্ণ পোকপী মমাদো মচাগী ব্বা তাবদা নুংঙাইজে। মচা অফবা পোক্লগা স্বর্গ কায়, ফত্তবা পোক্লগা নরক তাই, হায়বদু মসি ওইবতাই মহাক্লা খঞ্জে। মহাক্লা খুমই, 'নুপামচা নোংমসু

কৈথেল কাগনি, নোংমসু তোক্কনি।' শে-গা মাই-গা তান্নদুনা ঈংনা পানবা য়ুম্বাল হায়বদু কৃষ্ণগী ইমুং ওইরে। মনি-মমৌসু পুকচেল-খোয়জেল তিন্ননা উই।

মীওইবসি অসুম মানশিল্লক্ত্রে। ওইজবতা য়েংবা তমথিবা শা মখল অমা ওইরকলে। মিনুংশি হায়বদু মচেৎ অমতা পক্ত্রে৷ খৎনদবা মফম লৈতে, হাৎনদবা লম য়াওদে। খণ্ড প্রলয় হায়নবদুনি। লম মুন্নে, ঙমখৈগী ৰাথোকনৈ। শাগী শা, লালগী লাল ঙাক্তনি হৌজিক পৃথিবীদা ওইরিবসি। লায়না মখল অমনি শন্দোক্লক্রিবসি মী হাত্তোক্লগা লেম্নবগী। মী নত্তে, রোবোট ঙাক্তনি। মথৰায় পাল্লবসু পান্দবগা মান্নরবা হংগি মীনি, মী খরগী খুদোম্বীনা লৈদুনা পুনিংবা মায়গৈদা পুদুনা চৎলিবা।

হিংনবগী মঙাল মায়গৈ পুন্নমক্তগী য়েংবদা শাম্না উরবা মতমসিদা বালকৃষ্ণনা চীং-মান্দা করম্না লৈরি? মহাক্কী পুক্লিংদা নুংঙাইবা ইহুল অমতা ফাওদে। মাগী থম্মোয়দা মণিমচাবু থক কাউবা ঙমদে। মৌ ওইজরবসু মাগী মশক-মতৌ লৈশাবী অমগুম তগৎ-তগৎ তেক্লা লৈহৌরি। ইমুং অদুবু ফৈগাক-ফৈনা পুরিবী মাগী মমা লুখ্রাবীনি। মতম অসিদা মমাগা মাগী নুপীগা অনীনা ইমুং অমদা তরক-তরক লৈহৌবদো মাগী পুক্লিংদা নুংশাথীবা পোকই। মায়গৈ অমরোমদা য়েংবদা কৃষ্ণনা উই— মখোয়না লৈরিবসি চীংদা লৈবা মিলিটরী ষ্টেসন অমনি: ঙমখৈ ঙাকপা সিফাইগী কেম্পনি। য়েক্লবগা মখোয় য়ুমলোন্নদুনা লৈরিবনি: খুদোংথীবা হায়বসি থোক্কদৌবগী থরাক-থরাক যান্দুনা লৈরবনি। ঙমখৈ ঙাকপা সিফাইশিংদি, নুমিৎ হেক তাখিবগা মখোয়গী মথৰায় লাংহীকমুক্তা চাউই। সন্ধ্যা খঙদে নোংয়াই-ইতু থিদে, নোংমৈ কাপ্পগী মখোল তাদুনতা লৈ। কনানা কাপ্লিবনো? কদায়দা কাপ্লিবনো?— কনাসু খঙনদে। অয়ুক নুংথিল নুমদাং হায়বা লৈতে ঙমখৈ ঙাক-শেন্দুনা লৈবা সিফাইশিংদি খোঙ্গুল তানা হিংবা কনাসু য়াওদে। অৰাবা মবকসিদা কৃষ্ণনা থক কাউদে মহাকসি মহাক্লা য়াওরিবা লাম্মী কাংবু অসিগী মীশক অমনি। নুমদাং থেঙনা তূম্বসি মাগী হেনফদ্রবা মথৌনি হায়না লৌই। থকচিন-চাশিল্লগা নিংঙাইদনা তূমথোকপা মমান্নবশিংবু অমুক্তং কোয়চৎ চত্তুনা য়েংশিনবা নোংমগী মহাক তোকপা লৈতে। মাগী ট্রঙ্কতা অচৌবা মীগী পুন্সী ৰারী ইবা লাইরিক খরা য়াওই। মমান্নবশিংনা তূমখ্রবগা অমা খন্দোক্তুনা চেনা খরতা ওইরবসু মহাক নুংতিগী পাই। ডাইরী ইবা লেপ্তে, ময়ুমদসু চিঠী ইদুনা থায়।

মণিমচানা ইম্ফালদা করম্না লৈরি? লুহোংলবা মতুংদা থা অমতনি। নুপা অমবু মাগী মপুরোইবনি খঞ্জদুনা লৈমিন্নবা ফংজবা। ইমুংগী থবক ইনখাং ঙাইহাক শুরবসু হেক পোৎথাবদা নিংশিংবনা হাল্লি— মপুরোইবগী মশক অমসুং মাগী ৰাঙাং-ৰাতা। নুংথিলদা ঙাইহাক্তং উইরোল-শারোল তৌরুবদা অর্থ লৈবা মিৎয়েং অমগা লোয়ননা মপুরোইবনা মাগী মশাদা শোক্লকপদা মহাক খংপ্রেক খংই, মিৎকপ থোকই। মহাক মোমোন নোকচৈ,

মপুক্লিংদা খঞে মঙ্-হাদা লাক্লগা করি কান্নগনি ? মঙ্গা মান্নরবা মীগী মপোকসি নুংশিবতনা মরম ওইদুনা মীওইবনা হৈনিংনা হিংবা ঙমই। শিবা-নাবা কাউথোক্নুনা হরাও হরাও লৈ। মণিমচানা ঙাইরি খৌরাংনা মপুরোইবনা চীংদগী হল্লকপা অমসুং মাগী সেবা তৌবা ফংজবা। নুংশিবগী হৌনশা ওইরমান্নে মাগী পুক্লিংদা অয়ুক নুংথিলগী পুংজা খুদিংমক খঙহৌদনা মপুরোইবা ফুং ফাওরক্কদবা মাল্লি। ইমুং মাঙ্গোলদা মপুরোইবা লাকপগী ইনিল মাগী থম্মোয়দা ফাওবগুম তৌই। মিৎকুপ খুদিং অৱা-নুংঙাই ঈরোং অনীনা মাগী ৱাখল ঈচেলদা তিল্লরি। থাজবনা ঙাইহাক অমুক মাবু ইঙাও ঙাওহল্লি, শ্বায় শ্বায় লাউহল্লি, কোম্হোং-কোংয়ারোমদা য়েংজে মহাক্লা। লাই-তীলনা চেনবা মীগুম তুমিন্না মচি অমদা ফমদুনা চিন্তা তৌই অমুকসু। মপুরোইবনা থারকপা চিঠীশিংগী মরক্তগী মহাক্লা খ্বাইদগী খোয়দাজবা অমদি মখাগী অসিনি। মনেম্না চৎথোক-খোৎতোকখিবা মতমদা পুথোক্তুনা মাদু মরক মরক্তা মহাক্লা পাই।

চুরাচান্দপুর
পিঃ এসঃ থাংলোন
তাং ২।৬।২০০০ ইং

মণিমচা,

নংগা ঐগা থেংনবসি থৱান হায়বা থাদুনি। করিনো খঙদে, নং উরুবদগী ঐ ইঙাও ঙাওখি। মতম অদুগী নুমদাং-কানা ফজরিবা, থাবলনা মহী চেনখি। উরুবা পূন্নমক হান্নগা ইমান মান্নখিদে। তাইবংপানসিবু মহৌশাসু অসুন্না ফজরম্বরা খনখি। ঐগী থৱায়সি মাশা পান্দুনা কোয়পাই পাইখি। চৎলে নং, ফমলে নং, নংগী নং ঙাক্তা উখি ঐগী মিৎসিদা।

পাউ অমগা নংঙোন্দা তমগে। ঐগা খরা নকশিন্ননা তিন্নবা বঙ্গালীমচা অমা ঐখোয়গী কেমপতা য়াওই। নুমিৎ চুপ্পা নংবু উনিংবগী ৱাখলদা লুপ্তুনা লৈবনা অনাবা মাল্লবা ঐগী ইতৌ উবদা মহাক্লা ঐবু নমদুনা য়ু পিথকই; ইবান্নি ঐখোয়গী গেট ময়াদা হৌবা খোংনাংবোট মখোঙদা ফমদুনা থকমিন্নে। মহাক্লা হায়, 'ভায়, অৱাবা ৱাখল কাউথোকহনবা ঙম্বদি য়ুতনি।' মণিমচা, নংবু কাউথোক্লবা ঐ থকলুই। অদুবু কাউথোকপদি লায়রদুনা থোইনা হেন্নদুম ঐনা নংবু নিংশিংই; মৈশা অমগা লোয়ননা ঐনা নংবু উনিংবা ফাওই। হন্না য়েংখৎলুবদা থানা লংত্রিক লংনা খোংনাংগী অচৌবা কাচি-কারোং মরক্তা থোক্লমই। নংগী অহিংবা নশক্তু মিত্তা শংশং উরকই, নংগী খোঞ্জেল তারকই ঐগী ইনাকমত্তদা লাক্তুনা কৌবগুম।

মণিমচা, ঐনা লোত্তুনসু শিবদগী নাম্হোকপা য়াবা নত্তে— য়ুমদা লৈরবসু, লমদা

লৈরবসু। অদুবু নুপা থোক্লা লৈরমইদা হায়বদুদি হায়হন্নিংই। নংনা খঙলিবদুনি ঐ সিফাইনি। শাফম-লানফমনি, লৈবাক অনীগী তাইনবা ঙমখৈদনি ঐনা লৈরিবসি। করিগুম্বা ফত্ত-নুংদা থোক্লবদি মনুং-মতম চাদনা ইবান্নী কায়নবা তাই খল্লুবদা থরায়সি প্রোক-প্রোক চাকই। ঐ মতম পুন্নমক্তা পোৎথাফম খঙদে। নং থাজদ্রা ঐগী থরায়দি নংগী ননাক্তা লেঙদনা লৈবনিকো মতম পুন্নমক্তা।

অহিংগী পুংজা খরদি ঐনা তাঙনা শীজিন্নে। অয়াম্বা ইমান্নবশিংনা ইশি শিনা তূম্ন-হিপখ্রবা মতমদা ঐনা হৌগত্তুনা নুংতিগী লাইরিক পাই। নংঙোন্দা ইবা চিঠী অয়াম্বসু অহিংদা ইবনি। তলব হেক ফংবগা ঐ হন্দক শোয়দনা ইম্ফালদা থোরক্কনি। নং হরাও হরাও লৈরম্মুকো। ইবা শ্বাইদা লেপ্লগে। ইমাদা ঐনা খুরুমজরকই হায়না নং মঙোন্দা তম্বীয়ু। ৱাজরক্লবী ইমানি মপুক্লিং নুংশিহনবা য়াদে।

নংগী

বালকৃষ্ণ সিংহ।

অয়ুক ঙস্তা ঈরুজদুনা তুলসী মচুম মকোক্তা খরা হাপ্লা, ময়াদা খরা থাদবা, মণিমচাগী নুংতিগী কায়দবা লাইনিং-লাইশোলনি; খুৎনীংথৌনা তক্কুনা মহাক্লা মূর্ত্তিকাসু পিশুম অনীগী ময়ায়মক্তদা নম্বা লেপ্তে। মী চিন্দ্রিঙৈদা লমজাও সোরোক্কী নাকন্দা নালাদা পুবা পাইপ্তগী ঈশিং শোকপা মহাক থোরকই। ঈশিং সনাবুল অমা মকোক্তা পুরগা, মখুৎ নাম্মনা বালটিন অমা য়ান্দুনা য়ুমদা হল্লকপদা মহাক্লা খবর য়োনবনা লম্বীদা লাউদুনা চৎপদু তাই—

'খবর, খবর! চুরাচান্দপুরদা লালহৌবশিংনা বি, এস, এফ-কী সিফাই হাৎলে। পেট্রোলিং চৎপা গাড়ীদা এমবুশ তৌদুনা ঙমখৈ ঙাকপা জৱান য়াম্না শিরে।'

খবর য়োনবা মীগী ৱাদু হেক তাবমক্তদা মণিমচা তু খ্যাও চুংখিবা খঙ্হৌদে। মহাক লৱাই শাৎখি, মকোক ঙাওখি। মমিৎ তন্দল পাইদুনা মকোক্তা পুরিবা পাত্র লৈপাক্তা থম্বগা লৈমায়দা জ্ঞান মাঙদুনা তাবগা চপ্ মান্নখি। অউবা মীশিংনা চেলশিল্লক্কুনা খুদক্তা হোসপিটালদা মাবু পুদুনা লায়কন্নখি। মমিৎ পাঙথোরকপদা মহাক ইঙক ঙকই— মনেমবোক্লা মহাক্লা তূমলিবা ফমুং নাকন্দা নুংশাথীনা লেপ্লদু উরকই, ডাক্তর উরকই, মহাক্লা হিপ্লিবদু হোসপিটালগী ফমুংনি হায়বা মথং মথং খঙলকই। ঙাইহাক্কী মনুংদা মাগী মায়থোং রাহুনা উল্লবা নুমিৎকী মশক্কুম ইমক-মকশিনবা হৌরকই। ডাক্তরনা যন্ত্র থাদুনা থবাক্কী মিহুল য়েংই। মহাক্লা তপ্না হায়রকই,

'ডাক্তর, ঐ করিসু তৌদে, নুংশাথীনিংঙাই লৈতে।'

'অবোক নং পাউ তাদ্রিবরা?' মনেমগী মায়থোংদা মুন্না য়েংলগা মহাক্লা হায়রকই।

'করি পাউনো? ঐদি করি'মতা তাদ্রি।' মনেম্লা খুমই।

'য়ুমদা থুনা চৎলসি, য়ুমদা তমগে।'

মাগী মনাক্তা লৈবা মীশিংনা ঙকলিবদি মাগী মমিৎ অনীদু ঈরা হৌই, পিনা ইরং লংই। করিগুম্বা অমা মাগী থনুংদা উংখত্তুনা লৈবগুম, ৱা ঙাংথোকপদা খক্-খক্ পল্লি। মাগী মতৌ য়েংলগা নুংশিৎনা পুরকপা নোংনা মায়গৈ-শল্লাই খঙহৌদনা ৱা-ৱা চুথরকপগুম, মহাক থিংবা ঙমদনা কপথোরক্কদবা মাল্লি।

*লাংবল ১৭ নি পানবা, ১৯৯৮ইং*

# শিরুবদগী হল্লকপা

ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী হেন্না ঙকপদি ঙসি ফাওবা ঐ হিংদুনা লৈরিবা অসিনি। করিগী ঙক্লিবা? ঐ শিরুবদগী হল্লকপনি। 'শিরুবদগী হল্লকপা' হায়বা ৱাঙাং অসিদা অহোবা অমা লৈরি। শিরবদি শিরে, লোইরেদনা। করম্না অমুক হল্লক্কদৌরিবা? মীনা মরক মরক্তা থেংনৈ, অঙাং ওইরিঙেদনা খরা তোয়না, কোক্কা মোলগা তাইনদুনা তূমথবা হৌরকপা মতমদা, খংদুনা চোংবা, শ্বায় লাউবা। করিগী খংদুনা চোংলিবা? চৈখৈ অমা লৈ। চৈখৈ অসিগী নাকল অমদা তূমদবা, জগৎ অসিগা ঐগা শন্নদুনা লৈরিবা মওং; অতোপ্পা নাকল অমদনা তূম্বা, জগৎকা ঐগা শন্নবা থাদোক্লবা। অসুম অসুম মুম্থরক্তুনা, অসুম অসুম উইথরক্তুনা, মীনা তূম্বগী নাকল্লোমদা চংঙুরগা অমুক তূমদবা নাকল্লোমদা হন্দোরকপা মিংকুপ্তা খংদুনা চোংই। জগৎ অনীগী খেন্নবা থেংনবদা মীগী পুক্নিং হকচাংদা ফাওবা ইহৈলনি, মফোংদোকনি। প্রমাণ তৌবনি। মীনা ঙাংনৈ-শানৈ— শিরুবদগী মহাক হল্লকপনি, কুদগী মহাক শংহৌবনি। অর্থ ইরৈ লৈতবদি নত্তে।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওগী মনুংনি। ঐ মপুংদা চহি নিপালনি। ইচে অনীগী মখাদা নুপা ইথন্তা য়াওই। লাই তারকপগুম ইমুংগী মীনা ঐবু লুনা তৌই। ঐ হকচাং তীনজং-কায়জংদে, পাঙ্গল কল্লি। ইশাবু থাজবা, শূনিং-নোমনিংবগী মৈশা ইপোক্কী ওইনা মরাং কায়না লৈৱা খল্লি। ইমান্নবশিংনা তনবা উরগা, ঐগী পুক্নিংদা মখোয়বু য়ানিংদা পোকই। ঐদি করিনো অমা তৌসি হৌদোকল্লি। ঐখোয়না লাল চেল্লিবা খুল অদুগী মমিং

ময়াংলাংজিং কৌই; য়াম্না নুংশি। খুলদুগী মতম অদুদা ওইবা লম্মিৎ-তুমিৎকী মশক ঙসি ফাওবা মিত্তা উরি। অহানবা মতম খরদি লম হোংবগী, মরুপ-মপাং অনৌবা থেংনবগী নুংঙাইবা ফংই। থা খরগী মতুংদদি, লবুক লম্মাংদা, শঞ্জাবুংদা, লৌখোংদা শান্নবনা ঐ পেম্থোকপা ঙমদে। ঐগী পুক্লিংদা করিগুম্বা অমা ইরাত্তা ৰাৎপগুম ফাওই। ইমুংগী মীনা ঐবু নিংঙাই চাউবা অঙাংনি হায়না লৌই। লৈতবা পোৎ শেৎকে-চাগে হায়বগী ৰা নত্তে, ঐগী তোংঙানবা পুন্সি অমা লৈবনি— ঐগী অপাম-পামদা পিক্লিঙৈদগী ঐনা মশক খঙলকই। ঐবু খঙদবগী মীনা ঐবু লমহেনবা ওইনা উবনি। ঐনা য়াবা মীশক তাঙই, অখন্নবা মীওইনি। ঐনা পিক্লিঙৈদা ঐনা য়াবা মীশক্তি শুপ্নগী ঐগী ইমাবু পোকপা ইপুবোক্তনি। মহাক মী পীকই, কুচুদি ঙৌশ্রোক ঙৌই। মতমদুদা ঐনা মহাকপু চহি য়াল্লবা মী ওইনা উই, মকোকসু মকোইসু পুমঙৌ ঙৌই। মহাক অৱাং-খুনৌদা লাল চেল্লি। ঐগী ৰাখলদা অৱাংখুনৌসি য়াম্না লাপ্পা লৈবদৌনা লৌই। তৌবগীসু ইপুবোক্লা লাকপসি শগোল তোংলগনি, হনখিবসু শগোলদনি।

ইপুবোক্লা ঐখোয়দা লাক্লবদি ঐ নুংঙাইবনা মথুম-মরাং হৌই। মহাক লৈরবদি না-য়েক্কদবা, শিগদবা মান্দে। মহাক মাইবসু শাই। মহাক্তি অঙাংগী অপাম্বা অনীংবা উগল্লি, কোমংগোম্না থাদোক্লুনা হৰাও-হৰাও লৈহল্লি। ইমানা ঐনা চাবা-থকপা থিংবা উরগা, মহাক্লা হায়, 'শন্নাও মচাবু মমাগী মখোম পীথক্লবদি করি চাদুনা হিংগনি ?' মহাক হেক চৎখিবদা, ঐগী পুক্লিং ইহাঙ হাঙহৌই। কৌক্ল লাই হৰাওফম ফাওবা ইমাগা ঐগা ইপুবোকপু হেক-হেক থিনদোকই। ঐনা লমজাওদা কাখত্তুনা ইপুবোক্লা শগোল তোংদুনা চৎখিবা মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই। মহাক্তি শগোল শাজৈ খক থাদে, চুম্না মীদৌনা চৎহনবনি। মহাক্লা চৎখিবদো তাম্না য়েংদুনা ঐ লৈহৌই। খোল থোক্লা কপ্তবতনি, অওইবদি ঐ কপ্লবনি। মহাক লাই য়াম্না নীংই, লাইসু লাৎলি— দুর্গানি, নুংদা হকপা। নোংমা অৱাংখুনৌদগী ময়াংলাংজিংদা লাইরেম্বী পুরক্লিংবগী ৰাফম বাজীদা মহাক্লা হৌদোকই। মহাক্কী মমিত্তা ঈরা চেনবা ঐ উই, নুংঙাইতবা অমা মাগী পুক্লিংদা লৈবা মাল্লি। মদু তাবদা ইপুবোক্কা মতম শাংনা লৈমিন্নবা ফংলগনি খন্দুনা ঐদি য়াম্না হৰাওই। লাইশঙ অমা তনশা শাদুনা, শলগাড়ীদা লাইরেম্বী লেংঙুদুনা, ইপুবোক্লা নীংবা অদুমক বাজীনা থবক ওইনা পাঙথোকই।

ইপুবোক্লা ঐখোয়দা লাক্তুনা লৈরবদি, ইমা বাজীগী চেকশিনবা মিৎয়েং মখাদগী খরা কোমথোক্লা ঐ খুলগী মরুপ-মপাংশিংগা শান্নমিন্নবা ফংই— লম্মাং-তুহাংদা কোয়চৎ চত্তুনা হৈজামবেৎ হেক্তুনা চামিম্নে, তুরেলদা ঈরোয়দুনা শান্নমিন্নে, লৈকায় লান্না চত্তুনা কোয়থোকমিন্নে। নুংথিল অমদি কমদৌই ? ঙল্লি, অহল-লমনশিং অয়ুক চাক তোকপগী পোৎথানবা মতমনি। ইমান্নবা খরগা লোয়ননা ঐ শাবলদা চৎথোকই। ইপুবোক্কী শগোল

কারুবীদু শজিক চাদুনা লৈবা উই। ঐখোয় শগোলগী মনাক্তা চৎলি। খঙহৌদনা শগোল তোংনিংবগী ইছল অমা ঐঙোন্দা কন্না ফাওরকই। পরপ পরপ মনাক্তা চঙশিন্দুনা ঐনা শগোলদু হন্না হন্না নানবি; মহাক য়াম্না তে, ঐনা তৌরিমখৈ মহাক য়াই। পুল্লিবা থৌরী লৌথোক্তুনা ঐনা ময়াদা য়াচল চনশিল্লি, তোংখত্নুা তপ্না তপ্না থৌবা হৌই। য়াঙনা চেলহন্নিংবগী রাগ লাক্তুনা, থৌরী মতোলনা অমুক অনীরক ফুরুবদগী মহাক খুরুপ থাদুনা চেনবা হৌই। মফৈবাক্তা দাগ নম্বা মিলটরীনা য়োম্বোরকপা অচৌবা শগোলনি, চাওরবা লমহাং অদুগী মতাইদা কোয়না নুংশিৎকী মমাং থাদুনা মহাক চেল্লি। ঐ পুন্সিদা মদুনা শগোল তোংবা অহানবনি। করম্না শগোলগী খোঙজেল হস্থহনগদগে অমসুং খামগদগে ঐ খঙদে। খুত্তা পায়রম্বা য়াচল-থৌরী তাখিবা খঙহৌদে, পাম্বোম অনী তিংথোক্তুনা ঐনা শগোলগী মঙক্তা চেৎনা কোল্লি। মহাক্না ঐবু লংথনবা হোৎনদে, লৈরক তম্না কন্না চেনশিল্লি। লেপ থুম্বা ৱাগী কোম্বোং চোংদুনা লাম্বোক্লগা মহাক চিগোংলৈ মখোঙদা চপ লেপই। ঐ পাখত্নুা হান্না ইপুবোক্না ফান্দুনা থনম্বা শজিক মপুল মথক্তা লোংনা তাই। ঐনা খোংগুল তারকপদা, স্বর ফুইনা হোন্দুনা মহাক ঐঙোন্দা য়েংদুনা লৈরমই। মহাক্না ঐসি অঙাংনি খঙবগুম তৌই। মী খঙদে, শা খঙদে, নুংশিরবদি নুংশিরে। ঐ মাবু নুংশি।

অৱাবা মতম লাকলে। ঐনা নিংশিংবদা, নোংমা ইমাগী মতুং ইন্দুনা ঐ লৈকায়দা চৎলুই। ইমুং অমদা নুপা অমা ফমুংদা থক-থক নিক্তুনা, ফন-ফন চোংদুনা লৈরম্বা উই। মহাক লেপ্পনসু লাউ-খোংই। ঐদি মহাক অনাবা মীনি, অরূম হৌরিবনি হায়বা খঙদে। নুমদাংৱাইরম অমনা ঐ ইমাগী মতুং ইন্দুনা লৈবুং কৈথেল কাবা চৎলি। ঐগী চক্রিদগী ইমানা পাই অমা পীদুনা ঐগী নাসপতি (হৈ) অমা লৈবি, মুক্লে নাপু শারে। খুদক্তা ঐনা হৈদু চায়। চানিংনা চাবগা, হৈদুগী মহাও ঙসি ফাওবা কাউদ্রি মহী হোম হোম লাউনা থুমই। থৌদোক অনীসি করম্বনা হানবগে হায়বসু ঐ কাউথোকখ্রে। অরূম হৌবা উরুবা নুমিৎ অদুমক্তদা, ইমুংগী মীনা চাকচারিঙৈদা মখোয়গী মমাঙদা ঐনা ফমুংদা ফন-ফন চোংদুনা অনাবা নুপা অদুগী মতৌ তমই। ঐঙোন্দা য়েংলগা ইমা নোকই অমসুং চৈরকই, 'চুরুং লাংথাক্কেরা, মসি অঙাংসে মথোং চাদেদা!' কুইদে ঐ অদুম নারে— নোংমা লেপ্পগা, নোংমা অরূম হৌবা। 'মী অকনবা অনীনা ঐবু ফাব্রিয়ু, নম্বিয়ু' ঐগী খোল্লাওনি, নিকপদা খাঙবা ৱাদুনা। অরূম হেক থাবগা, ৱাবনা উতুপ তাবগুম তুমথখিবা খঙহৌদে। মঙদা অতৈ খক উদে ঈশিং নত্তনা— লমজাও শোরোক ফাওদুনা চেনবা নলাগী অরূবা ঈশিং। অরূম হৌবা নুমিত্তি চিলসি হূমুক খাদুনা চাক মরূমতা চাদে। ঐগী হকচাং নোংমা নোংমগী কংশিল্লকই শোম্বরকই। ইপুবোক্না ইঙা থা য়ৌরবদি 'লাইগা মীগা ঙান-থেংনরবনি' হায়বদু নিংশিংঙকই। অরূম হৌবা মীগী মতৌ তম্লুবদগী ঐঙোন্দা

অরূমগী লাই চোংশিন্দুনা নপখি। অরূম লম্লোল্লুবদগী ঐ পৈ তোংহৌই।

ইপুবোক্কী চাকচা-য়ুথক মী খ্বাইগা মান্নদে। মহাক্তি অথুম-অহাউ পামই। একাদশী নুমিত্তি লেপ্তুনা ফোলা (ফলহার) লাইদা কৎলি। তর্পন উৎসবতা সন্দেশ পাম্বনা সন্দেশতা, সন্দেশ পামদবশিংনা নাকল অমদা, অনী থোক্লা খায়দোক্তুনা মীঙোন্দা পীজ-পীথকই। লাইগীনিবু হায়রবদি মহাক্তি শেল-থুম তিংবগী হল্লেংবা লৈতে। চহি অমগী মনুংদা বৃন্দাবন খোঙচৎ অমুক্তি শোয়দে। নিংথম থাদা চাকহাউ উতোংচাকসু হৌরগা ঐখোয়দা পীজে; 'হাউব্রা ইশুশা?' হায়রগা মহাকসু নোক্তুনা চায়। কুমসিগীদি তর্পন উৎসবসু লাংজিংদা কৎলি। ফুঙ্গাদা হিদাক থক্তুনা ফম্বদা মহাক্লা বাজীদা হায়, ইমাসু ঐসু তাই— 'হন্দক অঙাংনা (বাজি) শা-লাল মরকসিদা কোয়চেন চেন্দুনা লাইগী লাইরুক খরা কৎপা ঙম্বসিদা ইকু পেল্লে। ঐ লৈত্রবা মতুংদসু চহি খুদিংগী নখোয়সু কৎপা ঙম্মকউ। ইচাশা। লাইদা কৎপসি লেম্না খক মাঙদবনি। কুম অমা ঐনা নংমনখ্রদুনা লাইদা লুক অমতসু কৎপা ঙম্মরোই হায়দুনা থব্বায়দা কপখি। নুমদাং অমা লূ অহুমখক থুম্মুই, অয়ুক কাইরুবদা ঙা মবুক পীক-পীক থন্না চংঙমই। মদু য়োন্দুনা লাইগী শোয়দনবা কৎখি।' হন্দক মহাক্লা লাংজিংদা লাকপদা ঐঙোন্দা য়েংলগা মহাক্লা হায়, 'ইশুসে ময়াঙ ইকং কংলে, মপা মমানা পীজদ্রমাল্লে।' মাগী মতুং ইনবদা ঐ অরূম হৌবা কাউই। মাগী মতুং ইন্দুনা ঐ তুরেলদা ঈরুজবা য়াওই। অয়ুক্কী চাকলেন্দু ইমানা থোংই। করি থোং-থাকপগে অমতা নিংশিংদ্রে, ঐনা কাউদবা হায়ববু শঙ্গোমদু চাইশেল থনকোক তৌই। ইপুবোক ইবান্নী পুকখম অমতদা চামিন্নে। মাগী মতৌ তমদুনা শঙ্গোম তোৎপদু ঐ পীক থন্না চাথোকই, ঐ পেল্লি। নুংথিলদু মহাক্কা হিপমিন্নে, কাম্বা শুপ্পী। ঐ তাবগা তূমখি। মসিগী মখা তাবদি ঐ করি অমতা খঙদ্রে। ঐবু পোকপা ইপানা মীঙোন্দা তম্বদগী ঐনা তাখিবা ব্বা অমা লৈ— মহাক্লা য়ুমদা হঞ্জিল্লকপদা ঐ ইপুবোক্লা লাঙ্গিকন্নদুনা লৈরম্মী। মিৎ চেংকুপ শীদুনা, তরংদা য়েংদুনা লৈবা ঐগী ইতৌ উবদা মহাক্লা ঐ হিংগনি হায়বা থাজখিদে।

ঐগী খোঙচৎসি লাংজিংগী লৈরক অচৌবা অদুনা শাবল তারমদাই অদ্বাইদগী হৌই। নুংতিগী ঐনা চৎথোক-চৎশিন তৌবা লম্বীনি, নাক-য়েৎতা হৌবা ব্রাপল-উপল পূন্নমক ঐনা তোয়না উরবা ঙাক্তনি। ফজবদি করি হায়রুবসিগে তারমদাই নুমিৎকী মঙালদা পূন্নমক লফু-লয়োনগুম তনৌ তনৌ উই। উরিবা খুদিংমক্লা ঐগী পুক্নিংবু লায়না শুম্মাংলি। মহী চেল্লবা সনা লুপাদা লুপ্পা মাল্লবা জগৎ অমা থেংনবদা ঐ ইশামকসি পূমকাউ কাউথোকই। ঐ নত্তনা জগৎসিদা কনাসু লৈতবগুম ফাওই; থম্মোয়সিদা অহাঙবা, নাইতোম তাবগী নুংঙাইতবা মরীক অমত্তসু লৈতে। ঐগা কনাগসু মরী লৈনদবগুম, ইতোমতনা মপুং ফাজরবগুম লৌই। মফম অমসুং মতমগী ব্বাংমদা ঐ লৈবগুম উই। হৌখ্রবা, হৌজিক

ওইরিবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা হায়বা মায়াগী মিৎয়েং ঐঙোন্দা লৈতে। লেপ্তনা ঐ মাংলোমদা চৎলি, ৱাখলগী অফা-অপুন অমত্তা য়াওদনা। ঐ করিসু খল্লুবা লৈতে, খন্নিং-ঙাইসু লৈতে। মাংদা উই লেঙ-লেঙ চৎনা ফজরবা অশংবা নাপীগী পাক্লবা লম্পাক। হেক লাম্থোকপদা, খুনয়াৎ য়ৌনা ফৌনানা ইপোম হৌরবা লবুক্তা মিৎয়েং তাম্না শন্দোকখ্রি। নুমিদাংৱাইরমগী ঙাঙ্ৱান্নবা নুমিৎকী মশেক্লা য়েবদা লেংঙি-পাল্লিবা মহৌশাগী পোৎ পূন্নমক মহৈ-মহৈ ফজবা তান্নবগুম উই। চীংখোঙ য়ৌরগা ঐগী মিৎয়েংবু লাক্কুনা চিংশিনখিবদি লূপথখিবদা ঙায়রিবা নুমিৎনা হুন্দোরকপা নোংচুপ চীংশাং মতোলদা উবা মঙাল অমসুং মচু-মচুগী শক্লোনশিংনি। কয়া ফজবা অমসুং পুক্লিং হূবা উরুবা মীতনা খঙগনি। উরুবা মহাক্তো নুং থোক ওনগনি। নেশানা লাকহৎলবা মী ফাওবা হেক উবদা নেশাগী ময়াই চমখিদুনা য়েংখিবদগী মিৎফম হোংবা ঙমলোই, ময়া উমশিনবা কাউগনি। তাইবং ফম্বাক্তা উথোক্তনা উবা লৈশেমগী লময়ৌবা দৃশ্যনি— ঈশিংগী পেড়েগুম মচু কয়ানা পুল্লবা মঙালগী পংতী কয়া অতিয়াদগী কাপথোক্লকপা উই। য়েক্তুনা য়ৌবা ঙন্নরোইদবা চুমথাংগী মচুদা লূপ্পবা টুরিনা য়েকপা চীং, পাৎ, তুরেল, পামেল, মী, শা-ঙা কয়াগী মূর্তি চোংথোক্লকই। অসি ওইরে জগৎকী ফজবা উরুবা মহাক্তনা খঙগনি। চীংলম্বী মচা অমদা ঐ কাখৎলি। খরা কাখৎলবা মতুংদা, কাঙগী মখোলগুম মিরবা খোঞ্জেল অমা নীং-নীং তারকই। অরাপ্পদগী চেল্লকপা গাড়ীগী ইঞ্জিল মখোলনা লাপ্লিঙৈদা তাম্না নেম্না তারম্বদগী, অসুম অসুম নকশিল্লক্লগা হৌবা হেনগৎলকপগুম, খোঞ্জেল অদু হৌবা হেল্লকই। মীনা তেংথা-নাওইবগী খোঞ্জেলনি হায়বা ঐ খঙলকই। তাবদা য়াম্না নুংশি, থম্মোয়সি ফুক্তুনা পৃখিগদবগুম তৌই। পোদোলগী মৈঙালদা মীগী মমায় মশেল-মরাং উবা হৌরকই। অহানবদা মীশক পাক লাকশিনবা ঙমদে। পোক্লা পুমঙৌ ঙৌরবা ইপুবোক্কী মায়থোং ইহান হান্না উরকই; মথংদা ঐনা উই মথৱায় ৱাবনা শকফম কায়রবা ইমা অমসুং বাজীগী মশক। শোম্থাংননা ইপুবোক্লা হায়বা ঐনা তায়, সোর চনিং তানা হোম্থরগা— "ইশূগী মথৱায়দি নিজহৌরে!"

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা থেংনখিবা কাউঙমদ্রবা থৌদোক অমনি। ঙকখ্রবা, ফজবা ঙাক্তা মিত্তা উহল্লবা ঐগী খোঙচৎনি। ফজবা পোৎশিংনা শুন্মাৎতুনা ঐবু পুদুনা চৎলি। নুমিদাংৱাইরমনি, শনবী-শনাওশিংনা পরেং-পরেং কানরকপা, লবুক্তা লৌরাং শূরুবশিংনা হন্নরকপা। অদুবু ঐগী খোঙচৎ অদুদা কনাগুম্বা মী-পোং অমতা লম্বী-লমখাংদা থেংনদে, উচেক-ৱায়া অমতা মাঙদা তুবৎ পাইবা উদে। ফনা লাপ্না চৎলি, চীং কায়, হকচাংদদি অৱাবা করিমতা ফাওদে। ঐগী খোঙচৎসি য়ুমদগী হৌবনি হায়বসু ঐঙোন্দা খঙহন্দে, ইমুংগী মী অমতগা উনবা ফংহন্দে। থাজরকই চিম্থাং পাউথাং ওইনা থাইনদগী হায়নরকপা 'থোংঙাক অশি থেন, মকোই নুংঙোল চীং' য়ৌরবা মতমদা মীনা মহাক শিরে হায়বা

খঙই। লম্বী লমশাং চৎপদা ঐ তুংহন্না অমুক্তা য়েংখিদে। করিগুম্বা ঐনা তুংহন্না য়েংলন্নবদি, ঐগী খোঙচত্তু মপুং ফারমগনি, হন্দক্কী মপোক্কী অরোইবা খোঙচৎসু ওইরমগনি। ঐ শিরুবদগী হল্লকপনি।

*নবেম্বর, ২০০০ ইং*

# তারমদাইদ্ থাজগী মুৎশি-মুৎশিবা থাবল

ঋষিকেশ থবক্তগী পোখারে। মহাক পেন্সনরনি। পেন্সনগী বিল শাহন্নবা ক্লাক ঙাইবা, থোঙনাউ ময়াদা লেপ্তুনা মীয়ামগা ইন্নবা, বেঙ্কতা বিল ক্যায়নবা হোৎনবদা ক্লিউদা লেপ্তুনা নুংশা ফৌবা, মহাক পাক হৈনবা চুশিন্নবা ঙমদে। মীয়ামগী অপাম্বা উবদা মহাক অঙম তান্নবা পামদে। নোংমা ট্রেজরী ওফিসকী থোঙনাউ ময়াদা নপশিন্দুনা লেপলিঙৈদা, নুপা অমনা মহাক্কী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা তরাম তরাম কৌই অমসুং হায়, 'ওজা, অসোমদা লেঙলসি।' মহাক্কী মতুং ইন্দুনা ঋষি মীনা কৃক-কৃক ইন্নবা কা অমা ফাওদুনা চৎলগা নিংথিবা কা অমদা নুপা অদুনা পুশিন্দুনা মহাকপু ফমহল্লি। নুপা অদু মহাক্কা মায়য়োক্লদুনা ফম্মিন্নে, ট্রেজরী ওফিসারনি হায়বা মতম অদুতদা খঙই। মহাকপু হান্না খঙবদৌনা ব্যাবহার তৌবদু উবদা মহাক্কা ওফিসারদা ঙকতক তৌনা য়েংই। মদু উবদা ওফিসারনা হায়রকই,

'ওজানা ইবা হিস্ত্রিগী নোটতু ঐদি পারকই, মীদি লুমল্লি হায়দুনা পানদে।'

'খঙদেদা ইবুংঙো, মতমদো হৌজিক খল্লুবদা নুংশিরকই। থবকসিদি চিল্লগা হেন্না পাঙথোকপনি, কোল্লবদি হোরেল হয়েং তৌগে য়ৈথোকপনি। ঐগী পুন্সিগী লাইনিংদি ফজবা থিবনি।' ঋষিনা খুম্মী।

ওফিসারনা কোল্লিং বেল খীংঙি। নুপী অমা খুদক্তুমক্তদা কাদুদা চংঙকই। হেক য়েংবদা মহাক লময়ৌনা ফজৈ। মহাক্লা ঋষি অমসুং ওফিসারদা য়েংলগা হায়রকই,

'সার, করি তাকপিগদবা?'

'থামচা, ঐখোয়গী নাক্তা লেঙশিল্লিবসি ওজানি। লৈবাক্লা মশক খঙবা লাইরিক ইবা ঋষিকেশ কৌবা মীশক্তুনি। ঐদি য়াম্নমক নুংঙাইরুদ্রে ঙসিদি ওজানা মী অচিনবা মরক্তা তিংঙক্-তিংঙক্ লেপ্তুনা লৈরম্বা উরুবদা।'

'সার, পাবুংগী বিল শানবগী বা তাকপিগদবা নৎত্রা?'

'মাম্নি; থামচা ওজাগীসি থা খুদিংগী নংনা খরা য়েংশিল্লু।'

'ফগনি সার।'

ওফিসারগা থামচাগা অনীনা মহাকপু ময়ামদগী হেন্না লুনা চান্না তৌবা উবদা, মহাক ইকাইদুনা মমায় ঙাংতক তৌই, অদুবু বাদি ঙাংথোক্তে। থামচানা বিল কোপী মপাক অনী অহুম লৌরুই, শেৎলগা মঙোন্দা শিন্নে, অদুগা হায়—

'পাবুং, থমজিনবিয়ু; থা খুদিংগী শীজিন্নগদবা বিল কোপীনি। হয়েংখৈদি পেন্সনর থারিবা অদুগী মখাদা সহি তৌরগা পুবিরকউ। পেন্সন বুক, রেজিষ্টার য়াওবিরকপা নৎত্রা?'

থা খরা হৌখ্রে। ঋষিকেশ, ওফিসার বিদ্যাসাগর অমসুং থামচা মখোয় অহুম শকখঙ্ মায়খঙ্নবা হায়বদু ওইরে। ঋষি খুদোংচাবা লৌগনবা মমায় কনবা মীতা নত্তে। মাগী মহুত্তা অতোপ্পা মী অমা ওইরম্নবদি ফম্বা চল্লবনিনা হিপকে হায়রক্লগদবনি। বিদ্যাসাগরনা মাগী কাদা ফম্বা উদ্রবদি, ওফিসারগী মতুংদা ফাৎপা থোংজাওগী সিড়ী থাক্তা মহাক ফমদুনা লৈগল্লি। বিল শাহন্নবগী থবক্তগী বা নত্তে, মহাক বিদ্যাগ্যা ফমিন্নদুনা বারী-বাতায় শাবদা নুংঙাইবগুম উই। মহাক লৈরমদবদা মাঙোন্দা ইহাঙ হাঙবগুম তৌই। থোঙ অদু হাংদোক্লকই, থামচানা কৌরকই—

'পাবুং, লেঙশিলবিরকউ। ঙাইহাক ওইখ্রে সারনা ফোন তৌরকখিবা, সেক্রেটরিয়েৎতা থবক অমা লৈবা মাল্লি। ওফিস চঙদ্রিঙৈদা হান্না থবক্তুগী মী উনথোক্লমগে খনবগুম তৌব্রা। য়ৌরক্লনি।'

গালিচা থাবা নাল্লবা কানি। ফক্লাংদা অরবিন্দ ঘোষ, মহাত্মা গান্ধিনচিংবা মহাপুরুসশিংগী লাই মফম চানা থেৎলি। অঙনবা ওফিস মতমনি। মী-পোৎ ঙ্রুং-ঙ্রুং তিন্দ্রি। ঋষি মরক মরক্তা থেৎলিবা লাইদা য়েংই, মাগী পুক্লিংগী অহাঙবা মেনশিনবগুম তৌব্রা। থামচা মাগী কাদা চৎলুরগা থুনমক হৈনিংনা হল্লকই। মচল চানা হাপ্লবদি শম্বল্লৈমপালতসু ফজে, নাচোমদো য়েংবদা মওং অমা হেক তাই। হন্দক ঋষিকেশকা থামচাগা থেংনবদি পুকচেল-খোয়জেল মান্নবা লাইবক-সা লাইবসা তিন্নরুবা হায়বদু থোকই। ওফিসারগী টেবল অচৌবা অদুগী তুংওইনা কাচিন্দা প্রদার খন্দুনা থল্লিবা মিংশেল অচৌবা অদুগী মমাংদা প্রপ-প্রপ চংশিন্দুনা থামচা লেপলুই। প্রদার লাওনা হাংদোকই, ফিল্টর অমসু টুল মথক্তা খিনবা উই। থামচা ঋষিরোমদা মতুং ওম্থোক্তুনা লেপ্তুনা লৈ, রুমাল লৌথোক্তুনা মমায় মমিৎ

তৈথোকপগুম তৌই। মহাক্কী তুংয়ান তারকপা হকচাংগী ফিবম ঋষিনা নিংথিনা উবা ফংই। কা অদু ঙাইহাক্কী মনুংদা ইথন থনবগুম, ইনৌ নৌথোকপগুম উই। ময়েক শেংনা শারবা কালেনগী নুংশাদা তেম্পাক মরক্তা মউ-মনা য়াওদনা লৈপাকলৈনা শাৎপদা মীগী মিৎয়েং চিংশিনবগুম থামচাগী ফজবা শাবান ঋষি য়েংদবা ঙমদে। মহাক্না উই নুপী অদুনা শমজিদা ফারীবা কাটা লৌথোক্তুনা মশম থাদোকপা— মশম শাংই, য়ামই, নীংদু য়ৈ। শমজেৎনা অমুক অনীরক হাৎলগা হান্নগুম পুনশিল্লি। ঙাইহাক্তুদা নুপীদুনা শান্নরিবা কুম্মে মহাক্না য়েংই। লৈশেমগী মপুং ফাবদি করি হায়রুনি? মখল অমতদা চপ মান্নবা পোৎতি কদাচিৎনি। অসুক য়াম্বা মী লৈরিবসি শকমান্নবদি খুৎ থেক্তুনা পাবা য়াই। পুক্নিংগী অরূ-অথেনসু কয়াদা খেন্নখ্রবা, সমুদ্রগুম্বা মী লৈবগুম, তূ-খোংগুম্বা মীসু লৈতবা নত্তে। মখোয় অনী অসুম্না ৱারী শাই—

‘পাবুং, হৌজিক্কালসিবু শৈরেং পাম্বা, শৈরেং পাবা মীগী মশীংসিবু কয়াম য়াম্লিগদগে?’

‘শৈরেং পাবা মী লৈত্রবগুম্বনি।’

‘অদুদি শৈরেংসি মমৈদা পূংমুৎ মূৎখ্রদ্রা?

‘মূৎলোই। পৃথিবীদা মী লৈরিমখৈ শৈরেংসু লৈগনি। তৌবতদি শৈরেং হায়বসি অখন্নবা মীওই খরতগী ওইগনি। উইলিয়ম সেক্সপিয়ারগী দ্রামাদা হেমলেত শাবদা ফাওখিবা রিচার্দ বরটনদি শৈরেং পামই। মাহক্তি শৈরেং-লাইরিক অমা ইথা থাদে, চৎথোকপদা ফাওবা ফুরিৎখাওদা হাপ্তুনা চৎলি হায়নৈ।’

‘পাবুং, ঐদি ফজবা শৈরেং ইনিংই। অদুননি, ফজব্রা ফজদ্রবসু খঙদে, ঐনা ইবা শৈরেং লাইরিক অমা নহান পাবুংদা পীজখিবদো।’

মতাংসিদা মবান্নী অসুম ৱারী শারম্বদগী লৎকক্ তৌই। ঋষিনা থামচাদা হাইফেৎ য়েংঙকই। মমিৎ-মনা শিংবী থামচা মকোক লূকথদুনা টেবলদা মুন্না য়েংদুনা লৈ, মনা থাংগতুনা পূক্নিং চৎনা তাগদবগী ঙাইবগুম উই। ঋষিনা তপ্না তপ্না হায়রই—

‘শৈরেংগী অহানবা হৌফমদি কবিনা মাগী পুন্সিদা থেংনবা অয়ৌবা থৌদোক্তগী ওইগল্লি। শৈরেংদি থম্মোয়গী ৱানি। কবিনা মাগী অৱা-নুংঙাইগী পনখৈ লাহোকখিদু জগৎকী অৱাবদা শরুক য়াবা ঙমই, নুংঙাইবদসু নুংঙাইমিন্নবা। মহাক মশাবু থাদোক্লগা অতোপ্পা মীশক অমা ওইরকই। জগৎকী ওইবা অচুম্বগী মঙাল ফংবদা মহাক নুংঙাইবনা ঙাওই। ফজবা শৈরেংদি কলাগী ৱাংমা লাহোকখিদুনা ধর্ম্মদা চঙখি।’

‘ঐনা খল্লিবসি ওইরিগদ্রা? পাবুং মশাবু থাদোক্লগা হায়বা পাবুংনা তাকপিরিবা ৱাসি অর্থ য়াম্না লৈবগুম উই।’

‘অর্থ লৈ। নংগী শৈরেংদু নংগী ৱা নত্তদুনা জগত্তা লৈরিবা মীশিংগী ৱাফম ওইরবদি

ফজবা কলাগী পোৎ অমা ওইরেদনা। ইশাগী নত্ত্রে ময়ামগী ওইরেদনা।'

'পাবুং, ঐগী লাইরিক্তু পাবিরবরা? ফজবা শৈরেং অমতা য়াওদ্রা?'

'পারে। শৈরেং ফজবা খরা য়াওই। নমাংনি হায়দুনা চিরোল তৌবা নত্তে। ৰাহৈ মফম চানা হাপ্পা, শেমদোক-শেমজিন হৈবা শৈরেং ইবগী অরুবা থাক অমনি। নংগী শৈরেংদা ঈংনা নুংশিরবা সুর চেল্লিবসি ৰাহৈগী নাচোম শেম্বা হৈবদগীনি।'

থাগৎলি খঙনা হরাওই হায়বদুনি। থামচা হরাওজে, মমায় ঙাংশিল্লি। মহাক ফজবগী মথক্তা হেন্না ফজথোকই। মপুক্লিংদা করিগুম্বা খঙনিংবা অমা লৈদুনা ঋষিনা থামচাদা হংই—

'থামচা, নুংবা ঐগী ৰারীশিংদু পারবরা?'

'পাবুং পারে, লোইনা পারে। ৰারী খরদি অমুক্তং পাবদা পেন্দ্রদুনা হন্না হন্না পারে। ঐনা কাউবা ঙমদবা মীশক খরা পাবুংগী ৰারীদা য়াওবা থেংনৈ।'

পুন্দুনা লৈরম্বা কিশি থোকপদা পুক্লিং খংয়াং য়াংবগুম ঋষিনা খল্লম্বা ৰাখল অদু নে-হেক তাই। মচানা হরাওরগা মপা মমানা মোমোন নোক্লা মচাগী মায়থোংদা য়েংজে। অদুগুম্বা পুক্লিংগী ইহুল ফাওরক্লুনা ঋষিনা থামচাদা য়েংলগা হায়রকই,

'থামচা, ঐ নংগী মরমদা ৰারী অমা ইগে।'

থামচা খুদক্তুম্নক্তদা মমায় চিনিমুক ঙাংই। ইকাই-ইকাই মহাক্না হায়,

'পাবুংনা ঙাং-শকপসে তাবদা ঐদি য়াম্না নুংঙাই। ঐঙোন্দবু ৰারী ইনবা মচাক করি য়াওবগে?'

'থামচা, ইটালিগী কবি দান্টেনা পৃথিবীদা ফাওখিবসি বিত্রাইছ কৌবী মাগী লোংগাগী নুপীমচা অমা উরুবদগীনি হায়নৈ। মহাক্না মহাকপু উবসি মতম খরদনিসু হায়, অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ুমস্ পানখি। অদুবু মাগী পুক্লিংদদি, নুপীমচা অদুগী মৃৎপা নাইদ্রবা মনি তাহৌই, ফিদম্নফম ওইবা নুপী অমা ওইহৌই। মহাক্না ইরিবা পূন্নমক্কী ইফুৎসি নুপীমচাসিদগীনি থাজনৈ।'

তাঞ্জাসিমক্তদা বিদ্যাসাগর চংঙকই। ঋষিকেশ ফমদুনা লৈরম্বা উবদা, মহাক্না কৌই,

'ওজা লেঙবিরকপা কয়া কুইরে? চা ফানসি।'

'ঙাইহাক ওইরে।'

'সার, ঙসিদি য়ুমদগী চা অরোনবা ফ্লাক্সতা পুরকই।' থামচানা হায়। থামচানা শেম-শাদুনা মখোয় অহুম চা থকমিন্নৈ। বিদ্যাসাগরনা ৰারী শাবা হৌরকই—

'ওজাসু পাবিরম্লগনি নেকলেচ কৌবা ৰারীমচাদো। ফ্রাঞ্চকী অফাওবা ৰারীমচা ইবদুগী মমিংদু করি কৌবা?'

ঋষিনা খুম্বা নংদনা, মহাক্না মখা তারকই, 'মো-পাসা হায়নৈ।' মপোক্কী ওইনা ঋষি মীনা ঙাংবা মুন্না তাগল্লি, লৌবা-লৌদবনা অমনি। বিদ্যাসাগরনা হায়রকই,

'ওজানা ইবা ৱারীমচাগী লাইরিক্তু খরা পারে। চহি য়ামশিল্লকপনরা করিনো খঙদে, শন্না কোক হায়দোকপা য়াবা ৱাদো কোইনা কোইনা হায়বগুম তৌই।'

ঋষি ৱা'মতা ঙাংদে, তাবতমক তাশিল্লি। মপুক্লিংদদি খল্লি— তরা চঙদুনা য়েংলবসু মী অমগী অশেংবদি খক উবা ঙমলোই। অতোপ্পা মীনা খঙবদি থমখিসি মশানা মশাবু খঙজবা ঙমদ্রিবা মীওইবনি।

থাজদনা বিদ্যাসাগর থামচাগা লোয়ননা ঋষিগী ময়ুমদা লাকই। য়ুম্থুদু মখোয় উবদা হরাওই, পিজ-পিথক্লিংদুনা ইরাঙ লাঙই। ড্রোইং রুমদা মখোয় অহুম হেক ফমিন্নবগা, বিদ্যাসাগরনা মাগী শাউলগী বেগতগী ৱারীমচা চেনা খরা পানবা অমা পুথোরক্লুনা ঋষিদা পী। 'ওজা, ঐ পাজগে।' হায়দুনা মঙোন্দগী লৌরগা, মহাক্না থৱায় য়াওনা পাবা হৌরকই। মচা খায়না পাই, মশানা ইজবা ৱারী মশানা পাবনিদনা অদুবুদি। পাবা হেক লোইবগা, বিদ্যাসাগরনা ঋষিদা য়েংলগা হংঙকই,

'কমদৌই ওজা, তাবা য়াদ্রবরা?

ঋষি ৱা ঙাইহাক ঙাংদে। ৱা'খলদা লূপ্নদুনা মহাক্না হায়রকই,

'বিদ্যাগী ৱারীদা ঐ ঙাওরুরে। নবান্নী চা হাওত্রবরা? ওফিসতা ঐনা লাকপা খুদিং নখোয়না হেক-হেক চা পিথকপদাই।'

'য়াম্না হাওই।' মবান্নী চঙদুনা য়ৌ-য়ৌ খুমই।

'অহানবা শিন্দম্বনি, খঙদে তাবা ইয়া য়াদ্রবরা?' বিদ্যানা মপুক্লিং লাংতক্লনা অমুকসু হংঙকই।

'ফৈদা, হৌজিক্কী ওফিসারশিংগী হোৱী লৈতবসিগী সমাজদা অকায়বা অমা লৈরবনি। হোৱী লৈতবদগীনি মীনা লমফৈ চৎনরক্লিবসি। নংনা খল্লিবা ৱারীমচাগী থিমসি ইবা য়াবনি। মী অমগা অতোপ্পা মীগা তোৎন-তিন্নবগী মরী-মখোঙ অসিনি অইবশিংনা ইনরিবা ফোঙদোক্কে হোৎনরিবা কৃপ্পা য়েংলগা। নংঙোন্দা ঐনা খন্থহন্নিংবা অমদি মসিনি। বিশ্ববিদ্যালয়গী লৈশাবী মরুপ অমা নংনা শাগৎলিবা, ৱারী ইরিবা মীশক্কা নুপীসিগা লৈনরিবা পুক্লিং থম্মোয়গী অথূপ্পা মরীবু ইতিহাস নৎত্রগা মীগী পুন্সি ৱারী ইবদৌনা হেক ইবা য়াব্রা?'

'ঐ ভাব তাজরে, ওজা!' বিদ্যানা খুমই।

মখোয় অহুম ফম্মিন্নবা মতাংসিদা লোইশিল্লে। মখোয়গী মায়থোংদদি মখা তানা ফমথনিংবগী অপাম্বা উবা ফংই।

নোংমা ইখংখংহৌদনা থামচা ঋবিগী ময়ুমদা লাকই। কনা অমতা লোয়নরক্তে, মতোমতনি। ম্রোইংক্লমদা ফমদুনা মখোয় অনী ৱারী শাই। নুমিত্তুদি থামচাসি মহৌশাগা মান্নদে। অয়ুকনি।

'পাবুং, ঐ সুমহায়না লাকনি থাজব্রা?'

'থাজদে। করি হায়নিংবা লৈবগে?'

'ঐ পাবুংগা উননিংমনখ্রদুনা মতম চাবা চাদবা থিদনা ফুক হৌগত্তুনা হেক্তো লাক্লবনি।'

'করিসু কায়দেদা। ঐদি নখোয় য়াম্না লাকহন্নিংবা মতমসু লাকই। পেম্নরগী পুন্সিদি মীতিন্নবা ফংদবগী অৱাবা অমা ইরৈ লৈ।'

'ঐখোয় মৈতৈমচাসে মীৱা য়াম্না ঙাংনবা পামই। মীৱা ঙাংনবা পাম্বা মীগী মশক উবদা ঐদি থৱায়সে প্রোক-প্রোক চাকই।'

'কনানা নংঙোন্দা করি হায়রবগে?'

'পাবুং ঐদি মীগী মতুংদা বা ঙাংবসিমুক পামদবদি অতৈ লৈত্রে।'

'মতুংদা খঙদে, মমাংদা খঙদে, মী নোক্লবসে ঐসু পামদে।'

'অঙাং ওইরিঙৈদা খৎনবদা লাউনবদো— মীগী মতৌ তম্বী, হংঙোই মরীল শুৎ-শাৎ ঐ কাউদ্রি। পেম্না চৈনিংবা মী য়াম্না লৈরে।'

মাগী ৱাতাদুদা ঋষিনা য়েংনিংবা অমা য়াওনা য়েংলুবদা মাগী মমায় ঙাংলম্বদু উরে। চা কপ থাঙ্গৎলদুনা মহাক্না মঙোন্দা হায়,

'থামচা চা অমুক্তা থকখিসি, ঈংগ্রনি।'

'পাবুং, ঐসি মীনা য়েংবদা য়াম্না ফত্তবা নুপী অমগুম উব্রা?'

'উদে। নংগী নশক-নতৌ ফজবা অদু উবদা, কল্লক্তুনা মীনা পংঙাং ঙাংবা ওইরমগনি।'

'মী অমবু হন্দুনা অসুম ঙাংলবদি, অতাবা মীনা করি খনখিগনি। ফত্তবা মীশক অমা ওইনা লৌখিরোইদ্রা? মী অমবু চঙহাৎ হাৎপা নৎত্রা?'

'ঙসাইদগী ঐনা অসুম তাবদা, থামচা, নংগী পুক্লিংদা থরুম অমা লৈরে হায়বা ঐ খঙলে। ইতিং তিংনা হায়দোকপা য়াদবরা?'

'পাবুং, লামলানবা মীতোপ্না পংতা তাবনা অমনি। ঐবু নীংবা, ঐবু নুংশিবা মীগী মমাংদা ঐবু তাথী-তাওইনা হন্দুনা ঙাংলবদি, মহাক শোয়দনা শাওগনি। মীনা হায়বা অদু ওক্তুনা খুম্বা ঙম্নবদি খরবু ফরি, ঙমদবা মী ওইরবদি মহাক্না কয়া ৱানা খাঙলিগনি। অসুম তোয়না তাশিল্লক্লবদি, মহাকসু মবুক ওম্লকনি। ঐবু অফবা মীনি হায়না থাজবা ঙম্লকলোই।'

'মদুদি শোয়দ্রবা ৱানি। নংবু নুংশিরম্বা মীদুনা নং উবদা হংগোইবা পোক্কনি।'

'মসিনি ঐনা কিরিবা। নৌরিবা চহি মতাংদা ঐমক্না পোকচবা ইচানা মমা ঐবু ফত্তবা

নুপীনি লৌখ্রবদি তুংদা করি ওইরক্কনি? মাগী থম্মোয়দা মরা তানা লৈখিবনা হয়েং মহাক্না চাউরক্লবা মতমদা নুপী অমতবু থাজবা ঙমলোই। নুপী নহা খঙনা-চান্নবা মীবু চুন্না উবা ঙমলোই, চিংনবনা মাংওইনরক্কনি। ঐতা নত্তনা ইচাগী তুংগী পুন্সি ফাওবা মাঙহনবনি।'

'ইবেম্মা, ঐ ঙসিদি পুমঙক ঙকলে। নৌরবা নংগী নশকসি য়েংঙুরগা অদুক লুবা পুক্নিংগী মচৎ নচীন্না থোক্না ইমাংদা হায়রবা ফাওবদা ঐদি নংনা খঙবা ঙমগনি থাজবা ঙমদে। নুপী ওইরবসু নংসে অতাঙবা মীনি।'

বিদ্যাসাগর অমসুং থামচাগী থবক মফম হোংখ্রে। ঋষিকেশনা মখোয়বু উদবা থা ফনা য়ামখ্রে। মখোয়গা কায়নবগী চৈনা মঙোন্দা মরক মরক্তা ফাওরকই। নোংমা অয়ুক অমা অমম্-অঙান শিন্নবা মতমদা মহাক ঙন্তানা মিৎকপ থোকই। মাগী হৌনশা অকোয়বদা কোয়েং য়েংদুনা মপালদা কোয়থোকলকই। নোংচুপ চীংশাং মতোলদা তারমদাই থাজনা মতোমতা চিক্না থোক্লি, মুৎশি-মুৎশিবা থাবলনা পৃথিবীসি তবা-তবানা কুপ্লি। অরোইবা পুন্সিগী খোঙচৎ খল্লুবদা মহাক মপুক্লিং নুংশিরকই। খঙহৌদনা মহাক্না নিংশিংঙকই বিদ্যাসাগর অমসুং থামচা। মাগী মমিত্তা শংশং শংশং উরকই থামচাগী ফজরবা মশক।

*তাং ২৮/৪/২০০০ ইং।*

# অথোইবা অহিং

কৃষ্ণকৃপা মগুণ লৈ। মহাক বা ঙাংগন্দে, অদুবু ঙাংথোক-শক্তোকলক্লবদি তুম্পক তুম্পক তাবদা য়াম্না নুংঙাই। মহাক্না আনন্দীবু অহানবা উনবসি য়াওশং মনুংদনি। নুমিৎ ময়ুম চঙখ্রবসু মাগী শিথরবা মঙালদি লৈরি। উতোল-বাতোল নাপু শারি। লৈশাবীমচা খরা থাবল চোংগদৌবগী শুমাংদা পরেং শানা লেপ্লদু লামজাওদা চৎনা চৎনা কৃষ্ণ অমসুং মাগী মরুপ খরনা উই। অঙাংশিংনা অচৎ-অথোক কোয়তান তান্দুনা শেল মুল্লি, মী কয়া চৎনদে। থাবল চোংফমদু পাখং অতৈ উদে। ধল বঝাই খোংগৎলকই। শুমাং মচীদা লেপ্পুনা মখোয় ঙাইহাক থাবল চোংবা য়াওসি ঙাংনৈ। নুপীমচাশিংদু চোংবা হৌরকই, য়াম্না কে অমসুং ঙম্নমক মশক ইফ ফজে। সমুদ্রগী ঙা হুলদি মখোলগী পাম্বৈনা মখোয় মশেল পাউ হোদোক্লে অমসুং মশক খঙনৈ। মীগীদি পুক্লিংদা লৈবা ফোঙদোক্লবা পাম্বৈ য়ামখ্রে। মিৎনা অথোইবনি। অর্থ লৈবা মীগী মিৎয়েং লোৎপা য়াবা নত্তে। হায়নরিবদুনি চাদশিন্ন চখোম জাও, য়েংদশিন্ন মিৎলাওবী। কৃষ্ণনা মঙোন্দা য়েংবগুম মহাক্লসু লোন্না লোন্না মঙোন্দা য়েংঙকই। মসিগী মতুংদা মহাক্না নুপীমচাদু উখিদবা কুইরে। মাগী লৈফম থিগৎলুবা অমসুং চৎথোকলুবসু লৈতে। নোংমা অঙনবা অয়ুক্তা মহাক পাখংমচা অমগা লোয়ননা কৃপাগী য়ুমদা ইথা থাজদনা লাকখি। মহাকপু উবমক্তদা নুপীদু লেপ্লম্বদগী লৈমায়দা নীংগাংনা ফমথৈ। মহাক্কী হকচাংগী মফোঙদোক্তু য়াম্না থুই, কংফাল ইকাইখবীগী মওংনি। কৃষ্ণবু উবদা মহাক ইকাইবা মাল্লি। পরিক্ষাগী করিগুম্বা খরা হংবা, তাথোক-তাশিনবা তৌবা

মখোয় অনী লাকপনি। পরিক্ষাগী মনুংদা মাগী মতেং পাংনবা হোৎনবদা কৃপা অচুম-অরান থিদবা ওজা অমা ওইখি। আনন্দীগা মহাক্কা নকশিন্নবা থৌদোকসিদগী হৌখি।

মমা পুক্লুংদগী উল্লক্লবা মীগী শাহল অমসুং মচৎ কনানা থিংবা ঙমগনি? মী মশামক্তসু মশাবু খঙবা ঙমজদে, ঙম্নবসু চুমথোকপদা ঝানা থোকই। খোয়না পোকলক্লবা হুই মমৈ চুমথোকপা য়াদবগী ঝারী লৈ। মৈনি খঙনা খঙনা চোংশিন্দুনা পায়বা মীনা অয়াম্বনি, পুন্সিদা মদুগী ফল ফংখিবা ঙাক্তনি। কৃষ্ণকৃপা নুপী থিরে, মচা লৈরে। মহাক অঙাং ওইরিঙৈদগী ঝারী-লাইরিক তাবা পান্নকই, শান্ন-খোৎনবদা পুক্লিং চঙবা উদে। মেরা থাদা অহল-লমনশিংনা লক্ষ্মী চরিৎ তাবা মহাকসু য়াওই, মহাক নোংমতা চিখবা উদে। শীং চনবা লতা মহারাজগী চরিত্র মহাক্কা য়াম্না পামজৈ। মহাভারতকী ঝারী মাশা কয়া— নল-দময়ন্তী, শ্রীবস-চীন্তা, লাইনিংবা ধনঞ্জয় লৈমশ্রী ভানু, নিংথৌ হরিচন্দ্র-মহারানী সব্যা— মহাক্কা পুংকক্ চাউরকপা মতমদা তাখিবা পুন্নমক কাউথোকপা লৈতে। খুড়াই তুংগোল-ঝা কৌবা মন্ত্র শোন্দুনা মহাক্কা কাউদনবা হোৎনৈ: চীং ফা, নোংলেন ফা, ওঁ ক্লিং লৈসো। অঙাংদি নিংথাদা খঙই। নুমিৎ-থা উবা হানবা অহল-লমনশিংনা থেংনরদুনা হায়রম্লবা ঝানি। মহাক্কা মমান্নবশিংদগী থোইনা হৈথোই-শিংথোইরুবগী ঝা নত্তে, হাই স্কুলগী ছাত্র ওইরিঙৈদা মাবু খঙদবা ওজা য়াওদে, মাবু লুনা তৌদবা মী লৈতে। মহাকসি মীনা য়াই। কোলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈদসু, ওঝাশিংনা মাবু থাগৎনৈ— মহাক্তি কবিনি, মহাক্তি সাইকোলোজিষ্টনি, মহাক্কী খুৎই য়াম্না ফজৈ। মহাক বিশ্ববিদ্যালয় অমগী মশক নাইবা বেচলর ওফ আর্টনি। জগৎপু খঙনিংবগী অচৌবা লায়থুংদু মঙোন্দা পকই। নিংথিনা খঙবা ঙম্নবা মী লৈতবা লম্কাংদা থোক্তুনা মহাক লাইরিক পাই, য়ুমদা পাবদা করিগুম্বা মতমদা কৈনুংদা চঙদুনা পাবসু য়াওই। পজেং-ফিরাল থেৎপা পামদুনা অতম্নবা হীরম অমদা থিজিনবা ওইরবদি মহাক নহান্না মমিং চৎলগদবনি। পুন্সিদা উরোং অমা খিল্লমদবা য়াদে, মীনা কল্লক-মিহৌনবা ফম অমা পায়গদবনি হায়বা অচাউরম তানবগী মিৎয়েংদু মঙোন্দা লৈরবসু লৈতবগা অম্মানি। পোম্বা হৌগৎলকপদা কেনখ্রবা মাগী পুন্সিগী লৈনি। নোংমা ওফিস অমদা কোয়থোক্লুবদা, ওফিসার অদুগা মায়য়োক্লদুনা ফমমিন্নরিঙৈদা, মণিপুরী মচা নত্তবা অমসু লাকই। মখোয় অহুম ফমদুনা ঝারী শাই। মহাক চৎখ্রবা মতুংদা, ওফিসার অদুনা কৃষ্ণদা হায়, 'তাদা, থবক-ইনখাংগী এমবিসন লৈতমাল্লি।' ঝারী-ঝাতায় শাবদগী মহাক্কা কৃষ্ণগী মরমদা করিগুম্বা অমা উবা মাল্লি। করিগুম্বা ঝাফম অমদা পুক্লিং লুপশিন্না ঝারী শারবদি, মহাক্তি মীগী মরোলদা ঙাংবসি মমালোনগুম কোম্না থোকই। মীনা থাগৎনিংঙাই ওইবা মঙোন্দা মগুণ কয়া চেল্লি। হন্দক আনন্দীগা মহাক্কা থেংনবসি মহাক্কা ইকোম কোম্না লৌথোকপা ঙমদে। মঙোন্দা অনৌবা লম্বী চৎপগা পাংখকনি। অহানবা খোংকাপ থাংজিনবমক্তদা নীংজিং-

মাংজিংনবা অবাবা ৱাখল চোংশিনবা হৌরকই। 'ঐনা তৌরিবসি করিনো? মতুংদনা করি ওইরবা য়াবা?' মহাক মতোমতা মুৱম-মুৱম শোল্লি।

আনন্দীহোইগী ইংখোলগী অৱাংদা ময়ুংনা ঙস্বা চাউরবা পূকত্রী অমা লৈ। পূকত্রী অসিগী অৱাংথংবা মপান অদু ইংখোলদুগী লৈপল ওই, য়ান্না তোঙই। পরেং শানা উ অচৌবা, মচা হৌই। ৱাগী থোং থাদুনা নিংথেমচা ময়ুমগা ফাওনবা য়াই। নিংথেমচা ময়ুম লাই লাৎলি। নুমদাংৱাইরমদা তত্তনা সন্ধ্যা গৌড়ি তৌবা তাই। নেশা চাবা মীনা নুমিৎ হেক লৈথখিবদা নেশাগী ফংফম লীখুন থিরকপগুম, কৃষ্ণকৃপা মঙদা চৎপগুম ফুক হৌগত্তুনা একাগড়ী তোংদুনা নিংথেমচা ময়ুমদা চৎলি। নোংমতগী ৱা নত্তে। হয়েংদি চৎলরোই মহাক্না খল্লি, অদুবু মতমদু হেক ওইরকপদা মহাক চৎনিংবনা খ্রো-খ্রো খোৎলি। ঙসিদং অরোইবা ওইনা চৎলগা হয়েংদগী লেপ্লগে মহাক্না ৱারেপ তাই। শেন্দোলবীনা পাউখুম ৱাত্তে হায়বদুনি। ঙসি কয়া হৌখিদুনা চহি ফাপ্রবনি। আনন্দীসু লৈ খরা পুদুনা হেক্তা ফাওথরকই। লাইশঙদা উনবদা মখোয় অনীমক হরাওই, পূম্নমক কাউথোক্তুনা গৌড়িগী ঈশৈ খুমই। রাধেস্না আনন্দীগা ক্লাস অমতদা তমমিন্নে, মতাগী পুক্নিং খঙনা, মিৎলৈ য়েংনা লোয়নৈ। নোংমা ফাদোক মাগী লাইরিক পানবা কাদা কৃপাগা আনন্দীগা উনরিঙৈদা মহাক্না মপালদা থোঙজিলদা লেপ্তুনা মী-পোং য়েংই। মৈবু কয়া কুইনা ফিন্না খুমদুনা থম্বা য়াগনি? লৈকায়দুদা লৈবা নহারোলশিংনা কৃষ্ণবু উরদা মুশুক মুশুক য়েংই, চিবোল চিবোল ৱারী শানৈ। মহাক হৈনদবদা খম থেংই। নোংমা সন্ধ্যা য়াচঙবা মতুংদা মহাক আনন্দীহোইগী ময়ুমদা চৎথোকলুই। মীগী লমচৎ-শাজৎ হায়বসে কয়াদা লুখ্রবা! মাবু তরাম তরাম তৌরম্বা ইমুংদুগী মী পূম্নমক মহাক উবদা মচুক পৈ। আনন্দীগী মনাওনুপী অমসুং মনাওনুপানা নুমিত্তুদা ঙাংবা ৱাঙাং-শাঙাংশিংদো মঙোন্দা করেম-কথাইনবনি, মচেক্না য়ৈবনি। মহাক ইকাইবনা শি। মহাক লৈতানা ফমথবা ঙমদে।

মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওনবা মহৌশাদগীনি। দ্বিপানীতাগী মৈ থানবা নুমিৎনি। আনন্দীহোইগী মনিং লৈরকনি। মী খৎন-চৈনবগী লাউ-খোংনবা মখোল তায় হায়দুনা চঙলুবদা মীনা কৃক-কৃক ইন্নদুনা লৈরমই। নুপা অমা ঈশিংনা পূমচোৎ-চোৎ, ঈনা মশা পূম্নমক পূমলুপ-লুপ ফমদুনা পুকত্রী মপান্দা মীয়ান্না কোয়শিন্দুনা লৈ। লৈকায়গী অহল খরনা মথৌমক ওইনা থৌদোক্তু থিগৎলি। কনাগী মচানো? করি লৈকায়দা লৈবনো? কনানা করিগী অসুক শাথীনা ফুরিবনো? নহা খরনা অশোকপদু রিক্সাদা হাপ্তুনা হোসপিতাল তানা পুখি। তিল্লম্বা মীশিং মহৈ-মহৈ চৎনখি। মীগী মচিলবু কনানা মেল্লুবা ঙমগনি। কানা-কানি মানা মানা থোকপা পংঙাংদা ঙাংনৈ। লেপ্তবা মতম্না চৎখি মীগী অৱা-অনা পূম্নমক নম্বো পোদুনা।

নোংঙাল্লমদাইগী নুংশিরবা মতমনি।

তূমলুবদগী কৃষ্ণকৃপা মিৎকপ থোকপোই-থোক্তবোই ফমুংদা লোংনা হিপ্তুনা লৈ। অরাপ্পদা গোবিন্দগী শরীক মখোল তাবগুম তৌই, মোইবুংগী মখোলসু। জগৎসি ইচিক চিকই। মতম অসিদা মপান্দা মহাক্কী লুখুম মপামক্তদা আনন্দীনা কৌরকই, 'ওজা!' মহাক খোঞ্জেল অদু তশেং তশেংনা তাই। মাগী থম্মোয়দা জগৎ অসি খঙনৌ নৌথোকপগুম ফাওই। অমম-অঙাল শিন্নবা মতমদা য়াহৌঙনবা কনাগুম্বনা মাঙ্গোল উখোকতেন্দা ঙাদুনা ফমলিঙৈদা কোকিলনা বসন্তগী মতমদা খোং-খোংদুনা পাইরক্লগা মাংগী পামেল ফৈরাদা তোংলবদা পুক্লিং হূদুনা পুখিবগুম, মহাক কুইনা তাখিদ্রবা আনন্দীগী খোঞ্জেল তাবদা নুং-থোক ওল্লি! অমুক্তনি খোঞ্জেলদু, অনীরক শুদে। মতম কুইনা নোং তারক্রবা মতুংদা অরাপ্পদা নোং খোংবগী মখোল তারগা লৌমীগী পুক্লিংদা থবক্কী রাগ পোকপগুম, মাগী খোঞ্জেল নৌহৌনা অমুক তাবদা মহাক্কী থম্মোয় নুংঙাইবনা চাংজৌ পাথোকই, মহাক তথক তথকই। শিরুবদগী হিংগৎলকপগুম, অনৌবা মপোক অমা ফংবগুম, মহাক নুংঙাইবনা ইঙাও ঙাওই। কুইথ্রবগী মমাংদা আনন্দীনা মহাকপু নুংশিনা য়েংদুনা কৌবা মিংগৌদুমক ইহোং হোংদনা ঙসি মহাকপু কৌরকপা মাগী মেংলবা য়াৱা তাবদা মহাক পুক্লিং তুজুং হরাওই। মাগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইরবা মিৎকুপ অমনি।

কৃষ্ণ ফমুংদগী ফম চোংথখিবা খঙহৌদে, মফি-মরোল থৌশাদে। পৌরোল ক্রোক হাংদোক্তুনা মহাক মপান্দা পরপ পরপ চেঞ্ছোকই। কুইনা উবা ফংখিদ্রবা আনন্দীগী মশক উবা ফংলগনি খল্লুবদা মহাক মিহুল-থাহুল ব্রং-ব্রং হৌই। থোং হেক হাংদোকপদা মমাংদা ইচাউ চাউনা লেপ্তুনা লৈরমগনি থাজরুবনা মহাক নুংঙাইবনা লুতোল শাৎলি। অদুবু অৱাবনি! মসিদগী হেন্না ৱাবা অমা লৈরিগদ্রা? কনাসু উদে। য়েংখি য়েংখিবদা অহাঙবগী অহাঙবমক্তা! হৌজিক্তনি, থোঙনাউ মপামক্তদনি মহাক্না কৌখিবদো! মহাক্কী মতৌ য়েংগে হায়দুনা আনন্দী কাচিন-কোয়াদা থূপ্তুনা লৈবগুম খল্লুই। মহাক লৈতে। মহাকপু লক্করিবোই অমুক খন্দুনা কৃষ্ণনা কোয়চেন চেন্দুনা কোয়থি থি। থিবা ফংদে। খা-ৱাং মনিং-মমাং শাৎলে মাবু থিবদা। মীগী পুক্লিংগী মচৎসি ঙকই। লৈত্রে খঙলবমক্তদা মাঙখিবা পোত্তো হন্না হন্না থিনিংই, হঞ্জিল হঞ্জিল য়েংনিংই। মহাক কোয়োং ফাওবা পরপ পরপ চেঞ্ছোক্তুনা মহাক লম্বীদা চৎপ্রা য়েংই। কনা মতা উদে।

কৃষ্ণগী মমিত্তা পৃথিবীসি মঙলৈবাকুম উরকই। মহাক মশাবু চিংনরকই— হৌজিক হৌজিকমক তূমদুনা, মঙ মঙদুনা লৈরিবা মীগুম খল্লকই। মঙগ্রেম-হামগ্রেম্নবা নৎত্রবদি ঙসাইনা আনন্দী চোংথোক্লক্লগনি, মহাক্না পূকমেন-পাউমেন্নদুনা মাগী অৱাবা কোক্লগনি খল্লি। অমুকসু মহাক্না শুকয়া য়ানিংদ্রি, আনন্দীনা মহাকপু কৌবা অদু অশেংবা নত্তে, মায়ানি,

মহাক্কী নীংশিংবদা তুংদুনা লৈহৌবা মমাংঙৈদা আনন্দীনা মহাকপু কৌবা মিংগৌ অদুনি হায়বা। মীওইবগী ৱাখলনা য়ৌবা ফংদবা ৱাফম কয়া খনবা হৌরকই। মহাকসি ঙাওরবরা মতোমতা খঞ্জরকই। অঙাওবা মীদি লৈতবা পোৎ মমিত্তা উই, মীনা তাদবা খোঞ্জেল মাদি তায়। মহাক্না খন্থরকই মীগী খোঞ্জেলসে কয়া লাপ্না তাবা ঙম্বা জাৎনো। অহিং থেঙলবদি মীগী মখোলসে য়াম্না লাপ্না কৌনবা ঙাংনবা তাবা ঙমই। নোংমসু মহাক্না থেংনখি। ত্রিনাথ মফম অমদা চঙলুবদা মহাক গঞ্জা দম অনীরক চিংলুই, মাগী মকোক ৱাখলনা য়োমখি। ফমুংদা হিপ্লদা মহাক্না খোঞ্জেল অমা মুরূম-মুরূম তারকখি। অহানবদা মীগী মখোলনি খঙলবসু মরোল লৌবা ঙম্লমদে। খঙনিংবা অমা য়াওনা পুক্নিং লূপশিন্না তারুবদগী মহাক ঙক্লা থোকখি মী অনী ৱারী শাবনি চপ চানা খঙবতা নত্তনা মরোল-মরিসু খরা লৌশিনবা ঙমখি। তাংদাংবা খঙনিংদুনা মহাক্না চত্তুনা য়েংথোক্লুবদা মহাক্না খনবা মফম অদুমক্তদা নুপা অনী ফমদুনা ৱারী শারমই। মহাক ৱাখল চোইদে। খল্লু খল্লুরগা মহাক কিজরকই—আনন্দীনা কৌবদো মিথ্যা নত্তে, মহাক্না তাবদো অশেংবনি। জগৎ ঈপাক অচৌবদা তোর্ব্বান অমদা হৌবা ঈথক্তু মায়য়োক্নবা অতোপ্পা তোর্ব্বান অমা য়ৌবনি। থৱায় অনী উনবনি। আনন্দীগী থৱায়গী খোঞ্জেলদু মাগী থৱায়গী নাপদা য়ৈরবনি।

*মে, তাং ২, ২০০০ ইং*

## শ্রীপদ্মকুমারগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

সন্ধ্যাগী ঈশৈ ◆ শৈরেং ১৯৭২

মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি ◆ শৈরেং ১৯৯২

শম্বল অমসুং অতোপ্পা ৱারীশিং ◆ ৱারীমচা ১৯৯৬

অথোইবা অহীং ◆ ৱারীমচা ২০০২



### কাংজম শ্রীপদ্মকুমার

ইম্ফাল শহরগী মনুংদা উবিপোক তখেল্লম্বম লৈকায়দা, ইং ১৯৩৪ দা পোকই। জোনস্টোন হায়স্কুল অমসুং ধনমঞ্জুরি কলেজদা মহৈ তমদুনা ইং ১৯৫৯ দা গৌহাটি য়ুনিভর্সিটিগী ওনর্স গ্রেজুয়েত অমা ওইখি। ইমুংগী ফীবম ফত্তবদগী ওজাগী শিনফমদা চঙদুনা রামলাল পাল হায়স্কুল অমসুং নোংমৈকাপম গোপাল কলেজদা থবক তৌরম্লগা ইং ১৯৯৭ তা থবক্তগী পোৎথাই। হৌজিক লাইরিক ইবগী থবক্তা লূপ্তুনা, চহী নৌরিঙৈদা পামজনা খনখিবা থবক্কী মহয় (ফ্রুট) খূনবা ঙম্লবা হোৎনরি। প্রমাণ তৌদুনা হায়রবদা, লাম্মন্দুনা খূৎ অনী চঙদুনা চারগা হেক পেনগনি খনবগুম লাইরিক কয়া কন্না ইরি, অরোইবা হায়বা য়ারবা খরসু য়াওরে।